ꯚꯥꯔꯇꯀꯤ ꯈꯟꯅꯒꯠꯂꯕ ꯐꯨꯡꯒꯥ ꯋꯥꯔꯤꯁꯤꯡ

# ভারতকী খনগৎলবা ফুঙ্গা ৱারীশিং

কে ঐচ ইবেতোন দেবী



রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোল

BHARATKI KHANGATLABA PHUNGA WAARISHING
*(A collection of twenty folk tales in Manipuri)*
*By: Kh. Ibeton Devi*
*Published by: Writers' Club, Nambol– 795 134, Manipur*

অহানবা ফোঙবা ঃ সেপ্টেম্বর, ২০০৭
অফোঙবা ঃ হাওমোম বোবীনন্দ সিংহনা
রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলগীদমক
ফোঙবা।
মখূম ঃ সুধীর নাউরোইবম
মমল ঃ লুপা ৯৫/- (লুপা মরিফুতরামঙা)
নম্ফম ঃ কংলা প্রিন্টর্স, গভর্নর রোড,
ইম্ফাল–৭৯৫ ০০১, মণিপুর।



তুংগী মীরোল ওইগদৌরিবা

ঙসিগী তাইবংদা হরাও মখে লাংনা শান্নজরিবা

অঙাংশিংদা...

# ক্লবকী ৱারোল

রাইতরস্ ক্লব্ মণিপুর, নম্বোল্ অইবসিংগী লুপ্নি। লুপ্ অসিন লম্দম্ অসিগী লোয়নসিল্লোন্গী লন্গৈদ তোঙান্ তোঙান্ব ৱাখল্গী লৈরাং নাচোম কয়া লাচন্দুন খুদোল্ তম্জখ্রে। কয়ামসু লৈসাৎ তম্গদৌরি। কুম্সি চহী ২০০৭ ইং সেপ্তেম্বর থাসিদ ক্লব্ অসিগী মেম্বর ওজা খাঙেম্বম্ ইবেতোনন্ অনৌবা লৈরাং অমা খুদোল্ তম্গদৌরি। লৈচল্দি— ফুঙ্গা-ৱারীনি। ফুঙ্গাৱারী হায়বসি অসেংবদি ঐখোয়ন ৱারী হায়ন খঙ্নরিব, তোঙান্ তোঙান্ব মওং কয়াদ, তেন্ন নৎত্রগ সাংন লীনরিব অসিগী হৌরকফম্নি। ঙল্লিঙৈ মতম্দ মীওইব খুন্নাইগী মৈ তিক্ফম্, য়াইফম্ হায়বসি লৈনরক্প ঙাক্তনি। অদুগুম্ব ফুঙ্গাদুগী মনাক্ত, অকোয়বদ মৈ তিক্ল তিক্ল অহল্ ওইবসিংন অঙাংসিংদ লীব ৱারী অদুবু ফুঙ্গাৱারী হায়ন খঙ্নরক্খিবনি। মসিদ অঙক্ অঙক্প সা-ঙাগী, ভুত-প্রেতকী, পাউতাক্কী, নোক্লিংবগী, মখল্ মখা কয়াগী ৱারী লীদুন অঙাংসিংদ নুংঙাইহবগী মহাও পীরম্ই, ফুঙ্গাৱারী লীব মীন মান মান হৈজব মওংদ নুংঙাইনব লীবন ৱারীদু চপ্ মান্নগনি হায়ব লৈতে। নুংঙাইহন্বদুনি মরু ওইরিবদি। অসুম্ন চৎথরক্পদগী হৌজিক মতম্দদি ফুঙ্গাৱারীন কাংলুপ্ অমবু মসক্ তাক্পদ কাংলুপ্ অদুগী চৎনবী, নাৎকী ওইব থৌরম্ কয়াগ সাগোন্নরক্পদগী কাংলুপ্ অদুগী লোয়নসিল্লোন্দ অচৌব থৌদাং যারিবনি। মরম্ অদুননি ফুঙ্গাৱারীবু খুৎসেম্ (আর্ত) অমদি নাৎকী তুংনফম্ লন্গৈনি হায়নরিব। ওজা ইবেতোন্ন ভারতকী তোঙান্ তোঙান্ব স্তেতসিংদগী ৱারীসিং পুথোরক্লুন লম্ লম্গী ওইবা তোপ্ তোপ্প ৱারীসিংগী মহাও তংহল্লগনি।

ওজা ইবেতোন্ তোঙান্ তোঙান্বা অইল্লুপ্ কয়াদ য়াওবিবীনি। হন্দোক্প য়াওন লাইরিক্ তরেৎ পুথোক্খ্রবী অইবীনি। হন্দক্কীসি অইবী মসাগী ওইন নিপান্সুব অদুগ ক্লবকীন কুন্হুমদোই সুব লাইরিক্নি। ভারতকী তোখায়ব মফম্ কয়াদগী লৌখৎতুন পুথোরক্লিব "ভারতকী খনগৎলবা ফুঙ্গাৱারীশিং" অসি মীৎয়েং তাবিনবা মীয়াম্দ সিন্নজরি।

তাং ৩০।০৮।২০০৭ ইং

**ইবোপিসক নোংথোম্ব**

**সেক্রেটরি, রাইতরস ক্লব, মণিপুর**

# ৱাহৌদোক

ফুঙ্গা ৱারীসি অঙাংশিংগী চাকঙাই ৱারী ওইনা হৌজরক্লবসু অঙাং খক্তগীসু ওইদে, ফেক্টরিদা থবক শূরিবা লেবরশিং, বেড়ি কোল্লিবা মজদুরশিং, লৌমীশিং, অহীং লৌবুক্তা লেকপা মতমদা অমসুং নুংথিল য়াও নৎত্রগা ষণ শেনবনচিংবদা মতম লেনবা নুংঙাইনবা ওইনা লৌনরি অদুগা লোয়ননা পূক্লিং লৌশিংসু ওইনরি।

ফুঙ্গা ৱারীদা অঙকপা নোক্লীংবা, অকিবা কয়ানা থল্লবা ভাবনা শাবা মানবা থৌদোক্তা য়ূম্ফম ওইদুনা শাগৎপা ওইরবসু ৱারীসিনা হিংমিন্নরিবা খুন্নাই অমদা করি থৌদাং লৌবগে? খুন্নাইদুদা হৌরক্লিবা নহারোল কয়াগী পূক্লিং-লৌশিং ওইবগে হায়বা হীরমসিদা নৈনবা হৌবকপসি ইং ১৮১২দগীনি। জর্মনিগী জেকোব গ্রীম অমসুং ৱিলিয়ম গ্রীম হায়রিবা মচীন-মনাও অনীনা খুঙ্গংগী য়ূম-য়ূমদা লীনরিবা হেলোইগী ৱারী, লাই-তিনগী ৱারীনচিংবা কয়া খোমজিন্দুনা ফোঙদোরকপদগীনি। লাইরিকসিগী মমিং জর্মন লোন্দা Kinder-und-Hausmarchen কৌই। লাইরিক অসিগী খূৎনমগী ৱাহৌদোক্তা চীনবুংদা লীনরিবা ফুঙ্গা ৱারীগী হৌরকফম অমদি মসি শন্দোকখিবগী মরমদা মখোয়গী ওইবা মোৎ পীরি। মসিদগী সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা ফুঙ্গা ৱারী নৈনবগী ৱাখল্লোনসি পোক্লরকখিবনি।

জর্মনগী অতোপ্পা প্রোফেসব থিওদোর বেনফিনা ইং ১৮৫৯ দা জর্মন লোনদা পঞ্চতন্ত্র হন্দোক্তুনা ফোঙবগী ৱাহৌদোক্তা ফুঙ্গা ৱারীশিংনা মতমগী মতুংইন্না চীনবুং য়ৈনা মফম অমদগী অমদা শন্দোকখিবগী থিওরি নৈনখি। মদুবু মাইগ্রেটরি থিওরি হায়না খঙনখি, মফম মফমগী তোঙান-তোঙানবা মওংগী ফুঙ্গা ৱারী পুখৎলগা চাংদম্ন দুনা নৈনবা হৌখিবা অহানবা মীওইসুনি থিওদোর বেনফি।

ইংলেন্দদা রোবার্ট দারৱিননা 'দ ওরিজিনেল ওভ দ স্পেসিজ' ইং ১৮৫৯ দা ফোঙদুনা 'বাইলোজিকেল ইভোলুশন থিওরি পুথোকপা মতুংদা ইংলেন্দদা এথনোগ্রাফর ই বি টেলরনা 'প্রিমিটিভ কলচর' ইং ১৯৭১ দা ফোঙদুনা কলচরেল ইভোলুসন থিওরি পুথোকখি। ১৯শুবা চহীচাগী অরোইবা অদুৱাইদগী এন্থ্রোপোলোজিষ্ট ক্রোল অমদি কার্ল

ক্রোন মপা মচা অনীনা ফুঙ্গা ৱারীগী মচাকশিং, হৌরক-চাউরকপগী ৱারী-ৱাখোঙশিংবু 'হিষ্টরিক জিওগ্রাফিক মেথদ' হায়না পুথোকখি।

২০শুবা চহীচাগী অহৌবা অষ্ট্রিয়ন ন্যুয়োলোজিষ্ট সিগমন্দ ফ্রোইদনা লাই-তিনগী ৱারী অমদি ফুঙ্গা ৱারীগী নুংগী ওইবা ৱাহন্থোক পীনবা অনৌবা থিওরি অমা শাগৎলকখি। মাগী থিওরিসিবু 'সাইকো এনালিষ্টিক থিওরি' হায়না খঙনখি। চহীচাসিগী ময়ায় চল্লকপা অদুৱাইদা নোংচুপলোমদা ষ্ট্রকচরেলিজমগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকখি। মসি ইং ১৯২৮ দা রুসকী ফোকলোরিষ্ট ডি কে প্রোপনা 'মোরফোলোজি ওভ দ ফোকটেল' ইরকপদগীনি। মসিদা মহাক্না রুসকী যাদু-মন্ত্রগী ৱারীশিং নৈনরগা পৃথিবীগী ওইবা য়াবা মওংদা ফুঙ্গা ৱারীগী ষ্ট্রকচর পুথোরকখি।

মসি লোরেন্স স্কোটনা ইং ১৯৫৯ দা ইংরাজিদা হন্দোক্তুনা ষ্ট্রকচরেলিজমগী ঈহৌ শাগৎপদা অচৌবা মতেং ওইহনখি।

ফুঙ্গা ৱারীগী হৌরকফম থিদ্রিঙৈদা মচাকশিং অদুগী ষ্ট্রকর হান্না খঙবা তঙায়ফদবনি হায়না থাজরম্মী।

পৃথিবীদা ফোকলোর নৈনবগী খোঙজেলসি মরু ওইনা ফুঙ্গা ৱারী নৈনবদগী হৌখি। পৃথিবীদা জাতি খুদিংগী লৈরিবা, লীনরিবা ফুঙ্গা ৱারীদি মশীং থীবা ঙম্বা নত্তে, মসি নৈননবা পাম্বৈ ইং ১৯১০ দা Ante Aarne না 'দ টাইপ ওভ ফোকটেল' কৌবা কেটলোগ অমা পুথোকখি। অমেরিকাগী ষ্টিথ থোমসননা ইং ১৯২৮ দা মসিবু ইংরেজিদা হন্দোক্লুনা খরা চাউথোকহন্দুনা পুথোকখি। লাইরিকসিবু আর্ন থোমসনগী 'টাইপ ইন্দেক্স' হায়না খঙনৈ। ষ্টিথ থোমসনগী মোৎতা টাইপ হায়বসি মথন্তা মনীং তম্না লৈবা ঙম্বা চৎনবী ৱারীনি হায়না পীরি। মখোয়গী টাইপ ইন্দেক্স অসিদা টাইপ মশীং ২৫০০ রোম য়াওরি। মালেমগী মফম খুদিংদা ফংলিবা ৱারীশিংগী মশক্তা মখোয়গী টাইপকী মনুংদা য়াওরিবা ৱারীগা মপূং ওইনা মান্নরবদি মান্নরিবা টাইপ অদুগী নম্বর হায়রগা মশক খঙনৈ। মান্নবগী লৌরিবা মওং অসি মরু ওইনা ৱারীগী মপূংদা মান্নবা মওংদা লৌবনি, চপ মান্নবদি নত্তে। খরা হেন্না কূপথনা নৈনদুনা ষ্টিথ থোমসননা 'মোটিফ ইন্দেক্স ওভ দ ফোক লিটরেচর' হায়বা ভোল্যুম তরুক্কী অচৌবা লাইরিক অমা ফোঙই। মদুদা মালেমদা ফংলিবা চীনবুং ৱারীশিংগী মোটিফশিংবু সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা পরেং লেংশিন্নবা হোৎনরি।

অসুম্না পৃথিবীদা ফোকটেল নৈনবগী ইথিল পীখিবা ফুঙ্গা ৱারী হায়বসিগী ৱাহন্দোক তোঙান-তোঙানবা অখঙ-অহে কয়ানা মাগী মাগী ওইনা মোৎ পীনরি। থোমসনগী মোৎতদি ফুঙ্গা ৱারীসি ৱারেং ওইবা চৎনবীনি, চীনবুং ওইনা মীরোল অমদগী মীরোল

অমদা মথং মথং থঙথদুনা শমথরকপা ৱারীনি হায়না পীরি।

প্রোঃ ইয়ান হেবোল্ড বুনভান্দনা পীবা ৱাহন্দোক্তা ফুঙ্গা ৱারী হায়বসি চৎনবী ওইনা ৱারেংদা লীনবা, ভাবনা শাবা, মপূং ওইনা হন্নাও-নুংঙাইহন্নবা লীনবা, অদুমকপু অচুম্বা নৎত্রগা ফিদম্ভু য়েকপা ৱারীনি হায়না ফোঙদোক্লি।

ফুঙ্গা ৱারীগা অতে চীনবুং ৱারী, থাজনবীদা মপূং ওইনা খেন্নরিবসিগী মরম খরা লৈরি। ফুঙ্গা ৱারী হায়বসিনা ভাবনা শাবা লাইনীং লীচৎকা মরী লৈনদবা, থাঙ্গেশেংবা মসিগী থোক্লিবা মফমদি স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল, ইয়ান য়ানশিন্নবা, অকক্নবা থোকখিবগী মফম-মতম লৈতবা, ৱারীদা য়াওরিবা মী, লাই, হেলোই, ভুট-প্রেট, হিংচাবা-হিংচাবী, শা-ঙা, উচেক-ৱায়া, থৱায় পানবা পান্দবা পূম্নমক চপ মান্নবা ৱারীগী কেরেক্টর ওই। মখোয় মমিং-মথা য়াওবা য়াওদবা থিনদবা ৱারীগী মওংনি।

লাই-তিনগী ৱারীশিংদি অপাম্বা ধর্ম্ম-লাইনীং লীচৎকা মরী লৈনে। মদুগী হৌরকফম ওই, লাইথৌ-তিনথৌদা, লাইনীং লাইশোন্দা শীজিন্নে। নীংশিংবা থোক্লবা মতমগী লাই-তিনশিং, লাইওই-মীওই তৌবশিং, লাইগী মশক্তুম্মা লৌনরবা মীওইশিংগী ৱারী ওই। মদুগী মচাক অমদি শক্তম লাংলিবশিং অসি ঐখোয়গী সংসারগী নত্তবা, তোপ-তোপ্পা লাই-তিনগী ওইবা থাক্তা লৈ। ৱারীদা য়াওরিবা পাত্রশিং মমিং-মথা লৈজে। খরনা লাই তিনগী ৱারীসি থোকখিবনি হায়না থাজনৈ।

ফুঙ্গা ৱারী অয়াম্বনা 'থায়না মমাঙঙৈদা' হায়না হৌরগা 'নুংঙাইনা পানখি' হায়না হেক হেক লোইশিল্লি। মসিদা অচুম্বা-অফবা তৌবনা মায় পাকপা, ফত্তবা-অরানবা তৌবনা মায়থীবা কয়া উৎলি। অতাবশিংনা ফত্তবা তৌবসি মমৈথংদা অৱা-অনা নংই, দন্দি ফংই হায়বসি খঙহল্লি। অচুম্বা লম্বী চৎনবা, লৌশিং কয়া তানশিন্নাব মচাক কয়া ফুঙ্গা ৱারীনা খুন্নাইদা পীদুনা লাক্লি।

ফুঙ্গা ৱারীদি সমাজ অমগী কলা-সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যগী পুক্নেনি। সমাজ অমগী অন্ধবিশ্বাসপু ওইরবসু অমবু ওইরবসু নিয়মশিংসিগী মখাদা মীওইবা জাতিনা হিংদুনা লৈরি। হৌজিক মতমদা ঙাওন-শক্নরিবা প্রমাণ-পান্থে, পাউতাক অমসুং পাউরৌনচিংবা কয়াগী ৱাহে ৱাতা, লোন্দা-পুদা, ময়াম অসি ফুঙ্গা-ৱারীগী পুক্নেদগী ফংলকপা অয়াম্বনি। অদুনা জাতি অমা, কাঙলূপ অমগী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতি চাওখৎহনবদা জ্ঞান-লৌশিং পাকথোক চাউথোকহনবদা লমদম অদুগী ফুঙ্গা ৱারীনা পাংলিবা মতেং কাউথোকপা য়ারোই।

ফুঙ্গা ৱারীদি মীরোল কয়াগী সমাজদা চৎনরম্বা অরিবা সংস্কৃতি অমদি সভ্যতাগী

মঙাল পীবা মৈরানি। সমাজদা লৈরিবা থাজনবা কয়া অমা ফুঙ্গা ৱারীনা ওইহল্লি। মথং মথং মীরোল মীরোল শমথ-থঙথরক্তুনা লীনরকপনিনা থায়না থাজনরম্বা ৱাখল্লোনদু খরগী মখে মাঙখ্রবসু খরদি অদুম লৈহৌরি।

কনাগুম্বা অঙাং অমা নৎত্রগা মী অমা হৈনা-শিংনবা ৱারকপা মতমদা পাউতাক ঙাক্তা পীদুনা ৱারকপদি ৱারকপগী তশেংবা ফল ফংবদা লুনা থোকপা য়াই পাউতাক অদুমক য়াওবা নুংঙাইরবা ফুঙ্গা ৱারী অমা লীবিদুনা তাহল্লবদি মদুনা হেন্না মহয় ফংবা য়াই। মসে মাগী পুল্সিদা অরোইবা মতম ফাওবা শুক্কাউ কাউরোই। অঙাং ওইরিঙৈদা, মুন্না থৱায় তানা তাখিবা ৱারীদি অহল ওইরবা মতম ফাওবা কাউদে, অদুনা হায়বা য়াই, ফুঙ্গা ৱারীদি মীওইবগী লীচৎ-শাজৎ শেম্বদা অফবা পাম্বে অমনি।

ফ্রায়দ অমসুং জুংগগুম্বা মনোবিজ্ঞানিকশিংনা পুরানিক ওইবা ৱারীশিংবু নৈনে। মনোবি শ্লেসনগী মনুংদা হুঞ্জিনবা ৱাখলগী হৌরকফম ওই। মসিদা নক্লবা ইমুং-মনুংগী মরী অমসুং অঙাং ওইরিঙৈগী কল্পনা লোক্তা মরু ওইনা ৱাখল থম্মী। খুদমগীদমক্তা 'তেজা অমসুং তেজী'দা মমা-মপাগী ওন্ন-তৈনবা লীচৎশিংবু নাকোয়ননা ফোঙদোকই। অফবা মমা অমনা মচাগীদমক শিরবা ফাওবা খন্থুবনচিংবা তৌবগী ওইথোকপা লৈবদু কল্পনাদগী থেঙ্গু নৎত্রগা উহে পানবা পাম্বীদা ওম্ভোক্তুনা মচাগীদমক্তা কৎথোকই।

করিগুম্বদা মমা-মপানা মচাশিংগী মায়কৈদা থৌনা ফবা খোঙচৎ কয়াগীদমক মপান্দা থাদোকই, মদুদা লাকপা খুদোংথীবা কয়াদগী কনবদা মতেং পাংই।

করিগুম্বা ৱারীদা মচীন-মৌপ্পা অমনা অমগী ইমুং-মনুংগী ওইবা ব্যভিচার মায়োক্লবা য়াওই মদুদগী নাম্থোক্লবা অমদি মদুগীদমক্তা থৱায় ফাওবা থাদোকপা য়াওই, খুদম ওইনা 'সোনা অমসুং রুপা'। অসিগুম্বা ৱারীসি ইমুংগী অঙাংশিংদা লীনৈ, মদুদগী মনোবৈজ্ঞানিক ওইবা শিক্ষাগী শরুক অমা ওইনা খন্নে। মসিদগী করিগুম্বা নাম্থোক্লবা পাম্বে ফংদ্রবসু মশাবু ফংফম লৈননবা, বিষয়সিদা ফোঙনা ৱারী কয়া লীনৈ।

ফাগি পুবা ৱারীশিংগী মনুংদা 'য়াও-লোইবগী ভুট'সি অপঙগী নোক্লিংবা ৱারী মখলনি। মশাবু শিরবনি খঞ্জবা মখলগী কেরেক্টরনি। মশাগী অপঙবা মতৌদুদা, মঙোন দা কনবা হায়বিবা মীশক্তুবু য়াম্না শক্তি লৈবা, হৌজিক ওইরিবা, হৌখ্রবা অমদি লাক্কদবা মতমদা থোক্লগদবা পূম্নমক খঙবা ঙম্বনি, খন্দুনা মশাগী শিবগী মতম অমদি ফীভম তাকপিনবা তকশিল্লি, মমৈদা মঙোন্দগী নাম্থোক্লবা 'করিগুম্বা মমীৎ কূৎশিল্লবা, মনাতোন পীকশিল্লবদি শিগদৌরবনি খঙউ' হায়রম্লগা চৎখি। নুপীনা চাক, য়াম্না থেঙলফাও পুরক্তবা, মদুগী চাক লাম্বনা মমীৎ-মনাতোন মাদুনা নান্দুনা য়েংবদা

হায়রমবদুগুম খল্লুদুনা ময়ূমদা লাক্লগা শ্বর থিংদুনা ফমখি, মাগী নুপীনা শিরে হায়দুনা লৈকায় কৌরগা মোংফমদা ফুল্লম্মী। মীশিংদুনা চৎখিবদা উফূল্লক্তগী হৌগত্তুনা মাবু হন্দোক্লল্লগা চৎখ্রিবা করিগীনো লাউরুবদগী 'য়াও-লোইবগী ভুট ওল্লে' হায়দুনা ময়াম পূম্নমক কিনদুনা থোঙ লোন্নখি।

নুপীনা মরু ওইবা ৱারীশিংদা নুপী (মমা, নুপী নৎত্রগা মচানুপী) না মরু ওইবা পাত্র ওই। মখোয়না অরুবা পাউখোঙ ফোংই, মদুদা নুপা পাত্রনা করিসু তৌবা য়াদে। 'কলাকার অমগী অতোপ্পা কান্নবা' অমসুং 'অতোপ্পা লৈবাক্তা' হায়রিবা ৱারীসিদা অমদি 'ফূবা য়ানিংদবা নুপী'দা মরু ওইনা নুপীনা শক্তি লৈবা কেরেক্টর ওই।

মন্ত্রী মকোক্কী মচানুপীনা মপাগী অৱাবা কোক্লবা মশাগী মহৈ শীজিন্নদুনা রাজকুমারনা পাল্লিবা লাইদুগী লৈবাক্তা চৎতুনা য়াম্না হৈশিংনা রাজকুমারীগী পূকচেল হোংহনখি অমদি মখোয় লৈবাক্কী রাজকুমারগা লুহোংবদা য়াহনবা ঙমখি। 'অতোপ্পা লৈবাক্তা' হায়বসিদনা মাগী নুপানা মথ্বায় কনবীবা লাইরেন্দুনা নুপাদু চাবা পান্নবদুদা মাগী নুপীনা লৌশিং তৌদুনা অচুম্বা থম্মোয়গী ওইবা ৱাফমদা মরৈ য়েৎনদুনা মমৈদা মপূরোইববু কনবা ঙমখি।

'ফূবা য়ানিংদা নুপী'দসু নুপীদুনা য়াম্নমক পঙবা নুপাদা লুহোংলুরে। মীনা হায়জিনবদগী মাবু খোঙউপ্না ফূগনি হায়দুনা অহীং হৌগৎলকই, মমৈদা লমফৈদা জুৱারী অমগী মখূৎতা মায়থীরদুনা জেলদা লৈরুরে, মাগী নুপীনা মদুদগীসু কনবীরে, অদু ফাওবদা মশাগী ইপঙ পঙজবদুনা মরম ওইদুনা মমা-মপাবু ইকায়বা নংহল্লি।

মণিপুরী ৱারী ওইনা লৌখৎলিবা 'চন্দ্রজিনী'দা মপোক অমগী কর্ম্ম অমদি ৱাশক্তা থাজবা থল্লি, অতোপ্পা মপোক্তা থুংনবগী ওইথোকপা থমদুনা মথ্বায় থাদোক্লবগী ৱারীনি। মদুনা মমৈদা বড় মন্ত্রীগী কল্লক-মিহৌবদগী কালি ইমানা কনবীদুনা মখোয় অনী নুংশি ৱাইথুংনখিবনি। মণিপুরগী ওইনসু চীং অমসুং তমদা লৈরিবা জাতি কাঙলূপ কয়াগী ফুঙ্গা ৱারী কয়ামরুম লৈরি।

মখল য়াম্লবা ফুঙ্গা ৱারীশিং অসি মীওইবনা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না নোংম-নোংমগী মাঙশিল্লক্লে। চীং-তম অনীমক্তা অহলশিংনা অঙাংশিংদা ফুঙ্গা ৱারী মখা তানা শন্দোকপগী চাংসি লৈত্রে হায়বা য়ারে, মরমসিনা ঙসি ওইরিবা মীরোলনা ফুঙ্গা ৱারী করিনো হায়বসি তানদ্রবনিনা খঙনদ্রে। মমল য়াম্লবা ফোকলোরগী মচাক অমা ওইরিবা ফুঙ্গা ৱারীশিং থিজিন্নবগী তঙায় ফদবা লৈরে নৎত্রবদি খুন্নাইগী ওইবা মমল য়াম্লবা লন মাঙজগদৌরিবনি।

# অহৈবীগী ৱারোল

লাইরিকসিদা ভারতকী লোন ২০ দগী খঙ্গৎবা ফুঙ্গা ৱারী ২০ খোমজিন্দুনা থম্লি। অয়াম্বনা ভারতকী লোক-কথাশিংদগী মচাক লৌথোকচদুনা ইজবনি। লোক-কথা হায়বসিমক অহিংবা ৱারীনি লীথোক্লিমখৈ ইনৌদা-নৌথোকপা অদুগুম্বা মখলগী ৱারীনি ফুঙ্গা ৱারী। লীরিবা মীদুনা হাপচিনবা লৌথোকপা ইয়া য়াবা অদুম্নদি ওইরগা মদুনা হরাও-নুংঙাইহন্নবা লীনবা, অদুমকপু অচুম্বা নৎত্রগা ফিদম্মু য়েকপা ৱারীনি মদুদা পূক্নিং লৌশিংসু ওইনরিবনি।

লাইরিকসিদা মরু ওইনা ৱারী মখল তোঙান তোঙানবা কয়ামরুম থম্লি ঃ

নুপীনা মরু ওইবা ৱারী, নুপানা মরু ওইবা ৱারী
ইমুং মনুংগী ওইবা ৱারী, অমগা অমগা য়েৎশিন্নবা ৱারী
ভুট-প্রেৎকী ৱারী
নোক্নিংবা ভাবনা শাবা ৱারী
শা-উচেক্কী ৱারী
লৌনম-নমথাক্কী ৱারী
যাদু মন্ত্রগী ৱারী
পাউরৌ পাউতাক্কী ৱারী

ৱারী মচলশিংসিদা য়ূম্ফম ওইবা তাবদা নুংঙাইহনবগা লোয়ননা পূক্নিং লৌশিং ওইবা কয়াসু খঙ্গৎচবনি, অঙাংশিংদা চীন্থাং য়ৈনা লীনরকপদা কান্নবা কয়া ফংলমগনি খঞ্জবা। ভারতকী কাচিন-কোয়া থুংনা লীন-নৈনরিবা ফুঙ্গা ৱারীশিংদগী লৌখৎচবনি। লাইরিকসিনা তুংলমচৎতা হৌরক্লিবা নহারোলশিং-অঙাংশিংদা পূক্নিং লৌশিং খরদং পীবা ঙমজরবদি ঐনা হোৎনজমলগী পান্দমদু ফংলবনি খঞ্জগনি অমদি মমল য়াম্লবা পূক্কৈদু মাঙখিবদগী খরমখৈ কল্লে খঞ্জগনি।

লাইরিকসিদা য়াওরিবা কুকি-থাদৌগী ফুঙ্গাৱারী 'মোলটিন চান' অসি চিরোম রাজকেতননা ইবা 'চীংলোনগী ৱারী শীংবুন' হায়রিবদুদগী মচাক লৌথোকচবনি

অদুগা ৱাহৌদোক্কী পোইন্ট খরসু য়েংশিঞ্জে। মদুগীদমক চিরোম রাজকেতনবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

মথংদা লাইরিকসিদা য়াওরিবা মণিপুরী ফুঙ্গাৱারী 'চন্দ্রজিনী'গী মচাকসি ওজা বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মগী 'ফুঙ্গাৱারী শিংবুল'দগী লৌজবনি। মসিগীদমক্তসু ওজাবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

মতম ঙনখৎনা ফোঙবা ঙম্নবা হোৎনবীবা কংলা প্রিন্টর্সকী প্রোপ্রাইটর ইন্দ্রলাল নিংঙোম্বম অমদি প্রেসসিগী ষ্টাফ পূম্নমকপুসু তৌবিমল উৎচবগা লোয়ননা থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

তাং ৩১।০৫।২০০৭ ইং — অইবী

# য়াওফম

গুজরাটী ফুঙ্গা ৱারী

## কলাকারগী কান্নবা অমা

মথৌনা লৈরবা নিংথৌ অমগী মচানুপী য়াম্না ফজে অমদি মতীক মগুণ লৈবীনি। মহাক শগোল তোংদুনা শা তানবা চৎপা পামজৈ। নোংমদি শজি মতুং ইন্ন-ইন্না শগোল য়াঙনা থৌখিবদগী খঙহৌদনা শোঙলবা উমংদা মতোমতা ঙায়রম্মী। মহাক্না উদা কাখত্তুনা খোঙলোয়শিং লৈহৌরে হায়না লয়দুনা য়েংলম্মী। উদুগী ইৱাং-ৱাংবা উশাদু য়ৌবদা উমংদু অকিবগী মশক ফংলবা লম্মৈনা ঙংদুনা চাকপা উবদা পূমঙক ঙকখ্রে। উ-ৱা অমদি মোংশোং পূন্নমকপু খূবাম্নুংদা পায়শিন্দুনা মৈচাক ফবা মরৈদুনা উচেকশিংগী মহুম, শাশিংগী মকোল অমসুং লম্বীদা থেংনবা খূদিংমকপু য়োৎশিল্লক্লে। শজির্নাচিংবা শাশিংগী কাঙলূপ্না অকি-অখংনদুনা কোয়চেন চেল্লম্মী। মখল কয়াগী উচেকশিংনা নুংশাশ্বর ফুল্লবা মৈখূনা কোয়শিন লাউ-খোংলদুনা মৈনুংদা তাশিল্লে।

অসিগুম্বা অকিবগী মশক ফংলবা দৃশ্যাসিদা রাজকুমারীনা কাংঙা পূংবা অমা উরকখি। মখোয় অনী থৱায় খূবাক্তা হাপ্তুনা পীক্লিবা মচাশিংবু কন্নবা হোৎনরক্লে। মশা পান্দ্রিবা, উপায় লৈজদ্রবা, নুংশিরবা মচাশিংনা মমাঙমক্তদা শিবদু উরগা খোঞ্জেল

পীক্লা লাউরক্লে। লাব-অমোম অনীনা করিগুম্বদা মচাবু থাংদুনা পাইনবা চোকথবা লৈতনা হোৎনরম্মী। করিগুম্বদা তৌফম খঙদনা কোয়রৈ লয়না পাইরম্মী। মৈরী য়াম্না নক্লা য়ৌশিল্লক্লে। মখোয় মশাবু অমদি মচাশিংবু কনবা ঙম্বগী আশা উদ্রবদা মৈরীদুনা মকোল নক্লা চাকপা উরগা অহল ওইরবা লাবনা মচাবু কন্নবা অরোইবা ওইনা হোৎনরম্মী। ঙম্বগী উপায় লৈত্রবদা মশাবু কঞ্জনবা খুদোংচাবা মফম য়ৌনা পাইখ্রে। মচাশিংবু কন্নিংবদগী অমোমনা মশামক মচাশিংগী মথক্তা তাশিল্লকখি। কাংঙা অমোম অমদি মচাশিং থম্মোয় শোকপা খোঞ্জেলগী মরক্তা মৈরীগী অমুবা মরৈদুনা য়োৎশিনখ্রে।

রাজকুমারীনা উথক্তা ফমদুনা দৃশ্যশি য়েংলম্মী। মসি উরুরগা থম্মোয় শোকখি অমসুং শাউসু শাউনিংখি। মহাক্লা খনখি– নুপা ওইবশিংসে কয়াদা মশাগী য়েংলিবা অমদি পূকচেল শেংদ্রিবনো? উচেক ওইরো, শা নৎত্রগা মী, নুপা পূম্নমক অসুম্না চপ মান্নে। মসিদা চিংননিংঙাই লৈত্রে, ঐহাক মখোয়গা মরী থন্নরোই। মহাক করিগুম্বদা লুহোংলরোই হায়না ৱাশকখ্রে।

মহাক্কী মতুং ইনবশিংনা লাঙতক্লনা মহাকপু থিরক্লে। মখোয় থুনমক উনরে অমসুং পূম্নমক কোনুংদা হল্লক্লে।

নুমিত্তুদগী রাজকুমারী চীং-লেম্না লৈবা হৌরকখি। মহাক নুপাগী মমিদগী ফাও থাপ্পা চেল্লম্মী। মমা-মপাদা তশেঙনা হায়খ্রে মহাক লুহোংলরোই। মখোয়না অসিগুম্বা অকিবগী মশক ফংলবা ৱারেপসিগী মরম খঙবা পাল্লম্মী অমসুং য়াম্না ৱারম্মী। অদুবু রাজকুমারী তৃমিন্না লৈখি। মসিগী মরমদা মহাক্লা ৱাহৈ অমফাও কাঙথোক্তে। মতম খরা লৈরগা রাজকুমারী পুন্সি চূপ্পা ময়ূম পাল্লরোই হায়বসি খঙহল্লক্লে। মহাক্লা লুহোংবা পাম্বা রাজকুমার মখৈ নীংবা কায়না হন্দোকখ্রে।

মতম খরা লৈরগা অফাওবা লাইয়েকপা অমা কোনুংদা লাক্লম্মী। মহাক্লা নিংথৌগীদমক অথোইবা লাই কয়ামরুম য়েক্লম্মী। থা অনী লৈরগা নোংমা চৎনবা থৌরাংলে, মদুদা রাজকুমারীবু হাইফেৎ উখি। মহাক্কী ফজবনা অদুক্কী মতীক শুমহৎখিরম্মী, মাগী লাই য়েক্লিংবগী অপাম্বদু নমদুনা থম্বা ঙমখিদে। মরমদুনা রাজকুমারীদা মতম খরা পীবিনবা হায়জরম্মী খরা য়েৎনরবগী তুংদা ৱাফমসি য়াবিরে। ঈংনা-তপ্পা পূক্লিং চঙনা রাজকুমারীগী অশেঙবা লাই য়েক্লে। লাইদু য়েকপা লোইরগা মঙোন্দা পীবগী মহুত্তা মানা অদুম থন্নম্মী। নোংমা তৃমিন্না শহর থাদোক্লনা চৎখিরম্মী।

অসুম লাকপনা লাই য়েকপদু লৈবাক অমদা থুংলুরে। মফমদুগী নিংথৌনা ফজবা

লাইশিংদা পূক্লিং লূপ্লম্মী। মহাক্না রাজকুমারীগী অয়েকপা লাইদু লয়রম্মী। মদুগীদমক লাইয়েকপদুনা সনা-লুপা কয়ামরুম ফংলে। নিংথৌনা মদু অচৌবা কা অমদা থেৎলম্মী। অউবা খূদিংমক রাজকুমারীগী ফজবগী মন্ত্রনা শুমহৎপগুম য়েংদুনা লৈনিংখি। পুন্নমক্না লাইসি কনাগীনো হায়বদি খঙদে, মহাক কদায়দা লৈ হায়বসু হায়বা ঙমদে।

নিংথৌদুগী মচানুপা অমা লৈরম্মী। শা তানবা চৎলুবদগী হল্লকপদা অয়েকপা লাইদু উরুবদগী অঙাও লায়চৃখ্রে। অপাম্বনা থূমহৎলবা রাজকুমার, করিগুম্বা অমত্তা পূক্লিং চঙলমদে। মরূপ মপাঙদগীসু তোঙান্না লৈখ্রে। কনাদসু ৱা ঙাঙদে। অহীং নুংথিল নীংবা কায়রবা অমগুম কাদা হীপ্পুনা লেল্লম্মী। মহাক্কী মকশিল্লবা মায়থোঙ উরগা নিংথৌ অৱাবনা থূমহৎলম্মী। নুমিৎ খরনি মতুংদা ৱাফমসি খঙলকপদা নিংথৌ মহাক্কী খনবদা ৱাজরম্মী। লাইয়েকপদু মায়কৈ মরিদা থিহল্লম্মী। মখোয়গী হৌনবী কনাসু মাগী লৈফম খঙলমদে। মহাক কদায়দা চৎখি হায়বসু কনামত্তা খঙহৌদে।

রাজকুমারগী হকচাং অমসুং লীচৎ নোংম-নোংমগী মাঙথরক্লে। মনাক্তা চঙলুবা খূদিংদা শাউজিল্লকখি। অহল ওইরবা মন্ত্রী মকোক নিংথৌগী ইমুং মনুংগী চান্নজবনি। নোংমদি রাজকুমারনা তৃমদনা মঙ-মঙলিবদুদগী পুথোক্লবা হোৎনরুই অদুদা শাউগৎলকখি। মহাক্না থুনমক মন্ত্রীবু ফাঁসী তৌনবা য়াথং পীরম্মী। রাজকুমারগী য়াথংদি ব্রহ্মগী য়াথংনি। অহল ওইরবা মন্ত্রী পাম্বে লৈত্রে। নিংথৌনা ৱাফমদু খঙলকপদগী মাবু কৌরম্মী অমসুং ফাঁসী তৌবগী মতম খরা য়েথোকপদা য়াহল্লম্মী। মরকসিদা মন্ত্রীনা য়ুমগী থবক খরা লোইশিলহৌনবা অমসুং লৈবাক্কী থবক অতোপ্পদা শিন্নবা ঙমজনবা ময়ুমদা চৎনবা য়াথং নিরক্লে।

মন্ত্রী মকোক্না য়ুমদা ৱাফমদু কনাদসু তাক্লমদে। মহাক্কী মচানুপী অতোনবীদু য়াম্না লুনা তৌজবম্মী তৌইগুম্বসুং মহাক মরায়বক্কী মরমদা খঙজরম্মী। অদুনা মদুগীদমক শেম শারম্মী। মচানুপীনা মপাগী মায়থোঙ উবদগী মনাক্তা চঙদুনা পূক্লিং নুংঙাইখোক্না ৱাবা-ৱাতায় শারম্মী। অসুম্না ৱারী শানবদগী মন্ত্রীগী মচানুপীদো রাজকুমারগী অশাওবগী মরম অমদি নীংবা কায়বগী মরম খঙখ্রে।

মহাক য়াম্না মবুদ্ধি মরৌশিং লৈবীনি। অহল ওইরবা মপাবু খুদোংথীবদগী কন্ননবা উপায় থিরক্লে। মহাক কোনুংদা চৎলগা লৌশিং তৌদুনা রাজকুমারগা উনরম্মী অমদি মপাবু মতম খরা পুন্সি পীবিনবা হায়জবা য়াবীরক্লে। মরকসিদা খুদোংথীবগী মরু ওইরিবা লাইদু কনাগীনো খঙদোক্কনি হায়রম্মী। মদুদা রাজকুমার য়াম্না হরাওরম্মী। মন্ত্রী মচানুপীগী ৱাফম য়াম্না মরম চাবনি খল্লে, ইহান হান্না মাগী মশেল মরাংলবা মঙলান্দো

মঙফাওনবগী আশা তৌরক্লে। অদুনা মশাগী মীনুংশি লৈত্রবা য়াথংদু খরা শাংদোকপা য়ানরম্মী। মহাক কোনুং মনুংদা হান্নগুম থবক তৌরক্লে, থৌদোক্কী মায়ওনসিদা নিংথৌ য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্লা মন্ত্রীমচানুপীদা মঙ্গল ওইনবা বর পীরম্মী।

মন্ত্রী মচাদো মশামক য়াম্না হৈরবা লাইয়েকপা অমনি। মগুণ লৈরবা লাইয়েকপগী লাইদু অমুক য়েকথোক্লে। নুপাগী ফিজেত্তা লাইয়েকপা অমগী মওংদা য়ূমদগী থোরক্লে। কদোমদা চৎকনি অমদি করি তৌগনি হায়বা মহাক খঙলমদে, মহাক মপাবু য়াম্না নুংশিজরম্মী। অমবু ওইরে মপাবু কন্দবা য়াদে অসিনি খল্লিবা। থামুক লম্বী মাঙদুনা কোয়না চৎলম্মী।

উনবা খূদিংদা লাইদু কনাগীনো হং-হংদুনা চৎলম্মী অদুবু লাইদুদা য়েক্লিবদু খঙবা মী অমফাওবা থেংনরমদে। চহী অমা ফাওবা থিবা ফংদ্রবদা নীংবা কায়রে। নোংমদি য়াম্না থাপ্লবা শকখঙদ্রবা লৈবাক অমদা থুংলুরে। মফমদুগী মীওই খূদিংনা অয়েকপা লাইদু খঙলম্মী। মহাক হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদে। পূম্নমক্লা য়াম্না থাজনা হায়রে– মসি তশেঙনা ঐখোয় রাজকুমারীগী অশেঙবা লাইনি। মহাক্তি পুন্সি চূপ্পা লুহোংলবোই ৱাশকখ্রবনি।

মন্ত্রীমচাদো পূমঙক ঙকখি– 'পুন্সি চূপ্পা লৈশাবী, অদুক কিবা ৱাশক্তি মাদি করিগী লৌরুরিবা।' মখোয়না হায়রম্মী– 'মাগী মমা-মপা ওইরিবা লৈমা নিংথৌফাও খঙবা ঙমদে।'

. মন্ত্রীমচাগী থৌনা পূম্বা মাঙলুরে, করিগুম্বা মহাক্লা লুহোংদনবা ৱাশকখ্রবদি রাজকুমারগা লুহোংনবা মতৌ করম্না য়াহনগদগে মসিগীদমক মহাক য়াম্না ৱাবম্মী। মফমসিগী মীওই অমত্তসু খঙনবা লৈতে। অদুবু থৌনা হন্দে করিগুম্বা অমা তৌদুনা রাজকুমারীগী মনাক য়ৌদবা য়াদে। কোনুংময়াদা য়ূম অমা ভারাদা লৌরে, নুমিৎ চূপ্পা মচু অমদি ব্রশনা লাই য়েক্তুনা লৈবদু কোনুংদগী তশেঙনা উরম্মী। তপ্ন-তপ্না কোনুংদা অতোপ্পা লৈবাক্কী নুপীমচাদুগী মরমদা খঙনিংবা হেনগৎলক্লে। নিংথৌনা মাগী অয়েকপা লাই য়েংনবগীদমক কোনুংদা কৌহল্লম্মী। মদু উরুবগা নিংথৌ য়াম্না হরাওরম্মী। অয়েকপা লাই লয়বম্মী অমসুং অনৌবা শারিবা কোনুংদা লাই য়েক্লবা হায়রম্মী। মদু রাজকুমারীগীদমক শারিবনি। মরকসিদা কয়ারক হন্না রাজকুমারীবু উরম্মী, অয়েকপা অদু মহাক্কীনি হায়বসি থাজরম্মী অমসুং লাইদু উরগা রাজকুমারী জ্ঞান মাঙলম্মী।

অনৌবা কোনুংগী ফক্লাংদু লোইরবদা মন্ত্রীমচানা মখল কয়াগী লাই য়েক্লম্মী। মনুং অমসুং মপানগী লিকং শাবা মাঙ্গোলগী ফক্লাং অয়েকপা লাইতনা লৈতেংলম্মী।

নিংথৌ অমসুং ফম্নাইবশিংনা মাগী থবক য়েংলৈ। মাগী হৈশিংবদুদা পূক্নিং তিংনা থাগৎলম্মী। লাই খুদিংগী অঙকপা ৱাহন্দোক লুনা লৈরম্মী। মদু খুদিংমক মাগী লোন্দা শন্দোক্লা তাক্লম্মী।

য়েক্লিবা লাই খুদিংদা কোনুংগী অমা নৎত্রগা অমদি য়েক্লম্মী মদুদা রাজকুমারীগী মরূপশিং, মনাইনুবীশিং য়াওরি। ময়ামসিগী মরক্তা রাজকুমারীগী লুহোংদবগী ৱাশক্তুগী মরম খঙবা অমা নৎত্রগা অমদি শোয়দনা য়াওরমগনি খল্লম্মী মরমদুনা মখোয়গী লাই য়েক্লিবনি মহাক্কী লাই য়েকপা হৈবা অমসুং কলাগী গুণনা মখোয়গী থম্মোয় জয় তৌরম্মী। অদুনা মঙোন্দা অরোনবদু তাকথোক্লক্লে। রাজকুমারীনা উমংদা অঙকপা দৃশ্য অমা উরকখিবদুদগী নুপা হায়বসিদগী পূক্নিং লয়থোকখিবনি। মসিমক্তি মানা খঙনিংলিবসু। মহাক্না ময়ামগী ফমফমগী ফক্লাংদা দৃশ্যদুগী ওন্ন-তৈনবা লাই অমা য়েক্লম্মী।

লাইদুদা লাবগী অরেপ্পা পূকচেল অমসুং অমোমগী তথক-তথকপা মতৌ য়েক্লম্মী। কাংঙা কাংঙা অমোমগী মহুত্তা শজি শঙাই ওইনা য়েক্লম্মী। রাজকুমারীগী মহুত্তা চাংদম্নিংঙাই লৈতনা ফজরবা মগুণ লৈরবা রাজকুমারগী শক্তম য়েক্লম্মী। অসিগুম্বা মতীক মথৌনা লৈরবা রাজকুমারনি মাবু উবদা নুপী ওইবী খুদিংমক্লা থম্মোয় পীথোক্লিংবগী শক্তমনি য়েক্লিবদো।

লাই য়েকপা লোইরগা মহাক্কী লোয়নবীশিংগা মঙোন্দা লাই য়েংনবগীদমক্তা হায়জবা য়ানরম্মী। নুমিৎ খরনি মতুংদা রাজকুমারী লাই য়েংবা লাক্লম্মী। মহাক য়াম্না হবাওনা লাই খুদিংমকপু পূক্নিং চঙনা য়েংলম্মী। কলাকারবু থাগৎলম্মী। মমৈদা শজি-শঙাই অমদি রাজকুমারগী অয়েকপা লাইদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মীৎ কুপ্পুনা য়েংদুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক লেপ্পুনা খল্লগা লাইয়েকপীদুদা হংলকখি— 'লাইসিগী ৱাহন্দোক করিনো? মন্ত্রীমচানা তাঞ্জাদুগী খুদোংচাবদু মাঙহল্লমদে।' রাজকুমারী লাইসিগী হৌরকফম ঐখোয় লৈবাক্কী রাজকুমারগা লোয়ননা থোকখিবা অশেঙবা থৌদোকনি। মহাক্না শা তানবা চৎপদা উমংদুদা মৈবীলক্তা দৃশ্যসি উবকখি। মসি উরুবদা অমোমগী অরেপ্পা লৈতবা অমদি লাবগী অনীংবা হোংদববু থাজবা পোকখি। মসিদা অদোম্না পূক্নিং চঙদবদি য়াই অদুবু ঐখোয় লৈবাক্কী অৱাবগী মরুনি। মসিদগীনি রাজকুমারগী পুন্সিদা অহোংবা লাকখিবা। মসিগী মতুংদা মহাক নুপীশিংদগী আশা পূম্বা থাদোকখি অমসুং লুহোংবা য়ানিংখিদ্রে। সিংহাসনগী মপু অমসুং ৱায়েন থৌদাগদৌরিবা রাজকুমারগী ৱারেপসিদা ঐখোয় লৈবাক্কী প্রজা পূম্বসু ৱাখি। ফম্নাইবশিংসু ৱারে। মসিদা

করি তৌগদবনো হায়বা কনাসু করিসু খঙদে।

রাজকুমারীনা চৈরকসিদা লাউরকখি– "কয়াদা ঙকখ্রবনো? লাবনা হেন্না থাজনিংঙাই ওইরবা অমদি অমোম্না লৌনম হৈরবা? মসিগী ওন্নবদা ঐনা খল্লিবা থৱায় পানবা খূদিংমক (লাবা) নুপা ওইবশিংসে মীনম্বনি, নমথাক হৈবনি অদুগা হৌজিক উরে মসিগী নাকল অনী লৈ, ঐনা থৌদোক অমখক উরুবনি অমসুং খন্থদনা ফিরেপ লৌখি, মসিদা অমুক হন্না খন্থবা তারি।"

মন্ত্রী মকোক্কী মচানা হায়রম্মী– "ঙসি ঐহাক কয়াদা নুংঙাইরবা, অদোম মসিগী চাংদম্বা ঙম্বীরোই, করিগুম্বদা ঐখোয় রাজকুমারসু মশাগী অশোয়বা উবা ঙম্লবদি...। অদুবু য়াম্না মনুং কল্লি।" কনাগুম্বনা মঙোন্দা হায়রুগদবনি মতমদুদা ঐগুম্না মহাক্কী পূক্লিংসু হোংবা য়াই। মহাকসু ঐগী থৌদোকসিনা পারা অমা ওইবসু খঙদে। মহাক্না চিংনবা লৈতনা ঐগী ৱারীসি নৈনরুবা য়ানি। তশেঙনা মহাক্কী পূক্লিংসু হোংবা য়াই।"

খল্লুবদগী হেন্না মহৈ য়াল্লবসিদা মন্ত্রীমচাদু থম্মোয় চোংবা হেনগৎলক্লে। "মসিদগী হেন্না নুংঙাইবা ঐগীদমক্তি করি ওইনি। তশেঙনা য়ূম য়ৌরগা মঙোন্দা ৱারী তৌরুনি।"

নুমিৎ খরনি মতুংদা রাজকুমারীগী লুহোংদবগী ৱাফমদু থাদোক্লে হায়বসি খঙনরক্লম্মী। থুনমক মাগা লুহোংবা পাম্বা মীওইশিংনা চীক্না চায়না ঙম্লমদে। অদুবু মহাক্না অদোমদা পূক্লিং চঙলমদে। মখোয়গী মরক্তগী কনাবুসু পান্লমদে। মদুগী মরমদা মন্ত্রী মচানা য়েকপা লাই য়েংবা, মদুগী মরমদা ৱাবী শানবনা হেন্না পূক্লিং নুংঙাইজবম্মী। রাজকুমারগী মরমদা খঙনিংবগী অরোইবা লৈতে মাবু পামজবা নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লে।

মন্ত্রী মচানা মখা কৰি তৌগদবনো হায়বা মুন্না খঙজৈ। রাজকুমারগী নুপা ওইবগী মতীক মগুণ ফোঙদোকপা মখলগী ৱাবী লীদুনা হৌগৎলক্লিবা মৈরীদো মৈচাক হাপ্লম্মী। মহাক্কী শৈথাবদু কয়া মগুণ লৈবগে হায়ববু নোংমদি রাজকুমারীনা মহাকপু উননিংবগী অপাম্বদু ফোঙদোক্লক্লে।

মন্ত্রীমচানা অসিমকি পাল্লিবনি অদুনা মরমদা চৎলগা মখোয় রাজকুমারদা মহাক্কী ৱারী তৌরুগনি। য়ারিবমখৈ মাবু থেম্নবা হোৎনগনি অমসুং রাজকুমারীগা উননবা ইনশিনগনি।

ময়ূম হেক য়ৌবগা মপা অমসুং রাজকুমারদা মহাক্কী মায় পাকপগী মরমদা ৱারী তৌরম্মী। মসি তাবদা হরাওরম্মী। অহল ওইরবা মপানা মাবু কোনবীরম্মী অদুগা

হায়রম্মী— "নহাক্তি ঐগী থৱায়বু কনবীবনি।" রাজকুমারনা খূদোলপোৎ পীদুনা মাবু ইকায় খুম্নরম্মী। মহাক্না চৎনবা শেম শাবদা নোংমা ফাও পন্থরমদে। মনাই মশন পুদুনা অয়েকপা লাই্ রাজকুমারীগী লৈবাক তম্না খোঙশাল্লম্মী। মসি হায়বগী কান্নবা লৈত্রে। থুনমক রাজকুমারীনা মহাকপু মাগী পুন্সিগী মরূপ ওইনা য়াজরক্লে। অনীগী লুহোংবগী হরাও কূম্মৈদা লৈবাক অনীনা পৈশাসে ঈশিংগুম খরচ তৌনখি।



কন্নড় ফুঙ্গা ৱারী

## লৈ শাৎপা উপাম্বী

লৈবাক অমদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মচানুপী অনী অমসুং মচানুপা অমা পোক্লম্মী। মচানুপী অহলদু লুহোংবীখ্রে মকু ময়ূমদা লৈখ্রে।

শহরদুমক্তদা হনুবী অমা মচানুপী অনীগা লোয়নননা লৈরম্মী। মীগী কোনফেং-ৱাইফেং তৌদুনা মহাক অমদি মচাশিংগী মবুক থাক্লম্মী। মচাশিংদু লৈশাবী ফারক্লবদা নোংমদি মনাওনা মচেদা হায়রম্মী– "ইচে, ঐ ৱা অমা হায়গে, ইমানা ঐখোয়গীদমক কয়াম কুইনা ৱাখিদৌরিবনো? ঐ ইমাগী মতেং পাংনীংই। ঐ লৈ পাম্বী ওল্লগে, নঙ মদুদগী লৈ হেকউ, মদুদা পৈশা ফংবা ঙমগনিয়ে।"

"করি ৱানো অদুবো? নহাক লৈ পাম্বী করম্না ওনবা ঙমগদৌরিবা," মচেনা হংলকখি।

"মদু ঐ কোয়া তাক্কে, অহানবদা নহাক যূমসে মপূং ফানা শিৎতোক-তৈথোক্লো অদুগা গুহাদগী ঈশিং পুন অনীদং শোক্লু, মদুদা খুজিন্না থেংদনবা চেকশিল্লু।"

মখোয় যূমগী মমাঙদা হৌরিবা উপাম্বী মখোঙদু শেংদোক্লে মনাওনা হায়রম্মী,

"ঐ ধ্যান তৌদুনা ফমগে চফূসিদগী ঈশিংসি লোইনা ঐঙোন্দা হৈথরকউ, ঐনা লৈ পাম্বী ওল্লনি, হেক্লিংবা লৈ মখৈ হেকউ তৌইগুম্বশুং মশা অমা তেকহনবা, মনা অমা শেগাইহনবদি য়াদেকো! লৈ হেক্লবা মতুংদা অতোপ্পা চফূগী ঈশিংদু হৈথরকউ, ঐ অমুক নুপীমচা ওল্লনি।"

মসি হায়রগা খোঙ্গ্রাই চন্দুনা ধ্যান তৌবা হৌখ্রে। মচেনা অহানবা চফূগী ঈশিংদু লোইনা হৈথরম্মী, মনাওদো কোয়না শন্দোক্লবা লৈ পাম্বী ওল্লে, মচেনা য়াম্না চেকশিন্না লৈশিংদু হেক্লম্মী। পোলাং অনী/অহুম হেক্লবা তুংদা অতোপ্পা চফূগী ঈশিংদু লৈ পাম্বীদা হৈথরম্মী। লৈ পাম্বীগী মহুত্তা মনাওনুপী ওইনা ফমদুনা লৈরে। মশম কম্ভোক্তুনা হৌগৎলক্লে। লৈ পোলাংশিংদু পুদুনা ইমুং চঙলম্মী। লৈনমদি অঙকপা ফংনা নুংশিরম্মী। মদুগী পরেং লেংলে।

মচেনা হায়রম্মী, "ঐ মসি কদায়দা য়োল্লুনি।"

"ইচে মদু কোনুংদা পুরগা করিগী চৎত্রিবনো? মফমদুদা মমলসু মতীক চানা ফংগনি। ইমানা ঐখোয়গীদমক করম-করম্বা থবক শূরিবনো? পৈশা তূংশিল্লগা ইমাদা পীরবদি মহাক ঙক্কনিকো।"

লৈ পরেংশিংদু পুদুনা কোনুং মমাঙদা চৎলম্মী অদুগা লাউরম্মী – "লৈ লৌরো, লৈ পরেং ফজবা, মনম নুংশিবা লৈ।" রাজকুমারীনা মীহুৎথোঙদগী মাবু উবদা 'ইমা ইমা লৈশিংসিগী লৈনমসে কয়াদা নুংশিখ্রবনো, নুংশিদরা? ঐগীদমক খরা লৈবীয়ু,' মমাদা হায়রুই।

"ফৈনা, লৈ য়োনবীসে কৌরকউ।"

মহাকসু লৈ য়াম্না পাম্লম্মী।

রাণীনা হংলম্মী, "হায়য়ু, লৈ পরেংশিংদুগী মমল কয়া লৌগনি ?"

লৈ য়োনবীদুনা খুম্লম্মী, "ঐখোয়দি লায়রবনি, অদোম্না পীবিনিংবা হেক্তা পীবিয়ু।"

রাণীনা শেলয়েক খূবাম অমা পীরগা লৈশিংদু লোইনা লৌরম্মী।

ময়ূম য়ৌরগা মনাওনা হায়রম্মী, "ইচে, ইমাদা তাক্লুখিনুকো। মদু কদায়দনোমা লোত্তুনা থম্মু, কনাদসু হায়দোক্কনুকো।"

মতৌ অসুম্না নুমিৎ মঙানি চূপ্না লৈ য়োল্লে। শেলয়েক খূবাম মঙা লৈরে। মচেনা "হৌজিক্তি ইমাদা শেলয়েক্কী মরমদু হায়দোক্লগে" হায়রম্মী। মনাওনা হায়রম্মী, "নত্তে, নত্তে ইমানা ফূগনি।" পৈশা তূংশিনবদা মখোয় হরাওরম্মী, পেঞ্জরম্মী।

নোংমদি রাজকুমারনা লৈশিংদু উখ্রে মদুগী মনম চাংদম্মনিংঙাই লৈতে। অদুগুম্বা লৈ কৈদৌঙেদসু উখিদ্রি। মহাক খঙনিংবনা লাকহৎলম্মী– "করম্বা লৈনো, কদায়দা হৌবজাৎনো, করম্বা পাম্বীদা শাৎলিবনো? কনানা পুরক্লিবনো?" নোংমদি মহাক্না লৈ পুরকপীদু উরম্মী অমসুং মাগী মতুং ইন্ননা য়ুম ফাওবা য়ৌরক্লে। মফমদুদা লৈ শাৎপা পাম্বী অমফাওবা উবা ফংদে, অমুক হন্না লাকপদসু লৈসি কদায়দগী হেক্লুরিবনে হায়বসিদা খন্দুনা লৈরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা মল্লিঙেদা হৌগত্তুনা লাক্লম্মী, হনুবীগী য়ুম মমাঙদা হৌরিবা উ পাম্বী মথক্তা লোৎলম্মী। নুমিত্তু নুতিগী মতৌগুম মচিন-মনাওনা শীৎ-শেংদোক্তুনা তরু-তনালহল্লে, মহৌশাগুম মনাওদু লৈ পাম্বী ওল্লে, লৈ হেক্লগা অমুক হন্না নুপীমচা ওল্লক্লে। রাজকুমারনা মসি পূম্নমকসি মমীৎমক্না উখ্রে।

কোনুংদা হল্লক্লগা মায়থোঙ মকশিন্না হীপ্তুনা লৈরে। নিংথৌ অমসুং মহারাণীনা মনাক্তা লাক্তুনা নীংবা কায়রিবদুগী মরম হংবদা করিসু খুমদনা তুমিন্না লৈরে। মন্ত্রীমচানা মহাক্কী মরূপনি। মহাক্না হায়রে– "করি তৌরে, কনাগুম্বনা করি হায়বনো নঙনা করি পাম্লিবনো? ঐঙোন্দা হায়য়ুদনা।"

রাজকুমারনা লৈ পাম্বী ওনবী নুপীমচাদুগী মরমদা তাক্লম্মী।'বস' অদুগী ওইরে, মন্ত্রীমচানা নিংথৌদা তম্লুরে। নিংথৌনা মন্ত্রীদা হনুবীদু লৌরুনবা য়াথং পীরম্মী। শেগায়রবা, মল্লবা ফি শেত্তুনা কিবনা থক-থক নীক্লবা হনুবীদু লাক্লম্মী অদুগা থোঙয়াদা লেপ্লম্মী। কয়ারক হায়রবা মতুংদা মহাক মখাদা ফল্লম্মী। নিংথৌনা মঙোন্দা কিনবগী মরম করিসু লৈতে হায়রম্মী অদুগা মখা শমথরম্মী– "নঙগী নচানুপী অনী লৈবদো ঐখোয়দা অমা পীরোদনা।" মদু তাবদা হনুবীদো কিবনা মচু ওল্লক্লে। খল্লি– নিংথৌনা মখোয়গী মরমদা কবম খঙলিবা? কিনা কিনা হায়রক্লে, "অদোমগী অনীংবনি মহারাজ, ঐগুম্বী লায়রবী হনুবীগীদমক মচানুপী পীবা অরুবদি নত্তে।"

নিংথৌনা ৱা লোইনবগী হৌনবী লুপাগী শেম্পাক্তা পান-মতপ পীরে, মদু লৌনবা থৌনা লৈরমদে, হনুবীদো। নিংথৌনা হন্না-হন্না হায়রবদা পান-মতপ লৌজবা তারে। মদু লৌরগা ময়ুমদা লাক্লে।

হেক য়ৌবগা শুমজীৎ পায়খৎতুনা মচানুপী অনীদু ফূরম্মী অমদি চৈরক্লম্মী, "হূইনাউবী অনী, কদায়-কদায়দা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরুরিবনো? মহারাজনা নখোয়গী মরমদা হংলকই, নখোয় কদায় চৎলুই?"

তোল্লবী নুপী মচাশিংদু করি তৌববনো হায়বা খঙজবা ঙমদে। "ইমা ঐখোয়না

করি তৌখ্রবগে, অসুক থীনা ফূরিবসিবো?

"ফূদদি করি তৌরুনি, নখোয় কদায় চৎলুই। করম্না মহারাজনা নখোয়গী মরমদা খঙলিবনো?"

হনুবীদো অশাওবা নেমদ্রে। অকি-তুজুংলবী নুপীমচাশিংদুনা মখোয়না করি তৌরিবনো হায়বদো তাক্লে, মতৌ করম্না মনাওনা লৈ পাম্বী ওল্লগা লৈদু পরেং লেংদুনা মচেনা করম্না য়োল্লুবা!, মমাবু ঙকহন্নবগীদমক শেলয়েক খূবাম মঙাদু পুথোক্তুনা উৎলে।

"ঐহাক শিখ্রবরা? ঐমক লৈনা-লৈনা করিগী অসুম তৌরিবনো? মীওইবনা করম্না লৈ পাম্বী ওল্লিবা, হৌজিকমক ওন্দুনা উহল্লু? মমাগী অশাওবদু নেমথনবা মচা অতোনবীদুনা পূম্নমক উত্তুনা খঙহনবা তারে। মমাগী মমাঙদা লৈ পাম্বী ওল্লে অমুক অশেঙবা শক্তমদা হল্লক্লে।

মথংগী নুমিত্তা হনুবীদু কোনুংদা কৌরক্তুনা চৎলে-- "করম্না ঐবু নীংশিংবীরক্লিবনো? পূম্নমক য়োকপিরিবা মপু।" নিংথৌনা লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্লবা ব্রা হৌদোক্লম্মী।

"ঐনা করি হায়গনি, মহারাজ অদোম্না ফনি খনবীরগা লোইরে," হনুবীদুনা হায়জরম্মী।

অফবা নুমিৎ অমদা লৈ পাম্বী ওনবগী বিদ্যা খঙবী নুপীমচাদুগা বাজকুমাবগা লুহোংলে। কৃম্মে লোইববা মতুংদা বব-কন্যা কা অমদা থল্লম্মী। মখোয় অনী অমনা অমদগী থাপ্না অদুম লৈনবি, অহীং অনী হৌখ্রে। কন্যানা খল্লি ববনা করিনো খরা হায়রক্কনি। বরনসু খল্লি— কন্যানা খবা হায়রক্কনি। অসুম্না মখোয় অনীং অহীং কবিমত্তা ঙাঙনদ্রে। অহুমশুবা অহীংদুদা কন্যাগী খাঙবা ঙম্বগী শক্তি লোইখ্রে। অদোম্না হৌজিক ফাওবা ঐঙোন্দা ব্রাহে অমত্তসু ঙাঙবিদ্রিবসিবু কবিগী লুহোংবিবিবনো? মমৈদা হংলক্লে— অসুম্না লৈবসিদা নুংঙাইবিবগীদমক্তা লুহোংবিরিবসে?

বরনা হৈনীংনা খুম্লক্লে— "ঐনা হায়বা খূদিং তৌরবা মতমদা ঐ নঙোন্দা ঙাঙগনি।"

"ঐহাক অদোমগী ব্রা থৈদোক্কনি হায়বসি করম্না খল্লিবনো? হায়বিয়ু অদোম করি পাম্বীবগে?"

"নহাক লৈ পাম্বী ওনবগী বিদ্যা খঙইদনা, খঙবা নৎত্রা? ঐঙোন্দসু ওন্দুনা উৎলু। ঐখোয় অদুগুম্না লৈশিংদুগী ফমুংদা তুমগনি অমসুং লৈশিংদুনা ইশাবু

কূপশিঞ্জগনি, মদুদা কয়াদা নুংঙাইগবা?

"ইপু ইবুংঙো ঐ হিংচাবী নত্তে, লাইরেম্বীসু, ঐ অতোপ্পগুম অচম্বা নুপী অমনি, মীওইবনা উ পাম্বী করম ওনবা ঙমগনি। কন্যানা য়াম্না নোল্লুক্না হায়রক্লম্মী।

"শাশিন্নগনু ঐহাক মীনম্বসে শাউনিংই, ঐ ইমীৎমক্না নঙনা উপাম্বী ওনবা উরবনি অদুগা নঙ ঐগীদমক লৈ পাম্বী ওনবা ঙমদ্রবদি কনাগীদমক ওনগদৌরিবনো?" বাজকুমারনা শাউনা হায়রকখি।

কন্যা ফিজিনা মপি তৈথোক্লে। "শাউবীনু, অদোম্না পাম্বীরবদি মদু ইনবা তাবনি, ঈশিং চফূ অনীদং পুবিরকউ।"

ঈশিং চফূ পুরক্লবদা মন্ত্র শোল্লম্মী। মরকসিদা রাজকুমারনা কাগী থোঙ, থোঙনাও লোনশিল্লম্মী। কন্যানা মখা শমথরম্মী, "অপাম্বা লৈমখৈ হেকপীয়ু অদুবু অতেক অকায় থোকহনবীরোইদবনি।"

বরদা করম্বা মতমদা চফূগী ঈশিং হৈথগদগে হায়বদু তাক্লম্মী। ৱাফমসি খঙলবা মতুংদা কন্যদা ঈশিং চফূ হৈথরম্মী। মহাক লৈ পাম্বী ওল্লে, কাদু লৈনম্না পূমথন থল্লম্মী। রাজকুমারনা মপূক্লিং পেন্না হেক্লগা অতোপ্পা চফূগী ঈশিংদু হৈথরম্মী। উ পাম্বীদু অমুক কন্যাগী শক্তম লৌরক্লে, মশমদগী ঈশিং কম্থোক্লগা নোক্তুনা হৌগৎলক্লে। মখোয়না ফমুংদা লৈ চাইথোক্লগা মশাবুসু লৈতনা কূপশিঞ্জদুনা তূমথখি। অসুম্না নুমিৎ খূদিংগী তৌবসিনা লৈমন চল্লবা লৈশিংদু মীহুথোঙদা লংথরম্মী। মীহুৎথোঙ মখাদা লৈগী চীংদুম পৈরম্মী।

মচন নুপীনা নোংমদি খুইরবা লৈগী মপৈদু থেংনরুরে। রাণীদা হায়রম্মী, "য়েংউ ইমা, য়াম্বুং অমসুং ইনম্মনা লৈ ময়ামসে করি তৌরিবনো খঙদে, মখোয়না হুন্দোরকপা লৈতনা চীংদুমগুম পৈরে অদুগা ঐঙোন্দদি অমফাও পীবিদে।"

রাণীনা থেমজিল্লম্মী, "করিসু খল্লুনু, নঙোন্দা খরা পীনবা হায়গে।"

নুমিৎ খরনিগী মনুংদা রাজকুমাবীনা লোন্না য়েংদুনা লৈগী লীখুল খঙদোক্লে, নোংমদি ময়াম্বুংনা মপান চৎথোকখিবঙে মমান্নবীশিংদা হায়রম্মী, "লৈহাও লৈবেন হৌবী লৈকোন্দা থৌরী হাইবী শান্নরুসি ইনম্মগা লোয়ননা। মহাক লৈ পাম্বী ওন্নবা বিদ্যা হৈ, করিগুম্বা লাক্লবদি লৈদু পীগনি মদুগী লৈনমদি অঙকপা ওইনা নুংশি।"

মমাদা হংলম্মী, "ইমা ইনম্মবু পুদুনা থৌরী হাইবী শান্নরুগে।"

রাণীনা হায়রম্মী, "চৎলু, মসিদা হায়নবগী করি লৈবনো?"

"ঐহাক ইতোমতা নত্তে, ইনম্মবুসু ঐখোয়গা লোয়ননা থাবিয়ু," মচানুপীনা

মখা তারম্মী।

"ঐনা কৈদৌঙৈ য়াখিদবগে অদুগা নয়াম্বুংদদি হায়রম্মু।"

মতমদুদা রাজকুমার লাক্লম্মী। মচননুপীনা হংলুই, "য়াম্বুং, ঐখোয় লৈহাও লৈরেন হৌবী লৈকোন্দা থৌরী হাইবী শান্নবা চৎকদৌরি, ইনম্মবুসু চৎমিন্নরুগে?"

"মদুদা ঐ করি হায়বগে? ইমাদা হংউ।"

রাণীদা ৱাকৎলম্মী, "ইমা, য়াম্বুংনদি নঙোন্দা হংউ হায়। নঙনা ইনম্মবু থাদোকপা পাল্লিরোই অদুনা শেমজিল্লিবা ওইরিনি। নঙগীদি নমৌনা পূন্নমক্লি, ঐদি করিসু ওইদ্রবনি।"

"করিগী অদুক চাওখৎতবা ৱা ঙাঙলিবনো? ফরে মৌবু পুদুনা চৎলু, মাগীদমক খল্লু, নুমিৎ তাদ্রিঙৈ হল্লকউ।"

চৎহন্নিংদ্রবসু নুপীমচাশিংগা লোয়ননা থারম্মী। পূন্নমক লৈহাও লৈরেন হৌবী লৈকোন্দা থুংলুরে। উপাম্বীদা থৌবী পুন্দুনা হরাওনা হাইদুনা শান্নরম্মী। খঙহৌদনা রাজকুমারীনা থৌরী হাইবী লেপ্পবা হায়দুনা পূন্নমকপু কৌরক্লম্মী। মনম্মদা শেম-শাদুনা ঙাঙলম্মী, "ইনম্মা, নঙ লৈ পাম্বী ওনবা ঙম্বা নৎত্রদো? য়েংউ, কনামত্তগী শমজীরৈ থেত্তরে, নাচোমসু অমত্তা চিন্দরে।"

"মকোক মমৈ খঙদবা ৱাদু কনানা নঙোন্দা হায়রক্লিবনো? ঐহাকসু নঙগুম্না অচম্বা নুপীনি, অঙাওবগুম ঙাঙলিবা করিগীনো?"

মচন্না মদুগী চপ চাবা পাউখুম পীরক্লে, "মমল কাহল্লিবরা? ঐ পূন্নমক খঙই, ঐগী ইমান্নবীশিংগী নাপ্পদা লৈ চিন্দে মরমসিনা ইনম্মদা হায়রিবসিনি, নঙনা লৈ পাম্বী ওল্লবদি ঐখোয়দা লৈ পীয়ু হায়বসিদা য়েংউ কয়াদা নাপল তৌরিবনো? নঙ ঐখোয়গীদমক লৈ পাম্বী ওনবা পামদে, করিগীসু ওল্লুনি, কনাগীদমক, মদুদি নঙগী চান্নজবগীদমক্তা থল্লিবা নৎত্রদো?"

"এ, এ মদু হায়বদা ইকায়বা লৈত্রবা? ঐহাক মফমসিদা লাক্লমদবনা ফরম্বনি।" মনম্মনা খোয়শাওননা হায়রম্মী। অদুগা লৈ পাম্বী ওন্নবা শেম শারম্মী। ঈশিং চফূ অনী লৌহল্লুবে মদুদা মন্ত্র শোল্লে। মতৌ করম্না, করম্বা মতমদা ঈশিং হৈগনি হায়বদু তাক্লম্মী। ধ্যান তৌদুনা ফল্লে, জ্ঞান তাদ্রিবা নুপীমচাশিংদুনা ৱাফমদু মপূং ফানা তাখিব্রা তাখিদব্রা? মখোয় খরনা থিংঙাও লৈঙাও হৈথরকখি। মহাক লৈ পাম্বীদি ওল্লে, মপূং ফাদরে।

নুমিৎ লৈথরক্লে, খঙহৌদনা নোং চুবা হৌরক্লম্মী, নোংথাঙ খাক লাউবা মরক্তা

লৈগী মিহৌবনে, ময়ুম চৎনিংবনে অমনা অমগা থেংজিন্নদুনা লাক্ল-ফানবদা লৈনাশিং খরসু তেকথখি। থুনা থুনা য়ুম হন্নিংবগী লাঙবনা অনীশুবা ঈশিং চফূদুসু ঙাইঙমদনা মওং চাদনা লৈপাম্বীদা হৈথরকখি অদুগা চেন্নখ্রে। মহাক অমুক হন্না নুপীদি ওল্লে, হকচাং তংখায় অমদি অশিবা ওইরে।

নোংজু থাগী অকনবা নোংলীক্লা য়েবদা উপায় লৈতনা নাহেদুনা লৈরে। কন্না চুরিবা নোংগী ঈশিংনা মাবু নালাদা চেন্থরে, তাউদুনা ফনা শাংনা চৎলগা মফম অমদা পন্দুনা লৈরে।

মথং অয়ূক্তা লশিং শনগাড়ী তরেৎ নিপাল থৌরক্লে, গাড়ীৱালা অমনা নালাদগী কনাগুম্বগী নাশোন তারম্মী, মপাঙশিংদা তাক্লুবদা হায়রকখি, "এ লৈরসনু, নুংশিৎ শীৎপদুদা থোকপা মখোল্লা নৎত্রগা ভুটকী, কনানা খঙবা অদুবু মমৈথংদা গাড়ীৱালাদুনা খাঙবা ঙমদে, নালাদা য়েংলম্মী। মফমদুদা মানা মওং কায়রবা, তঙ্খায় শিরবা হকচাং অমা উরক্লে। মমায়গী শকফম কায়দে, নুপীগী মায়থোঙনি, মফি য়াওদে।

"ইন্থোকপনিদা তোল্লবীসে," মহাক্লা অৱাবগী লোয়ননা মশাগী কোকয়েত্তুনা য়োমশিন্দুনা মাগী গাড়ীদা থাঙ্গৎতুনা পুরক্লে। শহর অমদা গাড়ীশিংদু খাম্মী। য়ুম অতেক-অকায় অমগী মাঙ্গোলদা ইরেন থাংথদুনা থম্বীরম্মী। সোমদা লাকপা মীওইশিংনা নঙবু চানবা পীবিগনি মদুনা চাদবদগীদি শিররোই। মাসু মপাঙশিংগা লোয়ননা চৎখ্রে।

কোনুংদা বাজকুমারী মথন্তা লাকপা উবদা রাণীনা হংলম্মী, "মৌদি কদায় লৈহৌরে, নয়াম্বুংনা করি হায়নি।" মচানুপীনা ঙম্ন-ঙম্নবা খুম্লম্মী, "ঈশ্বরনা খঙলিনি, মহাক কদায়দা লৈহৌরিবা, ঐসু য়ূমদা লাক্লে, মহাক লম্বী খঙদব্রা?"

রাণী কুচু তাইফেৎ তাইখ্রে। "করি হায়রিবনো নয়াম্বুংনা ৱা থোক্লৰ্বনি, ঐঙোন্দা হায়য়ু করি তৌরবগে?" মচানুপীনা মপূক্লিংদা লাকপমখৈ হায়রে। রাণী করিসু হায়বা ঙমদ্রে। মহাক চিংনবা লৈ। মচানুপীনা করিগুম্বা খরা তৌখ্রব্রা? য়াম্না কুইনা ঙাইহরবগী তুংদা রাজকুমার মমাগী মনাক্তা লাক্লম্মী।

"ইমা, ইমা।"

"করি তৌরে, ইবুংঙো।"

"অদোমগী মৌ কদায় চৎখ্রে।"

"মহাক রাজকুমারীগা লোয়ননা থৌরী হাইবী শান্নবা চৎখিবদো হৌজিক ফাওবা লাক্লিবা? 'হরে রাম' ঐদি মহাক নঙগী কাদা লৈরিনি খল্লিবনি অদুগা নঙনা ঐঙোন্দা

হংলিবসিদে?"

রাজকুমারনা মাগী নুপীদা করিগুম্বা খরা থোক্লম্বা য়াই হায়না খল্লম্মী। মহাক কাদা চঙদুনা, থম্মোয় কায়না হীপ্তুনা লৈখ্রে। নুমিৎ মঙানি হৌখ্রে। মাগী নুপীগী পাউ অমত্তা তাখিদ্রে। থিরুবা মীওই ফংদনা হল্লক্লে। অপঙবা নুপীমচাশিংদুনা পৃথ্বীদা নৎত্রগা নালাদা ইন্থবিখ্রব্রা? রাজকুমারীনা মাবু পামদবনি। কনানা খঙনি ফৎত্রবা নুপীমচাশিংদুনা করি তৌখ্রবা? মহাক্লা হন্না হন্না মমা-মপাবুংদা হংলম্মী, মনাইশিংদা হংলম্মী, অদুবু মখোয়না করি পাউখুম পীগনি। মখোয় মশামক ৱারিবনি অমদি অকি-তুজুং ফাওরিবনি। তৌফম খঙদনা নীংবা কায়বদগী মচু শঙবা ফি শেত্তুনা কদায়দা চৎলিবনো খঙদনা য়ূমদগী চৎখ্রে।

মরকসিদা ফীভম কায়রবা নুপীদো শহর অমদা থুংলুরে। মফমদুদা মনম্মা অহলদু লুহোংখিবনি। মনাইশিংনা ঈশিং শোকপা চৎপদা থেংনরম্মী। অমনা রাণীদা চেন্দুনা তম্লম্মী, "ইমা ইমা মহাক্কী শক্তমসে নচনুপীগা য়াম্না মান্নে অমুক্তং মীৎয়েং তাবিয়ু।" রাণীনসু উরে য়াম্না মান্নে। মনাই অমনা হায়রম্মী, "ইমা মহাকপু কোনুংদা থম্বীয়ু। য়ারবদি পুরক্কে, রাজকুমারীগুম মঙাল লৈনা উই।"

রাণীনা তপ্না হায়রম্মী, "মহাকপু ঐখোয়না চেকশিন্না য়েংশিনবীগনি অমসুং পীজ-পীথক্কদবনি।"

মনাই অমনা কিনা কিনা হায়রম্মী, "মহাক য়াম্না নুংশি। কোনুংদা থাউমৈগুম ঙানগনি।"

"য়ারে, নখোয়না পাম্লবদি পুরকউ অদুগা মাগী হোৎনরিঙৈদা কোনুংগী থবক লায়থোকপদি য়াদেকো" রাণীনা হায়বদু য়াজরম্মী। নুমিৎ খূদিং হীদাক-লাংথক তৈবী, তপ্না-তপ্না অশোকপদু ফরক্লে, মপূং ফাবা নুপী অমদি ওইদ্রে, মহাক্কী হকচাং তঙ্খায় অমদি হৌজিক ফাওবা য়াওদ্রি।

সোমদা রাজকুমার মফম খূদিং কোয়থি-থিরকপদা মচেগী থোঙ্গালদা থুংলুরে। মহাক অঙাওবগুম উরে, খদাংগী কোই অমসুং কোক্কী শম য়েৎশিন্নদুনা জতাগী মওং লৌরম্মী। ঈশিং শোকপা চৎথোক-চৎশিন তৌরিবা মনাইশিংনা মাবু উরে- চেল্লক্তুনা রাণীদা "ইমা ইমা কনানো অমা থোঙ্গালদা ফল্লি। মহাক তশেঙনা অদোমগী নৌপ্বাদু মাল্লি।" মহাকপু কবি তৌখ্রবা, সন্যাসী করম ওইখ্রিবা? ওইথোক্তবনি।

মনাইশিংনা মনুংদা পুশিন্নবা হায়রম্মী। "রাণীনা নঙবু উননিংই।"

মহাক্লা থৌওইদনা শোল্লকখি, "চেনখো মফমসিদগী মহাক ঐবু করিগী

উনগদৌরিবা?"

"নত্তে মহারাজ, তশেঙনা অদোমগা উনবা পাম্মী, ঐখোয় অদোম্বু লৌবা থারকপনি।" মনাইশিংনা হায়জবদগী মমৈদা মহাক কোনুংদা চঙবা য়ারম্মী। রাণীনা মাবু মুন্না য়েংলম্মী। মৌপ্পাবু শক খঙলম্মী। মাগী ইরুজনবা থাউ অমসুং ঈশিং শাহন্নবা য়াথং তৌরম্মী। মৌপ্পাবু য়েংশিনবা অমদি ওকপগী থবক মশানা তৌরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী অনৌবা মথেল পীজরম্মী অমসুং অহনবা মচু কয়াগী ফিজেৎ পীরম্মী অদুবু মচেদা ৱাহৈ অমফাও ঙাঙদে।

রাণী য়াম্না ঙকখি। "ঐনা নিংথৌগুম্না য়েংশিল্লি অদুবু করিগুম্বদা মহাক ঐঙোন্দা ৱা অমত্তসু ঙাঙদে, করি মরম লৈবনো, হেল্লোই নৎত্রগা লাই ফত্তবগী মায়াদি নত্তেকো?"

নুমিৎ খরনি মতুংদা রাণীনা ফজরবী মনাইনুপী তরেৎ অমগী মথংদা অমা মাগী কাদা থাজিল্লম্মী। মশা নোইরম্মী অদুবু অরেম্বনি মাগী থম্মোয় লেঙদে।

মমৈদা মনাইশিংনা থোঙ্গালদা থল্লিবা শকফম কায়রবা হকচাংদু লৈতেংবীরম্মী অমসুং নীংবা কায়রবী রাণীগী য়াথং মতুংইন্না মহাক্কী ফমুংদা ফম্লম্মী। রাজকুমারনা মীৎচিনফাওবা য়েংদে অমদি করিসু ঙাঙদে। অহীংদা খুয়াদা থল্লিবা মওং কায়রবা হকচাংদুনা মখোঙ নোইরকখি অমসুং অঙকপা মওংদা তেংথারকখি। মদুদা মহাক খঙহৌদনা হৌগত্তুনা য়েংলম্মী। মীৎ কৃপ্তুনা য়েংদুনা লৈরি। খঙলকখি— মসিদি ঐগী মাঙখ্রবা নুপীদুনি। রাজকুমারনা মঙোন্দা হংলম্মী, "নহাক খঙহৌদনা কদায়দা চৎলুরিবনো অদুগা নঙগী ফীভমসিনা মতৌ করম্না ওইখ্রিবা?" লৈ পাম্বী ওনবা ঙম্বী নুপীদুনা থামুক্কী মতুংসিদা ৱা ঙাঙলক্লে। ৱাফম পূম্বা তম্লম্মী। রাজকুমাবনা হংলম্মী, "হৌজিক ঐখোয় করি তৌগনি?"

"ঐখোয় শূপ্নগী হোৎনবদি তাই, ঐঙোন্দা ঈশিং চফৃ অনী পীয়ু। মদু খুজিন্না শোকহনবীরোইদবনি।

থুনমক ঈশিং চফৃ অনী লৌরুদুনা লৈ পাম্বী ওনবী নুপীদুনা মদুদা মন্ত্র শোল্লগা চেকশিনৱা হায়রম্মী, "চফৃসিগী ঈশিংসি ঐঙোন্দা হৈথরগা ঐহাক লৈ পাম্বী ওল্লনি, মদুদা মশা অতেক-অকায় ফজনা শেমজিন্দুনা পুনশিনবীয়ু, নৈথেল্লবা মনাশিংদু ফজনা ফীভম চুম্না শেমজিনবীয়ু অদুগা অনীশুবা চফৃগী ঈশিংদু লৈ পাম্বীদুদা হৈথবীয়ু।"

মহাক ধ্যান তৌদুনা লৈখ্রে। রাজকুমারনা অহানবা চফৃগী ঈশিং মঙোন্দা হৈথরম্মী। লৈ পাম্বী ওল্লে, রাজকুমারনা য়াম্না চেকশিন্না অতেকপা মশা অমসুং মনাশিং

নীংথিনা শেমজিন্দুনা পুনশিনবীরম্মী অদুগা লৈ পাম্বী অপূম্বদুদা চফূদগী ঈশিং তপ্পা তপ্পা হৈথবদগী লৈ পাম্বী ওনবী নুপীদুগী মপূং ফারবা হকচাং অমুক হন্না ফংজরে। মশমগী ঈশিং কম্বোক্তুনা লেপখৎলক্লে, মপুরোইবগী মখোঙদা তুরম্মী। মতুংদা মনম্মগী মনাক্তা চৎতুনা মাবু হৌদোক্লম্মী অমসুং মখোঙ শোক্লা খুরুম্লম্মী। ঙক্লবী রাণীনা কপ্পুনা কোনবীরম্মী। মৌপ্বা অমসুং মচনবু অহাওবা মথেল পীজে অমসুং মতীক চানা থাগৎলম্মী। বর-কন্যাগী মঙ্গলগীদমক ঈশ্বরদা খুরুমজরক্লে। হৎপ্তামুক মনাক্তা থম্লগা খূদোলপোৎ থল্লবা ষণগাড়ীগা লোয়ননা বিদায় পীরম্মী।

মাঙলুরবা মচা-মমৌনা অমুক হল্লকপদা নিংথৌ হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদে। মখোয়বু ওক্লবা শহরগী থোঙ্গালফাও চৎলম্মী। শামুদা তোংহন্দুনা শহরগী লম্বীদা মঙ্গলগী সভা যাত্রা থোক্লম্মী। যূম থুংলগা নিংথৌদা হৌখিবা ৱারী পূম্বা লীরম্মী। নিংথৌনা থুনমক অরুবা কোম তৌহল্লম্মী। মদুদা ধোল তরেৎ অশৌবা শুনু হৈথহল্লগা মদুদা মচানুপীবু লংথহল্লম্মী। অউবা-অতাবমখৈনা মপূক্লিংদা শোয়ে— মমৈদা পাপীদি মানা তৌজবা মহে ফংলিবনি।



তামিল ফুঙ্গা ৱারী

## লৈবাক্কী মনেম

মতম কুইরবগী ৱানি। মনেমগী হায়বা ইনবী মৌ অমা লৈরম্মী। মাগী পীক্তগী পীক্লবা অপান্না-অনীংবা অমবু থুংহন্নবগীদমক্তা চেকশিন্না হোৎনৈ। মনেম অমগী মগুণবু পূক্নিংদা থমজবগা ৱা য়াম্না ঙাওদে অয়াম্বা মতমদা খূদম চাংদম্না থবক তৌরম্মী। অয়ূক খূদিং মমৌনা মনেমগী নাক্তা লাক্লুনা হংলৈ- ঙসি চেঙ কয়াম থোংগনি? হনুবীদুনা ঙাইহাক ৱাফমদুদা খন্দুনা লৈরুনি অদুগা তপ্না খূৎ অমা থাঙ্গৎকনি। মৌনা মাগী য়াথং কোক নোয়া ইনগনি অমসুং খুইজিল্লবা খূত্তুগী মতুং ইন্না তেঙ্গোৎ অনী নৎত্রগা অহুম থোংনবা চাকশঙদা চঙখিনি।

নোংমদি মনেমদো নারে অমদি শিখ্রে। নহা ওইরিবা মৌদো কপ-কপ্লুনা অৱাবা পোপথোক্লম্মী। মনেম্মা থাদোকপদগী মহাক্কী পীক্লবা ইমুংদো করম পুগদগে খঙলমদে। হৌজিক মহাক চেঙ কয়াম থোংগদগে হায়দুনা কনাদা হংলুনি? অহীং নুংথিল চিংনবনা কোয়শিন্দুনা লৈরক্লে অমসুং ৱারেপ অমা লৌজবা ঙম্লমদে। মপুরোইবনা মহাক্কী মনেমগী ভক্তি উরুবদা হরাও-নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈরমদে। নুমিৎ খূদিংগী 'ঙসি চেঙ

কয়াম থোংগদৌনো?' হায়বা ৱাহংসিনা মপুরোইবদা অৱাবা অমা ওইরে। নুমিৎ খূদিংগী অরেম্বদা ৱাবসে কোক্লবা উপায় থিরম্মী। চফূ শাবা অমগীদা চত্তুনা মঙোন্দা মমাগী মীওইদুগী মূর্ত্তি অমা শানবা হায়রম্মী। মদুদা মমাগী মখূত্তো অমনা অনী থাঙ্গৎনবা হায়রম্মী অমনা অহুম। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মূর্ত্তিদো মচু শঙলে অদুগা ফি শেৎচিনবীরে। মপুরোইবনা মূর্ত্তিদো পুরক্তুনা চাকশঙদগী মাগী নুপীনা য়েংথোকখিবদা হেক্তা উগদবা মফমদা খিল্লম্মী। মনেম্বু অমুক হন্না ফংজবদা মমৌগী হৱাওবগী মপান নাইদ্রে। মাগী খুদোংচাদবা অমদি অৱাবা পূম্বা কোকখ্রে। করিগুম্বা চেঙগী চাং চিংনরকপদা চাকশঙদগী য়েংথোকখি অমদি য়াথং ফংলম্মী। খূৎশা অনী থাঙ্গৎপা খূৎতু উরুরবদি মহাক তেঙ্গোৎ অনী থোংই, খূৎশা অহুম থাঙ্গৎপা খূৎ উরুরগা তেঙ্গোৎ অহুম। নুমিত্তো চফূদা চাক লেমদে। মৌনা লৈবাক্কী মনেম ফংবদা হৱাওজে অমসুং মপুরোইবনা মাগী নুপীগী হৱাওবদুদা নুংঙাইজে।

হৱাও-নুংঙাইবসে মতম কুইনা চৎনরক্ত্রে। নোংমদি মপুরোইবনা চেঙ বোরাদু হাপ্তা খরদংদা লোইথোকখ্রে। চাবদি মতে মনাওদনি খল্লকখি। মহাক্না নুপীদা হংবদা হায়রক্লে, "মহাক্তি নুমিৎ খূদিংগী মনেমদা হংই, মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না থোংবনি।" মপুবোইবদো শাউরকখি— মী অনীগী চেঙ তেঙ্গোৎ অনী/অহুম? নহাক্কী লৌশিংদি মাঙখ্রেদনা। ঐখোয় অদুক য়াম্না চাবা ঙমদে, হায়যু চাবা ঙম্না? ইমা হিংলিঙৈদসু তেঙ্গোৎ অনী চেঙ থোংই অদুদা চাবা ঙমদে। নুপীনা তপ্না খুল্লম্মী, "ঐখোয় অনী নত্তে অহুম্নি। নহাক মশাগী ইমাবু কাউথোক্লে, হৌজিকসু ঐদি মহাক পীজরগা চারিবনি। অয়াম্বা মতমদা ঐগীদি খরদমক লেম্মী। নঙ ফত্তনা খনগনু, নহাক্কী ইমাগী চাক চাবসে হান্নদগী হেল্লবনি।"

মপুরোইবনা তারিবদো থাজদে, কয়াদা পঙখ্রবগী ৱানো? লৈবাক্কী মূর্ত্তিসিনা চেঙ বোবা কয়ামকম চাথোকখ্রে। অশাওবা লাকশিনবা ঙমদবদগী নুপীবু ফূরক্লে। মহাক্না মাগী নুপী অমদি মনেমগী মূর্ত্তি অনীমক য়ূমদগী তাম্থোক্লক্লে। তশেঙবদি চৎনবী মতুং ইন্না ইমুংদা থোংলিবা খূদিং মতম অনীমক্তা মনেমগী মূর্ত্তি মমাঙদা পূখম থম্মী অমসুং অমমমদা ওইনা থিদোক্লম্মী। চাক থিবা লোইরগা চাকশঙদা চঙখ্রিঙৈ য়ূম্লোন্নবগী নুপীদুনা যাম্না চেকশিন্না অথোঙবা চাক ইঙ্খাংদু পুদুনা চৎখি। অসুম্না মশাগী চাক থোংবদগী কম্থোকচৈ। মতমসিদদি তোল্লবী মৌদুনা মনেম্না হান্নগুম্না চারিবনি খল্লম্মী। মাগী পঙজবদুনা ময়ূম লৈনা লৈনা লৈফম লৈতরে।

মহাক ৱাবৈ ঙমখৈ লৈরমদে। নুংশিজববী মনেমগী মূর্ত্তিদো মখূৎ ওয়না পায়দুনা

কপ-কপ্তুনা ঈশ্বরদা খুরুমজে অমসুং মরায়বক্তা চৈজরদুনা, কিনা অমম্বা অহীংদুদা চুমদ্রিং চৎলম্মী। চৎনা-চৎনা মহাক খুঙ্গংগী মপান্দা উমং অমদা থুংলুরে। অকিবগী মশক ফংনা মম্বদুদা কিবনা থক-থক নীক্লম্মী, মনেমগী মূর্ত্তিদো মথাদা চেৎনা কোনশিল্লে। করিগুম্বা মখোল অমা তাবদা মতু চুংলম্মী। হান্নদি য়ুমদগী মপান থোক্লমদে। অসুম্না উপাম্বী অমদা কাখৎলম্মী। উশা অমদা মশাবু পুনশিঞ্জরম্মী। মনেম্মু মীৎকুপ অমফাওবা মঙোন্দগী লাপথোকহন্দে। কিবনা মহাক হুমাংনা ঈরুবদু ঙায়রম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা কনাগুম্বা চৎপগী মখোল তারকখি, মকোই শাংনা চোম্বা মীওই খরা মখূত্তা মৈবুল পায়দুনা মায়কৈ অদোমদা লাক্লম্মী। মখোয় হিংচা-য়াইতম্বা মানবা শক্তম অমদি ফিজেৎ চাকচেৎতুনা মখোয়বু হূরানবনি হায়বা খঙলকখি। মখোয় মানা লোৎলিবা উদুগী মখা য়ৌরক্লম্মী। চোকথরবা মায়থোঙশিংদুগী মনঙ্গন্দগী পোৎলূম থাদুনা মখাদা ফম্লে অদুগা হূরান পোত্তু য়েন্নবা হৌরক্লম্মী। মৈবুলগী মঙালদা মখোয়বু হিংচাবা ওইনা উরকখি। তোল্লবীদু উনাগী মতৌগুম নীক্লক্লে। মূর্ত্তিদো খূৎ কোমথোকখিবা খঙহৌদ্রে, অকনবা মখোলগা লোয়ননা হূরানবশিংদুগী মথক্তা তাশিনখ্রে।

কিবদগী হূরানশিংদো মথোঙ মরম খঙদনা থৱায় খূবাক্তা হাপ্তুনা চেনখিরম্মী। কনানসু লৈদুনা য়েংলকখিদে। মৌদু কিবনা জ্ঞান মাঙখিরম্মী।

অয়ূক্তা জ্ঞান তারক্লবদা য়েংলুবদদি মনেমগী মূর্ত্তিদো মচেৎ অহুম থোক্লা কায়বদু উরকখি। মদুগী মনাক্তা সনা-মণি, হীরা-মোতি, অঙাঙবা মণিককী মপৈ মপৈ পৈদুনা লৈবা উরম্মী। মনাক্তা অমূৎপা মৈবুল খরা তাবম্মী। মনাক নকপদা কনাসু লৈত্রে খঙলবদা থুনমক কূমথরক্লে। মনেমগী অকায়বা মূর্ত্তিদো মফম অমদা পুনশিল্লম্মী। মহাক্কী মথৱায় কনবীবগীদমক অমসুং মমল নাইদ্রবা লনগৈ পীবগীদমক মনেম্মু তৌবীমল উৎচরম্মী।

মখূৎ নাম্মনা অকায়বা মূর্ত্তি অদুগা অতোপ্পা মখূৎ নাম্মনা লূম্লবা পোৎয়োম থাঙ্গৎতুনা মহাক ময়ূমদা হল্লক্লে অদুগা থোঙদা থীল্লম্মী। মহাকপু উবদা মপুরোইবদো শাউরকখি। অদুদগী ময়োমদুগী মমল য়াম্লবা লনগৈদুগী মরম খঙবদগী মহাক্লা নুপীবু থুনমক ইমুংদা পুশিল্লম্মী। অদুগা ৱারী পূম্বা তারম্মী। ময়োমদুগী মণি-মুক্তা ময়ামদু উরুরগা হুমাং অনপ্পী কারম্মী। লন-থুমদু উপুদা থমজিল্লগা নুপীনা তাকপা মফমদুদা থুনা চৎখিদুনা চীথ-নাম্থবা মখৈ খুনজিন্দুনা পুরক্লে। কনাসু মদুগী পাউ তাখিরমদে। অদুক য়াম্বা লন-থুমদি অপীকপা নিংথৌগীফাও লৈরম্লোই।

থোঙ মনুংদগী থিংজিল্লগা লৈমায়দা লন-থুম ময়ামদু শন্দোক্কুনা থম্লম্মী অমসুং পোৎ খূদিংগী তোঙান-তোঙান মপৈ শেম্লম্মী। মহাক্না পোৎশিংদু করম্বনা কয়া য়াম্লিবনো হায়বদু খঙনিংলকখি। নুপীদা যুমথংনবগী ওন্নবা ফলা অচৌবদু ৱায়রুনবা হায়রম্মী। করি ওনগদবনো হায়বদু কনাদসু হায়দোক্তনবা চেকশিনৱা হায়রম্মী।

যূম্লোন্নবগী খঙনিংবদু নমথদুনা থম্বা ঙম্লমদে। লায়র-চুদৎনবদুনা অচৌবা ফলাসে করি ওন্নগদৌরিবনো? অদুবু মৌদুনা করিসু হায়রমদে। যূম্লোন্নবদুগী নুপীদুনা মঙোন্দা মদু পীদ্রিঙৈ মনীংদা মঙ্গে মচেৎ নপশিল্লম্মী। ফলাদু থিল্লকপদা মতৈ-মনাওনা ঙকপগী মপাল নাইখিদে। ফলাগী মনীং মঙ্গে-মচেত্তুদা মমল য়াম্লবা রত্ন নপলক্লম্মী। মখোয়না খল্লম্মী— লায়রবসিনা কয়া য়াম্না লন-থুম তূংশিল্লিবনো? মদু ওন্নবগীদমক অচৌবা ফলা দরকার ওইরিবা? অদুবু অরেম্বা তারে অরোনবদু অরোনবা ওইনা অদুম লৈখ্রে। তাঞ্জা ফংবদা যূম্লোন্নবী নুপীদুনা মৌদুদা ৱাহং পরেং হংলম্মী। চম্লবী মৌদুনা কনাদসু হায়দোক্তনা চেকশিনৱা হায়রম্মী অদুনা অকিবগী মশক ফংলবা অহীংদুগী ৱারীদো তম্লকখি। মতৌ করম্না মপুরোইবনা মাবু ময়ূমদগী তান্থোকপা, কিবনা থৱায় থাগদৌরিবা, উপাম্বী অমদা কাদুনা উশাদা মশাবু পুনশিন্দুনা লৈখিবা অমসুং মতৌ করম্না লন-থুম ময়ামসি ফংলিবনো? মসি পূম্নমকসি মনেমগী মগুণননি।

হৈশিংলবী যুমথংনবীদুনা মনেমগী তুখোঙ খূদিং খঙই। মহাক্কী অরেম্বা ৱাসিদা থাজরুগদ্রা? মাগী মপুরোইবদুনা খল্লম্মী অহীং অমদা লাইবকফনবগী অরায়বা পাম্বেনি। মহাক্নসু লৈবাক্কী মূর্ত্তি অমা শাবে, মদু মাগী নুপীদা শিন্নরে অদুগা উমংদা থাদোক্লম্মী। মানা নুপীদা তশেঙনা হায়রম্মী— "যূমথংনবগী পঙখ্রবা মৌসিনা অসুক যাম্বা লন-থুম পুরকইবা, মদুদগী তানা পুরক্লবদি যূমদা চঙহনবৈ ৱা লৈতে।"

নুমিত্তুদা হূরানবশিংনা লন-থুম পুদুনা উখাদা য়েন্নানবা লাক্কনি হায়বসিদা যূম্লোন্নবদু মশাবু তশেঙনা থাজরম্মী। মতৌ অসুম্না য়েন্ননবগী পোৎয়োমদু হাংদোক্লিঙৈদা নুপীদুনা লৈবাক্কী মূর্ত্তিদো উথক্তুগী লংথরম্মী। অকিবগী মশক ফংবা মখোল থোক্লম্মী। হূবানবশিং চেনথোক্লকখি অদুবু হান্নসু অসুম্না মখোল থোকখিবনি। অদুনা করিনো হায়বা খঙননবা মখোয় থাপ্লা চেন্দরে, উপাম্বীগী মরুমদা লোত্তুনা য়েংলম্মী। ঙাইহাক লৈরগা নুপীদু উদগী কূমথরম্মী অদুগা হূরান পোৎশিংদু খোমজিনবা হৌরকখি। অশাওবনা মৈ হৌববা হূরানবশিংদুনা মফমদুদা চেল্লকখি। নুপীদুবু করিগুম্বা অমত্তা হায়বা নংদ্রিঙৈ, জ্ঞান মাঙদ্রিফাওবা ফূরম্মী। অদুদগী উদুদা পুনশিল্লগা মখোয় চৎখিরম্মী।

মথংগী অয়ূক্তা মপুরোইবদু লাক্লম্মী। মহাক অকিবা অমসুং অঙকপনা থল্লম্মী। লন-থুমগী মিহৌবনা মহাক্কী ফীভমসি য়ৌখ্রবনি। লন-থুমদি লিক্কোন অমফাওবা ফংখিদে।



বেঙ্গলী ফুঙ্গা ৱারী

## হীরামন

লায়রবা উচেক লাং থাকপনা শিনফম ওইনা হিংবা নুপা অমা লৈরম্মী। নোংমা মহাক্কী নুপীনা হায়রম্মী, "ঐখোয়না লায়রবিবসে কবিদগীনো খঙব্রা নুপা? মরম হায়ববু নঙনা ফারকপা উচেক পূম্নমক যোল্লোকই। মসিদগী করিগুম্বা উচেক খরা ঐখোয়না চাববদি, হোয় মদুদগী ঐখোয়গী লায়রবসে ফরকপসু য়াই অসিগুম্না হায়নবা লৈ।" উচেক ফাবদুনা মাগী নুপীগী ৱাদু য়ানিংলম্মী। অদুদগী মহাক রাকক অমসুং লাং থাঙ্গত্তুনা উচেক ফানবা চৎখিরম্মী। থেঙজিল্লক্লে, নুমিৎ তাখিদৌরে অদু ফাওবা উচেক অমফাও ফাদরে। মহাক ময়ূমদা হল্লগে খন্দুনা শেম শারম্মী। মতমদুদা মালুকা হায়বা ঈথংতা লৈবা অশংবা মচুদা মুশিনবা হীবামন তেনৱা অমখক লাংদা থুরে।

য়ূম য়ৌরগা উচেক্কু হাৎনবা মাগী নুপীনা মখূৎনা পায়দুনা পুরম্মী অমসুং শিরনি খনবদা কিরবা তেনৱাদুদা নানবীদুনা হায়রম্মী, "কয়াদা পীক্লিবা তেনৱানো? মসিদি চখোম অমফাওবা ফারোই। মসিবু হাৎপসি অরেম্বনি।" হীরামননা হাযরম্মী, "ইমা

ঐবু হাৎপীগনু। ঐহাকপু নিংথৌদা পুদুনা য়োল্লু, নহাক পৈশা য়াম্না ফংগনি।" তেনৱাদুনা মীরোল ঙাঙলকপদুদা য়াম্না ঙক্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা ঙকপদু খরা ফরবা মতুংদা হংলম্মী, "মখোয়দা নঙগীদমক মমল কয়াম হায়রুগনি?" হীরামননা হায়রম্মী, "মদুদি ঐঙোন্দা তাইনরো। নিংথৌনা মমল হংলবদি হায়য়ু, তেনৱা মশানা মমল তাকচনি।"

মথংগী নুমিত্তা উচেক ফাবদুনা হীরামনবু কোনুংদা পুদুনা চৎলম্মী। অশংবা মচুগী রত্নগুম ফজরবা তেনৱাদু উবদা নিংথৌ য়াম্না হরাওরম্মী অমসুং উচেক ফাবা নুপাদুদা হায়রম্মী, "মসিগী মমল কয়ানো?" নুপাদুনা খুল্লম্মী, "লায়রববু য়োকপীরিবা! তেনৱাদা হংবীয়ু মহাক মশানা তাকচগনি।" "করি হায়বা? মসিবু মীরোন ঙাঙবরনে?" নিংথৌনা তেনৱারোমদা ওনশিন্দুনা হংলম্মী, "ফরে হীরামন, নহাক্কী মমল কয়ানো?" নিংথৌগী ৱাঙাঙদুদা ফাগী অমসুং করেম্নবগী মওং অমা য়াওবগুম ফাওই। হীরামননা খুল্লম্মী, "ঐগী মমল লিশিং তরানি। মহারাজ মসি য়াম্মল্লি হায়না খনবীরুগনু। উচেক ফাবদুদা পৈশাদু পীবিখো। ঐ অদোমগী থবক য়াম্না কান্নগনি।"

নিংথৌনা নোক্লদুনা হংলম্মী, "করিসু নত্তবা তেনৱা নঙনা ঐগী করি থবক কান্নগদৌরিবা?"

"মদুদি মতম লাক্লগা খঙবীগনি মহারাজ।" তেনৱাদুগী ৱাঙাঙদুদা নিংথৌদু ঙক্লম্মী। শেল-থুম পান্নবা নুপাদুদা উচেক ফাবদা লুপা লিশিং তরা পীখিনবা য়াথং তৌরম্মী।

নিংথৌগী রাণী তরুক লৈরম্মী অদুবু হীরামন তেনৱাগা লোয়নখিবদগী মখোয়বু লোইনা কাউথোকখ্রে। অহীং নুংথিল হীরমানগা লোয়ননা লৈবা হৌরক্লম্মী। মানা ৱাহং খুদিংগী পাউখুম পীরম্মী। লোয়ননা লাই কোতি কুম্লাহুমদোইগী মমিং শোন্দুনা তাহল্লম্মী।

নিংথৌনা থৌওইদবদগী রাণীশিংনা হীরামনবু কল্লকপা হৌরকখি। মখোয়না মাবু হাৎনবগী ৱারেপ লৌরে। নিংথৌনা হীরামনবু করিগুম্বদা তোঙান্না থমদে, মখোয় তাঞ্জা য়েংদুনা লৈরম্মী। অমুকখক নিংথৌনা শাদানবগীদমক নুমিৎ নীনি মপান্দা লৈবা তারম্মী। রাণীশিংনা মসি হীরামনদগী নাম্থোক্লবগী খুদোংচাবনি হায়না খল্লম্মী। রাণীশিংনা মকোক চংশিন্নদুনা ফল্লম্মী অমসুং ৱা তান্নরম্মী— ঐখোয়না তেনৱাদা হংগনি কনানা খ্বাইদগী হেন্না মশক থীবগে, মহাক্না শকথী হায়না তাকপদুনা মখৌরী লৈথৎকদবনি। মখোয় হীরামনগী পোন থম্বা কাদুদা চঙলম্মী অদুবু রাণীশিংনা করিগুম্বা

খরা হায়দ্রিঙৈদা হীরামননা খোয়থুম্লনা অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা লাই কোতি কুন্থ্রাহুমদোইগী মমিং শোন্দুনা তাহল্লম্মী। রাণীশিংগী ফত্তবা ৱাখলদো মাঙখিদুনা হীরামনদা করিগুম্বা অমত্তা থোকহন্দ্রিঙৈদা হনখিরম্মী।

অদুবু কল্লকপদুনা অমুক হন্না মখোয়বু খুদুম চনখিরম্মী। মখোয়না মশাগী অপঙবা মতৌদুবু চৈজরম্মী মরমদি মহাক্কী নমথাক্তা থুখিবনি খল্লুবদগী। মখোয়না থম্মোয় কনশিলহল্লম্মী অমসুং ফিরেপ অমা লৌদুনা হায়রম্মী– হীরামন ঐখোয়না তাবদি নঙ য়াম্না বুদ্ধি লৌশিং লৈ হায়, নহাক্কী ৱাফম কৈদৌঙৈদা শোয়দে। ঐখোয় পূম্নমক্তগী কনানা হেন্না মশক থীবগে হায়বদু তাকউদনা? হীরামননা মখোয়গী লীচৎ খঙলকখি অমসুং হায়রম্মী, “পোন্দা লৈদুনা করি হায়বা ঙমগনি? অচুম্বা পাউখুম পীনবগীদমক পূম্নমক্কী কয়াৎ খূদিং য়েংবা তাবনি– মাঙ-তুং, মায়কৈ খূদিংদগী। করিগুম্বা অদোম্না ঐগী মোত খঙনিংলবদি ঐহাকপু থাদোকপীয়ু। পাইথোকখিবগী অকিবা লৈরম্মী অদুনা থাদোক্ত্রিঙৈদা থোঙ থোঙনাও থিংলম্মী। অশিংবা তেনৱানা মতম অদু ফাওবদা য়াম্না কূপ্না য়েংলম্মী। কাচিন অমদা ঈশিং চিথোক্লবা মখুন অমা লৈরম্মী। মদুদগী মহাক থোকপা য়াগনি। রাণীশিংনা কয়ারক হন্না ৱাহংদু হংলম্মী। হীরামননা ৱাখল তৌনা হায়রম্মী, “হোয়, নখোয়গী ফজবদুদি সমুদ্র তরেৎ অমসুং তুরেল তরাহুমদোই লাল্লবা লৈবা রাজকুমারীদুগী থোঙ থোঙনাওবীগী ফজবগা চাংদম্নবা য়াদে। রাণীশিং শাউবনা মৈ হৌরম্মী। মাবু মচেৎ মচেৎ শেগাইনবগীদমক হোৎচিল্লকখি। অদুবু মখোয়না য়ৌরক্ত্রিঙৈদা মখুন্দগী মপান থোক্তুনা সুধরগী খাঙপোকশঙদা চঙখি।

শাদানবদগী হল্লকপদা নিংথৌ হীরামনগী লৈফমদা চঙলুবদা লৈরমদ্রে, মহাক্না মদুগী মরম রাণীশিংদা হংবদা মাগী মরমদা করিসু খঙদে হায়না খুম্লকখি। নিংথৌনা কোনুংগী কাচিন কোয়া থুংনা থিহল্লে হীরামনদি ফংবা ঙম্লমদে। ‘হীরামন নহাক কদায়দা লৈবগে’ হায়দুনা মতোমতা মুরুম-মুরুম শোল্লম্মী। লৈবাক শীন্থুংনা পূং য়ৈদুনা লাউরম্মী “নিংথৌগী তেনৱা পুরকপা নুপাদা লুপা লিশিং তরাগী মনা পীগনি। সুধরনা পাউ তাদুনা হরাওনা হীরামন কোনুংদা পুরক্লম্মী অদুগা মনাদু লৌরম্মী।

হীরামনদগী নিংথৌনা মতৌ করম্না রাণী তরুক্না মাবু হাৎনবা ৱা তান্নবগে হায়বদো খঙলম্মী। নিংথৌগী শাউবগী ঙমখৈ লৈরমদে রাণী তরুকমকপু শোংলবা উমংদা থাদোকহল্লম্মী। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মরায়বক থীরবী নুপীশিংদু উমংগী শাশিংনা চাথোকখ্রে হায়না তারকখি।

খরা লৈরগা তেনৱাদা নিংথৌনা হংলম্মী, "হীরামন, নঙনা হায়খিবা কনাগুম্বী রাণী অমত্তনা মাগী থোঙনাওবীগী ফজবগা চাংদম্নবা য়ারোই অদুগুম্বী সমুদ্র তরেৎ অমসুং তুরেল তরাহুমদোই লাল্লবা লৈবী রাজকুমারীদু ঐগী মতৌ করম্না ওইবা য়াগনি হায়বসি নহাক শোয়দনা খঙলমগনি।

হীরামননা খুম্লম্মী, "চিংনবা লৈতনা খঙই, ঐহাক্না অদোম্বু রাজকুমারীগী কোনুং ফাওবা পুদুনা চৎপা ঙমগনি। ঐনা হায়বা মতুং ইন্না চৎলবদি মহাক থুনমক অদোমগী ওইগনি। তশেঙবদি মহাক অদোম্বু ঙাইদুনা লৈরিবনি তৌইগুম্বসুং অদোম্না মসিদি খঙবীদ্রে।"

"নঙনা হায়বদুমক ঐহাক্না তৌগনি, হায়য়ু ইহান হান্না করি তৌগদবনো?"

"অহানবদা অদোম্না পাইবা ঙমবা শগোল ফংনবা হোৎনবা তাই। মহাক ফংলবদি য়াম্না থুনা সমুদ্র তরেৎ অমসুং তুরেল তরাহুমদোইগী মায়কৈ তম্না চৎপা ঙম্লগনি।"

"নঙনা খঙলিবদুনি ঐগী শগোলশঙ য়াম্না চাউই, চৎলু চৎলগা য়েংসি তশেঙবা শগোল অপাইবী জাৎকী লৈব্রা?" মখোয় কোনুংগী শগোল শঙ চঙলক্লে। হীরামননা অমমতা ওইনা শগোলশিংদু য়েংলম্মী। চাউর-চাউরবা ফজরবা শগোলশিংদু থাদোক্লগা মহাক্কী মীৎয়েং শোল্লবা পীক্লবা শগোল অমোৎপা অমদা তারুরে। "মসিনি মসিনি ঐনা পাম্বা শগোলদুনি। তৌইগুম্বসুং মসি থা তরুক অফবা চীঞ্জাক পীজগদবনি, অদুদগী মসি ঐখোয়গী থবক কান্নগনি।"

নিংথৌ মশামক্না মদু অতোপ্পা শগোলশঙ অমদা পুরম্মী। নুমিৎ খুদিং মদুবু হেন্না ফবা চীঞ্জাক পীজব্রা হায়দুনা য়েংশিল্লম্মী। অপীকপা শগোলদু য়াম্না থুনা অহোংবা লাক্লে। থা তরুক্তদি মহাক য়েংবদা ফজরবা, মশা ফবা শগোল অমা ওইরক্লে। হীরামননা মদু উরগা থবক্কুগীদমক মহাক শেম শারে হাযবা খঙলম্মী। মতমদুদা হীরামননা নিংথৌদা হায়রম্মী, "নুপাগী অপৌবা লংনা শাবা দাড়ী অমসুং অঙৌবা চেঙ খরা থৌরাং তৌগদবনি।" নিংথৌনা সনা শাবা খরদা অহীং নুংথিল থবক শৃহল্লম্মী। হৌজিক মখোয় পাইদুনা চৎপা খোঙচত্তুগী থৌরাং লোইরে খল্লম্মী।

খোঙশান্দ্রিঙৈ তশেংনা নিংথৌদা চেকশিনৱা হায়রম্মী, "অদোম্না ৱাফম অমদি পূক্লিং চঙবীগদনি। শগোলবু শূপ্লগী চাবুক্না অমুক্তং ফুবিয়ু। করিগুম্বা অদোম্না অমুক্তগী হেন্না ফূরবদি ঐখোয় লম্বী ময়ায়দা পন্দুনা লৈগনি।" নিংথৌ, হীরামন অমসুং অপৌবা লুপাগী দাড়ী ময়োমগা লোযননা নুংশিত্তা য়াঙনা মঙালগী খোঙজেলদা পাইরম্মী। লৈবাক কয়ামরুম তুং ওইনরম্লগা সমুদ্র তরেৎ অমসুং তুরেল তরাহুমদোই লাম্থোক্লুনা

নুমিত্তুগী নুমিদাংৱাইরম মপান নাইদনা ফজরবী মপু ইবেম্মগী কোনুং মমাঙদা কুমথরম্মী।

কোনুংগী থোঙ্গালদা অচৌবা উপাম্বী অমা হৌই। হীরামননা নিংথৌদা হায়রম্মী, "শগোলদু পুশিল্লসি অদুগা উরুমদা লোত্তুনা ফম্লসি।" অসি হায়রদুনা হীরামন মশাগী থবক্তা পৃক্লিং চঙলম্মী। মহাক্না উখোঙদুদগী লম্বী অমদি মাঙ্গোল থুংনা শেংলবী দোষ লৈতনা ফজরবীদুগী কা ফাওবা মচীন্দুনা লুপাগী দাড়ী অমগী মথংদা অমা শন্দোক্তুনা থারম্মী। থবকসি লোইরগা লাক্তুনা নিংথৌগা লোয়ননা উথক্তা লোৎলম্মী।

অহীং তঙ্খায়গী লৈথরকপদা রাজকুমারীগী কাদা তৃম্লিবী মনাইনুবীদু মপাল থোরক্লম্মী। মহাক্কী মীৎয়েং লুপাগী দাড়ীদুদা তারুরে। মদু করিনো হায়বা খঙলমদে। ফিদা অমা লৌখত্তুনা রাজকুমারীদা উৎলুরে। মহাক খঙনিংবনা ফাথবা ঙম্লমদে। মপান থোরক্তুনা ফিদা খোমজিনবা হৌরক্লম্মী। মহাক্কী থোঙদগী হৌনা লংলিবদু উরকপদা অঙকপা থৌদোক্লি খল্লম্মী। লুপাগী ফিদাদু খুন্দুনা উদুগী মনাক য়ৌরম্মী। হীবামননা হায়বদগী নিংথৌনা উদগী চোংথরম্মী। রাজকুমারীবু পুবগা শগোল অপাইবীদুগী মথক্তা তোংখৎলম্মী। হীরামননা নিংথৌগী লেংবান্দা তোংদুনা নিংথৌনা ৱাংলপ তৌবা খুৎফৃ অমা চাবুক্লা ফূরকপদা শগোলদু মঙালগী খোঙজেলদা অতিয়াদা থুংলখি। রাজকুমারীবু ফংবগী হরাওবা অমদি মহাক্না লোয়ননা ঙম্লিবমখৈ থুনা ময়ূম য়ৌনিংবনা নিংথৌ হীরামনগী চেকশিন ৱাদু কাউথোকখি। অনীরক হন্না চাবুক্লা ফূরম্মী। মীৎনা কৃপ্পদা শগোল কৃংলবা উমং অমদা কুমথরম্মী। "ইহে সিদি অদোম্না কির তৌকরে," হীরামননা লাউরম্মী। "ঐনদি অমুক্তগী হেন্না চাবুক থাবিরোইদবনি হায়জখিবনি। মসিগী মহৈ চাবা তারেদনা, তশেঙনা ঐখোয় পুন্সি চৃপ্পা মফমসিদগী মপান থোকপা ঙমদবসু য়াই। হৌখ্রবদি হৌখ্রে, শগোল অপাইবীগী শক্তি মাঙখ্রে, লম্বী ময়ায়দা পনবা তাবে।"

মখোয় শগোলদগী কুমথবম্মী। মফমদু থাপ্পা থাপ্পা করিগুম্বা খুল অমত্তা তাদে। মখোয়না মফমদুদা উহৈ খরা চাবগা তৃমথবম্মী।

মথংগী অয়ূক্তা লৈবাক্তুগী নিংথৌদু মফমদুদা শা তানবা লাক্লম্মী। তেন্না পাল্লবা শজিগী মতুং ইন্না ইন্না খুদোংথীবদা তারবা নিংথৌ অমদি বাজকুমারীগী মনাক নকশিন্না লাক্লম্মী। মাগী মঙাল লৈনা ফজবদু উরুরগা মমীৎ থক্লম্মী। মহাকপু ফংনিংবগী অকনবা ঈহৌনা খুদুম চনখিবনা কন্না-কন্না হুইসেল খোঙলম্মী। খুদক্তা মহাক্কী খোঙলোইশিংনা কোয়শিল্লম্মী। রাজকুমারীবু থাঙ্গত্তুনা পুখিরম্মী। চৎত্রিঙৈদা নিংথৌগী মমীৎ থুগায়রম্মী। সমুদ্র তরেৎ অমসুং তুরেল তবাহুমদোই লাম্থোক্তুনা ফংলুবদু মখূত্তগী

নাম্থোকখ্রে। তেনৱাদুগা উমংদা লৈহৌরে।

রাজকুমারীদু কোনুংদা পুরক্লম্মী। শগোল অপাইবীদুসু মহাক্কা লোয়ননা লৈরম্মী। নুমিদাংদা নিংথৌনা মাগী কাদা চঙলুবদা হায়রকখি, "থা তরুক মহাক্কী মনাক্তা লাকপীগনু, করিগীনো হায়ববু শিবগী ব্রত তৌরি।" শগোল অপাইবীগী শক্তি হঞ্জিনবদা থা তরুক চঙগনি হায়বসি রাজকুমারীনা খঙলম্মী। অহীং নুংথিল ধর্ম্মদা লূপ্তুনা পূজাগী থবক থনা তৌবদা য়াম্না চিনবা উৎলম্মী। শগোল অপাইবীদা অফবা চীঙাক পীজরম্মী। মফমসিদগী থোকখিনবা হীরামনগী মতেং দরকার ওই অদুনা মহাক্না মীনাইশিংদা য়াথং তৌরম্মী মাগী য়ুমথক্তা উচেকশিং চাক্তারনবা চেঙ হৱাই চাইথোক্লুবা। অসুম্না নুমিৎ খূদিংগী উচেক লিশিং লিশিং লাক্তুনা চাক্তাররে। রাজকুমারীনা নুমিৎ খূদিংগী হীরামনবু থিরিবনি। অদুবু মহাক উমংদা মীৎতাংবা নিংথৌবু য়েংশিনবদা মথৌ চিল্লম্মী। মখোয় অনী উহৈ-ৱাহৈ চাদুনা লেল্লম্মী।

উমংদুদা উচেকশিংনা হায়রম্মী, "হীরামন, নঙ উমংসিদা য়াম্না ৱানা লৈ। ফজরবী নুপীদুগী উৎসবতুদা ঐখোয়গা লোয়ননা করিগী চৎত্রিবনো? মফমদুদা নঙনা চেঙ-হৱাই মখলখূদিংগী চানবা ফংগনি।" অয়ূক খূদিং উচেক লিশিং লিশিং লাকই অমসুং মবুক থন্না মরু মরাং চারে। অশিংবা হীরামন অফবী নুপীদো কনানো খঙনিংবনা লৈবা ঙম্লমদে। করিগীদমক মহাক্না উচেকশিংবু অদুক থৌজানবীরিবা। অয়ূক অমা মখোয়গা লোয়ননা চৎলুনবা খল্লম্মী।

মফমদুদা হীরামননা রাজকুমারীবু উরম্মী, মানা মহাক্কী মরেংবান্দা তোংলুই অদুগা মমীৎ তাঙবা নিংথৌগী মপাউ তল্লম্মী। মতৌ করম্না মমীৎ তাঙবদু ফগদগে, মতৌ করম্না থা তরুক মপৃং ফাবগা নিংথৌ অমসুং মখোয় মফমদুদগী নাম্থোকপা ঙমগদগে? নিয়মদি অসুম্না লৈরম্মী। থা তরুক মপৃং ফারক্কদৌরে। শগোল অপাইবী থুনমক পাইবা ঙম্বগী শক্তি লাক্লগনি। করিগুম্বা হীরামননা সমুদ্র তরেৎ তুরেল তরাহুমদোই লান্না রাজকুমারীগী য়ুম মমাঙদা হৌরিবা উপাম্বীদা মহুম শাদুনা লৈরিবা উচেক মচাদুগী অতেকপা মথী লৌরুবা ঙম্লবদি মদু হাপ্লগা নিংথৌগী মীৎ তাঙবা ফবা ঙমগনি।

মথংগী অয়ূক্তা পাইখিদুনা নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লিঙৈ পম্বুং য়ৌরুরে অমসুং নুমিৎ থোক্লকপা ঙাইদুনা লেল্লম্মী। অয়ূক অঙনবদা মচীন্না মফম খঙদোক্লবা মকোন্দুগী মখাদা য়াম্না তপ্না উচেক মচাশিংগী মথীদু খোমজিল্লম্মী। সমুদ্র তরেৎ অমসুং তুরেল তরাহুমদোই লাম্থোক্তুনা হল্লকখি। নিংথৌগী মীৎয়েং য়াওদ্রবা মীৎ নহাদুদা মমল নাইদ্রবা উচেক মথীদু হাপ্লম্মী। অদুদগী নিংথৌ মীৎ পাঙথোক্লক্লে অমসুং অমুক উবা

ঙল্লে। নুমিৎ খরনি মতুংদা শগোল অপাইবীদু মপূং ফানা মশা ফরে। লেপ্লবা নুমিৎ অমদা রাজকুমারী শগোল অপাইবা তোংদুনা চেপ্পোরকখি। উমংদগী নিংথৌ অমসুং হীরামনবু লৌরুদুনা মীৎনা কূপ্পদা মখোয় অহুম নিংথৌগী কোনুংদা থুংলুরে। নিংথৌ অমসুং রাজকুমারীগী লুহোংবদু য়াম্না চাউনা পাঙথোক্লম্মী। মখোয় চহী শাংনা পুন্সি ফংদুনা মচানুপা নুপীশিংগা লোয়ননা নুংঙাইনা পাল্লম্মী। হীরামন মতম লৈবা খীবিক্তা মখোয়গা লোয়ননা লৈরম্মী। মখোয়বু লাই কোতি কুম্লাহুমদোইগী মমিং শোন্দুনা তাহল্লম্মী।



কাশ্মিরী ফুঙ্গা ৱারী

## ফূবা য়ানিংদবা নুপী

কাশ্মির ঘাটিদা ইনাক খুনবা লল্লোনবা অমগী মচানুপাদো য়াম্না পঙবা অমদি খঙগন্দবনি। লল্লোনবা মহাকপু তম্বিনবা জিলাদুগী খ্বাইদগী ফবা ওজা নেকই, অদুবু অৱাবদা ওইদুনা তোকই। মহাক য়াম্না তল্লি, চেকশিন্দে, মবুদ্ধি ফত্তে, করিগুম্বদা পোৎ অমগী জ্ঞান মঙোন্দা নৈতে, নুমিৎ চূপ্পা হীপ্তুনা লৈরম্মী। মপাদো নোংমা নোংমগী নীংবা কায়রক্লম্মী। মমৈদা মহাকপু চৈবা হৌরক্লম্মী। হোই, মমানদি মচাবু থাগৎলি। মচানুপাদো লুহোংবা মতম চারবদুদা মমানা মপাদা মৌ থিরুনবা হায়জরকখি। লল্লোনবদু মচাদুনা মরম ওইদুনা য়াম্না ৱারম্মী। মাগীদমক করিগুম্বা খরা তৌরুবা অমসুং হায়রুবা হায়বসি ইকায়বা ফাওরম্মী অমসুং ৱারম্মী। মহাক ৱারেপ লৌরম্মী-- মচাদু লুহোংলোই, মমানদি ওন্নবদা তকশিল্লকখি। মচানুপাদো লুহোংদনা লৈহৌরবদি কয়াদা মিংচৎ থীহৌগদবা। মবমসিনা অতোপ্পা লম্বী থিরম্মী অমসুং হায়রম্মী, "মতম খরগী মমাঙদা মচাগী লমচত্তা অহোংবা লৈরম্মী। খূদমশিং অসিনা মাগী মবুদ্ধি মরৌশিং অমসুং হৈশিংবগী প্রমাণ ফংলিবনি।"

ৰাহৈশিংসিনা মবুরোইবদু অমুক্তা হেন্না শাউবনা মৈ হৌরম্মী। মমৈদদি নোংমা শাউনিংমন্দুনা হায়রম্মী, "ফরে, তোক্লো হায়মনখ্রে, নুমিৎ কয়ানিমুকসি পঙাঙদা ঙাঙই, মসি অপঙবগী ৰা নত্তনা করিসু নত্তে। মমাদি মমীৎ তাঙই। উনা শাবা মকুসিদা ঐহাক তাঞ্জা পীরবনি। মঙোন্দা পৈশা অহুমসি পীয়ু অদুগা হায়য়ু পৈশা অমনা বাজারদগী করিনো খরা লৈদুনা চাও, অনীশুবা পৈশাদুনা তুরেন্দা লংথখো, অহুমশুবা পৈশাদুনা বাজারদগী পোৎলম মঙাখক লৈরকউ হায়খো— চানবা পোৎ খরা, থক্লবা খরা, চীক্লুনা চানবা খরা, ইখোলদা হুন্নবা খরা অমসুং শনগী চানবা খরা।"

নুপীদুনা মপুরোইবনা হায়বা মতুংইন্না অমমতা ওইনা কোরিগী শেলয়েক অহুম পীরম্মী। মচানুপানা পৈশাদু পুদুনা চৎখিরম্মী। মহাক্লা বাজারদা চৎলগা পৈশা অমগী চানবা পোৎ লৈদুনা চারম্মী। মসিদি করিসু অরুবা নত্তে। অদুদগী তুরেল মপান্দা চৎলম্মী। পৈশাদু তুরেলদা লংথনবা খল্লকপা খূদক্তা খঙহৌদনা ৰাখলদা মদুগী কান্নবদু খঞ্জিল্লকখি। মহাক্লা লেপ্লম্মী— তুরেন্দা পৈশা অমা লংথখ্রবদি ঐঙোন্দা পৈশা অমখক্তা লৈহৌরনি। পৈশা অমসিনা ঐনা করিনো লৈগদবসিবো। চানবগী, থক্লবগী, ইমা হায়বশিংদু শুনবা লৈবা তাবনি অদুগা পৈশা হুন্দোক্লবদি য়াথং ইন্দবা তাগদৌরিব্রা?

অসুম্না মতোমতা খল্লিঙৈদা য়োৎশুবগী মচানুপীদু লাক্লম্মী। মহাক্কী অৱাবদু উরুবদা হংলম্মী, "করি তৌরবগে?" লল্লোনবগী মচানা মঙোন্দা মমানা হায়রকপা পুন্বা তন্নম্মী। মদুমক য়ারিবসিসু অপঙবনি খঞ্জে তৌইগুম্বসুং মমাগী য়াথং হীক্তোকপসু ঙমদে, খঙদে করি তৌগনি?

য়োৎশুবগী মচানুপীনা হায়রম্মী, "ঐ তাক্কে, বাজারদগী পৈশা অমা পীবা তরবুজ অমা লৈরো। পৈশা অমনা নঙগী ফূরিৎ খাউদা অসুম হাপ্লো, মদু তুরেলদা হুন্দোকপগী মথৌ তাদে। তরবুজনা পোৎলম মঙামক শুনা ফংলনি। মদু ইমাদা পীরুচো। মহাক্লা য়াম্না হরাওগনি।"

মহাক্লা মদুমক তৌরম্মী। মচানুপাগী লৌশিংদু উবদা মমাদো নুংঙাইজরম্মী। মপুরোইবনা হেক লাকপগা হায়রম্মী, "য়েংউ ইচানুপাগী মবুদ্ধি, ঐনদি হায়খিবনি ঐগী ইচাসে লাখগী মনুংদা অমত্তনি।"

তরবুজ উবগা মপাদু ঙক্লম্মী। ঙাইহাক খল্লগা হায়রম্মী, "মসি মহাকমক্লা তৌবনি হায়বা ঙমদে। মানা অসুক য়াম্না লৌশিং লৈরবদি করিগী ৰারুনি। কনানো অমনা পাউতাক পীরমগনি," অদুদগী মচাদা ওনশিন্দুনা, "তরবুজ লৈনবা কনানা হায়বগে?" মচানা হায়রম্মী, "য়োৎশুবগী মচানুপীনা!"

"উরেদনা নঙ। মসিনা মসি তৌবা ঙম্বা নত্তে হায়বসি ঐনা হান্না খঙই তৌইগুম্বসুং লুহোংবীরনি। করিগুম্বা নঙ অমদি মাগী য়ানিংবা লৈরবদি য়োৎশুবী মচানুপীগা লুহোংবীরসি। মহাক্না ঐখোয় ইচাদা পূক্লিং চঙবা লৈ অমসুং মহাক য়াম্না লৌশিং লৈনা উই।"

"হোয় হোয়, করিগী য়াদনি। মসিদগী হেন্না ফববু করি লৈবগে?" মাগী নুপীনা হরাওনা হায়রম্মী।

লল্লোনবদু য়োৎশুবগী খাঙপোকশঙদা চৎলম্মী। মচানুপীদো মপান থোরক্লম্মী। মঙোন্দা হংলম্মী, "নহাক্কী পাবা অমসুং ইমা কদায়দা লৈবগে? ঐহাক মখোয়গা উনগদবনি।"

নুপীমচাদুনা খুল্লম্মী, "বাবা লীক কোলনা মণি লৈবা চৎখি, ইমানা ৱাহৈ খরা য়োনবা চৎখিবনি। অদোম ফম্বীয়ু, মখোয় লাক্লনি।" "ফরে, ঐহাক ঙাইরগে।" নুপীমচাদুগী পাউখুমদা চমম্নরবা লল্লোনবদুনা অমুক হংলম্মী, "নহাক্না হায়ববু পাবা অমসুং ইমা কদায় কদায়দা চৎখিবা!" "বাবা লীক কোলগী মহুত্তা মণি লৌবা চৎখি" হায়বদি থাউমৈগী থাউ লৈবা চৎখি অমসুং ইমা "ৱাহৈ খরা য়োনবা চৎখি হায়বদি কনাগুম্বগী মরীগী ৱা ঙাঙবা চৎখি হায়বনি।"

নুপীমচাদুগী লৌশিংদু উবদা য়াম্না পেল্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা য়োৎশুবা অমসুং মাগী নুপী অনীমক লাক্লম্মী। অচৌবা লল্লোনবদুনা মখোয়গী য়ূমদা লাক্লম্বদুদা য়াম্না ঙক্লম্মী। মখোয়না ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা হায়রম্মী, "অদোমগী খোঙ্গুল তাবদগী নীংবা থুংজরে, হায়বীয়ু করিগীদমক লেঙবীরকপনো?"

লল্লোনবদুনা হায়রম্মী, "ইচানুপাগীদমক নখোয়' নচানুপী হায়বা লাকপনি।" মদু তাবদা মখোয ঙকপগী ঙমখৈ লৈরমদে, হরাও-হরাওনা মহাক্কী ৱাফমদু য়ারম্মী। লুহোংনবা নুমিৎ লেপ্লখ্রে।

নুংশিৎকুম পাউসি শহর শীন্থুংনা শন্দোকখি। অসুক চাউবা লল্লোনবা অমসুং করিসু লৈত্রবা য়োৎশুবা অমগা মরী ওইনবগী ৱাসি ময়াম্না থাজনরমদে। মীশিংনা তোঙান তোঙানবা মওংদা ৱারী তৌনরম্মী। থবক শুনীংদবা, মশা ফবা মচানুপাদো য়োৎশুবগী মচানুপীগী মরমদা হায়জিল্লম্মী, মঙোন্দা তমশিল্লম্মী, য়োৎশুবদা ধমকা তৌরম্মী, মরীসিদা য়ানীংদনবা নৎত্রবদি লুহোংবগী মতুংদা মচানুপীবু নুংতিগী খোঙউপ্পা তরেৎলক ফূগনি। মখোয়না খল্লম্মী মসিদা কিরুদুনা য়োৎশুবদুনা লুহোংবা তোকখিগনি, মসিদা নঙগীদমক অফবা ওইগনি।

মশা ফবদুদা মখা শমথরম্মী, "মসিদা কিদদুনা লুহোংলবা মদুগী মতুংদা নঙনা

অসুম তৌগদবনি– মসিদগী মতম লৈবা খিবিক্তা মহাক নঙনা হায়বা ইনগনি। মসিদা নঙগী অফবা ওইগনি।"

লল্লোনবগী মচানুপা অপঙদো মখোয়না হায়বদু য়ারম্মী। মওংসি ফৈ হায়বা খল্লম্মী। মহাক্না য়োৎ শুবগীদা চুমদ্রি চৎলম্মী। অদুগা মঙোন্দা তন্বীবশিংদু তেনৱাগুম হায়দোক্লম্মী। মদু তারগা য়োৎশুবদু লৌশিং তারম্মী। মহাক্না মচানুপী কৌরগা লল্লোনবগী মচানা হায়বদু তল্লম্মী। মশাগা শগোল হূরানবদুগা খেন্নবা খঙদ্রগা অদুগুম্বা নুপাদুদা লুহোংগদবগী শরুক হোংদবনা ফৈ।

মচানুপীনা মপাদা থাজবা পীরম্মী, "অদোম ৱাবীরুনু। কনাগুম্বা লমচৎ নাইদনা খরনা মঙোন্দা হায়জিল্লমগনি, মহাক্না হায়রিবদু করিসু তৌরোই।"

লেপ্পবা নুমিত্তা লুহোংলম্মী। অহানবা অহীংগী নোংয়াই মতুংদা বরদু হৌগৎখি। মহাক্না খল্লম্মী– কন্যা তূল্লি খোঙউপ থাগৎলম্মী। মঙোন্দা ফূগে হেক তৌবা খূদক্তা কন্যা মমীৎ পাঙথোক্লম্মী অমসুং হায়রম্মী, "লেপখো, লুহোংবা নুমিত্তা কনানা খৎনবা হৌনবগে, মসিদি ফত্তবা খূদমনি। ঐবু ফূবা পাম্লবদি হয়েং ফূ, ঙসিদি খৎনগুমসি।" বরদো ৱাসি অফবনি খল্লম্মী। অদুবু মথংগী নুমিত্তা কন্যাবু ফূনবা খোঙউপ থাঙ্গৎলকপদা হায়রম্মী, "নহাক করিমত্তা খঙদ্রবরা? লুহোংবগী অহানবা হপ্তাদি নুপা-নুপীগী মরক্তা মূক্লবা, ফত্তবা খূদমনি হায়নদ্রা? নশামক য়াম্না খঙ-হৈরবনি। ঐনা হায়জবসে য়াবিয়ু। নুমিৎ তরেৎনি অসুম্না খক তৌগনু। ঐবু ফূবা পাম্লবদি নিপালনিশুবদা পেন্না ফূবিয়ু। মপুরোইবদু য়ানিংলম্মী। খোঙউপ হুন্দোকখি। মুসলমান জাতিগী চৎনবী মতুংইন্না কন্যাদো তরেৎনি শুবা নুমিত্তা মপামদা চৎনৈ।

বরগী মরুপশিংনা হায়রম্মী, "ইহে অদুদি মানা জয় ওইখ্রেদনা। নঙসি ষণদা যণ ওইদুনা লৈহৌরে। ঐখোয়দি অসুম তৌনি হায়বসি হান্না খঙলবনি।"

মরকসিদা বরগী মমানা উপায় অমা খল্লকখি– মচানুপাদো মখোঙনা লেপচবা মতম ওইরবনি অদুনা মহাক্না মপুরোইবদা হায়রম্মী, "মহাকপু থবক্নীদমক মপান্দা কদায়দনো অমা থাদোকখো। লমকোয়বা চৎলবদি করিনো খরদি তমজরক্কনি।" লল্লোনবনা হায়রম্মী, "করিসু ওইরোই। মঙোন্দা পৈশা পীবদি ঈশিংদা হুন্দোকপগা মান্নগনি। নুমিৎ খরনিদা লোইথোকখিনি।"

নুপীনা হায়রম্মী, "করিসু লৈতে, মঙোন্দা পৈশা খরা পীখো, দেশ-বিদেশ কোয়হল্লু মদুদা খরা তাল্লবদি পৈশাগী মগুণ খঙলনি। পূম্নমক মাঙহনখিদুনা চাক্লিবা ওইরক্লবদি খরা ফংবদা মদু খঙগনি। অসিগুম্বা চাংয়েংসি নত্তনা মহাক করিগুম্বদা

করিসু তৌররোই।

মপুরোইবনা মাগী ৱাদু য়ানিংলে। মহাক্না মচানুপাদা লন-থুম খৱা, পোৎচৈ অমসুং মীনাই খরসু পীরে অদুগা চেকশিনৱা হায়রদুনা খোঙশানহনবিখি। অতোপ্পা লৈবাক্তা য়ৌরগা লল্লোনবগী মচাগী কাঙলূপ য়াম্না চাউরবা লৈকোল অমগী মনাক নক্না চৎলম্মী। লৈকোন্দু ফক্নাংনা কোয়শিল্লম্মী। লল্লোনবগী মচাদুনা মনুংদা করি লৈবনো খঙনিংদুনা মনাই থাদুনা য়েংহল্লম্মী। হল্লকপাগ পাউ তম্লম্মী, "য়াম্না ফজবা লৈকোল অমগী ময়ায়দা য়ুম অমা লৈ।" লল্লোনবগী মচাদো মশাবু লাকশিনবা ঙম্লমদে। য়ুমদুদা চঙলুবদা য়াম্না ফজরবী নুপী অমনা মাবু ওক্লম্মী। জ্বার শানবগী বার্ত্তন তৌরম্মী। নুপীদো শত্রংগী শান্নরোয়নি। মায়োক্নবা শান্নরোয়বু মায়থীবা পীনবা অরোনবা কয়ামরুম খঙই। মহাক্কী অরোনবদুদি শান্নবদা মনাক্তা হৌদোং অমা থম্মী। মদু তম্বীরবনি। খুদম হেক তৌবদা থাউমৈ মূথৎকনি। শান্নবদু মায়থীগদবা উরকপদা খুদম হেক হেক তৌই। মতৌসুম তৌনা অতোপ্পা নিয়ম অমনসু মপান নাইদ্রবা লন-থুম তানশিল্লম্মী। অসিগুম্বা মাঙবা নাইদ্রবা মন্ত্রদু লল্লোনবগী মচাদা শীজিন্নরম্মী। অমগী মথংদা অমা মাঙখিদুনা লন-থুম, মীনাই অমসুং মমৈদা মশামক মাঙদুনা বন্দি ওইরে। জেলদা তাথী-তাওইনা তৌরম্মী। অয়াম্বা মতমদা মখুত্তুনা খুদাদা দুআ তৌরম্মী। সংসারসিদগী পুখৎপীনবা।

নোংমা জেলগী থোঙনাওদা নুপা অমা উরম্মী। মাবু খামদুনা সুম লৈফম হংলম্মী। মদুদা মহাক্কী খুনগী মীনি হায়বা খঙলম্মী।

"ইয়াম্বা, নঙগা উনবসে য়াম্না নুংঙাইবে, ঐগী থবক অমত্তা তৌবিয়ু ঐহাক জেলদা লৈরবনি, লন্দোনসি শিংদোক্ত্রবদি মপান থোকপা য়াদ্রে, নঙনা ঐগী চিঠি অনীদং পুবীখ্রো, অমনা অববজান্দা, অমনা ঐগী নুপীদা। অদুগীদমক তৌবীমল কাউজরোই। মপান থোরক্লগা নঙবু মনা পীগনি।" নুপাদুনা কোক নোন্দুনা অয়াবা পীরম্মী। চৎখিবদা চিঠি পুবিখি।

চিঠি অমদা মহাক্না মপাদা ইরম্মী— করি তৌরি, করম্না ফীভমসিদা তাখ্রিবনো হায়বদো। নুপীগী চিঠিদুদনা অশেংবা লোৎলি, হল্লক্লনি মহাক্না লন-থুম করম্না তাল্লিবনো, অদুগা মাবু খোঙউপনা ফৃগনি, নিকাহ্ শোন্দ্রিদৈদা হায়খিবদো।

চিঠি পুখিবা মীদু খূবীনা সহি তৌবা মীনি। মপাগী চিঠিদু নুপীদা অদুগা নুপীগীনা মপাদা পীরম্মী। লল্লোনবদু মচানা লন-থুম য়াম্না তানশিল্লে অমসুং তেক্তা কায়দনা লৈরি তাবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী অদুবু চিঠিদু মপাগী মিংদা থাদদুনা নুপীগী মিং করিগী থারিবনো? মৌবু ফূনবগী ধমকী তৌরিবনা করিগীনো?

অসোমদনা মৌদুনা চিঠি পারুবদা য়াম্না ৱারম্মী অদুবু মমিং থাদদুনা মকুগী মিং থারিবনা করিগীনো হায়বসি খঙদে। মিপাইদুনা মকু ময়ূমদা চৎলম্মী। চিঠি অনীমক য়েংলবা তুংদা মখোয় ৱাখল থোক্তনা লৈরম্মী।

মৌদু থৌনা ফবীনি।মহাক্না মপুরোইববু থিবা চৎলনি অমসুং মহাকপু জেলদগী থাদোক্লবা হোৎনগনি। অহল ওইরবা লল্লোনবনা মমৌবু লন-থুম পীদুনা বিদায় তৌরম্মী।

নুপাগী ফিজেত্তা মৌদু চুমদ্রিং লৌনম চাউবী নুপীদুগী মনাক্তা থুংলুরে। লম্বীদা মহাক ঙাইহাকফাও পোত্থাখিদে। ইনাক খুনবা অমগী মচানুপানি হায়না পাউ থাখিরম্মী। য়াম্না থুনা জ্বার শান্নবগী বার্ত্তন ফংলম্মী। নুমিদাংৱাইরম শান্নবগী মতম লেপ্লম্মী। মরকসিদা লৌনম চাউবীদুগী মনাইশিংদা শেল পীজদুনা ৱাফম পূম্নমক খঙদোক্লম্মী। মায়োক্লবদু মায়থীবা পীনবা মাসু ইবেম্মনা করি করি নমথাক তৌরিবগে হায়বদু তাক্লম্মী। মদুদা খ্বাইদগী অথোইবদি হৌদোং শীজিন্নবনি। নুমিদাংৱাই শান্নবা চৎলমদাইদা ফূরিৎখাউদা উচি অমা লোত্তুনা পুরম্মী।

শান্নবদুদা ইনাক খুনবগী মচাদুনা মায় পাক্তুনা লাক্লম্মী। নমথাক হৈবীদুনা মায়থীবা তাবনি। মহাক্না হৌদোংদুদা খূদম তৌরম্মী। হৌদোংদুনা থাউমৈরোমদা চৎপা উবদা ইনাক খুনবৈ মচাদুনা উচিদু থাদোক্লম্মী। হৌদোংদু উচিগী মতুং ইন্দুনা তান্নখিরম্মী। কাদুগী পোৎ পূম্বা কোইচাই চাইরম্মী।

ইনাক খুনবৈমচা শারিবা মৌদুনা হায়রম্মী, "ঐখোয় শান্নবসি মখা চত্থখিসিরা? হৌজিক অপনবা লৈত্রে। জ্বারদু মহাক্না জয় ওইরম্মী, মহাক্কী অপঙবা মপুরোইবগী লন-থুম পূম্নমক হঞ্জিল্লে, অদুগী মথক্তা কোনুংগুম্লবা য়ূম, মীনাই-মীশন পূম্নমক লৌনমচাউবী নুপীদু অমসুং পোৎ পূম্নমক জয় তৌরম্মী।

মৌনা মফমদুগী পোৎ পূম্নমক অচৌ অচৌবা উপুশিংদা হাপচিল্লিহল্লে। মদু শগোলশিংদা হাপকৎলে। জেলদা চঙখিদুনা মপুরোইবদু থাদোক্লম্মী। নুপাগী ফিজেত্তা মশাগী নুপী ফাওবা মশক খঙবা ঙম্লমদে। মৌনা মঙোন্দা হংলম্মী, "নহাক ঐখোয়গী লুচিংবা ওইবিগদ্রা?" মহাক্না হরাও হরাও য়ারম্মী। মহাকপু ফজবা ফিরোল শেৎনবা পীরম্মী। মফি হোংদোক্লবদুদা মাগী শেগায়রবা, মোৎলবা ফিরোলদু নিদুনা উপু অমদা হাপচিল্লম্মী। শেম শাবা লোইদুনা মখোয় চৎপা হৌরম্মী। ফজবী লৌনম চাউবীদুসু থাদোক্লমদে।

মশাগী লৈবাক য়ৌরক্লবদা ইনাকখুনবৈমচা শারিবা মৌদুনা কাঙলূপকী লুচিংবদা হায়রম্মী, "ঐহাক মফমসিদা করিগুম্বা থবক অমগী লৈহৌবা তারে। চুমদ্রিং চৎখ্রো।

পোৎ পূম্বা চেকশিন্না নয়ূমদা থন্নম্মু। ঐহাক নঙগী অবজানবু খঙই। নঙোন্দা থাজবা লৈ। করিগুম্বা নুমিৎ কুননিগী মনুংদা লাক্কবদি পোৎ পূম্বা নঙগীনি।”

অতোপ্পা লম্বীদা মপামদা চৎলম্মী। কাঙলূপকী লুচিংবদুসু লন-থুম, মীনাই-মীশন পূম্নমক পুদুনা ময়ূমদা হনখ্রে।

মপামদা মপাদা ৱা পূম্বা তম্লম্মী। মদুগী মরমদা কনাদসু হায়দোক্তনবা হায়রম্মী। মহাক নুপীগী ফিজেত্তা মকু ময়ূমদা থুংলরে। মাবু হেক উবদা মপুরোইবদুনা হায়রম্মী, “নঙ অসুক কুইবসি কদায়দা লৈরুরিবনো? নঙ খঙবা নৎত্রা নঙবু ফূগদবগী ঐনা কয়া কুইনা ঙাইরক্লিবনো? মসি হায়দুনা খোঙউপ লৌথোক্তুনা হৌগৎলকখি।

মাগী অব্বা অমসুং মমানা হায়রম্মী, “ইহে, তূমিন্না লৈয়ু, নঙগী ওইদবা ঙাঙবদো। মতম কুইরবগী তুংদা নহাক য়ূমদা লাক্লিবনি। তশেঙনা ঙসিদি অপীকপা মতৌদুদা ইকাযয়ু।” মৌনা হায়রম্মী, “লমচৎসিনি। ঐনা খল্লুই খুদোংথীবা নংলবগী তুংদা চুমথোক্লরিনি, অদু নত্তে নঙদি অপঙগী অপঙ অদুম ওইরিদনা। উপুদু ঐঙোন্দা পীয়ু, হোয় উপুদুদা অমোৎপা ফিনি য়াওরিদো, কনাগীনো খঙব্রা য়েংউ? নীংশিংবা ঙম্রা? থোঙশঙবনা জেল মনুংদা করম্না লমচৎ-ব্যবহার শীজিন্নে। নঙবু করম্না ফূবগে? নঙবু করম্না কৌবগে? নঙগী মায়থোঙদু নাপু মচু মানখ্রে, হোয় ঐহাক ইনাক খুনবৈ মচাদুনি নঙবু থাদোকপীরকখিবা। অব্বাজান্দা ইবা চিঠিদু নঙগী মীদুনা ঐঙোন্দা পীরম্মী। মদুদগী নঙগী ফীভম খঙলম্মী। লল্লোনবগী ফিজোন্দা মফমদুদা লাক্লম্ননি। লৌনম চাউবীদুগা জ্বার শান্নে অমসুং নঙনা মাঙহনখিবা পূম্নমক হল্লিকখি অদুগা লোয়ননা নুপীদুগা মাগী লন-থুম জয় তৌরম্মী, মসিদা লৈরে নুপীদো। হংউ মঙোন্দা, মহাক্না ঐবু কাউরমখিরোই।”

“করম্না কাউরুনি,” লৌনমহৈবীদুনা হায়রম্মী। মপুরোইবদু পাউখুম পীবা ঙম্লমদে। মনেম্না মঙোন্দা বর পীবম্মী। মকুদো য়াম্না কুইনা তূমিন্না লৈরুবে। খঙহৌদনা মচানুপাদা লাউরকখি। মহাক শাউনিংবা অমদি নুংঙাইতবগী মপান নাইরমদে। মাগী নুপীদা ওনশিন্দুনা হায়রম্মী, “হৌজিক খঙলেদনা নহাক্কী নচানুপাগী লৌশিংগী চাং...। লন-থুম পূম্নমক, লীক-কোলসু মৌগীনি। পূম্নমকসি মহাক্কী মনাক্তা থমসনু। নহাক্কী নচানুপা অসিগুম্বী মৌগী মতীক চাদবনি।



তেলেগু ফুঙ্গা ৱারী

# য়াউ-লোইবগী ভূট

করিগুম্বা খুঙ্গং অমদা য়াওলোইবা অমা লৈরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী মহাক য়াউশিং শেল্লম্মী। নোংমদি উপাম্বী অমদা কারম্মী অমসুং ফল্লিবা উশাদু পাম্বীদগী লোঙথোকফমদুদা কল্লম্মী। মায়কৈ অদোমদা ব্রাহ্মণ অমা লাক্লম্মী। মহাক্না উরদুনা হায়রম্মী, "এ করিনো? তারনি, নঙনা ফল্লিবা উশাদুদা য়াল্লিবদুবো?"

য়াউ-লোইবদুনা হংলম্মী, "মহারাজ, ঐহাক তাগনি হায়বসি অদোম্না করম্না খঙবগে?"

ব্রাহ্মণনা মখা তাবম্মী, "ফরে, ঐ তাক্কে। নঙগী ফূরিৎতু লৌথোক্লগা ফল্লিবা উশাদুদা য়াল্লু। অমুক উশাদু য়াল্লু নঙ নশামক উরনি।"

য়াউ-লোইবদুনা অদুমক তৌবে, ফূরিৎ লৌথোক্তুনা উশাদা য়ানশিল্লে। মশানা অতোপ্পা উশাদা ফল্লগা ফূরিৎ য়াল্লিবা উশাদু য়ানবা হৌরম্মী। উশাদু তেক্তুনা মদুগা লোয়ননা ফূরিৎতুসু লৈমায়দা তাবক্লে।

য়াউ-লোইবদু য়াম্না হরাওরম্মী অমসুং খল্লম্মী— ব্রাহ্মণ মহারাজ, য়াম্না

খঙ-হৈবজাৎনি, জ্ঞান লৈবনি। মহাক হৌখ্রবা অমসুং লাক্কদবা খঙই। উদগী কুমথরক্লগা ব্রাহ্মণগী মখোঙ পায়দুনা হায়জরম্মী, "মহারাজ, ঐহাক করম্বা মতমদা শিগনি হায়বিয়ু অদোম্না শোয়দা তাকপীগনি।" ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী, "ঙাওরব্রা? নঙগী পোকপা, শিববু ঐনা করি খঙলুনি। ঐগী খোঙ থাদোকউ, নঙসু নথৌ তৌরু।"

য়াউ-লোইহবদু য়ারমদে। "নত্তে, অদোমদি লোইনা খঙবনি," মহাক্না ব্রাহ্মণগী খোঙদু হেন্না চেৎনা পায়রম্মী অমসুং হায়রক্নে, "তাক্লিফাওবা থাদোক্লোই।" ব্রাহ্মণদো অৱাবা তারে। করি তৌগনি নৎত্রগা তৌরোই হায়বা খঙলক্ত্রে। মঙোন্দগী নাম্থোক্লবা অসুম্না হায়রম্মী, "ফরে তাক্লগে, মুন্না তারো। শিরমদাইদা নহাক্কী নাতোন্দু পীকশিল্লক্কনি অমসুং নমীৎসু কৃৎশিল্লক্কনি। অদুম তৌরবদি নঙ শোয়দনা শিরগনি।" মসিদং হায়রম্লগা চৎখ্রে।

য়াউ-লোইহবদো মতম পূম্বদা ব্রাহ্মণগী ৱাদুদা খন্দুনা লৈরম্মী। কালেনগী মতমদা নোংমদি মাগী নুপীনা মতম চানা চানবা থিল্লক্ত্রে। চাক লাম্বনা ফীভম শোকচিল্লম্মী। মনাতোন পায়দুনা য়েংই, খরা পীকশিনবগুম থেংনৈ, মমীত্তু খৃৎনা মাদুনা য়েংই, খরা কৃৎশিনবগুম তৌই। মানা খল্লি— ঐগী শিবগী মতম য়ৌরক্লেদনা, ঐ শিরনি। য়াওশিংদু মফমদুদা থাদোক্তুনা থম্লম্লগা ময়ূমদা চৎখ্রে।

চাকয়োম পুদুনা মাগী নুপীদো য়ূমদগী থোরকপদা মঙায়রি, মা লাকপা উবদা হংলম্মী, "য়াউশিংদি কদায়দা থাদোক্লম্লে।" মহাক করিমত্তা খুমদে। ৱা ঙাঙলুদনা করি কান্ননি। শিরগদবা লৈরবসিবু— মসি খন্দুনা তূমিন্না করিসু তাদবগুম লৈরম্মী।

"করিনো ৱা ঙাঙদ্রিবসিবো? নহাক করি তৌরবগে?" নুপীনা হংলম্মী। তূমিন্না ইমুং চঙলগা নুংশাম্বব থিংদুনা ফক্লাংদা মায় ওনশিন, খুউ অনী চপশিন্দুনা ফমখ্রে। নুপীনা মাবু নোমদুনা কৌই অদুবু মা নুংশাম্বর থিংদুনা, মমীৎ উইশিন্দুনা তূমিন্না ফম্লম্মী। মহাক লেঙ ওৎখিদ্রে। "হে ঈশ্বর, মসিদি শিরেদনা।" নুপীদুনা কোইলাউ লাউরম্মী, চেন্দুনা লৈকায় কৌরম্মী। মখোয়না য়াউ-লোইহবদুদা খৃৎকাপ্পী কাপ্পী, মখজাইদা খূবাক্লা থাই অদুবু মহাক শুকলেং লেঙদ্রে। করিসু ঙাঙদে। লৈকায়না হায়রম্মী, "হোয়, মসি শিরে।"

মখোয়না অহনবা ফি কৃপশিন্দুনা য়াউ-লোইহবদু কৃদা হাপ, মোংফমদা পুদুনা চৎলম্মী। মফমদুদা কোম অচৌবা অমা তৌদুনা মাবু ফুম্লম্মী। লোইহবগা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লবা তুরেল্লোমদা চৎনখ্রে। অপঙবা য়াউ-লোইহবদু থিংলিবা স্বরদু থাদোক্লীংলম্মী। অদুবু লৈবাক মখাদা নমশিনবনা মরম ওইদুনা ওইথোক্লমদে। লৈবাক্তু অকোয়বদা

ইন্থোক্লম্মী। অহোপ্পা লৈবাক্লিনা চাইথোক্লম্মী। খোঙদগী কোক ফাওবা উফুলদা লূপ্পবা য়াউ-লোইবদু কোমগী মপান্দা থোক্লম্মী অমসুং লাউরম্মী, "মফমসিদা হুন্দোক্লগা নখোয় কদায়দা চৎলবগে?" লাউবদু তাবদা মখোয়না লোইনা য়েংনরক্লে। হৌজিক্তা ফুম্লম্বদু হৌগত্তুনা মশম, মকোক অমসুং হকচাং পূম্বা লৈবাক্পী লৈবাক ঙাক্তা ঙায়রবা য়াউ-লোইবদু উবদা লাউনরক্লে, "ইহে, য়াউ-লোইবগী ভূট...।" মফম মরাং খঙদনা ময়ামদু চেন্নখ্রে।

খূদক্তা খুঙ্গং থুংনা পাউ শন্দোকখ্রে— য়াউ-লোইবগী ভূট থোক্লে। য়াউ-লোইবদু ভূট ওল্লে, অদুগা খুল্লোমদা লাক্লে। খুনগী মীওই পুম্নমক মযূম ময়ূমদা চঙদুনা থোঙ মনুংদগী লোনশিন্নখ্রে। য়াউ-লোইবদু চুমদ্রিং ময়ূমদা চঙলক্তুনা থোঙ থীল্লম্মী। "তারিব্রা, ঐ শিদে, থোঙ হাংদোকউ।"

নুপীনা থোঙ মকমদগী হায়রম্মী, "মপু ইবুংঙো, থৌজানবীদুনা মফমসিদগী চৎপিখ্রো। ঐহাক নঙগী মোংফমদা অহনবা ফি অমসুং য়ুবী কৎকনি। ঐবু থৌজানবীযু, ঐগী য়ূমদা লাকপীগনু।"

য়াউ-লোইবদুনা মাবু খঙহন্নবা হোৎনৈ অদুবু মহাক কিমনখিবনা করিসু তাখিদে। চাক লাম্বনা য়াউ-লোইবদু থব্রায় মপান থোকখিদৌরে। হৌজিক মহাকপু চাক কনানা পীজগনি? মহাক খুনগী মপান্দা লৈবা হনুমান মন্দিরদা চৎলে অদুগা খল্লম্মী— পূজারী লাক্কনি, মঙোন্দগী প্রসাদী খরা নিদুনা চারগে। অসুম্না অহীং চূপ্পা মন্দির মনুংদা ফমদুনা লেল্লম্মী। অহীং চূপ্পা কনাসু মপান থোক্লখিদে।

মথংগী অয়ূক নুমিৎ চপ-য়ুংবা মতমদুদা অমমম্ অনীন তৌদুনা থোঙ হাংনবক্লে। মীশিংনা লম শীৎ-শেংবা অমসুং থবক-ইনখাং শূবা হৌবম্মী। পূজারীনা ক্ষেচ্রি থোংলগা মদুদা ঘী থাক্তুনা লৈ-শু খরগা পুদুনা মন্দিরদা লাক্লম্মী। য়াউ-লোইবদু মূর্ত্তিগী মনীংদা লোত্তুনা লৈরম্মী। বজবঙ্গবলীবু অচ্চমন কৎ, লৈ-শুনচিংবদু কৎলম্মী। মদুদা য়াউ-লোইবদুনা হায়বক্লে, "মহারাজ, ঙসিদি য়াম্না থেঙলে, ঐহাক ঙরাংদগী অদোম্বু ঙাইহিরিবনি।"

"য়াউ-লোইবগী ভূট" হায়না লাউরদুনা পূখম পায়রগা পূজারীদু চেনখ্রে। মহাক্না লাউদুনা চেনবদু উরগা নুপীশিংগী মখূত্তগী শুমচীৎ নান্থখিবা খঙহৌদে। থবক শূরম্বা পূম্বা থাদোক্লখ্রে, ষণশিংসু গাডীদগী লৌথোক্লখ্রে, থুনমক ময়ূমদা চেন্নখ্রে। মনুংদগী থোঙ ঙম্না লোনশিন্নখ্রে।

য়াউ-লোইবদুনা ময়ূমদা চঙদুনা নুপীবু থাজহন্নবা হোৎনরম্মী অদুবু থোঙ

হাংদোকহনবা ঙমদ্রে। মহাক মন্দিরদা অমুক হল্লক্লে। প্রসাদীনা নোংমা-নীনি খাঙলম্মী। তৌইগুম্বসুং মাগী হকচাংদা ফি থোংদে হায়বা ৱাখল লাক্লে। ঐহাক ধোবীগী ঘাটতা চত্তুনা ফিগী থৌরাং তৌরুবা তাই। অদুনা ফি শেৎচিল্লগে অসি খন্দুনা ধোবী ঘাট য়ৌরগা ফি ফূৎপগী টেঙ্কিদা লোত্তুনা লৈরে।

পুলিস দারোগাদু মথৌগীদমক (দুটি) লাক্লম্মী। খুল পূম্বা ইচীক চীকপদু উরম্মী। পূম্নমক থোঙ মনুংদগী লোনবদুদা ঙক্লম্মী। ‘করিগীনো নুমিৎয়ুংবদা থোঙ লোল্লিবসিবো’ মহাক্না থোঙ দং দং থীল্লম্মী। মীশিংদগী থৌদোক্কু করিনো খঙবা পাম্লম্মী।

মীশিংনা হায়রম্মী, “মপান্দা য়াউ-লোইবগী ভূট লৈরিমখৈ থোঙ হাংলোই।” দারোগানা হায়রম্মী, “করিনো ঐদি ভূট-নুং করিসু উদেনা।” মহাক খুলগী মকোক রেদ্দীগীদা চৎলম্মী। মানসু ৱাফমদুমক হায়রক্লে। দারোগানা হায়রম্মী, “ঐ লৈরিবসিদি ৱাগনু মপান থোরকউ।” রেদ্দীনা থৌনা উৎতুনা থোঙ হাংদোক্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা থোঙ অমমম্ অনীনি হাংদোক্লম্মী। পূম্নমক মাগী মাগী থবক্তা মায় ওনশিন্নরম্মী।

দারোগাদু ধোবীগীদা চৎলম্মী। “ঐগী ফিসি মোৎলে, মসি তুরেলদা পুদুনা শূদোক্লু।” ধোবীনা ঙাকপীনবা হায়জরকখি, “য়াউ-লোইবগী ভূটতু অসিৱাইদা লৈবা উখি। মানা ঐবু ফাখিগনি অদুনা তুরেলদা চৎখিরোই হুজুর, ঙাকপীগনি।”

“নঙদি তশেঙনা কিগনখ্রেদা, চৎলু ঐ নঙগা লোয়ননা চৎসি।” মসি হায়দুনা শগোল তোংদুনা ধোবীগা লোয়ননা ঘাটতা চৎলম্মী। ঘাটতা থুংলবগা দারোগানা হায়রম্মী, “ফিসি টেঙ্কিদা হাপচিল্লু, মদু ফাওবা শগোল শজীক পীজগে।”

মহাক টেঙ্কিদা ফিদু হাপ্লবা চৎপদা য়াউ-লোইবগী ভূট মফমদুদা ফমদুনা লৈরম্লে। মানা মমিং কৌরক্লে, “সুরবান্না। করি তৌরে ঙসিদি য়াম্মা থেঙনা থোরকইনা। ঐনা কয়া কুইরবনো নঙ লাকপা ঙাইরম্লিবা।” মসি তাবদা দারোগা শগোল মথক্তা চোংখৎখ্রে। ধোবীদু লাউ-লাউদুনা চেনখ্রে। ঙাইহাক্তু খুলগী মীশিংদু য়ূম য়ূমদা চঙনখ্রে।

য়াউ-লোইবদুনা ধোবীদু চৈরম্মী, “ইমানা শাক্ষি, ফি অমা লৌগে।” মসি হায়দুনা শেৎলে, অমসুং ময়ূমদা চৎলম্মী। ঙসি ফাওবা মাগী নুপীনা মাগী ৱাদা থাজদে অমসুং মপানফাও থোক্লকখিদে। মমৈদদি মহাক্না লাউরম্মী, “ঐ হিংলিবনি। পণ্ডিত অমনা ঐঙোন্দা হায়রম্বদু থাজরুবগী মহেনি ঐনা ৱারিবসি। থোঙ হাংদোকউ অদুগা নশানা মুন্না অমুক্তা য়েংউ।

নুপীদু থোঙ হাংদোক্তুনা য়েংলম্মী। মহাক্না মপুরোইবদু ভূটকী খূদম অমত্তা

উরমদে অদুনা মাবু পুশিন্দুনা মথক্তা ঈশিং হৈথদুনা শেংনা ঈরুজথোকহল্লম্মী। নোই-নোইদুনা অমোৎপশিংদু চামথোক্লগা ফিরোল শেৎহল্লম্মী। মফি মরোল নিয়ম চুম্না শেৎলগা মহৌশাগুম মশাগী য়াউ-শেনফমদা চৎলম্মী।



হিন্দী ফুঙ্গা ৱারী

## নিংথৌ বিক্রম অমসুং চীনগী রাজকুমারী

উজ্জৈনগী নিংথৌ বিক্রমদিত্য মপাঙ্গল কনবা অমসুং অচুম্বা পাম্বা লৈঙাকপনি। মহাক্কী লৈবাক্তা অরানবা থৌদোক থোক্তনবা ফিজেৎ ওন্দুনা প্রজাগীদমক্তা মতোমতা কোয়না চৎলম্মী। মসিদা অঙকপা কয়া, খংপ্রেক খংবা কয়া অমসুং অরোনবা কয়া খঙবা ঙম্লম্মী।

যোগী অমা মাগী লৈবাক্তা লাক্তুনা উজ্জৈন শহরগী চিদায়দা চেল্লিবা তুরেলগী নোংপোক থংবা তোর্ব্বান্দা খাংপোকশঙ অমদা লৈরম্মী। শঙদুগী ময়ায়দা কুন্দ তৌরম্মী, মহাক নুমিৎ চুপ্পা কুন্দদা চাক্লিবা মৈথক্তা ফমদুনা লৈরম্মী। থুনমক উজ্জৈনগী যুমথোঙ খূদিংদা যোগীগী অঙকপা সিদ্ধিগী মগুণ শন্দোক্লম্মী। মহাক্কী দর্শনগীদমক মীওই কাঙলূপ কয়ামরুম লাকপা হৌবক্লম্মী। মাগী শিষ্য মশীং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লম্মী। অনৌবা দীক্ষা লৌনবা তাথোক-তাশিন তৌনরম্মী। মহাকপু খঙনিংবনা নিংথৌ কোনুংফাও নাম্থোক্লমদে। নিংথৌ বিক্রমদিত্যসু যোগীগী মতীক মগুণ খঙনিংলম্মী। অহীং অমা ফিজেৎ ওল্লগা তূমিন্না খাঙপোক্তুগী মচী অমদা লেপ্তুনা

ফম্লম্মী। মদুদা উরিবদুগী অকিবনা কোক্তগী খোঙফাও নীক্লম্মী। যোগীদু মৈ মথক্তা ফম্লম্মী মমাঙদা তূক্কচ্চরবা অশিবা অমা তাদুনা লৈরি, মদুগী মথবাক্তা নুপা অমা ফল্লি, মহাকতু হান্না মন্ত্রী ওইরম্বদগী ফম লৌথোকখিবনি। হান্নগী মন্ত্রীদু মন্ত্র অমা মুরুম মুরুম শোল্লম্মী। খাঙপোক্তু উচান মৈরীনা থল্লম্মী। মসি অশিবা হিংগৎহন্নবা নিয়মনি। চাউরাক্লা পূং অমগী মতুংদা মন্ত্রীনা লাউরম্মী, "হায়য়ু, ইবুংঙো হায়য়ু।" বিক্রম য়াম্না কিনা য়েংলম্মী। অশিবগী মচীন্দু লেঙলম্মী অদুবু খোঞ্জেলদি থোরক্তে। মন্ত্রীনা অমুক লাউরম্মী, "হায়য়ু, ইবুংঙো হায়য়ু, ঐনা ইমা কালিবু মরমসিগীদমক নঙগী বলি কৎলিবনি। মদুনা তৌবীমল খঙদ্রবা নিংথৌদা লমন খুম্বা ঙম্নবা হায়য়ু, ইবুংঙো হায়য়ু।" মচা হাৎপা মপাদুনা অমুক্তা অশিবগী ময়াদা লৈ, চন্দন মহী অমসুং হৈ খাগোক মনা থাদরম্মী। অমুকসু মচীন লেঙলম্মী, খোঞ্জেল তাবা ঙম্লমদে। মী হাৎপা মপাদুনা অহুমশুবা ওইনা লাউরম্মী অদুসু অরেম্বা তারম্মী।

নীংবা কায়রবা হান্নগী মন্ত্রীদুদা যোগীনা হায়রম্মী, "তপথৌ, কাঙপোত্তা কনানো অতোপ্পা নুপা অমা লৈ। মরমসিনা ইমা কালি তূমিন্না লৈবনি।" অমুক খোঞ্জেল রাংখৎনা হায়রম্মী, "অসিগুম্বা শেংলবা ধর্ম্মগী অরোনবা থবকসিবু য়েংলিবা নঙ কনা ওইগে ওইয়ু মীকূপসিদা হূই ওইল্লু।" অসুম্না অহুম্লক লাউরম্মী। মরকসিদা বিক্রমনা খাংপোকশঙদা চঙনবা হোৎনরম্মী অদুবু মশাদু মফমদুদগী লেঙবা ঙম্লমদে, পৃথিবীনা ফাজিনখ্রে খল্লম্মী। যোগীনা অহুম্লক হন্না লাউবদুদা মহাক হূই ওল্লম্মী।

মথং নুমিৎকী অয়ূক্তা নিংথৌ লৈবা উদ্রবদা মন্ত্রী, অঙম-অথৌশিং চিংনবা পোক্লম্মী। করিগুম্না খবা নিংথৌদা থোক্লম্বা য়াই, প্রজাদা তোকঙা শন্দোকখিদনবা, ধোল থীন্দুনা "নিংথৌ নারে, মতম খবা দরবার ফম্লরোই" হায়না লাউথোকহল্লম্মী।

মরকসিদা শক্লাইরবা দববারী অমদি মন্ত্রীনা অহল ওইরবা পণ্ডিত বরাহমিহিরগা ৱা তান্নরম্মী। মহাক্লা অঙ্ক খোত্তুনা য়েংলগা তুরেল মপান্দা যোগীনা নিংথৌবু হূই ওলহল্লে হায়রম্মী। মদু মায়াবীনি, মহারাজ বিক্রমদিত্যগী অকনবা য়েক্লবনি। নিংথৌবু হাৎকদৌরিবনি। মথং পানখৎলকপা নীনি পানবদা ধর্ম্মগী থবক্তু মপূং ফারনি, মতমদুদা কালিগী মগুণ লৈরবা শক্তিগী মাঙদা হিংচাবশিংগী শক্তি মায়থীরগনি। নিংথৌবু কন্নবা অথুবা মতমদা করিনো খরা তৌবা তাই। মসি হায়রগা বরাহমিহির তূমিন্না করিনো খরা খন্দুনা লৈখি। পণ্ডিত অমসুং জোতিষীগী মায়থোঙ মকশিল্লম্মী।

খঙহৌদনা মকশিল্লুবা মায়থোঙ লংখৎলম্মী। মাগী মচা ফাইবোক কৌরম্মী। মখোয়দা মহারাজ করম্বা ফীভমদা লৈবগে হায়বদু তাক্লম্মী। মখা শমথরম্মী, "ইচা

ইবুংঙো, চহী কয়াদগী ঐখোয় মাগী মচেং চাদুনা লৈরক্লবনি। মঙোন্দা তৌবীমল খঙবা উৎনবগী খুদোং চপ চাবা মতমনি। থব্রায় থার ফাওবা, নখোয় শেম শারবা নৎত্রা?"

নহা ওইরিবা মচীন-মনাওনা খোঞ্জেল অমত্তদা খুম্লম্মী, "মসিদি ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। হায়বিয়ু ঐখোয় করি তৌগদবনো?" মপানা মখোয়বু তুরেল মপান্দা পুরগা ব্রাংমদা লৈরিবা খাংপোক্তু উত্তুনা মখা তারম্মী, "মসি মায়াবী অমগী খাংপোক্লি। থোঙ ময়াদা অমুবা হূই অমা উগনি মদু তশেঙনা মহারাজনি। নখোয়বু ঐনা শজি ওলহল্লগে, মফমদুদা চৎলগা হূইদুবু মিহৌহল্লগা সোম ব্রাংমদা পুরকউ। তুরেল য়াম্না লুবা নত্তে, যোগীগী শক্তিনা ময়ায় ফাও থবক তৌই, মদুদগী খোঙফম অমা হেন্দোকখিবগা করিসু তৌবা ঙমদে, অঙস্বা শক্তি পুথোক্তুনা হূইদুবু ঙমখৈদুগী ব্রাংমদা পুরকউ, অতোপ্পা তঙ্খায়দু ফাওবদং... ঐগী ব্রাসে খঙলেদনা।"

পণ্ডিতনা মখোয়বু শজি ওলহল্লম্মী। মচীন-মনাওবু তুরেল লান্দুনা খাংপোকশঙলোমদা চৎখ্রে। শজিশিংদু উবদা হূইদু খোংলম্মী অমসুং তান্নরম্মী। শজি তুরেলদা চোংথদুনা ইরোইরম্মী হূইদুসু ঈশিংদা চোংথদুনা মখোয়বু তান্নরম্মী। হূই খোংবদা যোগীগী সমাধী কায়খ্রে। মহাক্লা হূইদুনা শজিশিংদু তান্নখিবা উরম্মী। অহানবদদি করিসু চিংনরমদে। ধ্যান তৌদুনা য়েংবদদি শজিগী ফিজোলদু লোৎপা ঙমখিদে। মানা উমাইবী ওন্দুনা শজিগী মমীৎ কোৎনবগীদমক মখোয়বু তান্নরম্মী। মসি উরুবদা বিক্রমবু ঙাক শেল্লিবা হিংচাবগী আত্মা মরিদুনা থুনমক উফুল থাংলবা নোংলৈ নুংশিৎ ওল্লম্মী। ফাইবোক মচীন-মনাও অমসুং বিক্রম তুরেল ময়ায় চবুক য়ৌগদৌরবনি। উমাইবীনা নোংলৈদগী নান্থোক্তুনা শজিগী মমীৎ নাম্মা কোৎখ্রে। মথং মীকুপ্তা শজি অমসুং হূই ময়ায়গী লৈই লান্থোক্লম্মী অমসুং যোগীগী মায়া শক্তিগী মপান থোক্লম্মী। উমাইবী নুংশিত্তা লৈদুনা পাইরম্মী অদুবু ঙমখৈ লান্থোকপা ঙল্লমদে।

বরাহমিহির তুরেলগী অতোপ্পা মপান্দা ঙাইদুনা লৈরম্মী। শজিশিং অমসুং হূইদুবু মীওইবা ওইনা অমুক ওন্থোকহল্লম্মী। নিংথৌ অমদি সভাগী মেম্বরশিংনা মগুণ লৈরবা জোতিষীগী মচা অমগী মমীৎ নাম্মা কোৎখিবদুদা হরাওবদা গ্রহণ লাকপগুম্লম্মী। কোনুংদা ধোল থিল্লম্মী। বরাহমিহিরনা লাউথোক্লম্মী, "মহারাজ খুদোংথীবা অনাবদগী ঈশ্বরনা কনবীরে।" ফিজেৎ ওল্লগা খাংপোক্তা চৎপা অমসুং মায়াবী যোগীগী মরমদা করিসু খঙহনখিদে।

যোগীগী শিষ্যশিংগী মশীং অমসুং মাগী শক্তি নোংম-নোংমগী হেনগৎলম্মী। নিংথৌবু ঙাক্লিবা হিংচাবা আত্মা মরিনা মঙোন্দা হায়রম্মী, "যোগীগী হেনগৎলক্লিবা

শক্তিদুগী মায়োক্তা মখোয়গী শক্তি অরেম্বা তারনি। বরাহমিহিরনা মসিগী করি উপায় তৌবা য়াবগে হংবদা মানা অঙ্ক হোৎলগা তাক্লম্মী, "ইনিংথৌ যোগীগা মায়োক্লবগীদমক্তা অদুক কনবা শক্তি ঐঙোন্দা লৈতে। ঐদি শূপ্লদগী বিদ্যা অহুমখক্তমক হৈজবনি। মানা বিদ্যা তরাহুমদোইগী সিদ্ধি ফংলগনি। সমাধী তৌদুনা ঐনা সংসার পূম্বা থিরুরবনি অদুবু চীনগী রাজকুমারী নত্তনা মঙোন্দগী হেনবা মায়াবী থেংনখিদে। শূপ্লদগী মহাক্লা অদোম্বু কনবা ঙমগনি। মহাক বিদ্যা তরামরি খঙ-হৈরবনি। মাবু লুহোংদুনা লৌরবদি অদোমগী পুন্সি কনবা ঙমগনি।"

নিংথৌনা লৈবাক্কী থবক পূম্বা মন্ত্রীশিংদা শিন্নথোক্লম্মী অমসুং চীনগীদমক খোঙশাল্লম্মী। মন্ত্রীশিংনা অসিগুম্বা খুদোংথীরবা খোঙচৎসিদা চৎখিদনবা য়াম্না খামজবনি মদু তাখিদে। মহাক্কী ঈশিং শগোল তোংদুনা চৎখি। মদু ঈশিং অমসুং কংফাল অনীমক্তা নুংশিৎকী খোঙজেলদা চৎপা ঙম্মী।

শগোলদা নুমিৎ কয়ানি চৎলবা মতুংদা লম্বী চৎপশিংদা হংলম্মী, "মরুপ, মফমসি কনাগী লৈবাক্নো?" পাউখুম ফংলম্মী, "অদোম খঙদে, মসি মহাপ্রতাপী নিংথৌরেল বিক্রমদিত্যগী লৈবাক্নি।" অসুম্না হংলুবা খূদিং মহাক্কী লৈবাক্লি খঙলকখি। মসিদগী মশাগী লৈবাক্কী পাক চাউবা অমসুং মতীক মগুণগী মরমদা হকথেংননা খঙজরম্মী।

হপ্তা অমা হেন্না চৎলম্মী। মতমসিদা মশাগী লৈবাক, শাগৈবু ঙাক শেন্দুনা থম্ন বগী অপাম্বা ৱাখল পোক্লম্মী। থা কয়ামরুম চৎলবা মতুংদা মহাক্কী লৈবাক্কী ঙমখৈ লাম্থোক্লম্মী অমসুং চীন লৈবাক্তা খোঙ থারম্মী। হপ্তা কয়ামরুম চৎলবা মতুংদা চীনগী কোনুং য়ৌরম্মী। অহীং ফনা থেঙখ্রে, শহরগী মপান্দা লৈকোল অমদা পোত্থারম্মী। শগোলদু উপাম্বী অমদা পুনশিল্লগা হীপ্থরম্মী। থুনমক মহাক তুমথখ্রে।

তাঞ্জা চানরুবগী ৱানি, হূরানবা মরিখক অদোমদা থোরক্লম্মী। শগোলদু উবদা মখোয়গী অফবা মঙ্গলনি খল্লম্মী। মরিদুগী লুচিংবদুনা হায়রম্মী, "ঙসি লন-থুম ফংলকপমখৈ অসিগুম্বা মঙ্গলগী মশক ওইরবা শগোলসিসু চপ মান্ননা শরুক ফংগনি।" মখোয় লৈবাক্কী লনগৈদা লূট তৌরম্মী। হীরা-মোতি অমসুং সনা-লুপা কয়ামরুম মখূৎ চল্লম্মী। অমুক হল্লক্তুনা বিক্রমনা তূম্লিবা উখাদুদা লাক্লম্মী। হূরান পোৎতু য়েন্নরম্মী, মোতি মাপলগী লীক্তু (নবলখো) শগোলগী শরুক তারে। হূরানবশিংদুনা মদু শগোল মঙক্তা শিজিনবীরম্লগা চৎখ্রে। কোনুংদা হূরানবা থিনবা মায়কৈ মরিদা সিফাই চাইথোক্লম্মী। সিফাই খরা বিক্রমনা তূম্লিবা উখাদা শগোল মঙক্তা হাইরিবা লীক্তু উবদগী

বিক্রমবু মশা নোমদুনা হৌদোক্লগা মখোঙ-মখূৎ পুন্দুনা শগোলগা লোয়ননা নিংথৌ মনাক্তা পুরম্মী। বিক্রমনা অশেঙবা মশক তাক্লিংদে অদুনা মচীন কাঙথোক্লে। মরুপশিংগী মরম হায়দোক্লিংদবনি খন্দুনা মখোঙ মখূৎ ককথৎলগা শহরগী মপান্দা লংথোক্লবা য়াথং পীরম্মী।

ফীভম কায়রবা বিক্রম ফৎত্রবা দন্দিসিদা নাহেদুনা লমলোং মরি ফাংবদা তাদুনা লৈরে, ঈ য়াম্না থোকখিবদগী মহাক জ্ঞান মাঙলে, কনাসু মঙোন্দা মিনুংশি উৎলমদে। অহীংদা থাউ-য়োনবা অমা লম্বীদা লাকপদা মাগী ফীভমদু উরুবদা থম্মোয় শোক্লুনা পতী পুনবীরম্মী। মাবু তপ্না থাঙ্গৎতুনা ময়ূমদা পুরম্মী। মাগী নুপীদো ফত্তবী অমদি খৎনগনবীনি। নুপানা থাংদুনা পুরক্লিবদু উবদা খৌনাও কায়বমখৈ লাউরম্মী, "হৈ অপঙবগী মকোক, নমথীবা উকংদু করিগী থাংদুনা পুরক্লিবনো? নিংথৌনা মখোঙ-মখূৎ কক্তুনা দন্দি তৌরিবনি। মাবু চঙজফম পী খঙখ্রবদি ঐখোয়বু কোলুদা ইনশিনহনগনি। মাবু থুনমক লংশেক্লু।" মদুদা থৌজাল হৈরবা থাউ-য়োনবদুনা নুপীনা ঙাঙবদু তাশিন্নদে। হায়রম্মী, "ঐ খঙই, মাবু ইচানি হায়রবনি, নঙসু নচাগুম খল্লু, অফবা থবক্তা য়েৎপা ফত্তে। চৎলু, মোলম শেমদুনা পুরকউ, তোল্লবসিগী পতী পুনবদা মতেং পাংলো লাউ।" নুপীদুনা অশোকপদু লায়েংবদা মতেং পাংলম্মী। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা ফদুনা কোলুগী গড্ডীদা ফমদুনা ষণ হোইরম্মী।

নোংমদি অয়োকপা মচাদু য়াম্না মোৎলে হায়বসি উরদুনা নুপীদা হায়রম্মী, "ঐখোয় ঙসিদি ইচানুপাসে ইরুজবিরসি, মাগী ফীভমসে য়েংউ।" মদুদা বিক্রমনা হায়রম্মী, "বাবা ঐহাক রাজকুমারী কালেন পুখ্রীদা ইরুজগে নৎত্রবদি অসুম লৈরনি।"

থাউ য়োনবগী নুপীনা মখূৎ য়ান্দুনা লাউরম্মী, "য়েংউনে, তারো উচিগী মকোক্তা চামেলীগী থাউ তৈবগুম্বনি। উকক নিংথৌ ইরুজরসু রাজকুমারীগী পুখ্রীদা লুগনি নৎত্রবদি লুররোই, তারেদনা অমোৎপা উকক্কী মঙলান। নথ্বায়দো খুদোংথীবদা তাগদবা থবক তৌগনু।"

"ঐ তৌগনি, ইচানুপানি মাগীদমক মমল পীরবসু মাগী করিসু লৈতবা অনীংবসি থুংহনগনি।"

মল্লক্লবদা বিক্রমবু মরেঙবান্দা থাঙ্গৎতুনা রাজকুমারীগী লৈকোল পুখ্রীদা পুরদুনা চৎলম্মী। বিক্রমনা হায়রম্মী, "হৌজিক চৎখ্রো অহীং নোংয়াইদা লৌরো লাউ। মচানা হায়রবসু ফীভম শোয়ববদু মতোমতা থাদোক্তুনা চৎপা য়ানিংদে। বিক্রমনা থেম-নৌদুনা থাখিরম্মী।

বিক্রম পুখ্রীদা শীৎ-শীৎতুনা চঙশিল্লগা ঙম্বমখৈ ফজনা ইরুথোক্লে। ফি হোংলগা পূজা তৌরম্মী। অতিয়াদা য়েংখৎলম্মী নোংয়াই য়ৌগদৌবা কুইদ্রে। আত্মাগী তারবু মখোল থোকহনবা ঙম্বা, লূপ্লবা শুমহৎনিংঙাই খোঞ্জেলদা দীপক রাগ শক্লক্লম্মী। মশামক রাগসিবু লেংবা মীনি। রাগসি মহাক নত্তনা কনাসু খঙলমদে। রাগসি শকপদা নুংশিৎ নিংথৌ অমদি মৈ নিংথৌ খূবাম্নুংদা লাকশিন্দুনা শীজিন্ননিংবা মওংদা শীজিন্নবা ঙম্লম্মী। দীপক রাগসি শকপদা শহরগী থাউমৈ পূম্বা মথন্তা ঙাল্লক্লম্মী। মসি উবদা ময়াম্না ঙক্লে। মূৎলবা থাউমৈ মথন্তা মতৌ করম্না ঙাল্লিবনো? দীপক রাগগী অঙকপা মতৌনি।

ঈশৈগী খোঞ্জেল ৱাংখৎলি অমসুং থুজিল্লীমখৈ থাউমৈ ঙান্না চাক্লম্মী। বাগনা ময়ায় ওইরপ্লা মতমদা থাউমৈসু ময়ায় ওইনা ঙাল্লম্মী। ঈশৈ লোইরগা মথন্তা মূৎখি। শহরদু শূক শুনা মম্বদা লূপখি।

থাউমৈ ঙাল্লকপদা রাজকুমারী মীকপ থোক্লম্মী বিক্রম নত্তনা মসি কনাসু ঙমগদবা নত্তে হায়বসি খঙখি। মহাক্কী মীহুলগী খোঙজেল য়াংখৎলকখি। ভারতকী পৃথিবী ফাওরবা নিংথৌরেল বিক্রমদিত্যবু য়েংনিংবা অমদি মহাক্কা লুহোংনিংবগী তূমদুনা লৈখ্রবা অপাম্বদু হৌগৎলক্লে। অরোনবা বিদ্যানা বিক্রম শহরসিদা লৈ হায়বা খঙলম্মী অমসুং ফিজেৎ লোত্তুনা কনাগুম্বা থাউ য়োনবগী য়ূমদা লৈরি হায়বসিসু।

অহীং নোংয়াই মতুংদা থাউ য়োনবদুনা লৈকোলদগী বিক্রমবু পুদুনা খাঙপোক্তা তূমহল্লম্মী। অহীং তূমদবনা থাউ য়োনবদসু নুমিৎ য়ুংবফাওবা তূম্লম্মী। মাবু সিফায়শিংনা হৌদোক্লম্মী। তোল্লবা থাউ য়োনবদু নীক্লম্মী লৈকোলদা চঙবদু খঙলম্লনি খল্লম্মী। সিফায়শিংদুনা মাবু রাজকুমারীনা কৌরি হায়রম্মী। কোনুং য়ৌরগদি নুংঙাইবগী নুংশাম্বর হোল্লম্মী মরমদি শহরগী থাউ য়োনবা পূম্নমক লাক্তুনা রাজকুমারীদা খূৎ লোন্নদুনা লেপ্লম্মী।

রাজকুমারীনা কোটৱালদা হংলম্মী, "কনাগুম্বা চীথ-নান্থবা য়াওদেদনা?"

"লোইনমক হোইদুনা পুজরক্লবনি, অমফাওবা থাদোক্লমদে।"

মখা শমথনা লাউথোক্লম্মী, "না থাঙ্গত্তুনা তাউ,হয়েং নুমিৎ থোকপদা নখোয পূম্বনা ঐঙোন্দা অফবা থাউ মন চাম্মা চাম্মা পুরক্তুনা পীগদবনি। হৌজিক হল্লো।"

কপ-লাউনদুনা, রাজকুমারীগী মঙলানগুম্বা ৱাখলদুদা চৈদুনা মুরুম-মুরুম শোন্দুনা ময়ূম-ময়ূমদা হন্নখ্রে।

থাউ য়োনবদুনা মচীন পোমথোক্তুনা লাকপদু উবদা খৎনগনবী নুপীদুনা থুনমক

খঙখি মপুরোইবগী মায়থোঙ লাংশিল্লকপগী মরম। মচীন্দগী মৈতাল ওথোকপগুম ঙাঙলম্মী, "খাঙহৈবদি নহাক্কী মপোক্কী য়েক্লবনি। ঐনদি হায়দরা, উককসি পুরক্নু, হৌজিক্তি চারেনা নঙনা তৌজবগী মহৈ, মসিনা হেক লাকপদগী খুদোংথীবা অমা নৎত্রগা অমদি শেম শাদুনা লৈরবনি। কদায়দগী লৌরুনি থাউ মন চাম্মা। নহাক্কী অপঙবদুনা ঐখোয় পূম্নমক শিবা তাবনি।" অসি হায়না মথবাক, মকোক ফূ-ফূদুনা কপ্লম্মী; কনাসু চাক মরূ অমা হূকখিদরে। তোল্লবা থাউ য়োনবদু করিনো খুমগদবা? নুমিত্তো ইমুংদা চাক থোংদ্রে, নীংবা কায়রদুনা কোক পায় পায়দুনা ফম্লরম্মী।

মতেং লৈজদ্রবা বিক্রম নুমিৎ চূপ্পা অরাম-খৌরাংনা ফমদুনা লৈরম্মী। নুমিদাংৱাইদা থাউ য়োনবদু কৌদুনা হংলম্মী, "করি তৌরে ঙসি ইমুংদা চাক থোংদ্রিবদুবু।" থাউ য়োনবদুনা কিনা-কিনা ৱাফম পূন্না তম্লম্মী। ঙাঙনা-ঙাঙনা কপ্লম্মী। নুপীনা মপুরোইবা অমসুং অয়োকপা মচাবু চৈ-থাংলম্মী। বিক্রমনা তপ্না হায়রম্মী, "বাবা নোংমদি পূম্নমক শিগদবনি ঐখোয়গী শিবা হয়েং লেপ্লবসু মদু মঙায়রে অদুবু চাক লাম্না করিগী শিরুগদগে, থৌনা ফনা লাম্হৈংনগদবনি, চৎলু চাক থোংলুরো।" অসুম্না য়েৎনরবা মতুংদা নুপীনা চাক থোংলম্মী। থোংনা-থোংনা 'ঙসিগী চাকসিনা অরোইবনি' খল্লম্মী। অয়ূক অঙনবদা মখোয় শিবসি অরেপ্পনি। তূম্নিংবদু নুংশিৎ ওনখ্রবনি অদুবু চোকথবনা মায় পাকখিবনা মখোয় নাখোক্তুনা তূমথখ্রে।

হেক তূমখিবগা বিক্রমনা অমেঙবা স্বরদা ভৈরবী রাগ শক্লম্মী। মীৎনা কূপ্পদা মাবু ঙাক-শেল্লিবা হিংচাবগী আত্মা মরি ফাওরক্লম্মী অমসুং হংলম্মী, "হে মৈ শাগেগী অচৌবা নিংথৌরেল, নঙনা নশাগী ফীভমসি অসুম্না থল্লিবা করিগীনো? অসিগুম্বা উকক্কী হকচাংসিদা কদায় ফাওবা লোত্তুনা লৈবা ঙমগদৌরিবনো?"

নিংথৌনা হায়রম্মী, "নখোয় ঐগী থাজরবা মরূপশিংনি, থুনমক ইশাগী অশেংবা ফীভমদা লাক্লগনি। নখোয়না মতম লৈবা খীবিক্তা ঐগী ইতেং পাংলকই, ঙসি নখোয়গী মতেং দরকার ওইরে, অফবা থাউ মন চাম্মা পাম্মী।" আত্মা মবিদু মাঙখিরম্মী। থাউ য়োনবগী ইমুং মাঙ্গোলদা থাউগী অমুবা চফূশিংনা থল্লম্মী।

ফত্তবা মঙ মঙদুনা থাউ য়োনবদু মপূং ফানা তূম্বা য়ারমদে। মঙদা অসুক্কী মতীক কিরম্মী। মহাক লাউরম্মী। মানা লাউবা তাবদা য়ূমথংনবশিংসু হৌগৎনরম্মী। মমীৎ পাঙথোরকপদা পরেং নাইনা থল্লিবা চফূশিংদু উরুবদা সিফায়নি খন্দুনা। 'ঐবু কনবিয়ু, ঐবু হাৎপিগনু' হায়না লাউরক্লম্মী। অদুবু, সিফায়শিংদু লেঙদবদুদা চঙশিন্দুনা য়েংলুবদদি অৱাবদু নুংঙাইবদা ওন্থোক্লম্মী। থাউগী অমুবা চফূশিংদু কদায়দগীনো হায়বা খঙদে,

হরাওবনা চেন্না চেন্না চত্তুনা রাজকুমারীদা থাউ মন চান্মা শেম-শাদুনা লৈরে, তাকউরে।

রাজকুমারীনা নিংথৌ বিক্রম থাউ য়োনবসিগী ময়ূমদা লৈরে হায়বসি খঙলম্মী। থাউ য়োনবদুদা হায়রম্মী, "থা অনী মতুংগী পূর্ণিমা নুমিত্তা ঐগী স্বয়ম্বরনি। পাবুংনা মদুগীদমক্তা সংসার পূম্নমক্তগী নিংথৌ, ইনাকখুনবশিং অমসুং নিংথৌগী পদবী ফংগদৌবশিং বার্ত্তন থাখ্রে। শহরগী মীওই পূম্নমক লাক্কনি, নঙবু মকক্তু পুদুনা লাকউ, মসি কাউনগনুসি অদুগা য়াথংসু, নীংশিংগদবনি। হৌজিক চৎপা য়ারগনি।"

য়াম্না চাউনা স্বয়ম্বরগী শেম শারম্মী। নুমিৎ কয়ানি মমাঙদগী সংসারগী কাচিন-কোয়াদগী নিংথৌ অমসুং রাজকুমার লাক্লম্মী। কোনুংগী মায়কৈ মরিদা অমদগী হেন্না ফজরবা তম্বুর পরেং-পরেংনা লৈতেংলম্মী। পূম্নমক্লা মঙোন-মঙোন্দা জয়মালা হূক্কনি খন্নরম্মী। স্বয়ম্বর নুমিত্তা রেশমী ফিজোল শেৎলবা অমসুং রত্নশিংতনা লৈতেংলদুনা অচৌবা তম্বুরগী মখাদা ফম্লম্মী। মীতিনদুদা মায়কৈ অমদা থাউ য়োনবদু লেপ্লম্মী। ফীভম শোয়রবা বিক্রমবু মরেঙবান্দা থাঙ্গত্তুনা পুরম্মী। মখোয় অনীমক্কী মশাগী খ্বাইদগী ফজরবা ফিজোল শেৎলিবনি অদুবু নিংথৌগী অতিথিশিংদুগী কেজ-মৌজবদুগী মমাঙদা অমোৎ-অকায়গুম্লম্মী।

খঙহৌদনা মনাইনুবীগা লোয়ননা স্বয়ম্বর সভাদা রাজকুমারী থোরক্লম্মী। মাগী ফজবগী মঙালদা মীওই পূম্নমক মীৎ থক্লম্মী। কনাগুম্বা অমা থিবগুম লযদুনা য়েংলম্মী। মমৈথংদা কাচিন অমদা লেপ্লিবা থাউ য়োনবদু উরক্লম্মী। চেনশিন্দুনা অদোমদা চঙশিল্লম্মী অমসুং হকচাং মকক্তুদা লৈ পরেং হুক্লম্মী।

মসি উবদা সভাদু ইচীক চীক্লম্মী। নিংথৌগী মখজাইদুদা খূবাক্লা থাখিবগুম ফাওরম্মী। অসিগুম্বা তূক্কৎচরবা খূৎখনসিদা অতিথিশিংনা অঙকপা মীৎয়েংদা য়েংনরম্মী। স্বয়ম্বরগী খূৎখন্দা খূদোম্বী থাঙ্গৎনদে। শোইনাইরবা বর অমসুং থাউ য়োনবদু বেন্দ পার্টিগা লোয়ননা কোনুং মনুংদা পুশিনখ্রে। থাউ য়োনবদুগী অতেক অকায ওইরবা খাঙপোকশঙদু নত্তনা করিসু লৈতে হায়বা চীন নিংথৌনা খঙলম্মী। মহাক্লা মতীক চাবা খুজিন-থৌরাং তৌরুনবা লন-থুম পান্নবদুদা য়াথং পীরম্মী। লৈবাক্কী খূৎ-হৈবা পূম্বা থাউ য়োনবগী য়ূমদা থুংলম্মী। মতৈ-মনাওদু মখোয়বু ওকপদা মথৌ চিল্লম্মী। বিক্রমনা মখোয়বু করিসু তৌহন্দ্রে, মখোয় পূম্বা অমুক হন্না থাখিরম্মী।

অহীংদা রাজকুমারীগী লৈকোলদা অমুক হন্না পুদুনা চৎনবা হায়জরম্মী। মফমদুদা থুংলবদা বিক্রমনা হায়রম্মী, "বাবা হৌজিক চৎলো, নোংঙানগদৌবা খরা ৱাৎলিঙৈদা ঐবু লৌবিরো লাউ।"

থাউ য়োনবদু চৎখ্রবদা দীপক রাগ শক্লম্মী। অঙকপা রাগনি, মায়াবী স্বর নুংশিত্তা তিন্নখিদুনা শহরগী থাউমৈ মখৈ মথন্তা ঙাল্লক্লম্মী। রাজকুমারী হৌগত্তুনা ওইরক্লিবদু য়েংলম্মী। থুনমক জগোয় শাবীগী শক্তম লৌরদুনা লৈকোলদা চৎলম্মী। বিক্রমনা ফিজোলদুদা মাবু মশক খঙলমদে। জগোয় শাবীনা হায়রম্মী, "হে নিংথৌ, অদোমগী ঈশৈ তাবদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরে, হায়বীয়ু করি পাম্বীবগে?" বিক্রমনা খুন্নম্মী, "হে ইন্দ্রগী জগোয় শাবী ঐগী শোইনাইবসি ফহল্লু, ঐঙোন্দা ঐগী হকচাং অমুক হন্না পীবিরো।"

মসি তাবদা জগোয় শাবীদু মাঙখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মহাক্কী ককখ্রবা মখোঙ-মখূৎ পুদুনা লাক্লম্মী। মফম চানা চানা শেমজিনবদগী হকচাংদা শৌজিনখিরম্মী। অমুক হন্না মহাক কোনুংদা চৎখ্রে।

অদুদগী বিক্রমনা থৌনা ফরবা আত্মা মরিদু কৌরম্মী। মীৎনা কৃপ্পদা মখোয় লাক্লম্মী অমসুং হংলম্মী, "করি য়াথং পীবিনিংবগে ইবুংঙো।" বিক্রমনা হায়রম্মী, "মরূপশা, চহী কয়া তপস্যা তৌরবা তুংদা নখোয়গী সেবা ফংলিবনি। নখোয়না ঐগী সেবাদা অৱাৎপা অমত্তা লৈহনখিদে। হৌজিক ঐগী ইনাই ওইবদগী নখোয়বু থাদোক্লবা মতম লাক্লে। নখোয় পান্দম লৈতনা নুংশিৎতা লয়দুনা লৈরম্বনি, ঐনা জ্ঞান পীনখিবনি। পূম্নমক ঐগী লৈবাক্তা চৎলু, সিফায়পূম্বা পুদুনা লাকউ। কোনুং অকোয়বদা কোসমুক তম্বুরনা লানশঙ শাদোকউ। সনা-লুপা থাম্লবা শামুশিং-শগোলশিংদু য়াথং ঙাইদুনা লৈহল্লু। ঐগী মরূপ থাউ য়োনবগী য়ূমসি কোনুং ওন্থোকহল্লু। হীরা-মোতিতনা মাগী ভন্দার থনহল্লু। কোনুংদা নোংমৈ পায়বা সেবক ঙাকহল্লু। পূম্নমক ভারত্তা শাসন তৌরিবা নিংথৌরেল বিক্রমাদিত্যাগী মতীক মগুণ অমসুং ময়াইগী মতুংইন্না তৌগদবনি। নুমিৎ থোক্লিঙৈ মমাঙদা থবক পূম্না লোইগদবনি। মসিগী ৱাখল তৌ!" বীর আত্মা মরিনা মাবু খুরম্লগা নুংশিত্তা মাঙখিরম্মী।

থাউ য়োনবদু মনাক্তা লোত্তুনা লৈরম্মী। পূম্নমক উরু-তারুরগা নীক্লদুনা মাঙদা থোক্কুনা বিক্রমগী খোঙদা তুরম্মী। কপ্পদুনা হায়জরম্মী, "ভারতকী নিংথৌরেল, ঐবু ঙাকপিয়ু।" বিক্রমনা থুনমক মাবু কোনখত্তুনা নুংশিনা হায়রম্মী, "বাবা ঐহাক মতম পূম্বা অদোমগী নচা ওইনা লৈগনি। খুদোংথীবদা অদোম্না ঐগী ইতেং পাংবিরকপসিগী কৈদৌঙৈদসু লমন শিংবা ঙম্লরোইদবনি। নোংঙানগদৌরে য়ূমদা চৎলসি।"

মখোয় অনী হল্লক্লম্মী। অতেক-অকায় ওইরবা খাঙপোকশঙগী মহুত্তা চাউরবা কোনুং লৈরম্বা উরুবদা থাউ-য়োনবদুগী মমীৎ য়ুংখৎলম্মী। খৎনগনবী নুপীদুনা মখোয়বু

ওক্লবা ঙাইদুনা লৈরম্মী। নিংথৌ কোনুংগী ফিজোলদা মহাক রাণীদগী ৱাত্তনা উরম্মী। মহাক্কী মিনোক্লা অতিয়াবু শোক্কদৌরম্মী। মাগী মীচৈ ৱাঙাঙদু নোল্লুকপা অমসুং মোমোন মিনোক্তা ওম্বোক্লম্মী।

হিংচাবগী আত্মাশিংদুনা নোংঙান্দ্রিঙৈদা লোইথোক্লম্বনি। কনাগুম্বগী সিফায় কাঙলুপ অমনা অঙকপা মওংদা অহীংসিদা নিংথৌ কোনুং কোয়শিনখ্রে হায়বা পাউসি চীন নিংথৌনা ফংলম্মী। অরোইবা পাম্বে ওইনা মহাক কোনুংদগী থীম্বদনা মপান থোরক্লম্মী। অদুবু বিক্রমনা মকুবোকপু ব্যবহারগা লোয়ননা খুরুমজরক্লে। তৃক্কৎচনা খল্লম্বদু মচানুপীনা খঞ্জখিবা অশেংবা মতীক মগুণ লৈরবা নিংথৌরেল বিক্রমদিত্যানি খঙলকপদা কয়া হরাওজখিবা হায়বসি কনানা শীংথাবা ঙমগনি? রাজকুমারশিং ফাওবা রাজকুমারীগী খূৎখন্দুদা নীংবা কায়নখি হকচাং মকক্তু হাৎনবা শরৌফাওবা শিন্নখ্রবনি। ময়ামদু লাক্লম্মী অমদি মায় পাক্লবা মায়োক্লবা নিংথৌ বিক্রমবু ইকায় খুম্নবা উৎলকখি।

মঙ্গলগী মশক ওইরবা লুহোংবদুগীদমক শেম শাবা হৌরম্মী। নৌনা আত্মা মরিদুনা অঙকপা মওংদা খল্লম্বা তম্বুরগী ৱাংলবা মাগুবতা লৈতেংলিবা বর-কন্যানা লৈবাক্কী ওইনা অতিথিশিংবু জগোয়-ঈশৈ য়েংহল্লম্মী। জগোয়গী মরক্তা কনাগুম্বনা কলা উৎপা পাম্লম্মী হায়বসি তানরম্মী। বিক্রমনা মখোয়বু মনুংদা চঙলক্লবা য়াথং পীরম্মী।

মখোয়গী মরক্তা কলাকারগী শক্তমদা মাগী য়েক্লবা যোগী অমসুং হান্নগী মন্ত্রীবু উরুবদা বিক্রমদিত্যাগী মায়থোঙ লাংশিনখি। রাজকুমারী মদু পূম্বা খঙলম্মী, লোন্না হায়রম্মী, "ৱাবীরুগনু, য়েংবীয়ু মখোয়গী ফত্তবা লমচৎনা মতৌ করম্না মখোয়গী অরোইবা ওইখিবগে হায়বদু।"

কলাকারশিংদুনা 'অশিবা অমুক হিংগৎহনবা' কৌবা মশান্না অমা উৎপা হৌবম্মী। হান্নগী মন্ত্রীনা শাংলবা উপুদগী মচানুপাগী নীংথিনা থম্লিবা অশিবদু লৌথোক্লম্মী। অশিবদু লৈমায়দা হীপহল্লগা মপানা মথবাক্তা ফম্লম্মী। যোগীনা কোয়শিনবা মফম অমদা মৈ থাগৎলগা মথক্তা ফম্লম্মী। কলাকার অতৈনা ধোলক অমদি খঞ্জরী য়ৈরম্মী। অশিবগী মথবাক্তা ফম্লিবা মীদুগা লোয়ননা নুংশিত্তা তপ্না-তপ্না পাইখৎখ্রে, উনা-উনা মাঙখ্রে। থুনমক মথক্তগী খূৎলায় থেংগায়নবগী অমদি লাউনবগী মখোল তারম্মী অদুগা পৃথিবী লৈমায়দা অককপা কয়াৎশিং তারক্লম্মী। মন্ত্রীনা মখাদা লাক্লগা নিংথৌদা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ, হৌজিক অদোম্না অশিবা কয়াৎ মচেৎশিংসি উরেদনা, মসি ঐনা অমুক হন্না শমজিন্নহনগনি অমসুং হিংগৎহনগনি।' মহাক্লা

মথং-মথং মচেৎশিংদু মফম চানা চানা থল্লম্মী। যোগীনা মৈদগী উৎ খূবাম অমা পীরম্মী, উৎতু অশিবদা কয়াৎ পূম্বদা নোইবদগী শমজিন্নরম্মী অমসুং অশিবদু হৌগৎলক্লম্মী।

মহাক লেপখৎলগা লাউরম্মী, "পাবুং ঐহাক চাক লাম্লে, চানবা খরা পীয়ু।" হান্নগী মন্ত্রীনা বিক্রমগী মায়কৈদা খূদম তৌদুনা হায়রম্মী, "কবোকৈ ওন্দুনা মশাগী য়েক্লবসি চারো।"

হিংগৎলক্লিবা অশিবদু খূদক্তা কবোকৈ ওন্দুনা বিক্রমগী মায়কৈদা চোংশিল্লম্মী তৌইগুম্বসুং রাজকুমারীগী মখূৎ হাইখিরম্মী। কবোকৈদু থুনমকম মমায় ওন্থোকখি। অকিবগী মশক ফংনা ঙংলকখি। বিজলী করেন্ট শোক্লুবগুম মৈ হৌরবা কবোকৈদু হান্নগী মন্ত্রীদা চোংশিনখ্রে। যোগী করিগুম্বা খরা তৌবা নংদ্রিঙৈ মন্ত্রীদু মচেৎ-মচেৎ শেৎতুনা তম্বুরগী ৱাংমদা পুখিরম্মী। যোগী থুনমক চাক্লিবা মৈদগী থোরক্লম্মী অমসুং চেনবা হৌরকখি। রাজকুমারীনা মখূৎ হাইবদগী মফমদুদা অদুমক লেপ্লম্মী পৃথিবীনা ফাবগুম। রাজকুমারীনা খাক্লা লাউরম্মী, "লৈখা তারবা মায়াবী! অশেংবা শক্তিশিংবু নঙনা য়াম্না লৈখা তারবা মওংদা শীজিন্নরে, মদুমক্লা নঙবুদি দন্দি পীগদবনি। নহাক করিগুম্বা খরা তৌবগী দরকার ওইদ্রে, অদুনা পুন্সি চূপ্পা মরোল থোক্লবা শাগুম লম্মাঙনদুনা লৈরগদবনি।" রাজকুমারীনা অমুক হাইরম্মী। মহাক মীওইবগী শক্তি পূম্বদগী তোঙান্না লৈখ্রে, মহাক্কী অঙকপা খূৎহাই অমনা মাগী মঙাল পূম্বা চূপশিনখ্রে।

নৌনা লুহোংলবী কন্যাগা লোয়ননা বিক্রম মরৈবাক্তা হল্লক্লম্মী। মখোয়বু উবদা প্রজা পূম্বনা হরাওনরম্মী। বিক্রম অমদি চীনগী রাজকুমারী পুন্সি নুংশাংনা, নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লম্মী।



সিন্ধী ফুঙ্গা ৱারী

## নিপালশুবা শোজৈ

সিন্ধগী বুদ্ধি লৈবা নিংথৌদু অহল ওইরক্লবদা মগাক কুইনা হিংলরোই হায়না ৱাখল তৌদুনা মাগী মন্ত্রীদা শোজৈ নিপালখক পীদুনা হায়রম্মী, "ঐহাক চৎখিগদবা মতম নকশিল্লক্লে। রাজকুমারনা চাউদ্রি ফাওবদি নঙনা লৈবাক্কী থবক পূম্নমক তৌরকউ। মহাক্না মতীক চারবদা মঙোন্দা শোজৈ তরেৎতু পীবিয়ু অদুবু নিপালশুবা শোজৈসিনা মানা শাসন তৌবা চহী মঙাগী মতুংদা।" মন্ত্রীনা অদুম্মক তৌগনি হায়না ৱাশক্লে অমসুং নিংথৌদু শান্তি ওইনা শিখ্রে।

লৈবাক্কী ৱায়েল থৌদাগী থবক মন্ত্রীনা তৌবম্মী। রাজকুমারগী মহৈ-মশিং তম্বগী মতীক চাবা খুজিল থৌরাং, মশামক্কী মচাগুম তৌরম্মী। রাজকুমারনা চাউদ্রি ফাওবা য়াম্না পূক্নিং চঙনা ৱায়েল থৌদা তৌরম্মী। মতম চারবদা নোংমা অফবা নুমিৎ অমদা চাওখৎলবা অমদি মতীক চানা শাসন তৌরবা লৈবাক্তু রাজকুমারদা শিন্নরম্মী। মতমদুদা শোজৈ তরেৎতু পীবিরম্মী। নিংথৌগী সিংহাসনদা ফম্বদা ঙায়রি য়াম্না লাঙতক্নুনা লৈনুংগী কা তরেৎতু হাংদোক্লম্মী। কাশিংদুদা সনা-লুপা অমদি হীরা মোতিনা থন্না

লৈরম্মী। য়াম্না হরাওনা থাজনিংঙাই ওইরবা মন্ত্রীবু থাগৎলম্মী। পোৎ পূম্নমক ঙাক শেন্দুনা থম্বীরম্লিবা অমসুং মতম চানা নিংথৌ খুভম শিন্নবীবগীদমক্তা তৌবীমল খঙবা ঊৎলম্মী।

নুমিৎ খরনি মতুংদা মন্ত্রীবু কল্লকপা অমনা নিংথৌদা হায়জিল্লম্মী। লৈনুংদা কা নিপাল লৈবনি, মন্ত্রীনা শোজৈ তরেৎখক পীরিবা করিগীনো? নহা ওইরিবা নিংথৌ শাউবনা মৈ হৌরম্মী। নমথাক তৌরে, নিপালশুবা লৈনুংগী কাদুগী সনা-লুপা পূম্নমক শীজিন্নথোক্লম্লনি অসিনি। মন্ত্রীদা হায়রম্মী, “থুনমক নিপালশুবা শোজৈদু পীয়ু নৎত্রবদি হৌজিকমক মঙক ককথৎহনগনি। মন্ত্রীনা নিংথৌগী মখোঙ পায়দুনা ‘মাগী পাবুংদা ৱাশকখিবনি, নিংথৌ ওইবা চহী মঙাগী মতুংদা মঙোন্দা নিপালশুবা শোজৈ পীগনি’ হায়না হায়জরম্মী। অদুবু নহা ওইরিবা নিংথৌদু অদুক য়াম্না তপথবা ঙমদে। মহাক্না হৌজিকমক, মতমসিমক্তদা শোজৈদু পাম্মী, শোজৈদু পায়দুনা লৈনুংদা নিপালশুবা কাদুগী মায়কৈদা চেল্লম্মী। শোদা শোজৈদা লৈবদা কাদু হাংদোক্লম্মী। কাদু তশেংনা ইহাঙ হাঙলম্মী। মহাক মদুদা থাজরমদে। ফক্লাংদু চুমদ্রিংনি মদুদা থাক নাইরমদে। ফক্লাংদুদা মীৎয়েং চঙলম্মী, মদুদা ফজরবী নুপী অমগী লাই য়েক্লম্মী। নিংথৌগী মীৎয়েং লাইদুদা নপশিন্দুনা লৈখ্রে। লাইদু য়েংনা য়েংনা মদুবু পাম্বনা শুমহৎলম্মী। লাইদুগী নুপীদু থৱায়দগী হেন্না খল্লক্লম্মী। লাইদুগী ফজবনা শুমহৎখিদুনা জ্ঞান মাঙদুনা হাইথরম্মী। মন্ত্রী মাগী তুংদা লেপ্লম্মী। মহাক্না নিংথৌবু ঙাক্লম্মী অমসুং মমায়দা মনম নুংশিবা ঈশিংনা চাইরম্মী। জ্ঞান লাকপগা মাগী মীৎয়েং লাইদুদা তারম্মী। মন্ত্রীদা য়াথং তৌরম্মী, “নুপীদু থিদুনা অথুবা মতমদা মাগা উনহল্লু নৎত্রবদি মহাক নিংথৌ খুভম অমসুং চাক-ঈশিং লোইনা থাদোক্লগনি।”

নিংথৌনা অমুক্তা উখিদ্রিবা নুপীসিদা শুহৎলিবসিদা মন্ত্রী য়াম্না ঙকখ্রে অদুবু নিংথৌবু থাজহল্লম্মী। অথুবা মতমদা থিদুনা পুথোক্কনি। হপ্তাদুদা মন্ত্রীনা জহাজদা য়োনবা য়াবা পোৎ থন্না হাপহল্লম্মী অমসুং থাজবা য়াবা মীনাই খরগা থুনা খোঙশাল্লম্মী। মখোয় হিথাংফম খূদিংদা লেপ্লম্মী, লৈবাক খূদিংগী মীওইশিংদা লৈনুংদা লৈরম্বা অয়েকপা লাইদু উৎলম্মী অদুবু মাবু খঙবা কনাসু থেংনরমদে। মতৌ অসুম্না চহী অমা কোয়না চৎলবা তুংদা অরাপ্পা লৈবাক্কী হিথাংফম অমদা থুংলুরে। তোর্বান্দা মখোয়না মীওই কযামরুমদা লাইদু উৎলম্মী। লেপ্লিবা মীওইশিংনা লাউরম্মী, “মসিদি ঐখোয়গী রাজকুমারীনি। মন্ত্রীনা মাবু নিংথৌগী মনাক্ত পুশিলহল্লম্মী। কোনুংদা রাজকুমারীগী শক্তম উরুবদা, লাইদু চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবী রাজকুমারীদুগীনি হায়বসি

তশেংনা থাজরম্মী। মন্ত্রীনা নিংথৌদা অঙকপা খূদোলপোৎ কয়া পীরম্মী। মহাক লল্লোনবগীদমক লৈবাকসিদা লৈথবা পাম্বদু ফোঙদোক্লম্মী। নিংথৌনা মঙোন্দা পোৎ য়োনবগী অয়াবা পীরম্মী। মতম খরগী মনুংদা রাজকুমারীগী অপাম্বা, মাগী শাগেগী মরমদা পূম্নমক খঙদোক্লম্মী। মপূং ফানা খঙলবদা মরৈবাক্তা হল্লম্মী।

মহাক্না চাংদম্মিংঙাই লৈতনা ফজবীদুগী লৈফম খঙলে তন্নম্মী। মসিমসু হায়রম্মী, "লাইসিদগীসু শরূক কয়ামরুম হেন্না ফজৈ।" মদুবু অমুক্তং য়েংনিংবনা নিংথৌদু লাঙতক্করম্মী।

জহাজদু মখল-মখলগী য়োন্নবা পোৎ থন্না হাপচিল্লম্মী। নিংথৌবু পুদুনা অমুক খোঙশাল্লম্মী। থা কয়াগী খুদোংথীরবা খোঙচৎকী মতুংদা চাংদম্মিংঙাই লৈত্রবী রাজকুমারীদুগী লৈবাক্কী লৈমায়দা শোক্লম্মী। মন্ত্রীনা রাজকুমারীগী মপাবুংগা উনরম্মী অমসুং হৌখিবা চহীগী মতৌগুম লল্লোনবগী য়াথং ফংলম্মী। মন্ত্রীনা রাজকুমারী শান্নপোৎ য়াম্না পাম্মী হায়বসি খঙখ্রবনি অমসুং লৈবাকসিগী মীওইশিং অফবা শান্নপোৎ শারম্মী। মরমসিনা মহাক্না রাজকুমারীগীদমক্তা অঙকপা শান্নপোৎ পুদুনা লাক্লিবনি। শান্নপোৎশিংসি চৎলি, ব্রা ঙাঙই, নোংশা অমসুং কৈ ঙংই, উচেক নুংশিৎতা তেঞ্জৈমুক য়াঙনা পাই। রাজকুমারীবু শুমহৎলম্মী। মন্ত্রীনা হায়রম্মী ঐখোয়গী জহাজদা অসুম্বা শান্নপোৎ লৈ, ময়ামদুগী লম্বা লৈতবনি। ঐখোয়গী মপুদো জহাজদা লৈ মহাক্না ঐঙোন্দা ঐখোয়গী লৈবাক্কী অচম্বা শান্নপোৎমখৈ মপান্দা পুথোকহল্লিবনি। জহাজদা লেংবীযু, অদোমদা অঙক-অঙকপা শান্নপোৎ কয়া উৎকনি। রাজকুমারী ঙকপগী ঙমখৈ লৈরমদে। মনাইনুপী তরুক্কা লোয়ননা থুনমক মন্ত্রীগা জহাজদা লাক্লম্মী।

নহা ওইরিবা নিংথৌনা মহাকপু য়েংলম্মী অমসুং ব্যবহাবগা লোয়ননা খল্লবা শান্ন-পোৎশিং উৎলম্মী। মদু খূদিংমকপু য়েংলগা রাজকুমারী হবাওবগী মপান নাইরমদে। মরকসিদা হি হোনবশিংনা লঙ্গরগী থৌরী ককথৎলম্মী। জহাজনা হিথাংফম থাদোক্লম্মী। মসি পূম্নমক মখোয়না য়াম্না হৈ-শিংনা তৌরম্মী। রাজকুমারী অমসুং মনাইশিং অদু খজীকফাও খঙলমদে, তোর্ব্বান্দগী য়াম্না লাপ্না থৌদোক্লম্মী।

রাজকুমারী অমদি মনাইনুবীশিংনা মখোয়বু ফাদুনা পুরক্লে খঙলকপদদি কিবনা জ্ঞান মাঙলম্মী। অদুদগী খঙহৌদনা লাউ-খোংবা হৌরম্মী। জহাজগী পোৎ-চৈ থুগাই চাইখাইরম্মী। নহা ওইরিবা নিংথৌনা বাজকুমারীগী অশাওবদু নেমথহল্লম্মী। মহাক্কী অয়েকপা লাইদা নুংশিরুবনি অমসুং মতৌ করম্না সমুদ্র তরেৎ লান্দুনা মাবু থিরকখিবনো? ব্বারমপূম্বা তম্লম্মী। নহা ওইরিবা নিংথৌগী নুংশি মোইথেম অমসুং

মহাক্কী পূকচেল চাউবা মতৌদুনা রাজকুমারী নেমথরম্মী। মহাক্নসু পামজরকই হায়না খঞ্জরম্মী। নিংথৌগী লৈবাক য়ৌরগা মাগী রাণী ওইহবদা য়ারম্মী। মফমদু য়ৌগদবা থামুক ৱাৎলিবনি অদুনা প্রেমনা থল্লবা, ময়াই কারবা ঈথক ইপোমদা ঈরূপ্তুনা শান্নবদা অনীমক হরাওরম্মী।

জহাজদু পন্থুংফম য়ৌরবমক্নি। ঙমখৈদা লৈমায় উবা ফংলবনি। নৌনা নুংশিনজবা অনীনা অমনা অমবু মীৎচান্নদুনা জহাজগী ফম্বাক্তা কোয়না চৎলম্মী। অহল ওইরবা মন্ত্রী জহাজগী হিরুবাক্তা ফম্লদুনা উইরিবা মীৎতুনা জহাজনা কক্লিবা ঈথক-ইপোমশিংদু য়েংলম্মী। মতমদুদা তেনৱা-মৈনাগী পূংবা অমা পাইরক্তুনা মনাক্কী থোঙবাদা তোংলম্মী। অহল ওইরবা মন্ত্রী উচেক মরোল খঙই। মহাক্না মবানীদা য়েংলম্মী।

পালগী থৌরীদা তোংদুনা ঙাইহাক লৈরগা মৈনানা হায়রম্মী, "ঐদি জহাজসিদা নুংঙাইতে, ৱারী অমত্তা লীয়ুদনা।" তেনৱানা খরা খল্লগা হায়রম্মী, "ৱারী অমদি ঐখোয়গী মীৎমাঙদা থোক্লিবসিদি। নহা ওইরিবা নিংথৌ অমসুং মাগী হায়নজবীবু য়েংউদনা, কয়াদা হরাওজরিবা। নিংথৌ শূপ্পগী নুমিৎ হুম্নিদা ঙায়রে হিংগদবা। হুম্নি শুবদা তোর্ব্বানসিদা লঙ্গর থাদগদবনি। নিংথৌ ওকপা মাগী লান্মী-শামু অমসুং শগোলশিং লাক্কনি অদুবু শগোলগী মশক লৌবা হিংচাবা অমনি। নিংথৌনা হেক কাখৎপগা মাবু পুরগা অতিয়াদা পাইথ্রৎখ্রনি, অমসুং সমুদ্রদা থাধরক্কনি।"

মৈনাগী মমীৎ ঈরা চেল্লম্মী অদুদি লুহোংদ্রিঙৈ মমাঙদা রাজকুমারীগী মপুরোইবা ওইগদৌরিবদু মাঙখ্রনি, কয়াদা ফজখ্রবা পুংবানো? তোল্লবীসিদা অৱাবগী চীংদুমগুম নল্লগনি। নিংথৌসিবু কনবা ঙম্লরোইদ্রা? তেনৱানা হায়রম্মী, "কনবা ঙমগনি, কনাগুম্বা নিংথৌনা শগোলদু শোক্ত্রিঙৈদা মঙকসি ককপা ঙম্লবদি? ৱাসি কনাদসু হায়গনু, হেক হায়বগা নঙগী নশাদু শরুক অহুম থোকপগী অমদি নুং ওল্লগনি।" তেনৱা মৈনা পাইখ্রে। মসি তাবদা অহল ওইরবা মন্ত্রী মপুগী পুন্সিগীদমক ৱারম্মী। হরাওববা নিংথৌ রাজকুমারীগা খোঙথাং মান্ননা জগোয় শারম্মী। মখোয়গী মায়থোঙ মঙাল লৈরম্মী। মথংগী মীৎকুপ্তা ঙাইহিরিবসিগী নাশোন ফাওবা খঙদে।

মথংগী নুমিত্তসু তেনৱা-মৈনা অদু পাইরক্তুনা হান্নগী মফমদা তোংলম্মী। মন্ত্রী মখোয়বু উবদা মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফমখ্রে। ৱাহৈ অমফাও তাহৌদবা পাল্লমদে। মৈনানা ফম্বাক্তা কোয়না চৎলিবা নিংথৌ অমসুং রাজকুমারীবু য়েংলম্মী অমসুং তেনৱাদা হংলম্মী, "করিগুম্বা নিংথৌ শগোল হিংচাবদগী কল্লবদি অমুক খুদোংথীবদি লৈররোইনে? তেনৱানা খুম্লম্মী, "নত্তে প্রিয়ে, অদুক থুনা খল্লুনু, নিংথৌ অমসুং

রাজকুমারী নুংঙাইনা লৈবা ফংলরোই, মদুদগী কল্লবসু লুহোংবৈ কুম্মৈদা শিরগনি, মদুদা নিংথৌনা অশেংবা সনাগী পুখম উগনি। মদু মহাক্না য়াম্না পাম্না পণ্ডিতশিংদা পীনবা সনা শাবদা অদুগুম্বা পুখম শানবা য়াথং তৌগনি। ঙাইহাক লৈরগা ৱান্থরক্কনি, শিগনি। অদুগুম্বা পুখমদু হূ লূপ্লবনি, মদু শোকপদা নিংথৌগী খুবামদা হূ চঙখিবদগী ঙাইহাক্কী মনুংদা থৱায় লৌখ্রগনি। মৈনানা য়াম্না লাঙতক্লনা হংলম্মী, "নিংথৌগী থৱায় কনবা ঙম্লরোইদ্রা?" "করিগুম্বা কনাগুম্বনা পুখমদু পায়দুনা লাপ্পা লংথোকখ্রবদি নিংথৌ কনবা ঙমগনি। অদুবু নীংশিংউ কনাগুম্বদা ৱাসি হায়রুরবদি নঙগী শরূক অহুম অমদি নূং ওল্লগনি।" মসিদগী তেনৱা-মৈনা পাইখ্রে, মন্ত্রী ৱাখলদা লূপ্তুনা লৈহৌরে।

মথংগী নুমিত্তা সমুদ্রগী অরোইবা খোঙচৎনি। থম্মোয়নুংদা অবোনবদু লোত্তুনা থল্লগা হিরুবাক্তা ফম্লম্মী। মানা খল্লম্মী ঙসিসু তেনৱা মৈনাদো লাকপা যাই। মৈনা তেনৱা অমুক পাইরক্লে। মৈনানা হংলম্মী, "নিংথৌবু হূ তৈবা পুখমদগী কল্লবদি মহাক রাজকুমারীগা হিংবা ঙমগনিকো?" "নত্তে প্রিয়ে, নিংথৌ কুইনা লৈরোই। রাজকুমারীগী লাইবক্তা অৱাবদমক ইরম্মী। লুহোংলবা মতুংদা বর-কন্যা কোনুংগী য়ূমথক্তগী লিনগী মচীন্দগী হূগী দ্রোপ অমা কন্যাগী খজাইদা তারক্কনি। নিংথৌনা মীৎকপ থোরকপদা কন্যাগী খজাইদা চূপ্পা মতমদা মাগী থৱায় চেক্লা পাইখ্রগনি। মৈনানা পূক্লিং লাঙতক্লনা মখা তানা হংলম্মী, "লুহোংবগী অহীংগী অকিবগী মশক ওইরবসিদগী কন্নবা উপায় লৈত্রবরা?" তেনৱানা খুম্লম্মী, "লৈ, উপায় অমা লৈ প্রিয়ে, কনাগুম্বনা লুহোংবগী কাদা লোত্তুনা লৈরগা হূদু তারকপগা লেকথোক্লবদি নিংথৌ কনবা ঙমগনি। হূ লেকথোকপদুসু থুনমক শঙ্গোম পরা অমা থক্লবদি মাসু শিরোই অদুবু লুহোংবৈ কাদা কনানা লোত্তুনা লৈনবগী থৌনা লৈগনি। তশেংবদি নিংথৌ শিবসি থৈদোকপা ঙম্লবোই তাও প্রিয়ে, মসি কনাগুম্বদা হায়দোক্লবদি নঙগী হকচাংগী শরুক অহুম থোকপগী অমদি নূং ওল্লগনি।" মসি হাযবগা তেনৱা-মৈনা পাইখ্রে।

মানা ঙম্মমখৈ মপুগী তুবুম অমফাও শোকহল্লোই হায়না মন্ত্রীনা ৱাশক্লম্মী। মদুদা মাগী থৱায় থারবসু থাখ্রসনু। ৱাখলদা লূপ্লবা মন্ত্রীনা মীৎকূপ অমফাও নিংথৌবু মীৎমাঙদগী লৈথোকহল্লমদে। জহাজনা তোর্ব্বান্দা থুংলবগা মখাদা কূমথদুনা শগোল হিংচাবগী মায়কৈদা চঙশিল্লম্মী। নিংথৌ তোংখৎত্রিঙৈ মমাঙদা মন্ত্রীনা থাঙখুমদগী থাঙ শৎতোক্তুনা খূৎয়ান অমুক্তা শগোল মকোক মশাদগী তোঙান তোঙান তারম্মী। পিশুম শূক্তুনা মদুগী মরম হংলম্মী। পাউখুম ফংদে। নিংথৌগী অশাওবসু হেনগৎলম্মী।

মদুগী মরমদা ৱাহৈ অমা হায়রুরবদি মাগী হকচাংগী শরুক অহুম থোকপগী অমদি নূং ওনগদৌরিবনি। মন্ত্রীগী ব্যবহারদা নিংথৌ ঙক্লম্মী। অদুবু মপাবুং অমসুং মাগী য়াম্না মপু নীংবগা লোয়ননা শাগেগী সেবা তৌরকখিবা মরম্না মাবু ঙাকপীরম্মী।

লুহোংবৈ শেম শারম্মী। মদু য়াওনবা অরাপ্পা অনকপদগী অতিথি লাক্লম্মী। লুহোংবৈ কুম্মৈদা নিংথৌগী মীৎয়েং সনাগী ফজরবা পুখম অমদা তারুরে। মদুবু থাঙ্গৎনবা খূৎ হেক তিংথোক্লকপদা মন্ত্রীনা মীৎনা কূপ্পদা লৌখৎখি অমসুং মদু হুন্দোক্লবা চেল্লম্মী। নিংথৌনা মদু করিগী তৌরিবনো হায়বা খঙলমদে, হংবদা মন্ত্রী মচীন কাঙথোক্তে। নিংথৌ শাউবনা মৈ হৌরম্মী। অতিথি ময়াম মাঙদা করিগুম্বা খরা থোকপসি হৌনদে হায়না খল্লম্মী।

লুহোংবা লোইরদুনা বর কন্যা কাদা চঙদুনা তূমখ্রে। মন্ত্রী পার্দি মরুমদা লোত্তুনা লৈ হায়বসি খঙখিদে। মন্ত্রী মপুবু কন্ননা চেকশিন্না লৈরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা য়ূমথক্তগী লীন অমা মখাদা কূমথরক্তুনা তূপ্লিবা কন্যাগী মখজাইদা হূ দ্রোপ অমা থাধরম্মী। মন্ত্রী মতমদুদা ফমুংলোমদা চেনশিন্দুনা কন্যাগী খজাইদগী হূদু লেকথোক্লম্মী অমসুং থুনমক শঙ্গোম পৱা অমা থক্লম্মী। মসিদা কন্যাদু মীৎকপ থোক্লক্লে, মমীৎ পাঙথোরকপদা মন্ত্রীনা মাগী খজাইদা চূপখি হায়না খল্লকখি। মহাক্না লাউদুনা নিংথৌবু হৌদোক্লম্মী। তূম্ফম কাদা মন্ত্রীবু উবদা নিংথৌদু শাউবনা ঙাওরম্মী। থোঙঙাকপশিংবু কৌরগা মন্ত্রীবু কৈশুমশঙদা থম্নবা অমদি নুমিৎ থোক্ত্রিঙৈদা মাবু শহরগী নোংচুপ থংবদা ফাঁসী তৌনবা য়াথং পীরম্মী।

মন্ত্রী কৈশুমশঙদা থমখ্রে। অযুক্তা অরোইবা অনীংবা হংবদা নিংথৌগা অমুক্তং উনজনিংই হায়রম্মী। নিংথৌনা মাগী অপাম্বদু য়াদবা ঙমখিদে। চেৎনা পুল্লিবা মন্ত্রী নিংথৌগী মনাক্তা পুরক্লম্মী। মফমদুদা মানা নিংথৌদা ৱা পূম্বা তাক্লম্মী, তেনৱানা শগোল হিংচাবগী ৱাদু কনাদসু হায়দোক্ননু, হেক হায়দোকপদা মখোঙ মখূৎ নূংঙৌ ওল্লকখি, হূ তৈবা পুখমগী ৱা হায়বা লোইবদা মথবাক ফাও নূংঙৌ ওল্লক্লে। মমৈদা য়ূমথক্তা লোত্তুনা লৈরম্বা লিনগী হূদুগী ৱা হায়বা লোইবদা মাগী লেমহৌরিবা লেংবান অমদি মকোক নূংঙৌ ওল্লক্লে।

নিংথৌ লেঙদনা লেপ্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা অঙকপদুদগী হন্থরকপদা হীক-হীক কপ্লম্মী। মপু নীংবা মন্ত্রীগী থৌওংদুদা মহাক্কী থম্মোয় কায়খ্রে। মন্ত্রীগী নূং ওল্লবা হকচাংদু কা অমদা থমহল্লে। নুমিৎ খূদিংগী মদুদা লৈ পরেং শিবিদুনা পূজা তৌরম্মী।

চহী খরগী মনুংদা রাণীনা মচানুপা অমা পোক্লম্মী। নিংথৌনা নুমিৎ খূদিংগী

রাজকুমারবু কাদুদা পুরম্মী অমসুং মঙোন্দা লৈখিদ্রবা মন্ত্রীগী মপু নীংবা অমদি তৌবিমলগী মরমদা তাক্লম্মী।

রাজকুমারনা চহী অহুম শুরকপা মতমদা তেনৱা-মৈনাদু কাদুদা লাক্লম্মী অমসুং ৱারী শানরম্মী। নিংথৌদু মতমসিদা উচেক্কী মরোল খঙবা ঙম্লে মরমদি মন্ত্রীগী মূর্ত্তি মনাক্তা লেপ্লিবনা। তেনৱা মৈনাদা হায়রম্মী, "য়েংউ নিংথৌ কয়াদা ৱারবনো? মন্ত্রীদা থোকখ্রিবদো মহাক কাউবা ঙমদে। করিগুম্বা নিংথৌনা পাল্লবদি মন্ত্রী অমুক হিঙ্গৎহনবা ঙমগনি।" মৈনা হংলম্মী, "করম্না? করম্না?" তেনৱানা মখা তারম্মী, "নিংথৌনা মচাগী বলি তৌবা তাই অমসুং মাগী ঈ মরীক মন্ত্রীগী মূর্ত্তিদা চাইশিনগদবনি। মসিদা মন্ত্রী অমুক লু-তোংগী ওইরক্কনি।"

নিংথৌ করি তৌগদগে খল্লম্মী, করি তৌবনা অচুম্বা ওইগনি? মহাক্কী তুখোঙ খূদিং মন্ত্রীগী লমন তোল্লবনি। মহাক্না অহুল্লক মাগী থৱায় কল্লবনি। পূক্লিং লাঙতক্লুদ্রিঙৈ থাঙখূমদগী থাঙ শত্তোক্তুনা রাজকুমারগী মঙক ককখ্রে মদুগী ঈদু মূর্ত্তিদা চাইশিনখ্রে। মন্ত্রী থুনমক হিংগৎলম্মী। মদুগী মরম খঙবগা মাগী জ্ঞান পূম্বা ঈশ্বরদা লূপশিল্লম্মী। ঈশ্ববনা মাগী হায়জবা তাদ-উদনা করম লৈবা ঙমগনি? অঙাংদুগী মকোক্তু মথন্তা হকচাংগা শমজিঞ্জখিরম্মী অমসুং মহাক তূম্লুবদগী মীকপ থোরকপগুম হৌগৎলম্মী।

মতমদুদা নিংথৌনা রাণীবু কৌরগা ৱারী পূম্বা লীরম্মী। মশাগী মচাবু মঙক ককই তাবদা রাণী নীক্লম্মী। নিংথৌগী অসি নত্তবা পাম্বে অমা লৈখিদে। অদু ওইদুনসু মন্ত্রীগী হায়জবা অমসুং ঈশ্বরগী থৌজালদগী রাজকুমার অমুক হিঙ্গৎলে। নিংথৌ-রাণী অমসুং রাজকুমারনা শাংলবা পুন্সি ফংদুনা নুংঙাইনা পাল্লম্মী। অসিগুম্বা মন্ত্রী অমনা মখোয়গী পাউতাক পীবিনবা লৈরিঙৈদা মখোয় কবম্না করিগী অৱাবা নংলুগদগে?



পঞ্জাবী ফুঙ্গা ৱারী

## অতোপ্পা লৈবাক্তা

নুপা অমগী লুহোংবগা মপা শিখিরম্মী। মাগী মকু ময়ূম্নসু য়াম্না নুংঙাইত্রে. মনেম্না হায়রম্মী, "তোল্লবদু তশেংনা মতোমতা ঙায়রে। হৌজিক মহাক্না ইচানুপীবু লৌবরবদি খবা ফগনি। মঙোন্দা পাউ থাখো। অফবা নুপীদগী হেন্না ফবা মরূপ লৈতবনি।"

পাউ ফংবগা ময়ানুপাদো শেৎ-চাদুনা শগোল তোংদুনা মকু ময়ূম চৎলম্মী। উমং ফাওরগা চৎপদা লিন অমগা খৈরোই অমগা চীক্লরম্বা থেংনরম্মী। অনীদুগী লান্দু য়েংদুনা লেপ্লম্মী। লিনদু ঈহিং-নাহিং শারে, ময়ানুপানা খল্লম্মী– করিগুম্বা লানসি চথদুনা লৈরবদি লিন শিবদি শোয়দ্রবনি, লিন্না খৈরোইগা পাবা ঙমদে। অনীসি খাইদোক্লবা ফৈ। মহাক্না মবানীবু তোঙান খাইদোক্লবা হোৎনরম্মী অমদু মহৈ য়ানখিদে। খৈরোইনা চোংশনা চোংশিন্দুনা লিন্দু লাক্লম্মী। অদুনা মানা থাঙ শৎতোক্লুনা খৈরোইদু মতূপ অনী থোক্লা ককথৎলম্মী।

মসিদগী লাম্থোক্লুনা মহাক শগোললোমদা ওল্লকখি তৌইগুম্বসুং শগোল

তোংখৎত্রিঙৈ মমাঙদা লিন্দুনা চোংশিন্দুনা মঙোন্দা কোইয়েৎ য়েৎশিল্লক্নে। ময়ানুপাদুনা হায়রম্মী, "ঐনা নথৱায় কনবীবনি, করি তৌরিবনো?" লিন্না হায়রম্মী, "নঙনা হায়রিবদু চুম্মী নঙনা ঐবু য়েক্লবদগী কনবীবনি অদুবু ঐনা নঙবু থাদোক্লোই ঐ নঙবু চাগনি।"

ময়ানুপানা ঙক্না, কিনা অমদি শাউনিংনা হায়রক্নে, "করিগীনো? অফবগী মহুত্তা অফবনা লমন শিংলোইদ্রা? ঐনা নঙগী নথৱায় কনবীরে অদুগা ঐবু হাৎলগেরা?ঐখোয় লৈবাক্তদি অসুম্না তৌনদে।" লিন্না হায়রম্মী, "অদুবু ঐখোয়গী মফমসিদদি নিয়ম তোঙাল্লি। অফবগী লমন ফত্তবনা শিংনৈ।"

ময়ানুপানা মখল-মখলগী মরৈ য়েৎনদুনা মাবু জ্ঞান তাহন্নবা য়াম্না হোৎনরম্মী অদুবু লিন্না মাগী ৱা অমত্তসু তাবিরমদে, মহাক লাইরেন্নি, লাম্লবনি, মাদি মহাকপু চাগনি হায়রি। মমৈথংদা ময়ানুপানা হায়রক্নে, "অফবা ৱানি, লিন নিংথৌ, নঙ ঐবু চাবা য়াই অদুবু ঐঙোন্দা নুমিৎ নিপালনিগী মতম পীয়ু। মদুদা ঐগী থবক পাঙথোকপা ঙমহৌনবা। অদুগী মতুংদা ঐহাক হল্লক্কনি মদুদা ঐবু নঙনা চাউ।" লিন য়ারম্মী। ময়ানুপাদু শগোল তোংদুনা চৎখ্রে।

নুপী ময়ূমগী মীওইশিংনা মাবু উবদা তরাম্না ওক্লম্মী। মপুরোইবদু উজবদা কন্যা য়াম্না হরাওরম্মী। অদুবু ময়ানুপাগী নুংঙাইত্রবা মায়থোঙদুদা হরাও-তয়াম্বগী মওং উবা ফংদে। নোংমা-নীনি মতুংদা নুপীময়ূমগী মীওইশিংনা হংলম্মী, "করি তৌরবগে? নপাবুং লৈখিদবদা নহাক য়াম্না ৱারব্রা? ঐখোয়গী মতেং দরকার ওইরবসু চিংনদনা হায়য়ু।" মহাক তূমিন্না লৈরম্মী। তরেৎনি শুবদা মখোয়না মচানুপীদা হায়রম্মী, "মহাক করিনো শাউরিব্রা? মথ্বায় নুংঙাইতনা উববো?"

মচানুপীনা মরম খঙনবা হোৎনরম্মী, মায় পাক্লমদে। নিপালনি শুবা নুমিত্তা ময়ানুপানা হায়রম্মী, "হৌজিক ঐ চৎলগে।" মমা-মপানা থৱায় নুংঙাইতনা মচানুপীবু বিদায় তৌরম্মী। শলগাড়ী মথক্তা অওং-অউন থন্না হাপচিল্লম্মী। কন্যানা ফম্লবগা গাডী চৎপা হৌরম্মী।

খুঙ্গংগী মপান থোকপগা ময়ানুপানা কন্যা অমসুং মীনাইশিংদা হায়রম্মী, "ঐহাক লম্বীদা শিরগদবনি নখোয় পূম্নমক অমুক হন্না চৎখ্রো।" কিনা কিনা মনাইশিংদু হলহৌরে। কন্যানা হায়রম্মী, "নঙ শিরবদি ঐনা হিংলুবগী করি কান্ননি। ঐহাক হল্লরোই।" নিংঙাই কনবী কন্যানা মাবু থাদোক্লমদে। লেপ্পখিবা মফমদু য়ৌবগা বর-কন্যা শগোলদগী কূমথরম্মী অমসুং খোঞ্জেল হৌনা লিনবু কৌরম্মী, "ঐহাক

লাক্লে, ঐনা ইশাগী ৱাশক ঙাক্লবনি ঐবু চাবা পাল্লবদি চারো। মদুগী ঐহাক শেম শারবনি।"

কন্যা থম্মোয় কায়নীংঙাই ওইবা ৱাহৈদু তারম্মী অমসুং মহাক্কী মতুং ইন্নরম্মী। থুনমক অকিবগী মশক ফংনা কাম্বগী মখোল তারম্মী। চাউরবা লাইরেল অমা শীৎলদুনা বরবু য়োৎনবগীদমক মাঙদা হাইহৎলক্লে। কন্যানা লাউরম্মী, "ঙাইখো, নঙনা মরায়বক থীরবসি করিগী চানিংলিবনো?" লিন্না মঙোন্দা ৱা পূম্বা তম্লম্মী, মতৌ করম্না খৈরোই হাৎলগা মাগী থৱায় কনবিখিবা, মমৈদা লিন্না হায়রম্মী, "ঐখোয় অফবগী লমন ফত্তবনা খুম্নে। মসি ঐখোয়গী চৎনবীনি।"

কন্যানা নিয়ম কাননগী ৱা কয়া হায়রম্মী। দলীন কয়ামরুম পীরম্মী অদুবু অকিবগী মশক ওইরবা লিনদুগী মপূক্লিং হোংদে। মতমদুদা কন্যানা হায়রক্লে, "নঙনা হায়রিবা, নখোয় লৈবাক্তা অফবগী লমন ফত্তবনা শিংই, য়াম্না ঙকপা চৎনবীনি, মসি করিগুম্বা মীৎয়েং অমত্তদা চুমদবনি। তশেংবদি মসিগী মরম করিনো? অসিগুম্বা ওন্ন-তৈনবা চৎনবী করম্না হৌখিবনো?" লাইরেন্না হায়রম্মী, "কোনা পাম্বী উরিবসে মসিদা চৎলু, মখোয়দা হংলুচো।"

কন্যানা কোনা পাম্বীগী মনাক্তা চৎলগা লাউরদুনা হংলম্মী, "লৈবাকসিগী চৎনবীসে অফবা তৌবগী লমন ফত্তবনা খুম্মী হায়, মসিগী মরম করিনো? ময়ায়গী পাম্বীদুনা পাউখুম পীরকখি, "ঐখোয়বু থিয়ু, হৌজিক মঙানি অদু অহানবদা তরুক শুরম্বনি, পূংবা অহুম। তরুকশুবা পাম্বীদুগী মউদা য়াম্না লাওনা হোরম্মী। অদুদগী ৱারী লীরক্লে, "য়াম্না কুইরবগী মমাঙদা লৈবাকসিগী য়ুম অমদা হূরানখি। মীওইশিংনা হূরানবদু তান্নরম্মী। থাবল যাম্না ফরম্মী। হূরানবদুনা তরুকশুবা কোনা পাম্বীদা হায়জরম্মী, "হে উপাম্বী, ঐবু কনবীয়ু, নহাক্কী হায়জবদু তারগা কোনা পাম্বীদুনা মাগী অহোবদুদা হূরানবদু কোনশিন্দুনা থিংজিল্লম্মী। তান্নরক্লিবা মীয়ামদুন তরুকশুবা কোনাগী মনাক্তা কোইথি থিরম্মী। অদুবু মাবুদি ফংখিদ্রে। মায়থীরদুনা চৎখ্রে। খুদোংথীবদু লাম্হোকখ্রবদা কোনাগী অহোবদু অমুক হাংদোক্লম্মী, কোনা পাম্বীনা লিরবদি মনম নুংশি। মী খরনদি মখোয়গী মনুংদা চন্দন য়াওই হায়নৈ। কোনা পাম্বীদগী থোরকপদা হূরানবগী তুখোঙ খূদিংদা চন্দনগী তঈং-তঈংবা মনম লৈহৌরম্মী। অমুকখক হূরানবদু চাউরবা শহর অমদা চৎলুই, লেংথৈনখিবা নুপা অমনা খঙহৌদনা হংলম্মী, 'অসুক মনম নুংশিবা থাউসি নঙনা কদায়দগী ফংলিবনো?' হূরানবনা হায়রম্মী, 'থাউ, ঐগী থাউ নুং করিমত্তা লৈতে।' লম্বী চৎপদুনা নুংশাম্বর শাংনা

চিংলম্মী অমসুং হায়রম্মী, 'ৰাহ্, কয়াদা নুংশিরবা মনমনো? থাউসি ঐঙোন্দা পীয়ু, মতীক চানা মমল পীগনি।' হূরানবনা 'অঙকপা নুপানি, ঐগী থাউ-নুং করিগুম্বা লৈতে হায়রেদনা, ননাতোনদু বেরা লৈরব্রা?'

লম্বী চৎপা নুপাদো অনম য়াম্না কল্লি। মহাক নিংথৌগী মনাক্তা চৎলম্মী অমসুং শহরদা লমফৈ লাকপা নুপা অমগী য়াম্না ফরবা থাউ লৈ মহাক তশেংনা মহারাজদদি পীয়ু য়ারকপসু খঙদে, হায়রুরে।

নিংথৌনা হূরানবদু ফাহল্লম্মী। 'নঙনা থাউসি কদায়দগী ফংলবগে?' হূরানবদুনা ঐগী থাউ করিসু লৈতে হায়বদুদা নিংথৌনা মখা তারম্মী, 'করিগুম্বা নঙনা ইচম-চম্না থাউ পীগে হায়রবদি ঐনা নঙোন্দা মনা পীগনি নৎত্রবদি থাউগা লোয়ননা নঙফাও মাঙহনখিবা য়াই।'

হূরানবদু থক-থক নীক্লম্মী, 'ঐবু হাৎপীগনু পূম্নমক তাক্লগে।' মসি হায়দুনা মতৌ করম্না কোনা পাম্বীনা মথানুংদা লোৎপীদুনা মথৱায় কনবীরকপা অমসুং মতৌ করম্না মনমদো মাগী হকচাং কয়াৎশিংদা চঙখ্রিবা হায়বদু লোইনা লীরম্মী।

থুনমক মফমদুদা থুংলবগা নিংথৌনা কোনা পাম্বীদু কক্নুনা পুনবা য়াথং তৌরম্মী। মদু তাবদগী কোনা পাম্বীনা কন্না লাউরকখি, 'ঐনা মী অমগী পুন্সি কল্লুবনি মদুগীদমক্তা ইশাগী পুন্সি মাঙজবা তারবা। মরমসিনা ঙসিদগী উমংসিদা কনাগুম্বনা অফবা তৌরবদি মদুগী লমন ফত্তবনা খুমগদবনি।'

অৱাবগী ৱারীসি তারগা কন্যাদু অমুক হন্না লাক্লম্মী। লিন্না হংলক্লে, "হংলুরেদনা, মসি ঐখোয়গী চৎনবীনি হায়বসি থাজরেদনা। কন্যানা মসি য়াবা তারে অচুম্বদু হায়রবনিনা অদুবু অকিবগী মশক ফংলবা লিন্দুনা মাগী শিকারদু চাবা লাকপদদি কপ্পুনা হায়রকখি, "অদুদি ঐগী করি ওইগনি? করিগুম্বা মাবু চাবা তারবদি ঐবু হান্না চারো?" লিন্দুনা মসি অচুম্বনি লৌরমদে। "নঙসু? নঙনদি ঐগী অফবা করিসু তৌখিদে, নঙনা করিসু অফবা তৌদনা নঙবু চাবগীদমক ঐ খনবা ফাও ঙমদে।"

লিন তশেংনা লাঙতক্লরে। কন্যাদু কপ্পা উরগা মাগী থম্মোয় নীংঙমদবনা লাকহৎলকখি। বরদু চারনি অদুবু তোল্লবা কন্যাবু করম থাজহনগনি, মাগী ফত্তবা তৌবদি চুমদে, করিনো খরদি মাগীদমক তৌবা চুমগনি। মকোন্দা অমুক হন্না চঙলুরগা জাদুগী গোলী অনী পুদুনা লাক্লে— ঙাওরবী নুপীমচা, গোলীশিংসি য়োৎশিল্লু মসিনা ফজরবা নচানুপা অনী পোক্কনি। মখোয়বু য়োক থাকপদা নঙগী পুন্সি লেল্লু ওন্নবদা মখোয়না নঙবু য়েংশিনগনি। হৌজিক নঙ চৎখ্রো।"

কন্যানা গোলীদু লৌশিল্লে মতমদুদা মহাক্কী ৱাখল হন্থরক্লে। অদুনা হায়রক্লে "মসিদগী ইচা অনী পোক্লনি, খুন্নাইসিনা তিনশিৎনবনি। মপুরোইবা য়াওদনা পোকপনিনা পাপকী মচানি হায়নগনি।" মসিদি লিন্দুনা খন্থহৌদ্রে। মহাক খোয়রাংলম্মী– নুপীসি য়াম্না ঙকইদা। মকোন্দা চঙলগা গোলী অনী পুরক্লবা ৱারবা কন্যাদা পীরদুনা হায়রক্লে, "কনাগুম্বনা নঙগী নিন্দা তৌরবদি অমদি নঙগী নচাশিংগী মরমদা কজোই-কমাং ঙাঙলবদি গোলী অমা খূবী অমদি খুদোম্বী মরক্তা চপশিন্দুনা মথক্তা গোলীদু তপ্লা তকউ মদুদা গোলী মকূপ্পু মথক্তা তারনি মীৎকূপ্তা মৈখূ অমসুং ঊৎ ওল্লনি।

কন্যানা অহানবগী গোলীদু চেকশিন্না ফিজিনা কিশিল্লম্মী অমসুং অতোপ্পা গোলী অনীদুদা চিংননা য়েংলম্মী। খঙহৌদনা করি খল্লুবনো গোলী অনীদু লিনগী মথক্তা থাঙ্গৎলগা ইচম চম্না হায়রম্মী, "লিন নিংথৌ খরা নীংথিনা তাকপীয়ু, মসিবু অসুম্না তকউরা?" জাদুগী গোলী মকূপ্পু লিনদুগী মথক্তা তাশিল্লম্মী। খূদক্তা চাকথেক্কুনা লাইরেনগী মহুত্তা ঊৎকী খোইদ্রিং খোইদ্রাংবা লাইনদমক লৈহৌরে।

মায়থোঙ তাইরুরবা কন্যা অমুক হঞ্জিন্দুনা মপুরোইবদা হায়রম্মী, "অফবা তৌবদি থীন্থদনা মদুগী মহৈ ফংনবনি। ফত্তবগী মহৈদি ফত্তবনি। নঙনা অফবা তৌবনা য়েংউ, মদুগী মনা ফংলে। লিন্না ফত্তবা তৌবদুনা মহাক্কী পুন্সি লোমখ্রে।

বর-কন্যা হরাও-হরাও ময়ূমদা হল্লম্মী। মখোয় হিংলিমখৈ নুংঙাইনা পাল্লম্মী।



## কোংকনী ফুঙ্গা ৱারী

# পৈশা তঙ্খাইনা করম্না লেনগনি?

হনুবী অমগী ময়ূম পানবা য়ারবী মচানুপী অমা লৈরম্মী। থবক ইনখাংগী মরমদসু মহাক পীক্লিবা নৎত্রে অদু ওইদুনসু মমাগী মতেং করিগুম্বদা পাংলমদে। য়াম্না তনবীনি। অয়ূক থেঙলফাও ফমুংদা লৈরম্মী। হনুবীদুনা মল্লিঙৈদগী হৌগত্তুনা থবক শূই, কোনফেং-ৱাইতৈ, ৱাইশিৎ-ৱাইশেং পূম্নমক মতোমতা শূরম্মী। অয়ূক খূদিংদা মচানুপীদা লাউরম্মী, "ভারো, হৌগৎলো, নুমিৎনা য়ূমথক লানখিদৌরে।" মচানুপীনা খুল্লম্মী, "নুমিৎনা য়ূমথক কারসু কাসনু, ঐদি শমজেৎ য়াওদনা বেনী লোনগনি অমসুং খুজিং অমনসু লেনগনি। অদুদগী ফমুংদগী হৌগৎলি, কোয়চৎ-চৎলুগনি। চা-থক্লগা ফি হোংগনি অমদি মশম হাৎকনি।

নুতিগী অয়ূক অসুম্না তৌই। নোংমদি লৈবাক্কুগী রাজকুমার হনুবীদুগী খাঙপোকশঙ ময়াদা চৎলম্মী। হনুবীদুনা নুতিগী হায়বগুম হায়বদু তারম্মী পাউখুমসু। মাগী অরোইবা ৱাহৈদু রাজকুমারদা ঙক্লা থোক্লম্মী। মাবু লুহোংদুনা লৌরগা চাংয়েং তৌগে হায়না লেপ্লম্মী। নুপীদুগী কৌরিগী খূজিং অমনা মতৌ করম্না লেনবগে

য়েংনিংলম্মী। লায়রবী নুপীগা লুহোংবা অরায়বা থবক নত্তে খঙলম্মী। মহাক রাজকুমারনি।

কোনুংগী শগোলশঙ মচী অমদা হীপ্তুনা লৈরম্মী। কোনুংদা রাজকুমারবু উদ্রবদা মফম খূদিংদা থিহল্লম্মী। নুমিদাংৱাইরম শগোল পীজনবা চনা বোরা পুদুনা মীনাইনুবীশিং শগোলশঙদা লাক্লম্মী, চনাদু মখোয়না চাবা উরম্মী, শগোলগীদি মকূ ঙাক্তা ঙায়হৌরে। রাজকুমার থোরক্তুনা ঙাঙলম্মী, "চনাদি নখোয়না চারিবা ওইরে, শগোলশিংনা মকূ ঙাক্তা চারম্লনিনে। অদুননিদনা নখোয়না নোংম-নোংমগী নোয়খৎলক্লিবা, ঐগী শগোলনা কংশিল্লক্লিবসিদে।"

মীনাইশিংদুনা মাগী ৱাসে তাশিন্নদে, মখোয় পূন্না লাউরম্মী, "অদোম মফমসিদা লৈরিবোইরে। রাজকুমার মফমসিদা করি করি তৌরিবনো? অদোমগীদমক্তা লৈবাক মচী খূদিং থিবা থুংখ্রে।"

মখোয়দা রাজকুমারনা নিংথৌদা হায়দোক্লবদি মথ্বায় ফাওবা মাঙহনগনি অদু তখৎপীশিংদুনা মাগী ৱাদু থোইনা খল্লুদে, হি-হি নোক-খেদুনা চেন্না-চেন্না নিংথৌদা হায়রম্মী, "মহারাজ, ৱা অমা হায়য়ুরা নৎত্রগা অনী?"

রাজকুমার মফম খঙদবগী নিংথৌ য়াম্না ৱারম্মী অদুনা চৈরম্মী, "করিগী ৱারেম ঙাঙলিবনো, ঐহাক রাজকুমারগী খনবদা ৱারিবনি। নখোয় চাবা অমদি লাউবদগী হেনবা থবক লৈত্রেনে?"

"য়োকপীরিবা মপু, তাবিয়ুদো, ঐখোয় য়াম্না ফবা পাউ অমা পুরক্লনি।"

"ৱা অমা হায়গেরা, অনীরা, হায়গদবদু থুনা হায়রকউ।"

মীনাইশিংদুনা রাজকুমার শগোলশঙদা হীপ্তুনা লৈহৌই তম্লম্মী। নিংথৌনা থুনা চৎখিদুনা হায়রম্মী, "করি তৌরে ইবুংঙো, কনাগুম্বনা পূক্লিং নুংঙাইহন্দ্রবরা? করিগুম্বদা মহাক্কী মায়োক্তা খূৎ থাংগৎলবদি মদু ককথৎহনগনি, হায়য়ু করিগুম্বা অপাম্বা লৈরবসু মদু ঐনা পুরক্তুনা পীগনি।"

"অদুগুম্বা ৱা অমত্তা লৈতে, ঐহাক ফলাং হনুবীগী মচানুপীগা লুহোংবা পাম্মী।"

"বস, অদুগীদমক ওইরে, চৎলগা চাক চারুরো, নঙগী নীংবা থুংগনি।" হৌজিক্তি হরাওরেদনা। রাজকুমার পুদুনা চৎখিরম্মী। মহাক থবক পূম্বা তৌরম্মী।

হনুবীদু কৌদ্রিঙৈ মমাঙদা নিংথৌনা রাজকুমারবু থেমজিল্লম্মী। মহাক অসিগুম্বা চানদবা লুহোংবসিদগী অৱাবা লাক্কদবদু খঙলম্মী। নোংমদি মহাক লৈবাক শাসন তৌগদৌবনি। ভিক্ষারিগা মান্নবা নুপীমচাদুগা লুহোংবা ফজনিংঙাই লৈতে। রাজকুমার

নিংঙাই য়াম্না কল্লি। মহাক্না 'হনুবীদুগী মচানুপীনা লুহোংদ্রবদি শিগনি' হায়রম্মী।

অতোপ্পা উপায় লৈত্রবদা নিংথৌনা হনুবীদু কৌহল্লম্মী। মহাক নিংথৌনা কৌরকপদুদা করি মরাল লঙজখ্রবনো খনবদা জ্ঞান মাঙলম্মী। নীক্লদুনা কোনুং য়ৌরগা মহারাজদা কোক নোন্দুনা লেপ্লম্মী। নিংথৌনা মাবু ফম্নবা হায়বদা ফল্লমদে। নিংথৌনা মখূৎ পায়দুনা মাবু ফমহল্লম্মী।

ঐহাক নঙগা মরী মতা ওইনবা পাম্মী। নচানুপী রাজকুমারদা লুহোংবা তারে। হনুবীদু পূমঙক ঙক্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা তাবা ঙম্লক্লবদা হঙ্গৎলম্মী, "লায়রবী হনুবী অমদা করিগী ফাগি তৌবিরিবনো? য়োকপিরিবা মপু, অদোম ঐখোয়গা করম্না মরী ওইগদৌরিবনো?"

"মসি ফাগি নত্তে, রাজকুমারনা নঙগী নচাপুগী ভারো নত্তনা সংসারগী অতোপ্পা নুপীমচা অমত্তগা লুহোংলোইদৌরি।" হনুবীদু থাজবা ঙম্লমদে। নিংথৌনা লায়রবী লুখ্রাবীগী মচানুপীবু লুহোংগনি হায়রিবসে অদুগীসু মথক্তা য়াম্না তল্লবী ভারো, মঙোন্দা গুণ অমফাওবা য়াওদে। হনুবীদুনা হোয় নৎত্রগা মায় হায়বা ঙমদে। মহাক তূমিন্না ময়ূমদা লাক্লম্মী অমসুং কান্থ শূপ্তুনা ফমুংদা হীপ্লম্মী। ভারো তৌফম খঙদ্রে। মহাক্কী মমা ঙসি ফাওবা করিগুম্বদা নুংথিল তূমদে। মমানা হংলম্মী, "করি তৌরবগে, ইমা হকচাং ঙমদ্রব্রা?" হনুবীদুনা মহাক মতোমতা লৈহল্লু হায়রম্মী। অদুবু করি তৌরবনো খঙনবা হোৎনরম্মী। মমৈদা হনুবীদুনা মরমদু হায়রম্মী। করি তৌগনি, করি তৌরোই হায়বা ঙমদবগী ৱাফম হৌদোক্লম্মী। ভারো হরাওরম্মী। রাজকুমার মশামক্না মাগা লুহোংবা পাম্লিবনি। মহাক্না মমাবু মহারাজগীমনাক্তা 'হোয়' হায়রুনবা হায়রম্মী। মিপাইরদুনা অমদি ইকায়না মহারাজগীমনাক্তা অমুক চৎলম্মী অমসুং ভারোনা হায়বদুমক হায়রম্মী। নিংথৌনা রাজকুমারদা পাউসি পীরম্মী। মহাক হরাওরম্মী।

নিংথৌনা লুহোংনবা চিংলেম্না শেম শারম্মী। মাগী লায়রবা মরী মতাশিং অমসুং য়ূম্লোন্নবশিংগীদমক হনুবীনা তৌবা ঙম্বা তৌরম্মী। ঈশৈ-নোংমাইগা লোয়ননা লুহোংবদু পাঙথোক্লম্মী।

থা অনীগী মতুংদা রাজকুমারনা ভারোনা হায়খিবদু নীংশিংলম্মী। "ঐহাক খূজিং অমনসু লেনবা ঙমগনি।" মহাক্না থুনমক চাংয়েং তৌনবা লেপ্লম্মী। মপাবুংদা জহাজ অমা শানবা হায়জরম্মী। লম অতৈদা কারবার তৌবা পাম্মী হায়রুবদা নিংথৌনা মদুগী দরকার ওইদে, মহাকসু অহল ওইরে, অদুনা রাজকুমারনা লৈবাক্কী ৱায়েন থৌদাগী থবক পায়রগদবনি হায়রক্লে অদুদা রাজকুমার মতম খরগীদমক মহাক চৎকনি মদুদা

জহাজ শানবা য়াথং পীরম্মী। নিংথৌগীদমক লন-থুম অমসুং মীগী করি ৱাৎকনি। জহাজ শাবদা থা কয়ামরুম চঙবদু মাগীদমক নুমিৎ খরনিদা লোইরম্মী। জহাজগী মকোক অমদি হিরোই খল্লম্মী। লম চৎপগীদমক চীঞ্জাক মরাঙকায়না পুনবনি মদু রাজকুমারনা খরদমক হাপ্লম্মী। মহাক্না ভারোদসু সমুদ্র যাত্রাসিদা মাগা লোয়ননা চৎকদবনি হায়রম্মী। ভারোদি মদু পূম্বা হৈনবা নত্তে অদুবু মপুরোইবগী মপূক্লিংদা করি খল্লিবা মহাক খঙখিবা নত্তে। মপুরোইবগা লোয়ননা করিগুম্বা চৎপা হায়বসিদা অফ-ফত্তগী ৱা খঙদনা হরাওজরম্মী।

অফবা পূংফমদা জহাজ খোঙশাল্লম্মী। মখোয়না য়াম্না লাপ্লবা মফম অমদা থুংলুদ্রিফাওবা চৎলম্মী। মফম অমদা লঙ্গর থাদরম্মী। নোংমা নীনি লেপ্লম্মী। চীঞ্জাক তশেংনা লোইরবা মতমদুদা রাজকুমারনা ভারোবু জহাজদা মতোমতা হুন্দোক্লম্লগা লল্লোনবগীদমক্কি হায়জিন্নদুনা মখোয় তোর্ব্বান্দা চৎখ্রে। ভারো মতোমতা লৈহৌরে। রাজকুমারনা ভারো খঙহন্দনা মাগী ফিজিদা পৈশা তঙ্খাইগী শেলয়েক অমা পুনশিল্লম্মী। মদু খৃজিং অহুমদগী হেল্লম্লোই।

রাজকুমার অমদি লোয়নবশিং কংফাল লম্বীদা কোনুং চৎখ্রে। মখোয়না চৎখ্রবা মতুংদা ভারো চাক লাপ্লে। মহাক জহাজগী চীঞ্জাক থম্ফমদা চঙলম্মী অদুগা মফমদুদা চানবা করিসু ফংলমদে। অহীং অমা নুংথিল অমা মহাক চরা হেনবা তারম্মী। মথংগী নুমিত্তা করি তৌগনি হায়বদু খল্লম্মী। মহাক্কী ফিজিদা করিনো অমা পুল্লিবদু থেংনরম্মী। মদু হাংদোক্কুনা য়েংবদা পৈশা তঙ্খাইগী শেলয়েক ওইরম্মী। মসিনা করি তৌগনি খল্লম্মী। মতমদুদা হনুবা অমা ঙা ফানবা জহাজগী মনাক অদুৱাইদা লাকপা উরম্মী। ভারোনা কৌরম্মী, "খুরা।" হনুবদু জহাজদগী কনানো অমনা মঙোন্দা 'খুরা' হায়না কৌরকপদুদা য়াম্না ঙক্লম্মী। অসুক চাউরবা জহাজসিদা মথন্তা লৈবদুদা। মনাক্তা লাক্লম্মী ভারোনা পৈশা তঙ্খাইগী শেলয়েক্কু মঙোন্দা লংলদুনা মদুগী চনা অঙৌবা খরা, চেঙ খরা লৈবিরক্লবা হায়জরম্মী। হনুবদু মাগী হায়জবদু য়াদবা ঙম্লমদে। মহাক্না থুনা চৎতুনা চনা-চেঙ খরা খরা লৈদুনা পীরম্মী।

ভারোনা খাউদু হাংদোক্কুনা লাম্বনা শিগদৌরদুনা চাবা হৌরম্মী। খুদোংচাদবদগী পোৎয়োমদু মখূত্তগী নাম্থোক্কুনা তাখি। মহাক কপ্লীং-কপ্লীং তৌরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা অচৌ-অচৌবা ঙা কয়ামরুম লাক্কুনা চেঙ অমদি চনাদু চারম্মী। মদু চাবা লোইরগা তোর্ব্বান্দা চত্তুনা মোহরশিং ওথোক্লম্মী। উনা-উনা মফমদুদা মোহরগী মপৈ-মপৈ পৈদুনা লৈরম্মী। ভারো অঙকপা অমসুং হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। জহাজদগী

কূমথদুনা মোহরশিংদু পূম্নমক জহাজদা পুরক্লম্মী। মহাক নোংমদুমসু লাম্না লৈবা তারে। অহল ওইরবা ঙা ফাবদু ঙাইবা তারম্মী। মথংগী অয়ূক ঙা ফাবদু লাক্লম্মী। ভারোনা মোহর অমা পীরগা মখল মথেলগী চানবা পোৎ লৈরক্নবা হায়রম্মী। ভারোনা হৌজিক চানবা অৱাৎপা লৈত্রে। মহাক নুমিৎ চূপ্পা ফমদুনা চারম্মী। মথং অয়ুক্তা ঙা ফাবদু লাকপগা মাগা লোয়ননা তোৰ্ব্বান্দা চৎতুনা লম বিঘা অনী/মরি লৈরম্মী।

উ-ৱা অশাংবা খরা, উগী চাউরবা মকক খরা, চেক, নূং-লৈঙোয় অমদি য়ূম শাবদা চঙবা পোৎ খূদিংমক লৈরম্মী। অহল ওইরবা ঙা ফাবদুগী খাঙপোকশঙ অমসু শারম্মী মদুদা নুপীগী ফিজেৎ থাদোক্তুনা নুপাগী ফি শেৎলগা য়ুম শাবগী থবক পূম্বা য়েংশিল্লম্মী।

থা খরগী মতুংদা রাজকুমার পৈশা তঙ্খাইদুনা মতৌ করম্না লেনবগে হায়বদু য়েংনিংলম্মী। জহাজ অমা লৌরগা মহাক্কীনুপী লৈহৌবা লমদুদা লাক্লম্মী। হান্নগী জহাজদুদা ভারো লৈবা উরমদে অদুনা তোল্লবীদু লূপ্তুনা শিরম্লনি খল্লম্মী। হন্দুনা চৎনবা তৌরকপদা মহাক্কী মীৎয়েং তোৰ্ব্বান্দা লেপ্লিবা য়াম্না ফজরবা কোনুংদু উরম্মী। মদু চাউরাক্না শাবা লোইগদৌরে। থবক শূবগী ফিজেত্তা মফমদুদা চৎলগা থবক শূবা য়াওগে হায়রম্মী। ঙা-ফাবদু ইমুং-মনুং পূন্না লৈদুনা ভারোগী মতেং পাংলম্মী। মহাক্না রাজকুমারবু ভারোগী মনাক্তা পুশিল্লম্মী। নুপাগী ফিজেত্তা মাবু মশক খঙলমদে। অদুবু ভারোনদি খঙই হায়বসি হায়দোক্লমদে। শক খঙদবা অমগুম ব্যবহার তৌরম্মী। থবক শূবা ওইনা থম্লম্মী। মঙোন্দা অকনবা থবক পীরমদে। য়েংশিন--খোৎচিনবগী থবক শিন্নরম্মী। ভারো মাবু মাগী লৈফমদা থম্লম্মী। নোংমা নুমিদাংৱাইরম মনাইশিংদা রাজকুমারগা লোয়ননা মাগী চানবা শেম্নবা হায়রম্মী। মদুদা রাজকুমারবু হান্না চানবা হায়রম্মী— পামজদ্রবসু মদু য়াবা তারম্মী। থৌজাল হৈবী মপুদুগী অঙকপা ব্যবহারদুদা ৱারোইশিন অমা থম্লম্মী। কোনুংগী লৈতেং অমসুং দরকার ওইবা পোৎচৈ লৈবগী থবক ভারোনা অহল ওইরবা ঙা-ফাবা অমদি রাজকুমারদা শিন্নরম্মী। মহাক্কী অপাম্বা য়াম্না মচু তারম্মী। মহাক্না থোইদোকপা লৈতেংগী পোৎ লৈদুনা কোনুংগী ফজবদা মতেং ওইরম্মী।

অতৈ থবক শূবশিং, খূৎহৈবশিং বিদায় তৌখ্রে। রাজকুমারবুদি নুমিৎ খরনি লৈথখিনবা হায়জবদগী লৈবদা য়ারম্মী। নোংমা ভারোনা মাগী খ্বাইদগী ফজরবা ফিরোল শেৎলদুনা মমল নাইদ্রবা লীক্লোল লৈতেংদুনা রাজকুমারবু মফমদুদা কৌরম্মী। মহাক্না মনুং চঙলকপদা মাগী নুপীবু মফমদুদা উরুবদা ঙক্তুনা লৈরম্মী। মসি পূম্নমক করম্না

ওইখ্রিবনো হংলম্মী। ভারোনা মহাক্না চৎখ্রবা তুংদা ফিজিদা কনানা পুল্লম্বনো খঙদবা পৈশা তঙ্খাইদু থেংনরম্মী। মদু চনা, চেঙ লৈহল্লুবা অমদি পোৎ ময়োমদু তাখিবদগী মথং মথং ৱারী লীরম্মী। মতৌ করম্না ঙাশিংনা চনা-চেঙ পুম্নমক্কু চারগা তোর্ব্বান্দা মোহর মপৈ-মপৈ ওথোক্লম্বা, করম্না কোনুংদু শারিবা, হৌজিক মখোয়না লৈরিবদু রাজকুমারনা লৈতেংদুনা ফজরিবদুনি।

হৌজিক ঙাঙগদবা রাজকুমারগী পালিনি। মহাক্না তাক্লম্মী করিগীদমক ভারোবু লুহোংলিবনো অমসুং করম্না মাবু চাংয়েংদুগীদমক থাদোক্লম্লিবা। মহাক হরাওরম্মী। ভারোনা শমজেৎ য়াওদনা বেনী লোনগনি। খূজিং তঙ্খাইনা লেনগনি হায়বদু থবক ওইনা তৌদুনা উৎলে। মখোয়না অনৌবা য়ূমদু য়োনথোক্লম্মী অমসুং মোহর মপৈ অমা পুদুনা মশাগী কোনুংদা হল্লম্মী। মফমদুদা পুন্সি চূপ্না নুংঙাই য়াইফনা পাল্লম্মী।



বেঙ্গলী ফুঙ্গা ৱারী

## ঈশ্বরবু য়োংশিনবা ব্রাহ্মণ

হেক পোকপগা পূম্নমক্কী লাইবক ইরিবা বিধাতানা লায়রবা ব্রাহ্মণ অমবু দন্দি তৌগে খন্দুনা অঙকপা অমা ইরম্মী। মহাক করিগুম্বদা মবূক থন্না চাবা ঙম্লরোই। পূক তঙ্খাই থনবদা মহাক চাবদু তোক্কুনা হৌগৎপা তাই।

নোংমদি ব্রাহ্মণদু নিংথৌগীদা চাবগী বার্ত্তন ফংলম্মী। মহাক হরাওবনা থম্মোয় থূমহৎলম্মী। নুপীদা হায়বম্মী, "পূক তঙ্খাইদগী হেন্না ঙসি ফাওবা চাবা ফংদ্রি। পেন্না চাবগী নুংঙাইবদু করম তৌবগে খঙবা ঙমখিদে। ঙসিদি লাইবক ফবদগী নিংথৌগীদা চাবগী বার্ত্তন ফংই অদু করম্না চৎকনি। ঐগী ফিরোলদি মল্লে অমসুং শেগায়রে, মদু শেত্তুনা চৎলবদি থোঙঙাকপশিংনা মপান্দগী তাম্থোরকপা শোয়দ্রে।" নুপীনা খুম্লম্মী, "ঐ নঙগী ফিরোলশিংদু শেমজিল্লগা শুদোক্লগে।"

মহাক য়াম্না থেঙনা থুংলুই। নিংথৌনা হৌনবী মতুং ইন্না ওক্লম্মী। মতমদু নুমিৎ ফনা থেঙখ্রে। মখল মথেল অথোংবদু উবদা ব্রাহ্মণগী মিহুল চোংলম্মী। ওইনিংবা ওইসনু ঙসিদি নমশিন নমশিন চাগনি; মহাক্না ফিদাদা ফমদুনা চারম্মী। মতমদুদা করি

তৌরকপগে হায়ববু যুমগী য়েঙ্গাইদা য়ানবা চফূ অমা ব্রাহ্মণগী মবূক তঙ্খাই থল্লকপদা চফূদু কায়দুনা মচেৎ খরা মাগী চাক্লুক্তা তাশিল্লম্মী। থুনমক খূৎ লেপ, আচমন তৌদুনা চাক্লুক্তগী হৌগৎলম্মী। খূৎ-চিন হামদোক-তেংথোক্তুনা নিংথৌগী নাক্তা চঙলক্লে। ইকায় খুম্মনা হংলম্মী, "ঐজ্ঞা, চাক ইঙ্খাং করম তৌবিবগে? নীংথিনা হাবিদ্রব্রা কৈনো?"

"অদোমগী সেবা তৌরিবশিংনা ঐগী ৱাখল য়াম্না তৌই অদুবু লাইবক্তা তল্লম্বা হায়বসিনা পূক থন্না করম চাগনি?" নিংথৌনা ঙক্লা হংলম্মী, "করিগীনো? করি তৌরবগে?"

"মহারাজ ঐনা চাক চারিঙৈদা থোলাগী পাত্রদু ঐগী চাক্লুক্তা তাশিন্দুনা মোৎশিনহল্লে।" নিংথৌ শাউবনা মৈ হৌরম্মী, সেবা তৌরিবশিংবু কৌরগা চৈরক্লে। ব্রাহ্মণদা হায়জরম্মী, "ঙসি অহীংসে অদোম পোত্থাবিরো। হয়েং চাক ইঙ্খাং থোংহন্দুনা ঐহাক ইশামক্লা অদোম্বু পীজরগে?" অসুম্না ব্রাহ্মণসু লৈথরম্মী।

অয়ূক নিংথৌনা য়েংশিন-খোৎশিন্দুনা চাক থেংহল্লে। অদুদগী মথেল খরা মশানা থোংলে অমসুং ব্রাহ্মণদু পীজরক্লে। পাক চাউরবা চাক চাফমদুদা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা লৈরমদে অদুনা চাক মাঙহনবা য়াবা পোৎ খূদিংমক নীংথিনা য়েংলম্মী। নিংথৌগী অতিথি ওইজবদা য়াম্না হরাওজরম্মী অমসুং তঙ্খাই থল্লকপদা বিধাতানা উরক্লম্মী। মাবু থিংনবা খল্লম্মী অদুবু কবম্না? বিধাতাদো খনফম খঙলমদে। মহাক সনাগী হঙোই শক্তম লৌদুনা ব্রাহ্মণগী চাক্লুক্তা চোংশিল্লম্মী।

ব্রাহ্মণ চাবদা পূক্লিং চঙলম্মী। অতোপ্পা করিসু খনবা ঙমখিদে। মহাক্না চাক, হঙোই, অমসুং পূম্মমক চাথোকখিরম্মী। ব্রাহ্মণ চাক চাবা লোইদুনা নিংথৌনা হংলম্মী, "হৌজিক হায়বিয়ু।" "অহোয়, মহারাজ অসুম্না পেনবসিদি পুন্সিদা কৈদৌঙৈদসু ফংখিদ্রি।" নিংথৌদগী খূদোলপোৎ অমসুং দক্ষিনা লৌরগা ময়ূম্লোমদা চৎলম্মী।

লম্বীদা মহাক উমং ফাওদুনা চৎলম্মী। খঙহৌদনা খোঞ্জেল অমা তারম্মী, "ব্রাহ্মণ ঐবু থাদোকউ, ব্রাহ্মণ ঐবু থাদোকউ।" মহাক্না মায়কৈ মরিদা লয়দুনা য়েংলম্মী, কনাসু উরমদে। খোঞ্জেলদু অমুকসু হন্না তারক্লে। ব্রাহ্মণনা হংলম্মী, "নঙ কদায়দা লৈবগে?" বিধাতানা পাউখুম পীরক্লে, "নহাক্কী নবূক মনুংদা। নঙনা ঐবু য়োৎশিনখিবনি।" ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী, "মসিদগী হেন্না ফবা করিবু লৈরিবগে? ফৎত্রবা নঙনা ঐবু পুন্সি চুপ্পা ৱাহল্লে। হৌজিক নঙবু থাদোক্লরোই। চীনসি কন্না উমশিন্দুনা থমগনি। বিধাতানা নীক্লদুনা হায়রম্মী, "ব্রাহ্মণ ঐবু থাদোকউ, নুংশাম্বর ফুল্লে।"

অদুবু ব্রাহ্মণনা মাগী ৱাদো থৌওইরমদে। য়াঙনা থুনা চৎলম্মী। য়ূম য়ৌরগা নুপীদা হীদাক হাল্লক্লবা অমদি চৈশূ পুরক্লবা হায়রম্মী। হীদাকফুদু তোংজৈ মচিন্দু চপ্পুনা শাংনা শাংনা চিংলম্মী। মৈখূনা বিধাতাগী ফীভম হেন্না ফৎচিল্লক্রে। অদুবু ব্রাহ্মণ মাগী হায়বদু তাখিদে।

মরোল অহুম্মক হা-কার লাউনরে। বিধাতা য়াওদনা ব্রহ্মাণ্ডা নিয়ম নাইনা করম্না থম্বা ঙমগনি, ব্রহ্মাণ্ড মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লৈরে। লাইশিংগী খুদোংথীবগী মীটিং পাঙথোক্লম্মী মদুদা মখেয়গী মরক্তগী কনাবু ব্রাহ্মণগী মনাক্তা থাগনি, খন্নরম্মী। অপূনবা রাই অমনা লক্ষ্মীনা চৎলবদি ফগনি লেপ্পরে। লক্ষ্মীনা হায়রম্মী, "ঐনা ব্রাহ্মণগী মনাক্তা চৎলবদি অমুক হল্লকপা ঙমদবসু য়াই অদুবু পুম্নমক্লা খূৎ লোন্নদুনা হায়জরম্মী। লক্ষ্মী ব্রাহ্মণগী য়ূমদা লাক্লে। লন-থুমগী লাইরেম্বী লক্ষ্মী য়ূমদা লাকই ব্রাহ্মণ খঙলম্মী। মহাক্লা ইকায় খুম্নবগা লোয়নান মঙক্তা ফি য়েক্তুনা মহাকপু ফম্নবা আসন থারম্মী অদুগা লায়রবা নুপা অমগীদা লেঙবীরকপগী মরম হংলম্মী। লক্ষ্মীনা হায়রম্মী, ব্রাহ্মণ নঙনা বিধাতাবু বন্দি থম্বীরে, মহাকপু থাদোকউ, নৎত্রবদি সংসার সৃষ্টি পূম্বা মাঙবা তারে। ব্রাহ্মণনা নুপীদা হায়রম্মী, "চৈদু খরা পীরকউ, পোকপদগী ঙসি ফাওবা মহাক কৈদৌঙৈদসু ঐগীদা লাকখিদ্রি। লাইবক ফবগী লাইরেম্বীসি, করম্বা ফীভমদা থাখিবগে হায়বদু য়েংউ। ফৎত্রবা লাইবক নক্তনা ঐগীনি হায়বা করিসু লৈতে। ঙসিনা ইনাক্তা লক্ষ্মীসে য়েংউদনা।" মসি তাবদা কিবনা কুচু ওল্লে। লক্ষ্মী মাঙখ্রে। মসিগী মমাঙদা য়ুগ কযাদা মঙোন্দা কনানসু অসিগুম্বা ৱাহৈ শাঙখিদ্রি। হল্লক্লগা ৱাফম পূম্না লাইশিংদা তম্লম্মী। য়াম্না থুনা রা খন্নবগা চন্দকর্মুক্তি মহৈগী লাইরেম্বী সরস্বতীবু থানবা ৱারেপ লৌরম্মী।

সরস্বতীনা ব্রাহ্মণগী থোঙ্গালদা চৎলগা লাউরম্মী, "ব্রাহ্মণ, নঙ য়ূমদা লৈব্রা?" খুরুমদুনা ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী, "ইমা সরস্বতী, লায়রবা ব্রাহ্মণ অমদগী অদোম্না করি পাম্বীবগে?"

"ঠাকুর, ব্রহ্মাণ্ডা মচেৎ-মচেৎ তানা কায়বা য়াবগী ফীভমদা লৈরে। বিধাতাবু থাদোকউ।" মহাক শাউবনা মৈ তৌরে, নুপীদা লাউরম্মী, "চৈদু ঐঙোন্দা পীয়ু ঐহাক মহৈগী লাইরেম্বীসে পারা তম্বীগে। মহাক্লা ঐবু ক-খ ফাওবগী জ্ঞান লৈহন্দে। ঙসিদি অদুগুম্বা সরস্বতীনা ঐগী য়ূমদা লাকইবনি।"

তশেংনা মহৈগী লাইরেম্বী বুদ্ধি লৌশিং মাঙখ্রে, তুরোই ঙাম্লোই চেনখ্রে।

মমৈদা ভগবান শিব থবকসিগী থৌদা লৌরম্মী। ব্রহ্মণসি শিব নীংবনি। শিবগী

অশেংবা ভক্ত, শিবগী পূজা তৌদনা ঈশিং ফাওবা য়াতোন তংদবনি। শিব লেঙলকপদা মানা, কুশ, চেঙ, লৈ, থোইদিং অমদি চন্দননা নিয়ম চুম্না পূজা তৌরম্মী। পূজাগী মতুংদা শিবনা আসন লৌরম্মী, "ব্রাহ্মণ, বিধাতাবু থাদোকউ।"

"ও! মগুণ চাউরবা শিব হৌজিক অদোম্না স্বয়ং লেঙবীরক্লবনিনা ঐনা মাবু থাদোকপা তারে। অদুবু ঐ করি তৌগনি, পোকপদগী ঙসি ফাওবা অৱাবা ঙাক্তনি। পূম্নমকসিগী মরূদি বিধাতানি।" শংকরনা মখা শমথরম্মী, "নঙ ৱারুগনু, ঐহাক নঙবু হকচাংগা লোয়ননা স্বর্গদা পুদুনা চৎলনি।" মসি তারগা ব্রাহ্মণনা মঙক্তু কোমথোক্লম্মী, ময়া কাথোক্লে, বিধাতাদো চোংথখ্রে।

ব্রাহ্মণ-ব্রাহ্মনীবু শিবনা মাগা লোয়ননা শিব লোক্তা পুদুনা চৎখ্রে।



মরাঠী ফুঙ্গা ৱারী

# নুমিৎ কৌবা লাইগী ৱারী

অতপৎ শহরদা য়াম্না লায়বা ব্রাহ্মণ অমনা শীং অমসুং শজীক্কীদমক নুমিৎ খূদিং উমংদা চৎলম্মী। নোংমদি মহাক্না মফমদুদা উমং লাইরেম্বীশিংনা নুমিৎ কৌবা লাইবু পূজা তৌবম্বা থেংনরম্মী। নুমিৎ পূজা ধর্ম্ম-থৌরম তোপ-তোপ্পনি।

ব্রাহ্মণনা থৌনা লৈনা মখোয় করি তৌরিবনো হংলুই। অদুদা পাউখুম পীরক্লম্মী, "মসি নুমিৎ কৌবা লাইগী ধর্ম্ম থৌরম্নি।" ব্রাহ্মণনা মাবুসু নিয়মদু তম্বীনবা তক্করম্মী মদুদা লাইরেম্বীশিংদুনা হায়বম্মী, "নত্তে, মসি য়াম্না শক্তি লৈবা ধর্ম্মগী থৌরমনি অমসুং ঐখোয়না নঙোন্দা তম্বীরবদি নঙ নাপল তৌরক্কনি অমসুং নিয়ম চুম্না তৌরক্তবা য়াই।" ব্রাহ্মণনা ৱাশক্লম্মী, "নত্তে, ঐহাক নোল্লুকপগা লোয়ননা মপূং ফাবা নিয়মদু ঙাক্কনি।" থৱানগী অহানবা নোংমাইজিংদা চন্দনতনা নুমিৎ কৌবা লাইগী শক্তম য়েক্লগা মদুদা লৈ অমসুং উহৈ কৎকনি। মদুগী মতুংদা থা তরুক ফাও নোংমাইজিং খূদিংগী অসুম তৌগনি। অদুদগী মথং থা তরুক লায়রবদা দান তৌগদবনি।

ব্রাহ্মণদু ময়ূমদা হংলম্মী অমসুং থৱানগী অহানবা নোংমাইজিংদগী ধর্ম্ম থৌরমদু

হৌরম্মী। মাগী থৌরমদুদা নুমিৎ কৌবা লাইনা য়াম্না পেল্লম্মী। লন-থুম্না ব্রাহ্মণগী য়ুমদু থনহল্লম্মী। মহাক য়াম্না ফাওরক্লম্মী। নোংমদি রাণীনা মাবু কৌরম্মী। কোনুং চঙবদা মখোঙ নীক্লম্মী। রাণীনা মঙোন্দা ফম্নবা ফিদা পীদুনা ব্যবহারগা লোয়ননা "কিনবগী ৱাফম লৈতেদা, অদোম্বু মরমসিনা কৌহনবনি, অদোমগী নচানুপীশিংদু পাম্মী ঐখোয়দা পীরে।"

ব্রাহ্মণনা চিংনরপ তৌনা হায়রম্মী, "ঐখোয় ইচানুপীশিং য়াম্না ৱানা চাউরকপনি নিংথৌ শাগৈদদি মীনাইগুম্না তৌবিগনি।" রাণীনা থাজবা পীদুনা হায়রম্মী, "অদুগীদি ৱাবিরুগনু, মখোয়বু নিংথৌ শাগৈগী ইকায়খুম্নবা পীগনি। অমনা নিংথৌদা লুহোংগনি, অতোপ্পনা মন্ত্রীদা।'

হরাও-হরাওনা ব্রাহ্মণনা হায়রিবদু য়ারম্মী। থুনমক শেম-শাদুনা লুহোংলম্মী অমসুং ব্রাহ্মণগী মচানুপী অনীমক মকু ময়ূম চৎখ্রে।

থা তরানিথোই মপূং ফারক্লে ব্রাহ্মণনা মচানুপীশিংগা উনবা চৎলুদবা। মহাক্কী থবক অমসুং ধর্ম্ম-থৌরমশিংদা থৌ চিনবদুনা। মমৈদা থা তরানিথোইগী মতুংদা মচানুপীশিংগা উননবা খল্লক্লে। অহানবগা মচানুপী অহলগীদা চৎলম্মী মহাক নিংথৌদা ওঙখিবনি। মচানুপীনা মপাবুংবু রত্ন থাম্লবা চৌকিদা ফমহল্লম্মী। মনম নুংশিবা ঈশিংনা খোঙ-খূৎ চামথোকহল্লগা চানবা মিঠাই পুরক্লে। ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী, "খরা চা থক্ত্রিঙৈদা নহাক ঐগী ৱারী তাখিগদবনি।" অদুবু মচানুপী থৌ য়াম্না চিল্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "নত্তে বাবু, ঐহাক শংদে, মহারাজ শা তানবা চৎকদৌরি, চান-থক্লবা থৌরাং তৌগদৌরি।" ব্রাহ্মণনা মাগী ব্যবহারদু লৈবাক মচা তাদবগুম খল্লম্মী। মহাক শাউনা মফমদুদগী চৎখ্রে।

ব্রাহ্মণনা মচানুপী অতোনবীগীদা চুমদ্রিং চৎলম্মী। মহাক মন্ত্রীদা ওঙখিবনি। মপাবুং উবদা য়াম্না হরাওজরম্মী। মহাকপু লৈরোং হকপা চৌক্রিদা ফমহল্লম্মী। মনম নুংশিবা ঈশিংনা খোঙ-খূৎ হামদোকহল্লম্মী অমসুং চানবা মিঠাই পুদুনা লাক্লম্মী। ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী, "ইবেম্মা, খরা চা-থক্ত্রিঙৈদা, নহাক ঐগী ৱারী তাখিবা তায়।" "শোয়দনা বাবা, ৱারী তারগা য়াম্না নুংঙাইগনি।" অসি হায়দুনা ইমুংদগী মোতী তরুক পুথোক্লম্মী। অহুম মপাবুংদা পীরম্মী অহুম অমনা মানা পায়রে। ৱারীসি ব্রাহ্মননা অসিগী মমাঙদা কনাদসু লীখিদ্রিবনি। মহাক্না মচানুপীদা তাহল্লম্মী। মতৌ করম্না উমং লাইরেম্বীশিংগা উনরুবা অমসুং মখোয়না মঙোন্দা নুমিৎ পূজা তৌবগী ধর্ম্মগী থৌরম তম্বীরকপা। মচানুপীনা ৱাহে অমমম্ব য়াম্না পূক্লিং চঙনা তারম্মী অদুদগী ব্রাহ্মণনা

অহাও-অথুম চাবগা ময়ূমদা হনখ্রে। নুপীনা মচানুপীশিংগী অফ-নুংঙাইগী মরমদা হংলম্মী। ব্রাহ্মণনা মঙোন্দা ৱারম পূন্নমক তল্লম্মী— মচানুপী অহল ঐগী ৱারী তাখিদে অদুনা মদুগী মহে চাবদি তাবনি।

অদুমক ওইরকখি, মাগী মপুরোইবদু লান্মী পুদুনা অতোপ্পা লৈবাক্তা লান্দাবা চৎখিবনি, হল্লকখিদে। অতোনবী মচানুপীনা ৱারী তারম্মী অদুনা নোংম-নোংমগী চাওখৎপা হেঙ্গৎলক্লম্মী। লাইবক্লা মচা অহলবুদি থাদোক্লমদে। নোংমা-নোংমগী লেনবদা অৱাবা ওইরক্লম্মী।

নোংমদি মচানুপা অহলদু মন্দোনগীদা চৎলুনবা হায়রম্মী, “য়ূমদা করিসু লৈত্রে, নন্দোমচাগীদা চৎলুচো, মানা পীরকপা খুদোলপোৎ খরদু পুদুনা লাকউ।”

মথং নোংমাইজিং নুমিত্তা রাজকুমার মন্দোমচাগীদা চৎখ্রে। মহাক মফমদুদা পুখ্রীদা চৎলম্মী অমসুং ইরুজরিবা নুপীশিংদুদা হংলম্মী, “নখোয় কনাগীদা থবক তৌরিবনো?” পাউখুম ফংলম্মী, “ঐখোয় মন্ত্রী নুপীগী মনাইনুবীশিংনি।”

নখোয় মপু ইবেম্মদা চৎলগা হায়রুচো, মচেগী মচানুপা লাকই। মসিমসু হায়য়ু মাগী ফিরোল শেগায়রে অদুনা মনীংথোঙলোমদগী চঙহনবীয়ু।” মীনাইশিংদুনা মাবু মনীংথোঙলোমদা পুশিল্লম্মী। মন্দোন্না ইরুজনবা ঈশিং থমহল্লম্মী, শেৎনবা ফি অমসুং নিংথৌগী ওইবা চাক-ইঙ্গাং পীজরম্মী। মহাক্না চৎলমদাইদা মোহরনা থল্লবা মাইরেল পীরম্মী মদুবু চেকশিন্না পুনবা অমদি মাঙহন্দনবা হায়রম্মী। লম্বীদা নুমিৎনা লৈকোল মালিগী ফিজেত্তা মোহরনা থল্লবা মাইরেল হূরানখিরম্মী। ময়ূমদা রাণীনা করি পুরকই হংলম্মী। রাজকুমারনা অহাঙবা খূৎ উৎলদুনা হায়রম্মী, “লাইবক্লা পীরকপনি অদু কর্ম্মনা মুনবীহৌরে। ইন্দোন্না পীরকপদু লম্বীদা মাঙহৌরে।”

মথং নোংমাইজিংদা মচা য়ায়মদু অমুক থারম্মী। মহাকসু শহরগী পুখ্রীদা চৎলগা ইরু- মাইথজরিবা নুপীশিংদুদা হংলম্মী, “নখোয় কদায়দা থবক তৌবনে?”

“ঐখোয় মন্ত্রীগী নুপীই মনাইনি।”

“নখোয় মপুইবেম্মদা মচেগী মচা লাকই হায়রুচো অদুগা মনীংথোঙলোমদা চঙহনবীয়ু।”

নুপীশিংদুনা রাজকুমার য়ায়মবু মনীংথোঙলোমদা পুশিল্লম্মী। ইরুজরগা অহনবা ফি হোংহল্লম্মী। চাবা-থকপা লোইরগা চৎলমদাইদা মোহরনা থল্লবা অহোবা চৈশু অমা পীরম্মী। মদু চেকশিন্না পুনবা শিন্নরম্মী। লম্বীদা নুমিৎনা শঞ্জেন্নহা শারগা চৈশুদু হূরানহৌরে। ময়ূমদা রাণীনা হংবদা রাজকুমার য়ায়মনা খুল্লম্মী, “লাইবক্লা পীরকপদু

কৰ্ম্মনা মুনবীহৌরে।" মসি হায়দুনা অহাঙবা মখূৎ উৎলম্মী।

অহুমশুবা নোংমাইজিংদা রাজকুমার অহুমশুবদো থারম্মী। মহাকসু চুমদ্রিং পুখ্রীদা চৎলম্মী। মন্দোমচানা মাবু তরাম্না ওক্লম্মী, ইরু মাইথজদুনা অহনবা ফি হোংহল্লগা পীজ-পীথক তৌরবা মতুং চৎলমদাইদা মোহ্‌রনা থল্লবা যুবী অমা পীরগা চেকশিন্না পুনবা, মদু মাঙহন্দনবা হায়রম্মী। লম্বীদা গুহা মপান্দা পোত্থানবগী থম্বদা গুহা মনুংদা তাশিনখ্রে। মহাক্না যুম য়ৌরগা খুন্নম্মী, "লাইবক্না পীরকপদু কৰ্ম্মনা মুনখ্রে।"

মরিশুবা রাজকুমারনা চৎখিবদসু মঙোন্দা মোহ্‌রনা থল্লবা লৈবাক্কী চফু অমা পীরকখি। মদু নুমিৎনা উমাইবী ওন্দুনা চোংশিল্লগা লাকহৌরে।

মঙাশুবা নোংমাইজিংদা রাণী মশামক চৎলম্মী অমসুং পুখ্রীদা লেপ্লম্মী। মনাওনুপী লাক্কুনা মাবু ওক্লম্মী। মনীং থোঙলোমদা মাবু পুশিল্লম্মী। ইরু মাইথজদুনা চাক পীজরবা মতুংদা মনাওনুপীনা হায়রম্মী মাগী অৱাবগী মরমদি বাবাগী ৱারী তাবদা য়ানিংখিদবদুনি। অদুদগী মহাক্না মচেদা ৱারীদু মপূং ফানা লীদুনা তাহল্লম্মী। রাণীনসু পূক্লিং লোঙদনা তারম্মী। থৱান থা ফাওবা মনাও গীদা লৈথরম্মী। থৱান থাদা মচীন-মনাও নুমিৎ পূজা তৌরম্মী। রাণীগী ধৰ্ম্ম থৌরমদু মপূং ফাও ফাদ্রি মহাক্কী অফবা নুমিৎ লাক্লে। থা কয়া মতুংদা নিংথৌ মায়পাক্কুনা মপান নাইদ্রবা লন-থুম পুদুনা লাক্লে হায়বা পাউ তারম্মী। কোনুংদা লাকপা লম্বীদা মনাওনুপী অমসুং মনাওনুপানা উননিংদুনা মফমদুদা পল্লম্মী।

মতমদুদা রাণীদু লৈরি হায়বা তাখিরম্মী। মাবু লৌরনবা দোলাই অমদি মনাই খরা থাখ্রে। মনাওনুপীগী মচানা লাউদুনা রাণীগী মনাক্তা থুংলুরে, "ইমাবোক, ইমাবোক, নঙবু লৌবা ছত্র থেৎপা দোলাই পুদুনা মীনাই, শামু, শগোল অমসুং লান্মীসু লাকই।" পূম্নমক্না য়েংননবা মপান্দা চেম্হোক্লুরম্মী। চহীমুক কায়নরুরবা তুংদা নিংথৌ রাণী অমনা অমগী অবা-নুংঙাই হংনরম্মী। মচীন-মনাওনা অমনা অমদা মমল য়াম্লবা খূদোলপোৎ অমসুং রেশমগী ফিরোল পীনরম্মী। মথংগী নুমিত্তা নিংথৌ মহারাণী কোনুংগীদমক খোঙশাল্লম্মী।

অহানবা পোত্থাফমদা চাক থোংলম্মী। রাণীনা নিংথৌ অমসুং মাগী চাক শেম্বা লোইরবা মনাওনুপীদগী তারকপা ৱারী নীংশিংলম্মী। মনাই থাদুনা খুঙ্গংগী খ্বাইদগী লায়রবা নুপা অমা থিরগা পুরক্লবা য়াথং পীরম্মী। লাম্লবা নুপা অমত্তা খুঙ্গংদা ফংলমদে। লম্বীদা শীং চনবা অমা থেংনরম্মী। মাবু রাণীগী নাক্তা পুরক্লম্মী। রাণীনা মোতি তরুক

পুথোক্তুনা অহুম্না শীং চনবদুদা পীরম্মী অহুম্না মানা পায়রম্মী। অদুদগী মপাবুং অমসুং উমং লাইরেম্বীশিংগী ৱারীদু লীরম্মী। শীং চনবদুগী তুখোং খূদিংনা ৱারীদু তারম্মী। তাবদা ঙাইহিরিঙৈদা মহাক্কী মপুনগী শীংশিংদু সনাগী ওল্লম্মী। মহাক্না ৱাশক্লম্মী, "নিয়ম চুম্না নুমিৎ পূজা তৌবগী থৌরম পাঙথোক্কনি।"

মথংগী নুমিৎতা নিংথৌ, রাণী, খোঙলোইশিংনা পোথাফম শেন্নম্মী। চাক থোংলগা রাণীনা নিংথৌ অমসুং মশাগী চানবা শেম শারে। মনাইদা কনাগুম্বা লায়রবা অমদি চাক লান্নবা অমা পুরক্লবা য়াথং পীরম্মী। রাণীনা মোতি তরুক পুথোক্লগা অহুম মহৈমরোং কংখ্রবা অমসুং মাগী গুহাসু কংখ্রবা লৌমীদুদা পাইহল্লম্মী, অহুম অমনা মানা। মঙোন্দা মপাবুং অমসুং উমং লাইরেম্বীশিংগী ৱারী লীরম্মী। ৱারীদু মপৃং ফাদ্রিঙৈদগী হৌনা মহাক্কী কংলুরবা মহৈ-মরোং অমুক ঈশং শংলম্মী। কংলুরবা গুহা ঈশিং-ঈফৃৎনা ঈমায় চোন্না থোক্লম্মী। হনখিবদা লৌমীদো হরাওনা ৱাশক্লম্মী মপৃং ফাবা নিয়মগা লোয়ননা নুমিৎ পূজাগী থৌরম পাঙথোক্কনি।

অহুমশুবা পোথাফমদা রাণীনা হনুবী অমা নুমিৎ পূজাগী ৱারীদু লীরম্মী। হনুবীদুগী মচা উমংদা মাঙখিবনি। অতোপ্পা মচা অমনা পুখ্রীদা লূপখিবনি অমসুং অহুমশুবদুনা লিননা চীক্তুনা শিখ্রবনি। ৱারীদু তাবদগী হনুবীগী মচা অহুম্মক অমমম ওইনা মফমদুদা লাক্লে। মহাক্না ৱাশক্লম্মী, "নুমিৎ পূজাগী থৌরমসি নিয়ম চুম্না পাঙথোক্কনি, উমং লাইরেম্বীশিং অমদি ব্রাহ্মণনা তৌবগুম।"

মরিশুবা পোথাফমদা মীনাইনা মখোঙ-মখূৎ য়াওদ্রবা মীওই অমা পুরক্লম্মী। মহাক্কী মমীৎতু য়াম্না ফৎত্রে য়াম্না ৱানা মশেন মরাং উরম্মী। মহাকপু মকক কৌনরম্মী। মীনাইশিংনা থাংদুনা পুরক্লম্মী। রাণীনা মাবু ইরু-মাইথজহল্লম্মী। অহনবা ফি শেৎহল্লম্মী। মোতি তরুক্তুগী অহুম মবৃক্তা থল্লম্মী অমসুং অহুম্না মানা। মপাবুং অমদি উমং লাইরেম্বীশিংগী ৱারী লীরম্মী। মকক্তুনা পৃক্লিং লোঙদনা তাজবদগী মাগী মখোঙ-মখূৎ পাল্লক্লম্মী অমসুং মমীৎসু মঙাল লৈরম্মী। মহাকসু য়াম্না হরাওনা নুমিৎ পূজাগী থৌরম্মু নিয়ম চুম্না পাঙথোক্কনি হায়রম্মী।

মথং নুমিত্তা নিংথৌ, রাণী কোনুংদা থুংলম্মী। মখোয়না চাক চানবা ফমথবদা মঙায়রি, মতমদুদা নুমিৎ কৌবা লাইদু ফাওরক্লম্মী অমসুং মখোয়গা লোয়ননা চাক চাবগী অপাম্বা ফোঙদোক্লম্মী। নিংথৌনা কোনুংগী থোঙ পৃম্বা হাংদোক্লম্মী। মখল মথেলগী ইঙ্খাং থোংনবা য়াথং তৌরম্মী। মথেল খূদিংমক মনম নুংশিবা মখল তরুক্কা লোয়ননা য়েম্থোক্লম্মী।

নুমিৎ কৌবা লাই অমসুং নিংথৌ চানবা ফম্লম্মী। নুমিৎকী অহানবা চখোমদা শাংলবা শম অমা য়াওবা থেংনরম্মী। মহাক শাউদুনা লাউরম্মী, “মসি করম্বা চাওখৎতবীগী মশমনো?” রাণী কিবনা কুচু ওনখ্রে। নীংশিংলকখি মাগী অৱাবা মতম থা তরানিথোইদুদা য়ূমথক্তা ফমদুনা শম হাৎলম্মী। ওইবা য়াই মসি মতমদুগী শম। রাণী নুমিৎকী মখোঙদা তুদুনা ঙাকপীনবা হায়জরম্মী অদুবু নুমিৎনা মাবু ঙাকপীদ্রে। মমৈদা রাণীনা অথাবা কম্বল অমা ইন্দুনা য়ূমথক্তগী চৈ অমা লৌরম্মী। চৈদুনা শমদু য়েৎশিন্দুনা শহরগী ৱাংমদা ওয়থংবা লেঙজুমদগী লংথোকখিরম্মী। মদুদা নুমিৎ কৌবা লাইদুগী অশাওবদু নেমখ্রে অমসুং চাক চারম্মী।

ব্রাহ্মণ, নিংথৌ, মাগী মচাশিং, মন্ত্রীগী নুপী, শীং চনবা, লৌমী, হনুবী অমসুং মীওইশিংনা মকক হায়নবা, মখোয় নুমিৎ কৌবা লাইগী থৌজালদগী পুন্সি শাংনা হিংলম্মী অমসুং মখোয়না হিংলিমখৈ নুংঙাইনা পাল্লম্মী।



## মণিপুরী ফুঙ্গা ৱারী

## চন্দ্রজিনী

মতম অমদা কুন্দোলতা কৌবী ফজরবী, নিংথৌ মজাইবেম্মা অমা লৈরম্মী। হৈবোক চীংদোন্দা নুংঙাই য়াইফনা পাল্লিবা নিংথেনা মনাইনুপা-নুপী কয়ামরুম মজাইবেম্মবু ঙাক শেলহল্লম্মী। নোংমা নোংমা চাউরক্কুনা লৈশাবী মপূং ফারক্লবদা মনাই পাখঙ অমগা নুংশি মরী লৈরম্মী।

নোংমা নুমিদাংৱাইরম অমা কুন্দোলতা মনাইদুগা হৈবোক চীংদা মহৌশাগী ফজবা যেংদুনা ৱারী ৱাতাই শানরিঙৈ খঙহৌদনা মায়কৈ মরিদগী লম্মৈনা ঙংনা চাকশিল্লক্লম্মী। মৈথক-লৈখাখোন্না অরেপ্পা লৈতনা চাক্লকপনা উচেক-ৱায়া, লমগী পাম্বী পূম্বা তুম্না চাকখ্রে। ৱারী শানদুনা ফম্লিবা পাখঙ-লৈশাবী অনীদু চেনফম থিরম্মী অদুবু ঙংদুনা চাক্লিবা অঙাওবা লম্মৈনা মনাক নকশিল্লক্লে, হিংনবগী পাম্বৈ লৈত্রবদা মখোয় অনী লেপ্লরে, মথংগী মপোক্তা নুপা-নুপী ওইনা পোক্লরসি। নুপীনা নিংথৌগী মচানুপী ওইনা পোক্লগা 'নুপা' পনবা য়াদবা ওইরসনু, নুপা অতোপ্পা লৈবাক অমদা রাজকুমার ওইনা পোক্লগা ৱা ঙাঙদবা ওইসনু। মতমদুদা শক খঙনদুনা নুংশি পন্থুংনরসি, ৱাশক্ল

দুনা মৈনুংদা থৱায় থামিন্নখ্রে।

মথং মপোক্তা কুন্দোলতা নিংথৌদুগী মজাইবেম্মা ওইনা পোক্কুনা চন্দ্রজিনী কৌরম্মী, মশক মতৌ চঙখোনবী নিংথৌগী মজাইবেম্মদো লৈশাবী ফারকপদগী 'নুপা' পনবা য়ারমদে। মপোক মদা হায়নখিবা মতুংইন্না চন্দ্রজিনীগী মমাঙদা 'নুপা' পনবা মীদুদি দন্দি ফংনি অসিনি।

অমরোমদা মাগী নুংশি চান্নজবদু অতোপ্পা লৈবাক্তা নিংথৌগী মচা ইবুংঙো ওইনা পোক্লুরে। য়ানখিবা মতুংইন্না মশক মতৌ ফজরবা বীরজিৎ পোকপদগী ৱা ঙাঙলমদে। নিংথৌ মহারাণীগী অৱাবগী মরম ওইরম্মী। নিংথৌনা অখঙ-অহৈ তান্নদুনা মাইবা-মাইবী কৌদুনা লায়েঙহল্লম্মী। মখোয় অমত্তনা রাজকুমার বীরজিৎপু ৱা ঙাঙহনবা ঙম্লমদে। মমৈদা নিংথৌনা লমকোয়হন্দুনা মথৱায় নুংঙাইহল্লগা ঙাঙলকপা য়াই খন্দুনা মন্ত্রী মচা ধৃতবুদ্ধিগা লোয়ননা থারম্মী।

মখোয় অনী 'সুম লাকপনা অতোপ্পা লৈবাক অমদা থুংলুরে। লৈবাক্কুগী নিংথৌগী মজাইবেম্মদু লৈশাবী ফারকপদা 'নুপা' পনবা য়াদে হায়নৈ। করিগুম্বা পল্লুরবদি মীওইদু অৱাফমদা তাখিবগী ৱারী লৈরম্মী। কনাগুম্বা অমত্তা কিদুনা পন্নরমদে। ৱাফমসি বীরজিৎ অমসুং ধৃতবুদ্ধিনা তাবদগী লৈবাক্কুগী রাজকুমারীগী মরমদা খঙনিংবদগী কোনুংগী লৈ লেংবীগী য়ূমদা থুংলম্মী। মালিলীদুনা লৈ পরেং অমমম লেংদুনা রাজকুমারীদা কৎলম্মী। নোংমদি ধৃতবুদ্ধিনা হায়রম্মী, "ইবেন, ইতাওসে লৈ পরেং লেংবা হৈবনি। ঙসি রাজকুমারীদা কৎনবা লৈদু মাবু লেংহনবীয়ু।" হনুবীদুনা য়াদুনা রাজকুমারনা লেংলম্মী। অঙকপগী পরেংনি, লৈখল খূদিংনা মরোল লোল্লি; থম্মোয়গী ৱা ফোঙদোকই। লৈ পরেংদু পুদুনা হনুবীনা কোনুং কারম্মী, চন্দ্রজিনীদা কৎলুবদা লৈখন খূদিং মুন্না য়েংলম্মী। নহানমখৈগা মান্নদবদুদা খঙনিংদুনা হংলম্মী, "ইবেন, লৈসি ঙসিদি কনানা লেংই, ওন্থোক্লসু ফজখ্রেদা।"

নুপীদুনা ঈংনা পাউখুম্লম্মী, "ইবেম্মা, ননাই ইশুনুপী অমা লৈজৈ, ঙসিদি মানা লেংবীগে হায়দুনা হরাওনা লৌবীবনি।"

"হৈমা, ইবেন নঙ নবুক ফত্তেকো, নশুনুপী লৈ হায়বদু খঙদে, হয়েংদি শোয়দনা পুবিবকউ, ঐগা ইতা শান্নগে।"

হনুবীদো হৌজিক অৱাবা তারেদো। ইশুনুপা হায়গদবদো 'নুপা' পনবা য়াদবনিনা ইশুনুপী হায়দোক্লুরে, হয়েং কোনুংদা পুগদবনি, কদায়দগীনো ঐনা হয়েং পুগদৌরিবা ইশুনুপীসিবো? য়ুম য়ৌরগা পাউসি নিংথৌ মচা অমসুং মন্ত্রীমচাদা তমদুনা

মখোয় অহুম করি তৌসি হায়বদু তান্নরম্মী।

নোং ঙাল্লে, নিংথৌ মচাদো নুপীগী ফিজেৎ লৈতেং লোইখ্রে, অঙকপনি য়েংবদা নুপী মাল্লে, ওন্থোক্লসু ফজরেদো। ফি শেৎপা লোইরদুনা য়েন্দায় পায়, মশু-মবেন কোনুং য়ৌখ্রে। চন্দ্রজিনীনা হরাও-হরাও কৌশিল্লম্মী। মখোয় অনী মতা শান্নরে, হল্লমদাইদা রাজকুমারীনা হায়রম্মী, "ইবেন নশু-ইতাসে ঙসিদি অহীংসি ঐগা লেকমিন্নরগে, থল্লম্মো।" ৱাসি তাবদা হনুবীদো পাখৎপনা লোইরে। অরোনবসি খঙলক্লবদি দন্দি ফংবা শোয়দ্রে অদুনা হায়রকই, "তৌবিনু, মাদি করিসু হৈজবা শিংজবা নত্তে। মজাইবেম্মদা লোনচৎ-ব্যবহার কায়খিবা য়াওখ্রবদি ইবেন নুংঙাইজরোই, অদুনা পুজখিগে।"

ঈশ্বরগী থৌশিল কনানা খেৎলুবা ঙমগনি। চন্দ্রজিনীনা শিখাঙ খাঙদুনা য়াদ্রবদুদা মশুনুপী শারিবা বীরজিৎপু কোনুংদা থল্লমদুনা মালিনী ময়ূমদা হল্লক্লে।

বিধীগী নোংদমসু অঙকপনি। মপোকচৈংগী ৱাঙাঙলক্লিবা বীরজিৎ চন্দ্রজিনী উবদা ঙাঙলক্লে। মখোয় অনীদা ঙাইবা অহীংদা নুপীমচা শারিবা রাজকুমারনা হংলম্মী, "মজাইবেম্মা করিগীনো, 'নুপা' পনবা য়াদে হায়রিবসিবো?" চন্দ্রজিনী খঙহৌদনা শাউগৎলকখি। বীরজিৎপু নুপীমচানি খন্দুনা থোইদোক্লা ৱারৌরমদে। মাবু ঙাকপীরে।

মথং অয়ূক্তা মালিনী লাক্কুনা মাবু লৌররে, মশু মবেন য়ূমদা হনমিন্নখ্রে।

নিংথৌমচা অমদি মন্ত্রী মচা অনীনা শরৌ শীন্নদুনা নুমিৎ খরনি মালিনীদু লৈ কৎপা চৎহনখিদ্রে। মতুংদা নোংমা চত্তুনা কৎলুই। মতমদুদা হংলকখি, "ইবেন, কৈদৌরে, নহালমখৈ লাক্লিবদুবো?" মালিনীনা খুল্লম্মী, "ইবেম্মা ইশু নতাদো নাবদগী ইবেন লাকপা ঙমদবনি।" "এ, ইবেন ঐদি তাদেনা, অদুদি ঐ ইতাগী অনাবা হংবা হৌজিক চৎকে।" হনুবীদো পাখৎনা হায়রকই, "ইবেম্মা, নতাদো লৈত্রে, শিরেনে।" হীক হীক কপশিন্নে। চন্দ্রজিনীসু মতা শিরে তাবদা থাজদুনা কপ্লম্মী।

নোংমা চন্দ্রজিনীনা লায়রবা, লায়থুং থুংবা মীওইশিংদা শেল-থুম, অচা-অথক য়েন্নবা চৎলম্মী। বীরজিৎনা ফিরু-ফিরাং খুমদুনা লায়থুং-থুংবা শারগা মজাইবেম্মা ঙাইদুনা ফল্লম্মী। মহাক্লা য়ৌরক্লবদা মাগী নাপতা শাখ্রবা, মরৌ লৈবা খুজিদো পীরম্মী। মদু মুন্না য়েংলগা অর্থ খঙখিরম্মী। মদুগী মহুত্তা মঙোন্দা নাপদা চিল্লিবা মরোল লোনবা লৈহাও অপোম্বদু পীরম্মী। অনীমক খঙনরম্মী। হৌখ্রবা মপোক্কী ৱারী পূম্বা নীংশিংনরম্মী।

রাজকুমার বীরজিৎ অমসুং মজাইবেম্মা চন্দ্রজিনী অনীগী চান্ন-ৱারী হৌরক্লম্মী।

মী চঙবা য়াদ্রবা কালি মন্দিরদা উনসি শীন্নদুনা হৌজ অনী-অহুম্লমক উনরম্মী। ৱারী শানদুনা পুন্সি পম্থুংনসি ৱাশক্লখ্রে।

মখোয় অসুম্না উনবসি নিংথৌগী মবূক ফৎত্রবা বরমন্ত্রীনা উরদুনা নিংথৌদা তমশিল্লম্মী। মদুদা নিংথৌ ইকায়বনা মায় পুবা ঙমখিদ্রে। 'নুপা' পনবা য়াদবী মচানুপীবু কালি মন্দিরদা নুপা অমগা লৈমিন্নে হায়বসি তাবদা নিংথৌদু শাউবনা খম থেংলম্মী। "ফরে, বরমন্ত্রী, ৱাফমসি চুম্লবদি লমকেৎ-লমহাইবীদু লৈবাক মমাঙদা খোঙ্গোয়নগে, অনীমক ফারগা পুরকউ," মসি হায়দুনা মনাই মশলশিংদা মন্দির কোয়শিন্নবা য়াথং পীরম্মী। খূদক্তা ফৎত্রবা মন্ত্রীনা লমজীংদুনা মন্দির কোয়শিল্লম্মী।

মনুংদা লৈরিবা বীরজিৎ অমসুং চন্দ্রজিনীনা পাউসি তাবদা করম তৌসিগে খন্নরম্মী। লাই সেবা চৎলিবদুদা হায়রম্মী, "ইবেনদা খরা তম্বীরু, মানা লোইবা শন পাবোৎতুদগী অমদি মীগী ইঙ্খোলদা চঙলুদুনা ফাহৌরে, শন নমাদু খুদোংথীবা থোক্তনবা থাদোকখ্রো হায়জরকই, তম্বীরু।"

ৱাফমসি তম্লুরে। লৌশিং শিংবা মন্ত্রীমচানা ৱারী ৱাখোঙ খঙলম্মী। মানা মালিনীদা হংলম্মী, "ইবেন, মন্দির মনুংদা কনা-কনাদি চঙবা য়াবগে?" হনুবীদুনা তাক্লম্মী, "ইবুংঙো, মসিদা চঙবসি মহারাণীদংদি য়াবনি।" ফরে অদুদি মহারাণী শারগে, মানব্রা য়েংবীয়ু।" মন্ত্রীমচা নুপীগী ফিজেৎ শেৎচিল্লম্মী। অঙকপনি অশেংবা মহারাণীদুমক্লা মসি য়ৌনা ফজরিদ্রা, খেন্নবা মচেৎ অমা লৈরমদ্রে। মন্ত্রীমচাদু মহারাণী শাদুনা মন্দির মনুং চঙখ্রে। কোয়শিল্লিবশিংদুনা মহারাণী নত্তে হায়বা ঙমদবদগী খুরুমদুনা চঙহল্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা চন্দ্রজিনীনা মহারাণী শাদুনা মন্দিরগী মপান্দা থোকখ্রে। মনুংদা লৈরিবা অনীদু লৈঙাঙ শঙবা ফি শেৎচিন্দুনা উৎ-ৱাই তৈরগা সাধু শাদুনা গঞ্জা কন্না কন্না চিংদুনা লৈরম্মী।

ময়াম চঙদুনা য়েংবদদি অনীমক গঞ্জা থক্তুনা লৈবা থেংনরম্মী। চন্দ্রজিনীদি লৈরমদ্রে। মনাই খরনা চেন্দুনা নিংথৌদা পাউসি হঙ্গৎলুরে, মসিদা নিংথৌ শাউরম্মী। বরমন্ত্রী কৌরগা হায়রক্লে, "বরমন্ত্রী! নঙনা ইচা লৈশাবীদু নত্ত-নত্তবা হায়জিন্দুনা ইকায়বা পীনবা লাক্লরিবসি। কালি মন্দির মনুংদা ইচাবু নঙনা নুপা অমগা ৱারী শাদুনা লৈহৌই হায়বদুদি কদায়? হৌজিক নহাক করি পাল্লিবনো?"

বরমন্ত্রী মমায় ঈচপমুক ঙাঙলদুনা ৱা ঙাঙফম খঙদ্রে। ইচুম চুম্বা ৱাফমদু করম্না শোয়খ্রিবা, ইকায় খাঙদগী নিংথৌদা হঙ্গৎলক্লে, "ইনিংথৌ, মজাইবেম্মগা ঐগা কালিগী ফাংখোঙ পায়নদুনা লাইগী শাক্তি য়েংনজগে, অরানবা অমা উৎ ওইনা

তুমখ্রসনু।" নিংথৌনা ৱাফমদু য়ারদুনা হায়রক্লে, "ফরে, অদুনা অচুম্বা ৱায়েল ওইরগনি। অরানবদু উৎ ওইখ্রসনু। ফাংখোঙ অমুক্তং পায়নরো।" নুমিৎ অমা লেপ্লগা লৈবাক পূম্বা শগোল পাউ চেন্দুনা খঙহনখ্রে।

মখোয় অনীগী ফাংখোঙ পায়নগদবা নুমিৎনি। থৌদোক্তু য়েংনবগীদমক অরাপ্পা অমসুং অনকপা প্রজা ময়াম মন্দিরদা তিল্লরে। চন্দ্রজিনী অমসুং বরমন্ত্রীসু মতম চানা থুংলরে। পূজারীনা থোঙ হাংদোক্কুনা লাইরেম্বীদা পূজা কৎপা লোইরগা চন্দ্রজিনীবু কৌদুনা পাংখোঙ পায়নবা খঙহল্লক্লবদা কালিগী মূর্ত্তি মমাঙদা চঙশিন্দুনা খুরুমজরগা ৱাশক্লম্মী, "ইমা কালি, ননাইনা হায়জরিবসিনি, ঐনা নহাল কৈথেলদা, লাইথুং থুংবা চাক্লিবা নুপা অদুগী মখূৎ শোক্লখিবা নত্তনা অতোপ্পা নুপা অমগী মখূৎ শোক্লখিদে।" মসি হায়দুনা ফাংখোঙ পায়বদা তুমদে, তিল্লিবা মীয়াম্না হরাওবগা লোয়ননা 'তুমদ্রে, তুমদ্রে' লাউরম্মী।

ময়ামগী খোল্লাউ নেমথখ্রগা বরমন্ত্রী কালি মূর্ত্তিদা খুরুমদুনা ৱাশক্লম্মী, "ইমা কালি, ননাই অচুম্বদা হায়জগনি। করিগুম্বা চুমদবা থোক্লবদি ননাই উৎকী মপৈ ওইনা তুমদুনা মাঙজখ্রগে। লৈবাকসিগী নিংথৌ মজাইবেম্মা রাজকন্যানা মন্দিরদা মীতোপ অমগা শোক্লা শম্না তৌখি।" মসি হায়দুনা ফাংখোঙদু পায়রুবদা ফৎত্রবা মন্ত্রীদু কলিগী মমাঙদা উৎপূং ওইনা তুমদুনা তাখ্রে। য়েংলিবা মীয়াম্না অকিবা অমদি অঙকপগা লোয়ননা 'তুম্লে তুম্লে' লাউরম্মী।

মতুংদুদা নিংথৌনা বীরজিৎ অমসুং চন্দ্রজিনীগী নহালমুক্কী মপোক্কী ৱারী তারগা অওং-অউন তমদুনা মখোয় অনী লুহোংবীরে, বীরজিৎ অমসুং ধৃতবুদ্ধিগা লোয়ননা চন্দ্রজিনী মকু ময়ুমদা চৎখিরম্মী।



অসামী ফুঙ্গা ৱারী

# তেজা অমসুং তেজী

ইনাক খুনবা লৌমী অমগী নুপী অনী লোল্লম্মী। নুপী অহলগী মচানুপী অমা পোল্লম্মী। অতোনবীগীনা মচানুপী অমা অমসুং মচানুপা অমা পোল্লম্মী। মখোয়গী মমিং তেজা অমসুং তেজী থোল্লম্মী। নুপী অহলদুনা অতোনবী অমসুং মাগী মচা অনীবু মীৎচিনা ফাও য়েংনিংলমদে। অতোনবীদু মপুরোইবনদি চাল্লিবনি। লোন্নবী অনীদু নোংমা পুষ্ত্রীদা ইরুজমিন্নরম্মী মতমদুদা অতোনবীদুনা অহলদুদা মাগী মনঙ্গন্দা অমুক্তা ননবীরকউ হায়রম্মী। অহলনা মনঙ্গন নন্না নন্না পুষ্ত্রীদা ইন্থখিরম্মী। 'থেঙ্গু ওন্দুনা মফমদুদা লৈরো' হায়রম্মী। অতোনবীদু থুনমক থেঙ্গু ওন্দুনা লৈহৌরে।

লোন্নবী মমানা হল্লকপদা তেজা অমসুং তেজীনা মখোয়গী মমা হংলম্মী। মহাক্না মখোয় অনীবু চৈদুনা হায়রম্মী, "ঐ করি খঙলুনি, মা কদায়দা লৈহৌরি হায়বা।"

মথংগী অয়ুক্তা তেজা অমসুং তেজীনা পুষ্ত্রী মপান্দা শন-শেনবা চৎখিবদা থেঙ্গু অমা পুষ্ত্রীদগী কাখৎলম্মী। অঙকপনি, মদুনা মখোয়দা ৱারী শাবা হৌরক্লম্মী, "অঙাংশা, ঐসে নখোয়গী নমানিনে। নমাহন্না পুষ্ত্রীদা ইন্থদুনা থেঙ্গু ওলহল্লবনি। ঐহাক

নখোয়গী চা-থকপগীদমক য়াম্না ৱায়।" মসি হায়দুনা মানা উনা অমদা ওথোক্লম্মী অমসুং অঙাংশিংদুদা চানবা হায়রম্মী। মবানীনা চারম্মী, পূমঙক ঙক্লম্মী, মদু চাবদগী মখোয় অনীগী অরাম খৌরাংবা কোকখ্রে। মতুংদদি মখোয় অয়ূক খূদিংগী মমাগী মনাক্তা লাক্তুনা মানা ওথোকপদু চারম্মী।

তেজা অমসুং তেজীগী মমাহন্না মখোয় চাক লাম্বগী ৱাকৎ অমত্তা লাক্তবদুদা চিংনরম্মী। মখোয় অনী চা-থক্লিবা অমগুম মশা-মউ ফনা লৈরম্মী। মাগী অপোকপী মচানুপীদো য়াম্না নীংথিনা পীজ-পীথক্লবসু চিরি-য়াঙ্গং ওইদুনা লৈরম্মী। মহাক্না খল্লম্মী— করিনো খরদি শোয়দনা চারমগনি। অদুনা নোংমদি মচানুপীবু তেজা অমসুং তেজীগী মতুং ইন্নদুনা মপান্দা করি করি চার-থক্লিবা হায়বদু খঙদোক্লবা থারম্মী।

তেজা অমসুং তেজীনা লোন্নবা মচাদুগা পুখ্রী মপান্দা চৎমিন্ননিংদে, মরমসিনা মাবু থাপ্লা চৎখ্রিবা শনশিংদু হোইরুনবা থাদোক্লম্মী। থুনমক মমানা উনাদা ওথোক্তুনা চারম্মী। চাবা হৌবদা মঙায়রি, লোন্নবী মচাদু থুনমক মনাক য়ৌরক্লম্মী। মখোয়না চারিবদু মাসু চাগে হায়রবদা পীজরম্মী। মদু য়াম্না হাউবা অমদি পেনবা পোক্লম্মী। তেজা অমসুং তেজীনা মঙোন্দা হোরেন মমাদা তাকথোক্তনবা হায়রম্মী।

নুমিদাংৱাইরম মখোয় য়ূমদা হল্লম্মী। মতমদুদা মমানা মচানুপীগী মবূকসু থন্না উরম্মী অদুনা মচানুপীদা তক্লম্মী, "হায়য়ু, নখোয় নুংথিলদা করি করি চায়?" মচানুপীনা চাদে হায়রবসু অদুক লায়না থাদোক্লমদে, ফূনবগীদমক ধমকী তৌবদুদা লোইনা তাকথোক্লম্মী।

অহীংদা লৌমী নুপীদুনা থুমোক খরা ফমুং মখাদা থম্লম্মী। মহাক্না লেঙবা-ওৎপদা অমদি য়াওনবদা থুমোকশিংদুদা ক্রক-ক্রক লাউবা মখোল থোক্লম্মী অদুগা তেকথরম্মী। মপুরোইবদুনা করি তৌরবগে হংলম্মী।

"হকচাং পূম্বসি পূমতেক তেকই, শরূ শয়াংসে চীকই। হো ইমা ঐদি শিবেদনা" অসুম্না তৌশিন্নরম্মী।

"করিগুম্বা হীদাক খঙলবদি হায়য়ু, ঐ লৌরুগে।" লৌমী নুংশা থীদুনা হংলম্মী। নুপীদুনা নাহেরদুনা হায়রম্মী, "মসিগী হীদাক অমদি লৈরে, পুখ্রীদা লৈবিবা থেঙ্গুসি থোংদুনা চারবদি ঐহাক শোয়দনা ফগদ্রা খল্লি।" মমা পোক্তবীগী ৱাহৈদু তেজা অমসুং তেজীনা তাখ্রে। পুখ্রীদা চৎলগা কপ্পুনা মমাদা তম্লম্মী। মমানা "কপকনু, কপ্লগা করিসু তৌবা ঙম্লোই। ঐগী ৱাসে পূক্লিং চঙনা তাও, মখোয়বু ঐবু লাংদা থুহনবা ঙম্লোই, অদুবু নখোয়না ফানবা কূমথরক্লবদি ফাহনগনি। মখোয়না ঐবু থোংলগা নখোয়দা

চানবা পীরক্কনি। মতুমশিংদু চাক্লুক মখাদা লোত্তুনা থম্মু, কোন্না পুখ্রী মপান্দা ফুমজিল্লু। থুনমক মফমদুদা সনা লুপাগী পাম্বী অমা হৌবা থেংনগনি, মদুনা নতেং পাংগনি।”

মথং অয়ূক্তা লৌমীগী মীনাইশিংনা থেঙ্গুদো ফানবা হোৎনরম্মী। হোৎনবা খুদিং লাংদগী নাম্থোক্তুনা চৎখি। মখোয় চোকথরম্মী। মতমদুদা তেজা অমসুং তেজী লাক্লম্মী। তেজানা য়াম্না লায়না থেঙ্গুদু ফারম্মী।

মমানা হায়রম্বগুম মখোয়না মতুমশিংদু পুখ্রী মপান্দা ফুল্লম্মী। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মফমদুদা সনা-লুপাগী পাম্বী হৌরম্মী। অদুগুম্বা অঙকপা পাম্বীদু য়েংনবা মীয়াম পূল্লম্মী অদুবু হৌরিবা পাম্বীদু মপান মরা য়াওনা ফূকপা কনাসু ঙম্লুদে। নিংথৌসু মদুগী মরমদা তাদুনা লাক্লম্মী। মহাক্না কোনুংদা পুনিংলম্মী। তেজা অমসুং তেজী মফমদুদা লেপ্লম্মী। তেজানা নিংথৌদা হায়রম্মী, “মহারাজ, মসি ঐহাক ফূকপা ঙমগনি অদুবু অদোম্না ঐগী ইচনগা লুহোংনবা ৱাশকপা তাই।” মসি হায়রুবগী মরমদি মমানা মঙোন্দা তাক্লম্বনি। নিংথৌনা য়ারম্মী। তেজানা পাম্বীদু মপান মরা য়াওনা ফূক্তুনা নিংথৌদা পীরম্মী। নিংথৌনা ঙক্লা তেজাবু থাগৎলম্মী। অদুগা মখা তারম্মী, “নহাক্কী নচনসি হৌজিক্তি য়াম্না পীক্লি, মহাক চাউখিসনু, অদুগা ঐনা মাবু লুহোংগনি।”

তেজানা নিংথৌদা উচেক অমা অমদি কফোই পাম্বী অমা পীরম্মী অদুগা মখা তারম্মী, “মহারাজ, অদোম্না ৱাশকসি কাউখিবা য়াই, কফোই পাম্বীদা মহৈ পানবা হৌরক্লবদি অদোম্না লুহোংদুনা তেজীবু লৌবীররো মতম চারবদি উচেকসিনা খোংলক্কনি অদু ওইরবদি তেজী চাউরে খঙবীয়ু।” নিংথৌনা য়ারম্মী।

মতমদি হৌখিবা খঙহৌদে। নোংমদি উচেক্কু খোংলক্লম্মী। নিংথৌদি তশেংনা মাগী ৱাশক্কু নীংশিংলমদে। উচেক্কুনা মহাকপু তানবা খোংলম্মী।

ইজর নিজর পরিল
মুল্লক্লে কফোইস্যু
নিংথৌনা করম কাউরিবা?
চাউরে তেজী ইচলসু।

ঈশৈদু তানা তানা নিংথৌনা কোয়রৈ লৈদুনা য়েংলম্মী। উচেক্লা অমুকসু খোংলম্মী।

নিংথৌনা থুনমক অঙকপা দৃশ্য অমসুং মশাগী ৱাশক নীংশিংলম্মী। মহাক্না মতম মাঙহন্দনা তেজীগী খুঙ্গংগীদমক খোঙশাল্লম্মী।

মফমদুদা লুহোংলগা তেজীগা লোয়ননা অমুক হল্লক্লম্মী।

নিংথৌগী হান্নগী রাণী তরেৎ লৈরম্মী। অনৌবী লোন্নবী অমমুক পুরকপা মখোয়না পাল্লমদে। নিংথৌ অমসুং তেজীগী হিদু হিহোনবশিংনা হিথাংফমদা হোনজিল্লম্মী। খ্বাইদগী অহলনা ঈশৈ শক্লম্মী।

অসিদা নত্তে, অসিদা নত্তে
মফমসিদা কূমথনু তেজী
ঘাটসি ঐগীনি
ও ফৎত্রবী তেজী।

হিহোনবদুনা অনীশুবা ঘাটতা হোনজিনবদসু অনীশুবী রাণীনা মতৌ অসুম ঈশৈ শক্কুনা তেজীবু কূমহনখিদে। অসুম্না রাণী তরেৎনা ঘাট তরেৎমক্তা তেজীবু কূমথহন্দ্রে। হি হোনবদুনা মথংগী ঘাটতা পুদুনা চৎলম্মী।

তেজী নিংথৌগা লোয়ননা নুংঙাইনা লৈরম্মী। লোন্নবী মমাদুনা মাগী নুংঙাইবদু য়েংবা ঙম্লমদে। মনুং মনুংদা শরৌ শীল্লম্মী। তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরম্মী। চহী অমগী মতুংদা তেজীনা মচা পোকপা মতমদা খুদোংচাবদু ফংখি। হৌনা চৎনবী মতুংইন্না তেজী মপামদা চৎপা তারম্মী। নিংথৌনা মাবু চৎনবা য়াথং পীরম্মী। তেজীনা মপামদা লাকপদা মমানা য়াম্না নুংশিবা ঊৎলম্মী। তেজী অমসুং মাগী মচাবু লুনা তৌরম্মী। নোংমা অয়ূক অমা মহাক্না হায়রম্মী, "লাউ নশমদূ হাৎপীগে।" শম হাৎনা-হাৎনা তেজীগী মকোক্তা তিংখং অমা য়ূশিল্লগা হায়রম্মী, "মৈনা ওন্দুনা চৎখ্রো।" তেজী খূদক্তা মৈনা ওন্দুনা য়ূমথক্তা তোংলম্মী।

নুমিৎ খরনি লৈরগা নিংথৌনা তেজী লৌরনবা দোলাই থারক্লম্মী। লোন্নবী মমানা মচানুপীদু তেজীগী মফি মরোল শেৎহন্দুনা তেজীগী মচাগা লোযননা দোলাইদা থাখিরম্মী। মৈনাদো মাগী মতুং ইন্নরম্মী।

তেজীগী মফি মরোল শেৎপদুদা লোন্নবী মনাওনুপীদো তেজীগুম্না উরম্মী। অদুনা নিংথৌসু লৌনমদুদা থুরম্মী। অদু ওইদুনসু অঙাংদুনা লোন্নবী মন্দোনদুগী অৱাবা অমা ওইরম্মী।

মমা নত্তবনা অঙাংদু কপ্পা শুংতোক তোক্লমদে। লোন্নবী মন্দোন্না নুংশিনা অমদি খোম পীথক্লবা হোৎনরকপদা মৈনানা লাউরম্মী,

"কনাগী মচানো, নুংশিনা তৌরিনা কনানো?
মসিদগী মানা হেন্না হেন্না কপ্পনি।"

মৈনাগী ঈশৈদু নুংশিনা তারম্মী। মহাক তৌফম খঙলমদে। মপাম চৎত্রিঙৈদা

তেজী য়োংখমদা অপাবা ফি শারম্মী মদু তঙ্খাই শারগা তাদুনা লৈরম্মী। লোন্নবী মনাওদুনা য়োংখমদা ফম্লগা ফি শাবা মান্নবা হোৎনরম্মী মদুদা মৈনানা লাউরম্মী,

"কনাগী য়োংখমনো, কনানা শারিবা।
লং থদৎলনি, হেন্নমুক লৌশিন্নখ্রনি।"

নিংথৌগী চিংনবসি অয়ৌবী থাক্তা লৈরম্মী। তেজীনা কয়া নীংথিনা মচা য়েংশিল্লম্বা অমসুং কয়া হৈশিংনা য়োংখমদা ফি শারম্বা। নিংথৌনা মখূৎ অনীদা লড্ডু অমমম পায়দুনা মৈনাদা হায়রম্মী, "ঐগী খূত্তা লড্ডু অনী পায়রি, অমনা লাম্বগীনি, অতোপ্পনা খৌরাংবগী। করিগুম্বা নঙনা ঐগী ইশাগী ওইরবা লাম্বগী লড্ডুসি চারো লাউ নৎত্রগা খৌরাংবগী লড্ডু। মৈনা মাগী মখূত্তা তোংলরে অমসুং লাম্বগী লড্ডুদু মচীন্না চীক্লম্মী। নিংথৌনা মৈনাবু নানবীরম্মী। মাগী মকোক্তা অকনবা পোৎ অমা থেংনরম্মী। তিঙ্খংদু লৌথোকপীরম্মী অমসুং মহাক্কী তেজী মমাঙমক্তদা লেপ্লম্মী।

তেজীনা ৱারম পূম্বা তম্লম্মী। তেজীগী লোন্নবী মমা অমসুং মাগী মচানুপীগী লৌনম-নমথাক্কী মরম খঙলকপদগী থুনমক মীহাৎপশিংদা য়াথং পীরম্মী, ফত্তবী লোন্নবী মনাওদু হাৎলগা শাদুম অমদি চবী পীপা অমমমদা হাপ্লু অহুমশুবা পীপাদা মকোক অমদি ঈ। মনাই অনীগা লোয়ননা মমাগী মনাক্তা থাখিরম্মী। নিংথৌনা মখোয়দা চেকশিনবা হায়রম্মী, "অহানবা পীপাদুনা মমাদা পীয়ু শজিগী শদুমনি হায়য়ু। লেমহৌরিবা পীপাদুনা অয়ূক্তা হল্লকপদা মফমদুদা থনম্মু।"

মখোয়না পীপাশিংদু ফৎত্রবী নুপীদুগী মনাক্তা পুদুনা চৎলম্মী। মমানা খল্লম্মী— ঐগী ইচানুপীনা ঐগী ৱাখল কয়াদা তৌরিবা? লমজা মানদি করিগুম্বা অমত্তা থারকপা লৈতে। ঙরাংদা চৎখি, ঙসিদি খূদোলপোৎ থারক্লবনিনে? হরাওনা থুনমক শাদু থোংলগা ইমুংগী মীশিং পীজরম্মী, মশাসু চারম্মী। চবীদুনা য়ুমগী থাউমৈ থাল্লম্মী। নিংথৌনা মনাইশিংদুদি মশা ঙমদে হায়দনা করিসু চারমদে, পূম্নমক চা-থকপা লোইদনা থাউমৈ ঙান্না থাল্লবদুদা মীওইশিংদুনা ঈশৈ শক্লম্মী,

"মমানা থোংলে, মমানা চারে
পূম্নমক্লা মদু চারে
মশাগী চবীনা থাউমৈ থাল্লে,
ইমুং মাঙ্গোল মঙালনা চাল্লে।

ঈশৈদু তেজীগী লোন্নবী মমানা তাখ্রে। মীনাইশিংদা হংলম্মী, "অফবা মীওইশিং করি শক্লিবনো?" মখোয়না খুম্লম্মী, "ঐখোয় অরুম লাইহৌ তৌদুনা করি করি

ঙাঙলি-শক্লিবা হায়বদুফাও খঙহৌদ্রে।"

অয়ূক্তা মীনাইশিংদু চৎখ্রে। মতমদুদা ফৎত্রবী নুপীদুনা থোঙ ময়াদা পীপা অনী লৈবা থেংনরম্মী। মদুদা মাগী নুংশিজরবী মচানুপীগী মকোক, মখোঙ, মখূৎ অমসুং ঈ উরুবদা খঙলক্নম্মী। নুমিদাং থোংদুনা চাখ্রিবদো করিনো হায়বদো। মহাক্কী অশাওবা অমদি অব্রাবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মহাক্কী মীকপ মীরাওখোন্না নুংশিৎতা তিনখিরম্মী।



সন্থালী ফুঙ্গা ৱারী

## মঙগী ৱাহন্দোক থিবা

নিংথৌ অমগী অহানবা লুহোংবা রাণীনা মচা অমত্তা পোক্তবদা অনীশুবী অমা লুহোংলম্মী। অতোনবীদুনা মচানুপা ঙাক্তা অনী পোক্লম্মী। অসুম্না তৌবসু য়াওই, অতোনবীনা মচানুপা পোক্লবদা কল্লকচাবোক ওইনা অহন্নসু মচানুপা অমা পোক্লে। অহানবদদি সিংহাসনগী অধিকার ওইবীনবা লৈরমদবদগী অতোনবীনা মচানুপা পোক্লবনিনা লৈবাক পূম্নমক হরাওরম্মী। হৌজিক্তি লোইবা নাইররোইদবা সমস্যা অমা অমুক লাক্কদৌবগুম রাণী অহলগী মচাদা ৱাখল হেন্না লৈখিদ্রা চিংনবদগী উপায় অমা তৌদুনা নিংথৌবু য়াহল্লম্মী। রাণী অহল মচানুপাগা লোয়ননা অতোপ্পা মফম অমদা কোনুং শাদুনা থমহনখ্রে। মমা মচানা অথাপ্পা লমদা লৈখ্রবনিনা রাণী অতোনবীদু নুংঙাইজরম্মী।

নোংমা অহীং অমা নিংথৌনা মঙ অমা মঙলম্মী। মঙদুগী অর্থ মহাক খঙবা ঙম্লমদে। মঙদা সনাগী কৈশাল, সনাগী লিন অমসুং সনাগী য়োং উরম্মী। মঙদুদা সনাগী শা অহুমদু জগোয় শারম্মী। মহাক্না রাণী অতোনবী অমদি মচা অনী কৌরম্মী অমসুং মঙগী অর্থ

হংলম্মী। মখোয় মঙগী অর্থ খঙবা ঙম্লমদে। খঙহৌদনা রাজকুমারনা লোন্নবী মনাওনা মঙগী অর্থ তাকপা ঙমগনি খল্লম্মী। ব্রাফমসি মহাক্না মপাবুংদা হঙ্ঙৎলম্মী অদুনা নিংথৌনা রাণী অহলগী মচাবু কৌরম্মী। মঙগী ব্রাফমদু তারগা মহাক্না হায়রম্মী, "মঙসিগী ব্যাখাসি অসিনি, ঐখোয় অহুমসি সনাগী শা অহুমদুগা প্রমাণ তৌরিবনি। ঐখোয় অহুমগীদমক্তদি সনাগা পাংখক্লি। মঙসিনা অদোমদা চেকশিনব্রা ওইনা তুংদা খৎন-চৈনদনবা হায়নিংই। ঐখোয় অহুম্মক সিংহাসনগী অধিকারী ওইবা য়ারোই। অহুমসিদগী অমনা অধিকারী ওইখিবদা খৎনবদি শোয়দ্রবনি। মঙসিগী পাউজেলদি মসিনি, ঐখোয় অহুমগী মরক্তগী সনাগী কৈশাল, সনাগী লিন, সনাগী য়োং থিরুরগা প্রজাগী মমাঙদা জগোয় শাহনবা ঙম্বদুনা লৈবাক্কী মপু ওইগনি। ব্রাহন্দোকসিদা নিংথৌ য়াম্না পেল্লম্মী। মহাক্না মচা অহুম্মক্তা মসিবু তৌদুনা উৎপা ঙম্বা মচাদুদা যুবরাজ ফমথোল হাপ্পগনি হায়রম্মী। মসিগীদমক্তা মখোয়দা চহী অমগী মতম পীরম্মী।

নিংথৌগী নাক্তগী লাক্লগা রাণী অতোনবীগী মচাশিংনা ব্রা তান্নরম্মী, ব্রারেপ অসুম্না তারম্মী। করিগুম্বা মঙগী জীবশিংদু থিবা চৎপসু অরেম্বনি অদুগা সনানা শাহল্লসি, মদুসু করম্না মদুনা জগোয় শাগনি?

রাণী অহনগী মচানা হল্লক্তুনা ব্রাফম পূম্বা মমাদা তম্লম্মী। মমানা হায়রম্মী, "থৌনা হনগনু, মহাক্না সনাগী শাশিংদু শোয়দনা ফংগনি। মনাক নকপদা লৈবা উমংদা চৎলগা গোসাইগা উনৌ মানা লম্বী অমা নৎত্রগা অমদি শোয়দনা তাক্লক্কনি।"

অদুদগী রাজকুমার গোসাইগা উনবা চৎলম্মী। নুমিৎ কয়ানি চৎলবা তুংদা রাজকুমার উমং অমদা থুংলম্মী। মফমদুদা মায়েক লম্মাঙনরবা তুংদা নুমিদাং ওইরম্মী। মতমদুদা অথাপ্পদা চাক্লিবা মৈ অমা উরম্মী। রাজকুমারনা মৈনাক্তা চঙলগা হীদাক ঙান্থক অমা হান্দুনা থক্লম্মী। গোসাই মৈনাক্তা তুমদুনা লৈবা উরম্মী। হীদাক্কী মৈখূ মনমদা মহাক মমীৎ পাঙথোক্লম্মী। হৌগক্তুনা ফম্লম্মী অমসুং মহাক কনানো হংলম্মী।

"খুরা ঐহাক অদোমগী নয়াম্বনা পোকপা নচানি।"

"অশেংবা নঙ ঐগী ইচানুপানি নৎত্রা? অহীংসিদা কদায়দগী লাক্লিবনো? অমদি খঙহৌদনা ঐবু করম্না নীংশিংলক্লিবনো? নোংমক্তা লাক্তে, করিগুম্বা থোইদোকপা ব্রাফম লৈবগুম খল্লি, পূম্নমক্তি নাদে য়েক্তেদনা।"

"হোয়, য়াইফরি। ব্রাবগী মরমদি করিসু থোইদোক্তে। ইমানা হায়রকই, "সনাগী কৈশাল, সনাগী লিন অমসুং সনাগী য়োং থিবদা অদোম্না ঐগী ইতেং পাংবা ঙমগনি।"

বৈষ্ণব যোগীনা মঙোন্দা মতেং পাংনবগী অয়াবা পীরম্মী অমসুং ঈশিং থল্লবা

পাত্রদু মৈথক্তা থাঙ্গৎলম্মী, মদুদা শূপ্পগী চেঙ মরূ অহুমখক থাধরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা পাত্রদু থাঙথরগদি চেঙ মরূ অহুমদুনা মখোয়না অনীনা চাবা ওক্লবা চাক য়াওরম্মী। চাক চারবা তুংদা গোসাইনা হায়রম্মী, "ইচা ইবুংঙো, ঐ নঙোন্দা অশেংবদি তাকপা ঙমদে, নহাক্না করি তৌগদবনো হায়বদো। উমংদা খরা চৎলগা নঙনা ঐগী ইনাওনুপাগা উনগনি। মহাক্না নঙোন্দা সনাগী জীবশিংদু কদায়দা লৈবগে হায়বদু তাকপা ঙমগনি।"

মথংগী অয়ুক্তা রাজকুমার খোঙশাল্লম্মী। নুমিৎ নীনি চৎলগা অনীশুবা গোসাইগী মনাক্তা থুংলুরে। মহাক্না করি পাম্বগে হায়বদু মঙোন্দা তাক্লম্মী। মাগী ৱা তারগা গোসাইনা মৈদা পাত্র অমা থাঙ্গৎলম্মী মদুদা চেঙ মরূ অনীদং থাধরম্মী। চাক লোইরগা গোসাইনা হায়রম্মী, "ঐহাক সনাগী জীবশিংদু কদায়দা লৈবগে হায়বদি তশেংনা তাকপা ঙমদে, ঐগী ইনাওনুপাগী মনাক্তা চৎলু, মহাক খঙবনি। মথং অয়ুক্তা রাজকুমার অমুক খোঙশাল্লম্মী। নুমিৎ নীনি চৎলগা অহুমশুবা গোসাইগীদা থুংলুরে। বৈষ্ণব যোগীদুনা পাত্র অমা মৈদা থাঙ্গৎলি মদুদা চেঙ মরূ অমা থাদরম্মী। পাত্রদুদা ঙাইহাক লৈরগা মবানী চাবা ওক্লবা চাক য়াওরম্মী।

অয়ুক্তা গোসাইনা রাজকুমারদা হায়রম্মী, "মহাক্না য়োৎশূবগীদা চৎলগা মন তরানিথোই লূম্বা চুঙ্গোয় অমা শাহন্দুনা পুরকউ মদুগী মপান্দু অসুক্কী মতীক থৌহনগদবনি মদুদা ঊনা ফাওবা তারকপদা কক্কদবনি।" রাজকুমার য়োৎশূবগীদা চৎখ্রে অমসুং চুঙ্গোয় শাহন্দুনা পুরক্লম্মী, মদুদু চাংয়েংনবগীদমক গোসাইনা উখাদা লোংনা ফুম্লম্মী অমসুং রাজকুমারবু উ মথক্তা কাদুনা ঊনা নীকথরক্লবা হায়রম্মী। মহাক্না উ কাদুনা উশাশিং নোম্লম্মী অদুদা ঊনা অমফাও তারক্তে। মদু উবদা গোসাইনা উ পাম্বীদুদা কাখৎলম্মী অমসুং উদু তপ্না নোম্লম্মী। ঊনাশিং নোংজুগী নোংলীকুম তারক্লম্মী। চুঙ্গোয়গী মপান্দা তাবা ঊনা মখৈদি শরূক অনী থোক্লা কক্লম্মী। গোসাই পেনখিরম্মী। মানা পাম্বা মওংদুমক থোক্লম্মী।

গোসাইনা মখা শমথরম্মী, "উমংদা খরা চৎলগা উগী য়ূম অমদা লিন পূংবা লৈবনি। মখোয়গী মচানুপী অমা লৈ। মহাকপু ইমুংদগী মপান থোকহন্দে। রাজকুমারনা চুঙ্গোয়দু থোঙবা নক্লা লোংনা ফুমগদবনি অদুগা উ মথক্তা কাদুনা লোৎকদবনি। লিন অনীদুনা মপান থোরকপদা মকক-মকক ককখ্রগনি অদুগী তুংদা মচানুপীগা উনৌ মহাক সনাগী শাশিংদুগী লৈফম তাক্লক্কনি।

রাজকুমার চৎখিদুনা নুমিৎয়ুংবা মতমদা উগী য়ূম মনাক্তা থুংলরে। গোসাইনা হায়বা মতুং ইন্না চুঙ্গোয়দু থোঙবা নক্লা লোংনা ফুম্লম্মী। নুমিদাংৱাইরম য়ূমগী মপান

থোরকপদা লিন লাবা অমোম অনীদু মকক মকক ককথৎখিরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা লিন নিঙোনদু মপান থোরক্লম্মী। মহাক্কী ফজবদু উবদা রাজকুমার পূমঙক ঙকখি, মহাক্লা থুনমক মনাক্তা চঙলম্মী মঙোন্দা ৱাহৈ খরা হায়রম্মী। মীৎকৃপ্পুদগী মখোয় অমনা অমবু নুংশিবা পোক্লম্মী। রাজকুমারনা মাগী পূক্রিং থেমজিল্লম্মী। থুনমক লিন নিঙোন্দু মমা-মপা শিখিবগী অৱাবা কোক্লম্মী।

রাজকুমারসু মাগা লোয়ননা যূমদুদা লৈরম্মী। লিন নিঙোন্না মঙোন্দা অকনবা চেকশিনৱা হায়রম্মী মহাক যূমগী খা অমদি নোংচুপতা চত্তনবা। অদুবু নোংমদি রাজকুমার মশাবু লাকশিঞ্জবা ঙমদে। কোয়বা ওইনা নোংচুপ মায়কৈদা থোক্লম্মী। মহাক্লা খরা চৎলগা সনাগী কৈশালশিংনা জগোয় শাবা উরম্মী। মদু য়েংলুবদা মহাকসু সনাগী কৈশাল ওন্দুনা মখোয়গা লোয়ননা জগোয় শারম্মী। লিন নিঙোন্না থুনমক মদুগী মরম খঙলম্মী। মাবু পুদুনা লাক্লম্মী অমসুং মী অমুক ওন্থোক্লম্মী।

নুমিৎ খরনি মতুংদা রাজকুমার মখা মায়কৈদা চৎলম্মী। খরা চৎলগা পুখ্রী মপান্দা সনাগী লিন জগোয় শাবা উরম্মী। মদু উরুরগা মহাকসু সনাগী লিন ওন্দুনা মখোয়গা লোয়ননা জগোয় শারম্মী। লিন নিঙোল লাক্কুনা মহাকপু পুরম্মী অমসুং মী ওন্থোক্লম্মী।

রাজকুমার হনবা লৈতে। হন্দকমুক্তি খা-নোংচুপ মায়কৈদা চৎলম্মী, মফমদুদা খোংনাংবট মখাদা সনাগী য়োং জগোয় শাবা উরম্মী। মদু হেক উরুবগা মহাকসু সনাগী য়োং ওন্দুনা জগোয় শারম্মী। অমুক হন্না লিন নিঙোন লাক্কুনা মহাকপু পুরক্লম্মী অমদি মী ওন্থোক্লম্মী।

নোংমা রাজকুমারনা হায়রম্মী, "হৌজিক যূমদা হনবা তারে। লিন নিঙোন্দুনা মহাক করিগীদমক লাকপনো হংলম্মী। মহাক্লা নিংথৌগী মঙদুগী মরমদা তাক্লম্মী।

লিন নিঙোন্দু লাউরক্লম্মী, "ঐদি করি ওইহৌগনি, নঙনা ঐগী ইমা-ইপাবুসু হাৎতোকপিরে, ঐবুসু হাৎপিরে। মফমসিদা ইতোমতা করম লৈহৌগনি?"

"ঐনা নঙবু করিগী হাৎলুগদগে? নঙবু পুদুনা চৎকনি।" মসি তাবদা হরাওরম্মী। রাজকুমারনা মখা তানা হংলম্মী, "সনাগী জীবশিংসি মতৌ করম্না লোইনা পুবা ঙমগদদে? হৌজিক ফাওবদি মখোয়বু উবা খক্তনি।" লিন-নিঙোন্দুনা হায়রম্মী, "করিগুম্বা মাবু থাদোক্লোই অমদি অতোপ্পগা লুহোংলোই ৱাশক্লবদি সনাগী জীবশিংসে শাবা ঙমগনি।"

রাজকুমারনা মাবু করিগুম্বদা তোঙান থম্লোই হায়না ৱাশক্লম্মী। মতুংদা মখোয় কোনুংগীদমক খোঙশাল্লম্মী।

লম্বীদা অহুমশুবা গোসাইগী লৈফম য়ৌরম্মী। রাজকুমারনা হায়রম্মী, "মহাক্না হল্লকপদা সনাগী শাশিং য়েংহনগনি হায়বসি, করি তৌগনি। সনাগী শাশিংদুদি লৈতে। লিন নিঙোন্না রাজকুমারগী ফিজিদা কিশি অহুম কিরম্মী অদুগা হায়রম্মী, "গোসাইনা সনাগী শাশিং য়েংনিংলবদি কিশিশিংদু থোকউ।" গোসাইনা শাশিংগী মরমদা হংলম্মী। মতমদুদা রাজকুমারনা হায়রম্মী, "ঐ তশেংবদি লোয়নরকই হায়বা ঙমদে তৌইগুম্বসুং ফিজিদা করিনো খরা পুল্লি।" মহাক্না ফিজিদু থোকপা মতমদা লৈতুম, লৈবাক্কী পাত্র মচেৎ অমসুং মৈতাল য়াওরম্মী। রাজকুমারনা মদু থাপ্পা লংথোকখ্রে।

লিন নিঙোনগী মনাক্তা চৎলগা, করিসু নত্তবা পোৎ ঙাক্তা পুনশিল্লে হায়না হায়রম্মী। 'নহাক্কী পূক্নিংনা করিগুম্বা থাজবা লৈরবদি সনাগী জীবশিংদু, লৈতুম, লৈবাক্কী পাত্র মচেৎ অমসুং মৈতালদা ওন্থোক্লক্লোই। মসি নহাক্কী পূক্নিংনা চিংনবদগীনি' হায়না হায়রম্মী।

মখোয়না মফমদুদগী চৎলগা অনীশুবা গোসাইগীদা থুংলম্মী। মহাক্না সনাগী শাশিংদু য়েংনিংবগী অপাম্বা ফোঙদোক্লম্মী। হন্দকমুক্তি রাজকুমারনা থাজনা মাগী ফিজি থোক্লম্মী। সনাগী শাশিং উৎলম্লগা মখোয় খোঙশাল্লম্মী। মতৌ অসুম্না অহানবা গোসাইগীদা লেক্লম্মী। মহাক্কী অপাম্বা মতুংইন্না সনাগী শাশিং উৎলম্লগা রাজকুমারগী মমাগী মনাক্তা থুংলুরে।

লেপ্লখিবা নুমিত্তগী খরা হান্না রাজকুমার নিংথৌদা পাউ থাখ্রে, মহাক্না চাউরবা লম্পাক অমদা শঙশিং অমদি মাগুব শাহনবিনবা অমদি মমাগী য়ূমদগী লম্পাক ফাওবা লম্বীগী নাকন অনীদা শম্বল খানবা হায়জরম্মী। নিংথৌনা খূদক্তা দরকার ওইবা য়াথং পীদুনা লেপ্লখিবা মতমদা সনাগী জীবশিংদুনা জগোয় শাবা য়েংনবগীদমক মীয়াম তিল্লম্মী। রাজকুমার সনাগী জীবশিংগা লোয়ননা লাক্লম্মী অমসুং লম্বীগী শম্বল মরুমদা লিন নিঙোন্না লেপ্তুনা মখোয়বু জগোয় শাহল্লম্মী। মীয়াম্না নুমিৎ চূপ্পা শুমহৎতুনা জগোয় য়েংলম্মী অমসুং নুমিদাংৱাইরম চৎনিংদা-চৎনিংদা ময়ূম-ময়ূমদা হন্নখি। অহীংদা মান্দব অমদি শঙশিং সনাগী ওন্থোক্লম্মী। মসিগী মতুংদা রাণী অতোনবী অমদি মচাশিং থাদোক্তুনা নিংথৌ রাণী অহনগীদা লৈররে।

রাজকুমারনা লিন নিঙোন্দুগা চাউনা লুহোংদুনা সিংহাসনদা ফমদুনা লৈবাক শাসন তৌরম্মী অমসুং নুংঙাইনা পাল্লম্মী।



কুমাউনী ফুঙ্গা ৱারী

## তৌবিমল খঙবা শা অমসুং তৌবিমল খঙদবা মী

মতম অমদা অফবা নুপা অমা উমং ফাওদুনা করিগুম্বা মফম অমদা চৎলম্মী। খৌরাংবদগী গুহা অমগী মনাক্তা লেপ্লম্মী। গুহাদুদি মতম কুইনদগী ঈশিং লৈত্রবা অমদি শীজিন্নদ্রবা ওইরম্মী। মনুংদা য়েংথখিবদা মহাক্না খোঞ্জেল খরা তারম্মী। নোংশা অমা, লিন অমা, কোট পুবা অমসুং সনা শাবা অমসু মদুদা তাশিল্লম্মী। নোংশানা হায়রম্মী, "থৌজালবীদুনা ঐবু মপান্দা লৌখৎপিয়ু, নঙগী তৌবিমল কাউজরোই।"

"নোংশাগী মিং তাবদা তু-চুংলিবনি, মথক্তা চিংখৎপগা নঙ ঐবুসু চাথোক্কনি তশেংবদি নঙ লাম্লবনি," অফবা নুপাদুনা হায়রম্মী।

নোংশানা ৱাশক্তুনা হায়রম্মী, "নঙবু করিসু শোকহল্লোই, চানবীদুনা ঐবু মতেং পাংবীয়ু।"

অফবা মীদুনা অকনবা উরি খরা ফোয়রুরগা মদুগী মতেংনা নোংশাবু মথক্তা চিংখৎলম্মী। নোংশানা চৎলমদাইদা হায়রম্মী, "করিগুম্বা ঐগা উনবা লাকউ, ঐহাক জঙ্গলসিদা লৈবনি। ঐনা নঙোন্দা করিগুম্বা খরা পীগনি, ৱা অমনা গুহা মনুংদা লৈরিবা

মীওই অনীসে লৌখৎলুনু, অনীমক ফৎত্রবনি।”

মদুগী তুংদা লিন্না মাবুসু লৌখৎপিনবা হায়জরম্মী। অফবা মীদুনা মহাক লিনবু য়াম্না কিজৈ হায়রম্মী। মসিদা লিন্না ৱাশক্লম্মী, “মাবু করিসু শোক্লোই।” লিন্দু মথক্তা চিংখৎলবদা মঙোন্দা দরকার ওইরকপদা নীংশিংলক্লবা হায়রম্মী। মঙোন্দা চেকশিনৱা হায়রম্মী, “কোট পুবা অমদি সনা শাবদুদি মতেং পাংলুনু।”

তৌইগুম্বসুং কোর্টকী থবক তৌবা অমসুং সনা শাবদুনা মঙোন্দা য়াম্না হায়জরম্মী মখোয়বুসু চিংখৎপীনবা। মহাক পেৎথরম্মী মরমদি মখোয়সু মীওইবনিদো খল্লম্মী। মখোয়বু মথক্তা চিংখৎপীরম্মী। মখোয়না শহরদা উনবা লাক্লবা হায়রম্মী। মঙোন্দা তৌবিমলগীদমক্তা করিগুম্বা খরা পীনবা হায়রম্মী।

মাগী খোঙচত্তু হল্লকপদা অফবা মীদু অমুক জঙ্গল ফাওদুনা লাক্লম্মী। মফমদুদা নোংশাদু উরম্মী। মাবু উবদা য়াম্না হরাওরম্মী। খূদোপ অমা খূদোল তৌরম্মী।

অদুগী মতুংদা নুপাদুনা শহরদা দরবারী অমদি সনা শাবদুগা উনরম্মী। মখোয়না মাবু তরাম্না ওক্লম্মী। অদুবু মানা হীরাগী খূদোপতু উৎলুবদগীদি অনীদুনা নিংথৌদা তৃমিন্না পাউ পীখিরম্মী।

মফমদুগী রাজকুমারীবু নোংশানা জঙ্গলদা হাৎখিবনি। নিংথৌনা লৈবাক পূম্বা মহাক শিবগী মরী মখোঙ নৎত্রগা লীক্লোল পীবা ঙস্বা মীদা মনা পীগনি হায়না লাউথোকখিবা লৈখিবদুদি অফবা নুপাদুনা খঙখিদে।

দরাবারীদু বিচারগী থবক তৌবা মীনি। মহাক্লা অফবা নুপাদু জেলদা থমজিল্লগা য়াম্না ফূরম্মী। তোল্লবদুনা মহাক মরাল লৈতবনি হায়বসি য়াম্না হায়জবনি, খূদোপ্তু নোংশানা খূদোল তৌরকপনি অদুবু অসিগুম্বা ৱাবু কনানা থাজবীগনি? নিংথৌনা খল্লম্বদি রাজকুমারী মানা হাৎপনি নৎত্রবদি খূদোপসি কদায়দগী লাক্কনি? মরমসিনা নিংথৌনা মাবু মঙক কক্কুনা হাৎনবা য়াথং পীরম্মী।

জেলদা ফাজিন্দুনা থল্লিবা নীংবা কায়রবা অফবা নুপাদুনা লিনবু নীংশিংলম্মী। খূদক্তা লিনদু মনাক্তা লাক্কুনা ৱাফম পূম্বা খঙদোক্লম্মী। লিন্না হায়রম্মী, “ঐনা নঙোন্দা হায়খিবদুনি। ফত্তবশিংদু গুহাদগী লৌখৎকনু, ফরে হৌখ্রবদি হৌখ্রে, খুদোংথীবসিদগী কনবদা ঐনা নতেং পাংগনি। ঐ রাণীবু চীকপা চৎলবনি, নঙনা নিংথৌদা হায়হল্লু, মহাকপু লায়েংবা ঙমগনি। অদুগী মতুংদি ঐনা থোকপা তৌরগে।”

অহীংদুদা হূ পুবা লিন্না চীকপদগী রাণী জ্ঞান তাদনা লৈরম্মী। মাইবা মাইবী কৌদুনা হোৎনবদা রাণীগী অৱাবদু ময়েং তারমদে। মহাক্কী অরোইবা মতম লাক্লবনি

খল্লম্মী পূম্নমক য়াম্না ৱানরম্মী।

মথংগী অয়ূক্তা অফবা নুপাদু শিবগী দন্দি পীগদবনি। রাণীদু মাইবা-মাইবী হকীম পূম্নমক্না হৈজবা থাদুনা য়েংবদা ফবা ঙল্লমদে। মহাক্না রাণীবু লায়েংগে হায়রম্মী। নিংথৌনা থুনমক মাবু কৌহল্লম্মী। রাণীগী কাদা হেক চঙবগা মরূপ লিন্দু লাক্কুনা হান্নগী অশোকপদুদগী মশাগী হূদু চিংথোক্লম্মী। রাণী ফরক্লম্মী।

নিংথৌ য়াম্না হরাওরম্মী অমসুং মহাক্কী তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী। অদু ওইদুনসু মাগী অশাওবদুদি মপূং ফানা নেমথরমদ্রি। মরমদি মহাক রাজকুমারীবু হাৎপনি হায়বসি চপ-যুংনা খল্লম্মী।

অফবা নুপাদুনা ৱারম পূম্নমক শুগায়না তাক্লম্মী। মহাক্না সনা শাবা অমদি কোটকী থবক তৌবা অনীবু শাক্কি পীনবা কৌহল্লম্মী। মহাক্না মতৌ করম্না নোংশা, লিন অমদি মখোয় অনীবু গুহাদগী চিংখৎপীরকখিবগে হায়বদু খঙনবা মখোয়বু কৌখিবনি। অদুবু দরবারগী মেম্বর অমসুং সনা শাবদুনা হায়রম্মী, "মখোয়না নুপাসিবু অমুক্তা উখিদ্রি।"

নীংবা কায়রবা অফবা নুপাদুনা নোংশানা মফমসিদা লাক্লবদি মহাক্কী ৱাফমসি খঙগদবনি খল্লম্মী। খূদক্তা নোংশা কাঙলূপ অমনা চীংলেম্না খোংলকপদা শহর পূম্বা থক থক নীক্লম্মী। অঙকপা অমসুং অকিবনা পূম্নমক পঙথরক্লম্মী।

নিংথৌনা অফবা নুপাদুনা হায়রিবদু অচুম্বনি হায়বসি থাজরক্লম্মী। মথংগী মীৎকূপ্তা নোংশাশিংদু লোইনা মাঙখিরম্মী।

কোর্টকী থবক তৌবা অমসুং সনা শাবদু য়াম্না কপ্পী অমসুং হায়জরম্মী। অদুবু নিংথৌনা মখোয়গী মৱা তাখিদে। অফবা নুপাদুগী মহুক্তা মবানীগী মকোক মশাদগী তোঙান তাহনখি।



ওরিয়া ফুঙ্গা ৱারী

## লৱায়গী লৌনম হৈবা, শহরগী লৌনম হৈবা অমসুং লৌনম হৈবশিংগী মকোক

করিগুম্বা অমম্বা অহীং অমদা লৱায়গী লৌনম হৈবা অমগা শহরগী লৌনম হৈবা অমগা লম্বীদা থেংনরম্মী। লৱায়গী লৌনম হৈবদুগী মকোক্তা শুনু নূংগী বোরা পুরম্মী অমসুং শহরগী লৌনম হৈবদুগী মকোক্তা উৎকী বোরা। লৱায়গী লৌনম হৈবদুনা হংলম্মী, "নঙগী বোরাদা করি য়াওরিবগে?" শহরগী লৌনম হৈবদুনা খুম্লম্মী, "কর্পুর অদুগা নঙগীদিনা?" লৱায়গী লৌনম হৈবদুনা হায়রম্মী, "ও! মসিদা লীক্কোল খুজি য়াওই, পাম্লবদি হায়য়ু।" শহরগী লৌনম হৈবদুনা খুম্লম্মী, "ফৈ লৌগে করিগুম্বা নঙনা মদুগী মহুত্তা কর্পুর লৈগে হায়রবদি?" মহাক য়ারম্মী। মখোয় বোরাশিংদু ওন্নরম্মী।

লৱায়গী লৌনম হৈবদু হরাও-হরাও ময়ূম চৎলম্মী অমসুং নুপীদা হায়রম্মী, "য়েংউ, ঙসি ঐনা করম্না খূৎমাবনো হায়বদো, অরেম্বা শুনু নূংদুগী মহুত্তা কর্পুরগী বোরা লৌরক্লিবা।" অসোমদা শহরগী লৌনম হৈবদুনা মাগী নুপীদা হায়রক্লম্মী,

"অপঙবা অমদা উৎ বোরা পীরগা লীক্কোনগী বোরা লৌরকই। মমীৎতা উৎ তারক্লগা খঙগনি শিসনু অপঙবদো। অসুক পঙবদুনা হিংদুনা করিবু তৌনরুগনি?"

যূম অনীমক্তা অঙাংশিংনা বোরাশিংদু য়েংনিংবনা খৌরাংনা কোয়শিল্লম্মী। অমদনা শুনু নূং, অমদনা উৎ য়াওরম্বা থেংনবদগী ঙক্লা লৈনরম্মী। মসি উবদা মখোয়গী মমা-মপানা মশম ফোয়বীরম্মী। লৌনম হৈবশিংদুগী মায়থোঙ মকশিল্লম্মী। যূম অনীমক্তা মখোয়গী নুপীনা ঙাঙথরম্মী— বুদ্ধি লৌশিংগা য়েক্লরবা মীবু, করি তৌগনি? গপতনি তৌগদবা। মখোয়বু হেন্না ঙকপা লৈতে, লৌনম হৈবনা লৌনহ্নীরে। মসিদগী হেন্না করিসু হায়নীংঙাই লৈত্রে। ব্রাঙাঙসিনা মখোয়গী থম্মোয়গী অশোকপদা থুম চাইশিনবগুম থোক্লম্মী।

নুমিৎ খরনি তুংদা লৌনম হৈবা অনীদু কৈথেন্দা অমুক থেংনরম্মী, মীৎচান্নবদা মখোয় ফাক-ফাক নোক্লম্মী। মখোয় মরূপ শান্নরম্মী। নুমিত্তুদগী মবানী পূন্না থবক তৌমিন্নবা ব্রারেপ লৌরম্মী। মরূপকী ব্রাখল চেৎশিন্নবা অমনা অমবু ঈশ্বরগী প্রসাদী মখূৎমক্লা পীজনরম্মী। শহরগী লৌনম হৈবদুনা মোমোন নোক্তুনা হায়রম্মী, "ঐখোয়গুম্বা লৌনম হৈবসে তিন্নখ্রবদি মমাগী খোম থকপা কনাসু খাঙবা ঙমগদবা লৈত্রে, কৈথেল মচা অচৌবা, লব্রায়, শহর, ঘাট-মন্দির অমদা হেক্তা চৎখিবদা ঐখোয়গী লোন ঙাঙগদবনি।" অতোপ্পা লৌনম হৈবদুনা হায়রম্মী, "হীরা-মোতি, সনা-লুপাদি কনাগুম্বনসু হূরানবা ঙম্মী। ঐখোয়দি ব্রাহ্মণগী মরায়বক্কী চন্দন অমসুং নুপীগী মীৎকী কাজলফাও হূরানবা কনা খঙপোৎ নত্তে।"

হনুবী অমা মখোয়গী পান্দম ওইনবা ব্রারেপ্পরম্মী। হনুবীদু ইনাক খুল্লম্মী। অহল ওইবনা মখ্বাঙ কোল্লে। মহাক চৈশুগী মতেংনা খরা চৎথোক-চৎশিন তৌবদু মঙায়। হনুবীদু উনদ্রিঙৈদা মখোয়না লৈকায় মীওইশিংদা হংদোক্তুনা মহাক্কী মরমদা খঙদোক্লম্মী অদুগী মতুংদা মখোয় হনুবীদুগী ময়ূমদা চৎলম্মী অমসুং মখোঙ শোক্তুনা খুরুম্লগা হায়রম্মী, "ইনে ইবেম্মা, কাউথোকপিখ্রেদনা। ঐগী ইচানুপাগী লুহোংবনি। অদোম্না শোয়দনা চৎপিগদবনি। অদোম ইমুংদুগী খ্বাইদগী অহলনি, লেঙবীয়ু। থবক পূম্না য়েংশিনবীয়ু। থুনা লোইশিনবীরো, ঐখোয়গা লোয়ননা লেঙলসি।"

হনুবীদো চহী কয়াদগী মপাম চৎলমদে হায়বসিসু অচুম্বনি। মপামসু য়াম্না লাপ্পনি। মফমসিগী থবকসি কনাদা শিন্নরমগনি। মহাক অঙাং ওইরিঙৈ অমদি লৈশারিঙৈ মতমদো নীংশিংলুবদা মমীত্তগী পি শীন্থরম্মী। চহী কয়ামরুমগী তুংদা ময়াশিং উরুবদা মহাক্কী থম্মোয় হরাওজরম্মী। তোল্লবশিংসে কয়া থাপ্পা লাক্লবনো, চোকথরম্লনি।

মহাক্লা সনাগী তেঙ্গোৎতা থাউ পীদুনা মচানুপাদা মখোয়বু পুখ্রীদা পুদুনা চৎনবা হায়রম্মী।

লৌনম হৈবশিংদুনা থাউদু মশাদু তৈরম্মী। পুখ্রীদা কূমদুনা ইরুজরম্মী। তেঙ্গোৎতু নাপী মরক্তা লোৎশিল্লম্মী। যুমদা হনুবীদুনা থোংবা চাক চারদুনা হায়রম্মী, "ক্বাক্তু য়াম্না ওক্তে অসিগুম্বা লৌনমসি তৌবনি, ঐখোয় তেঙ্গোত্তু পুখ্রী মপান্দা থনল্লগা কূমথরম্মী। ক্বাক্তুগী মতুং ফনা শাংনা তান্নবনি অদুবু মাদি মীৎমাঙদগী মাঙখিবনি। ঐখোয় কোক ঙাওদুনা লৈহৌরবনি।

হনুবীগী মচানুপাদো মখোয়গী ফত্তবা লৌশিংদু উরম্মী অদুবু মহাক করিসু হায়রমদে। লৌনম হৈবশিংদুনদি মহাক পঙলিবনি খন্দোক্লম্মী।

তেঙ্গোৎ মাঙখিবদুগী হনুবীদো য়াম্না নুংঙাইহরমদে। মহাক নীংঙমদে, লুপা-কোরীগী তেঙ্গোৎ করিগী পীরমদ্রিবনো? সনা মাঙবদু মহাক্লা ফত্তনা খল্লম্মী। মহাক লুহোংবদু চত্তবদা লেপ্লম্মী। মচানুপাবু চৎলুনবা হায়রম্মী। লৌনমহৈবশিংদুগা লোয়ননা শগোল তোংদুনা খোঙশাল্লম্মী।

লম্বীদা মখোয়না মঙোন্দা হায়রম্মী, "ইবুংঙো, ঐখোয় চাক য়াম্না লাল্লেবো, নঙদি লীক্কোন য়াম্না শিরিপোৎনি। করিগুম্বা নঙনা লীক মচা অমত্তং বন্ধান থম্লবদি ঐখোয় অহাও অহাওবা চাক ইঞ্চাং চাবা য়াগনি।"

হনুবীগী মচানা খুল্লম্মী, "মমল য়াম্বা পোৎ করিগী বন্ধান থম্লুনি। মীওইবনা তৌফম খঙদবদা অসুম্না হেক হেক তৌবনি। মফমসিদা ঐবু খঙবা মী য়াম্না লৈ, মখোয়না অপাম্বা চাক-ইঞ্চাং পীজগনি। ঐনা কনাগুম্বা অমগা ৱারী শারবদি ঐনা হায়বদু নখোয়সু হায়য়ু। কনাগুম্বনা নখোয়দা হংলবদি 'অমা নৎত্রগা অনীমক' অদুদি নখোয়না মতম লৈবা খীবিক্তা অনীমক হায়গদবনি, লৌনম হৈবশিংদু য়ারম্মী। অমদগীদি অনীনা মতম লৈবা খীবিক্তা ফবনি। হনুবীগী মচানুপা খুল অদুগী ইনাক খুনবগীদা চৎলগা মতোমদা ঙায়রবদা হায়রম্মী, "ঐনা অদোমগীদমক্তা থবক শূবা অনী পুরক্লবনি। মখোয় অদোমগী পুন্সি চূপ্পা মীনাই ওইরগদবনি। মখোয় মশা মউ য়াম্না ফৈ, লৌ-ইখোলগী থবক শূবা হৈবনি। ঐঙোন্দা পৈশা মতীক চানা পীয়ু।"

মখোয়বু উরগা খুলগী ইনাকখুনবদু হরাওনা হংলম্মী, "অমরা নৎত্রগা অনীমক্লা?" লৌনম হৈবশিংদুনা খুল্লম্মী, "অনীমক, ঐখোয় য়ারে।"

হনুবীগী মচানা পৈশা পুদুনা চৎখ্রে। লৌনম হৈবশিংদুনা খল্লম্মী মখোয়গী চান-থক্লবা শীল্লাঙবা চৎলিবা ওইরিনি। অঙাংদুনা মখোয়বু য়োম্থোক্লম্লবনি, ইনাক

খুনবদুগী মীনাই ওইগনি হায়বসি থাজবা গুল্লমদে। মখোয়বু ইস্কোলগী থবক শূনবা পুরম্মী। মতমদুদা মখূৎ লোন্নদুনা হায়জরক্লে, "ইনাক খুনবা ইবুংঙো, পুস্নিদা করিগুম্বা থবক অমত্তসু শূদে, ঈশিং পুস্থাং অমত্তা শোক্লক্তে, অদুগুম্বা ইমুংগী মীসু নচ্চদে, নুপামচাদুনা চাক্লেন অমগী বার্তন তৌবনি। করি খঙলুনি, ঐখোয়বু অসুম্না য়োম্থোক্লমগনি হায়বদি।"

ইনাক খুনবদো পেৎথগনবা মীতা নত্তে। "ঐগা মদুগা মরী লৈনদে। ঐহাক্না নখোয়গীদমক্তা পৈশা য়াম্না পীখ্রবনি। পূকচেল ফজবনা শিনফম পায়বা য়াবা নত্তে।"

লৌনম্বশিং কপ্তে হায়বদা মঙায়রে। "কনানো অমা ঐখোয়গা লোয়ননা থাবিয়ু, ঐখোয় মাবু থিগনি অমসুং অদোমগী পৈশা হন্দোকহনগনি।"

ইনাক খুনবদো মমৈদা মখোয় মরাল লৈতবনি হায়বসি খরা থাজরক্লম্মী। লৌনম্বা অঙাংদু থিবদা মাগী মনাই অমা মখোয়গা লোয়ননা থারম্মী।

মরকসিদা হনুবীগী মচানুপা শগোল য়াঙনা থৌদুনা চৎখিবনা মথংগী খুঙ্গংদা থুংলম্মী। মফমদুদা মিঠাই য়োনবা দুকান অমদা লেপ্পলম্মী অমসুং মখূৎ অনী চঙদুনা মিঠাই চারম্মী। দুকান ফল্লিবদুনা মসিদা য়াম্না ঙক্লা য়েংদুনা লৈরম্মী। মমৈদা হায়রে, "করিগুম্বা নঙনা অসুক য়াম্না পাল্লবদি মমল হান্না পীরগা চাও।" হনুবী মচানা হায়রকখি, "করি ৱানো হায়রিবদুবো। ঐগী ইমিং ককচেং কৌই, নপাদা চৎলগা হায়রুচো ককচেংনা মিঠাই চারে অমসুং পৈশা পীদরে, মহাক্না খঙগনি ঐহাক্কী মরূপনিনে।"

নুপামচাদু চেন্না-চেন্না চৎলম্মী অমসুং মপুদা অঙকপা ককচেংগী মরমদা হায়রুবে। মিঠাই য়োনবদুনা মঙোন্দদুম চৈরকই, "অপঙবশিংগী মকোক, ককচেংনা মিঠাই চাববু কয়াম চাগনি? দুকান হাংদুনা থম্লল্লিবদুবো, চৎলু থুনমক দুকান্দা।"

মরকসিদা লৌনম হৈবুদনা মিঠাইনা থল্লবা খাউগা লোয়ননা শগোল তোংদুনা চৎখ্রে। লম্বীদা হনুবী অমা ফজরবী মচানুপী অমগা চৎলম্মী। লৌনম হৈবদু নুপীমচাদুগী ফজবদা ঙাওরম্মী, মানা মনাক নক্লা থৌজিল্লগা নুপীমচাদু শগোলদা চিংখত্তুনা পুখ্রে। হনুবীদুনা লাউরম্মী। লৌনম হৈবদুনা হায়রম্মী, "নচানুপীগী ৱাখল থাদোকউ, ঐগী ইমিং ময়ানুপানি।"

হনুবীদু মথবাক য়ৈদুনা তেংথারম্মী। উনা-উনা মফমদুদা মীয়াম তিল্লম্মী। হনুবীদুনা মখোয়দা হন্না হন্না তাক্লম্মী— ঐগী ইচানুপী ময়ানুপানা পুদুনা চৎখ্রে, ঐহাক করি তৌগনি? মীয়ামদু নোক্লম্মী— নঙগী নচানুপীদো নমদুনা পুখিবদি নত্তেদনা মসিদা

কপ-লাউবগী করি কান্নরিবা? নয়ানুপানা করম কানফাও তপথনা লৈখিগনি? মহাক্না তৌরিবসিনা অচুম্বনি।

নুপীমচাদু পুদুনা লৌনম হৈবদু উমং অমা ফাওদুনা চৎলম্মী। মফম অমদা পোথানবা লেপ্লম্মী। নুপীমচাদুনা মাবু ফনা খল্লি। মখোয়না শগোলদগী কূমথবগা ককচেং চাবা শওম অঙৌবদুগা থেংনরম্মী। পামদ্রবা অতিথিশিংদু উবদা শওমদু মখোয়রোমদা চোংশিল্লম্মী। লৌনম হৈবদুনা নম্লম্মী। মখোয় অনীমক মফম খঙদনা নম্নরম্মী। লৌনম হৈবদুনা থৌনা ফনা অমদি হৈশিংনা শওমগী মঙক্তা নম্লম্মী অমসুং মঙক্তু লৈমায়দা তক্লম্মী। খূৎলায় য়াওদবনা মাবু হাৎপদি ঙমদে, থাদোকপসু য়াবা নত্তে। মাগী ফুরিৎখাউদগী পৈশাদু তারক্তুনা মায়কৈ মরিদা চাইখাইরম্মী। মাগা শওমগা ফনা কুইনা নম্নরে মতমদুদা লল্লোনবা নুপা অমা মায়কৈ অদোমদা লাক্লম্মী। উমংদুদা তারিবা পৈশাদু খুন-খুন্দুনা লাক্লম্মী, মানা লৈরিবা মফমদু য়ৌরক্লম্মী অমসুং লাঙতক্লনা হংলম্মী, "করি তৌরিবনো?" লৌনম হৈবদুনা হায়রম্মী, "মসি অচম্বা শওম নত্তে, ঐনা মাগী মনাতোনসে লৈমায়দা হেক তকপদা মথুন্দগী পৈশা ফায়বনি। মসি নম্নবা য়াম্না পাম্মী, ঐনা মসি য়োক্লিবনি, গধা মচাগুম তেবনি।"

লল্লোনবনা হায়রম্মী, "মদু য়োল্লো।"

মমল মতীক চানা পীরবদি য়োল্লগে, ঐহাক লুপা লাখ অমদগী তানা লৌরোই। মহাক নোংমদা লুপা তরাদি ফায়বনি।" লল্লোনবদুনা খল্লি— মসি লুপাগী ইফূৎনি ঐনা শিনফম কয়াদা য়েংলে অদুবু মসিদগীদি করিসু নত্তে, মসি শওমসি ফংলবদি য়াম্না নুংঙাইগনি ঐহাক থবক অতৈ শূদ্রবসু য়ারনি। ইনাক্তা পৈশাগী পৈশা ঙাক্তা ঙায়রনি অদুনা তানবগী মথৌ তাদ্রেদনা।

মহাক্না লুপা লাখ অমা থীরম্মী, ঙসাই খুলখিবদুসু লৌরম্মী। লৌনম হৈবদুনা শওমদু লল্লোনবদুদা নমহল্লম্মী অমসুং হায়রম্মী, "মাগী মনাতোনসি লৈমায়দা তক্কদবনি।" শওমদগী নাম্থোকপগা শগোল তোংদুনা নুপীমচাদু পুরগা চৎখ্রে।

খরা চৎলগা লম্বীদা ধোবী অমনা নুংশাদা ফি ফৌরম্মী। মঙোন্দা লৌনম হৈবদুনা উৎ-উৎতুনা মিঠাই চারম্মী। ধোবী মতীন তারম্মী। মঙোন্দা চানবা খরসু পীরম্মী। মদু চাবদা মহাক য়াম্না হরাওরম্মী। মাগী মতৌদুদা লৌনম হৈবদুনা হায়রম্মী, "মসি অচম্বা মিঠাই নত্তে। চীংসিগী ৱাংমদা পাৎ অমগী মপান্দা অখন্নবা পাম্বী অমা হৌই, মিঠাইসি উপাম্বীদুদা পানবনি, চৎলু অপাম্বা মখৈ হেক্তুনা পুরকউ, পূক থন্না চাও অদুগা পাৎকী ঈশিং থকউ। করিগুম্বা মিঠাই য়াম্না হেকপা ঙম্লবদি য়োল্লগা পৈশাসু ফংগনি,

মসি তশেংনা য়াম্না হাউবনি।" ধোবীনা মাগী ৱাদু চুমগনি খল্লি। মহাক থুনমক চীংদুগী মায়কৈদা চৎখ্রে। মানা হল্লক্ত্রিফাও ফিরোলদু শঙবীনবা মঙোন্দা শিন্নরম্মী। ফিশিংদু য়াম্না মমল য়াম্বা ঙাক্তনি। ধোবীনা চৎখিবগা লৌনম হৈবদুনা ফিশিংদু য়োমশিল্লগা শগোলদা হাপচিন্দুনা পুখ্রে।

মথংগী খুল অমদা থুংলুবদা মহাক্না উপাম্বী অমগী উশাদা ফিশিংদু য়ানশিল্লম্মী অদুগা য়াম্না লূপশিন্না লাই নীংলম্মী। ও! যাদুগী পাম্বী-ও! ঈশ্বরগী তরেং! ঐগীদমক্তা রেশম অমদি অফবা মখলগী ফি শাৎহনবীয়ু।

অদোমদা চৎখিবা কারবার তৌবা অমনা মানা লাউরিবদু তারম্মী। মহাক্না খল্লি— উপাম্বীদা রেশম অমদি মুগা অফবা মখলগী ফি করম পানবগে। লৈশাৎপগুম উপাম্বীসি অঙকপা জাৎনি। মসিগুম্বসি স্বর্গদা লৈরম্বদি য়াই তৌইগুম্বসুং রেশম ফি পানবা উদি পৃথিবীদা কনানসু উখিদ্রি। মহাক লৌনম হৈবদুগী মনাক্তা লাক্লুনা হংলম্মী, "করি তৌরিবনো?" মহাক্না খুল্লম্মী, "মসি অঙকপা পাম্বীনি। মসিদা লৈগী মহুত্তা রেশম অমদি মুগাগী ফি পাল্লি। মসিগী মশাদা ফল্লগা শূপ্লগী অসিতমক হায়গদবনি— ও! যাদুগী পাম্বী রেশম অমসুং মুগাগী ফি শাৎহল্লু অমসুং মসিদা রেশম অমসুং তূরবা ফিরোল শাৎকনি, মদু অসুক্কী মতীক ফজগনি মদু নিংথৌ অমসু রাণীশিংগী নাক্তা ফাও লৈরোই। য়েংউ ঐগী য়ূম্বুরেম্বীনা শেৎলিবসে, মহাক্তি ফি অমনা অনীরক হন্না শেৎতে। মহাক নুতিগী অনৌবা ফিরোল শেৎলি, ঙরাং শেৎপশিংদু লৈমনগুম হুন্দোকই। কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো মহাক।"

লল্লোনবদু ফিগী কারবার তৌবনি। মহাক্না খল্লি— ৱাহ! মসিদগীদি ঐহাক মিলশিংদগী ফি লৈবা অমদি দর্জিশিংদা তূহনবগী জনজানসু লৈবরোই। ফিশিংসি কয়াদা ফজনা তূরিবনো?

মহাক্না পৈশা য়াম্না পীদুনা পাম্বীদুগী মপু ওইবম্মী। লৌনম হৈবদু নুপী পুদুনা মফমদুদগী চৎখ্রে।

লাঙতক্লবনা থল্লবা লল্লোনবদু উপাম্বীদা কাখৎলম্মী অমসুং লৌনম হৈবদুনা তম্বীদা মন্ত্র শোন্দুনা মঙোন্দা ফি পীবিনবা হায়জরম্মী। মহাক্না কয়ারক হন্না মদুদা মন্ত্রদো শোল্লম্মী, মখনাউ ফুনবমখৈ। নুমিৎ চূপ্পা মন্ত্র শোনবদগী মহাক খঙলে পাম্বীদু অচম্বনি, মাবু অপঙবা শীরম্বনি।

অহানবা লৌনম হৈবা অনীদু মখোয়বু মায়থীবা পীরম্বগী অঙাংদু থিরিবনি। মাবু থিনা থিনা মিঠাই য়োনবা দুকান্দুদা থুংলুরে মদুদগী মানা মিঠাই খাউ অমা পুদুনা লাকখিবদো। মিঠাই য়োনবদু মখোয়গা লোয়ননা চৎমিন্নরম্মী। খরা চৎলগা লল্লোনবদুনা

শওমগা লাক্লরিবদু থেংনরম্মী। মদুগী মমাঙদা মচানুপী ফাখ্রবা হনুবীদুসু থেংনদুনা মখায়গা লোয়ননা চৎলম্মী। শওমগা নম্লরিবা লল্লোনবদু মায়থীরবনি। লৌনম হৈবশিংদুনা শওমদু হাত্তোক্লম্মী। মথংদা ধোবীগা থেংনরম্মী– মহাক ফিরোল য়াওদনা শহরদা মপুশিংদুগা করম উনরুনি হায়বসি খঙদ্রবদু মখোয়না পূক্নিং ফাথবিরম্মী।

মমৈদা মখোয়না লৌনম হৈবা অঙাংদু ময়ূমদা ফারম্মী অমসুং মহাকপু অকন-অকনবা ৱাহৈনা চৈরম্মী। অঙাংদুনা খুল্লম্মী ঐদি লৌনম তৌবা নত্তে, হূরানবসু নত্তে, ঐনা নখোয়গী পোৎ পূম্নমক হন্দোকনি মিঠাই চাখিবদুসু মমল পীগনি। খুৎশান্নদু তশেংনা নুংঙাইবগী তৌবনি, ঐনা মসি উৎপা পাম্বনি– করম্না মীওইবনা মশাগী মনাতোন শুমাঙ উদে, মখোয়না মিহৌবা মতমদতা মমীৎ তাঙবনি।

মহাক্কী অফবা মতৌ অমসুং লৈবাক মচা তাবা মতৌদুদা পূম্নমক পেন্নরম্মী। মহাক্না মীনাইশিংদুদা অহাওবা মথেল থোংনবা অমদি অমোনবা ফমুংদা তূমহন্নবা য়াথং পীরম্মী। ময়াম পূম্বনা মখোয় মখোয়গী মাঙখিবা পোৎ হন্না ফংগনি থাজনরম্মী। পেন্না চা-থল্লগা অশিবগুম তূম্লম্মী।

অহীংসিদা অঙাংদু খুলগী চৌকিদারগীদা চৎলগা পৈশা পীজদুনা মাগী মায়কৈদা য়াহল্লম্মী। লৈরক খূদিং ধোল থীন্দুনা লাউথোক্লম্মী– শকখঙদবা মীওই অথিতি ওইনা থল্লম্বা য়ূম্নুদো হয়েং অয়ূক দরবারদা লাক্কদবনি, লালহৌবা ওইবসু য়াই, থওইদবা মীদো লৈবাক শেম্বনি হায়দুনা ফাঁসি শগাইদা কাহনগনি।

লাউথোকপদু তাবদা লৌনম হৈবা অনী, মিঠাই য়োনবা, হনুবী, লল্লোনবা, কারবার তৌবা অমসুং ধোবী নীকপনা লোইরে। মখোয় মথ্বায় খূবাক্তা হাপ্তুনা চেনখ্রে। থাপ্লা চেল্লগা ঙাইহাক নুংশাস্বর হোন্দোক্তুনা লৌনম হৈবা অমনা হায়রম্মী, "ঐহাক লৱায়গী লৌনম হৈর্বনি, নঙনা শহরগী লৌনম হৈবা, অঙাংসিদি লৌনমহৈবশিংগী মকোক্নি। ঐখোয় মাগা চাংদম্নিংঙাই করিসু লৈতে। ঐখোয়গী মীৎতা উফুল চাইশিল্লি, মসি ঐখোয়গী ইপামক ওইরম্লে। পোৎসু মাঙলে অমসুং ঐখোয় চেল্লক্লেদনা।"

লৌনম হৈবশিংগী মকোক্তু নুপীমচাদুগা নুংঙাইনা লৈরম্মী। ঐহাক্কা নোংমা মাগা উনবদা হায়রম্মী, "অচুম্বা লৌনমদবু করি লৈবনো? মদুগী মহাওদি লৌনমদু বুদ্ধি লৈনা তৌগদবনি।"



থাদৌ-কুকি ফুঙ্গা ৱারী

## মোলটিন চান (ফজবগী মঙালনা চীং ঙালহনবী নুপী)

মশক মতৌ যাম্না ফজবী লৈশাবী অমা খুল অমদা লৈরম্মী। মাগী মশকসি খূৎফজ অমনি। মদু কযামুক ফজবনো হায়দুনা চাংদম্নবা অমত্তা লৈবমদে। মাগী ফজবগী মঙালনা চীংমায় ফাওবা ঙালহল্লি হায়নরিবনি। মরম অদুনা মমা-মপানা মোলটিন চান থোল্লি। মখোয়না মচানুপীগীদমক চাউথোকচরম্মী।

নুমিৎ খূদিং নোংঙাল্লকপদা মতাশিংগা লোয়ননা শীং চনবা চৎলি। নোংমদি মখোয় লৈশাবী তরেৎ চৎলম্মী। নুমিৎ মঙালনা লাক্লিঙৈদা শীংপোৎ ফাদুনা য়ূমদা হল্লকপদা ৱাদুনা মখোয় তরেৎ শীং থাদুনা পোত্থারম্মী। মফমদুদা অঙকপা নুপা অমা উরম্মী, নুপাদো মশক থী অদুদা নত্তনা মীগী মকোক লূকং অমনা খুং ওইরগা খূৎশাগী শরূক খুংগী মচৈ ওইবা খূং অমা খোংদুনা চীংগী নূংগায় মরক্তা চৎলম্মী। লৈশাবী তরেৎতুনা মাবু উবদা অকিবা অমদি হৈনদবা পোল্লম্মী। মখোয় মশেল হায়নরম্মী, "ঐখোয়না পুরক্লিবা শীংপোৎসি ইথন-ইথন্তা থোঙ্গৎনদুনা চৎনগদবনি। করিগুম্বা ঙমদবা য়াওরবদি আদগী নুপাসি কৌরগা থোঙ্গৎহনসি। মোলটিন চাননা হরাও হরাও

'য়াইনে' হায়দোক্লুরে। মখোয় লোইনা য়ানদুনা শীং থোঙ্গৎনখ্রে। ঙসাই ইয়াং য়াংনা থোঙ্গত্তুনা পুরকপা শীংদু মোলটিন চানদি থোঙ্গৎপা ঙমদ্রে। হন্না হন্না হোৎনরবসু শীংদু থোঙ্গৎপা ইঙম ঙমদ্রে। হায়নখিবগী মতুং ইন্না নুপাদুবু কৌরগা থোঙ্গৎহল্লম্মী। শীং হেক থোঙ্গৎপগা মানা হায়রম্মী, "নঙনা হোরেল নুংদাং লীথোকপা য়ারোই, ঐগী খূৎসিগী মরমদা মীয়ামদা হায়দোকপা য়ারোই, করিগুম্বা নঙনা তাকথোক্লবা, নঙ অৱাবা তাগনি, খূদক্তা ঐনা নঙবু ফাবা মফমদুদা লাক্কনি।" ৱাদু তাবদা মোলটিন চান নোক্লিংবসু ফাওরম্মী, অকিবসু পোক্লম্মী। করিসু হায়রমদনা মমান্নবীশিং তান্নদুনা থুনা লাক্লম্মী।

ময়ূম য়ৌরে, ৱাফমদু কনাদসু হায়দোক্তরে। মচীন্দদি হায়দোক্লিংবনা খোরো খোরো খোৎলে। নুমিদাং য়ৌরক্লে, পাখঙফান লৈশাফান থোক্তুনা কোয়বা চৎলম্মী। মোলটিন চান হায়দোক্লিবনা লোইরে। ঙসাই নুপাদুনা হায়রকপা ৱাদু থাজবসু ঙমদে অদুগা অকিবসু হেক্তা পোক্লম্মী অদুবু ময়াম ৱারী শাবদা হেক্তা হায়দোক্কে তৌই। অসুম্না অনী/অহুম্লক তৌবদুদা পাখঙ-লৈশা ময়াম্না করিনো, করিনো মখোয় ময়াম তানিংলে হায়দুনা তক্লরক্লে। মোলটিন চাননা হায়বা য়াদে, হেক হায়বদা ঐবু খূদক্তা মফমসিদগী ফাখিগনি হায়রে। পাখঙ-লৈশা ময়ামদু ৱা-ৱা নোক্লরে। কনানা ফাগদৌরিবা, ঐখোয় অসুক য়াম্বা লৈরিবসিদি হায়রক্লে। পাখঙমখৈনা হায়রো, হায়রো, ঐখোয়না ঙাক্কনি নঙবু কনানা করিসু তৌহল্লোই হায়নরম্মী। ফাল্লুপ চিংবা পাখঙদুনা "নঙনা কিরগা থোঙ লোনশিনবিগে, অরাকপা পূম্বা ঐনা থেংনগনি" হায়দুনা থোঙ লোনশিল্লুরে। মোলটিন চাননা অমুক শীং চনবা চৎপদা থেংনখিবা অমদি থোকখিবা পূম্বা চীথদনা ৱাবী লীথোক্লে।

ৱারী হেক লোইবগা ইমুংদুদা লৈরম্বা পূম্বা পঙথহল্লে। খঙহৌদনা মনুংদুদা থুংলরে। কনা অমত্তা মচী লেঙবা ফাও ঙমদ্রে। অসুম্না মোলটিন চান নুপাদুনা পুদুনা চৎখ্রে। হেক পুখিবগা ময়ামদু তপ্না তপ্না জ্ঞান তারক্লে। ৱাখল লৌশিং লাক্লে। অঙকপা অকিবা পাউদু খুল পূম্বা তাক্লুরে। মোলটিন চানগী মমা-মপা অনীদু ৱাবনা খম থেংখ্রে। ফৎত্রবা, অকনবা লাইদুদগী মচানুপীবু করম্না কনগনি হায়বসি খনফম খঙদ্রে। খুল পূম্নমক কনানা লাইদুগী খোঙ্গুল লীগনি। মাগা করম্না লাম্বা পাগনি খনবদা কনাসু থৌনা ফনা চোংথোকপা ঙমদ্রে।

মোলটিন চানগী মমা-মপা অনীসি লৌশিং শিংবা মীওইনি। মখোয় অনীনা মচানুপীবু কনবা ঙমগদবা মী থিবা হৌরক্লম্মী। নূং অচৌবা অমা, চাকয়োম তরেৎ,

য়েনশাং মথেল তরেৎ, য়ু তুম্বা তরেৎ পুথোক্লুনা থল্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, “নূং অসি মথক্তা হুনগৎলগা মসিনা তারক্ত্রিঙৈদা চাকয়োম তরেৎ, য়েনশাং মথেল তরেৎ, য়ু তুম্বা তরেৎ অসি থক-চাবা ঙল্লবদি নুপা অদু অকনবা মীনি, লাইদু লম্বা পাবা ঙমগনি অমদি ইচানুপীবু কনবা ঙমগনি, অদু ঙম্বা মীদা মোলটিন চানসু লুহোংগনি। খুলদুদগীদা নত্তনা অতৈ কয়াদগী অকনবগী চাংয়েংদু য়াওবা লাকপা পূম্নমক মায় পাকপা ঙমদ্রে। মী লৈশিল্লক্ত্রে। মমা-মপা অনীদু লাইদুদগী মচানুপী কনবা ঙমগনি হায়বা থাজরক্ত্রে।

চাংয়েংদুদা য়াওদ্রিবসি য়াম্না লায়রবা, খুল্লক্তা উচি তান্দুনা লৈবা মচীন-মনাও অনীখক্তা মঙায়রে। মখোয় অনীবু কৌদুনা চাংয়েংসিদা য়াওহনসি হায়নদুনা খুল পূম্বনা হায়নরক্লে। ময়াম্না হায়রিবদু মপানা য়ানিংদে অদুগা থাজবসু লৈতে। ময়াম্নদি কৌদা কৌ, মখোয় নত্তবা অতৈদি লৈত্রে হায়বদগী অনীদু কৌরুদুনা চাংয়েং য়াওহল্লে।

মনাওনুপাদু হান্না য়াওরে, নূংদু ইয়াং য়াংনা পায়দুনা লংখৎখ্রে, তারক্ত্রিঙৈদা চাকয়োম তরেৎ চাবা ঙল্লে, ময়াম পূম্বা ঙক্লরে, খুলগী অকনবা কয়া’মদি অমা/অনী চাবা ঙমদে। ময়াম পূম্বনা ময়াম্ববু অমুক য়াওহল্লে। নূং তারক্ত্রিঙৈদা চাক-ইঙ্কাং, য়ু পূম্বা থকপা-চাবা লোইখ্রেদো। ময়াম পূম্বনা মচীন মনাও অনীসিনা শোয়দনা লাই ফত্তবদু হাৎপা ঙমগনি, মোলটিন চানবুসু কনবা ঙমগনি হায়বদু থাজরে। ব্রারী পূম্বা ফজনা লীদুনা তাহল্লবা মতুংদা মচীন-মনাও অনীদুসু য়াদুনা লাই অদুগী খোঙ্গুল লীদুনা তান্নখ্রে। চীং-মান, উমং-ব্রামং কয়া ফাওদুনা অসুম তান্নরকপদা লাই অদুগী খোঙ্গুল অদু হান্নদগী অসুম অসুম চাউবা হেঙ্গৎনা তাবা উরক্লম্মী। মনাওনুপাদুনা খোঙ্গুলদু উবদা কিরক্লে। ময়াম্বদা লাইসি অচম্বা ওইরল্লোই মাগী খোঙ্গুল অসি হান্নদগী অসুম অসুম চাউথোরক্লিবসি মপাঙ্গল য়াম্না কল্লমগনি, ঐদি কিরে হায়রম্মী। ময়াম্বনা মনাওগী মতৌদুদা নুংশিরদুনা কিরবদি লৈহৌরো, ইয়াম্বগা লাইদুগা থেংনরুরগে, নঙবু শা কৈনা শোক্তনবা ইয়াম্বনা থম্বীগনি হায়দুনা থাঙনা লৈবাক তৌথোক্লুনা লৈপূং অমা শেল্লে। মদুগী মনুংদা মনাওনুপাদু শা-কৈ অমদি মীনা খঙদনবা শোক্তনবা মাগী মহৈনা থম্বীরে, ইয়াম্না লাক্ত্রিফাওবা লৈরম্মু হায়রল্লগা চৎখ্রে।

অসুম লাকপনা লাইদুনা লৈবা মাগুম্বা লাই ময়ামগী খুল অমদা য়ৌরে। মানা খুলদুদা লৈরিবা লাইশিং লোইনা কৌথোক্লগা হায়রম্মী, “ঐগী মিং য়াংচন কৌই ঐ মোলটিন চানবু লৌবা লাকপনি। মাবু নখোয়গী ফত্তবা লাইদুনা ফাদুনা পুখ্রিবনি। মা লাক্লগা ঐনা মাবু পুখ্রে হায়য়ু। ঐগী ইতীক ইগুণসি য়েংউ, মসি ঙল্লবদি ঐবু তান্নরকউ, ঙল্লোইদৌবা লৈরবদি তান্নরক্কনু, মহাক শিগনি হায়দুনা লাইদুগী য়ূমদু ফল লাউনা

চোংথোকই। শূক অমা লৈশৌপূংদা য়ুংলগা থনম্মী। মদু উবদা খুলদুগী লাইশিংদু কিরে। মসিগী নুপাসি অচম্বা নত্তে, মাগা লম্বা য়ারোই হায়দুনা কনানসু মঙোন্দা অয়েৎপা পীদরে। অসুম্না য়াংচননা মোলটিন চান পুদুনা ময়ূমদা হল্লক্লে।

লম্বী লাকপদা নুমিৎ তাখ্রে। অসোমদা নুমিৎ তাখিবগা লাইদু ময়ূমদা থুংলরে। মোলটিন চান লৈরমদবদু মথন্তা চেনখিবদি ঙম্লোই খুল কনানা হূবনো হায়দুনা শাউনা খুলগী লাই পূম্বা কৌখত্তুনা হংলে। ৱারী পূম্বা ময়াম্না লীদুনা তাহল্লে। অহল ওইবা অমনা হায়রকই, "নঙনা নুপাদু তান্নগে হায়রবদি নঙগী য়ূমসি চোংউ।" লাইদুনা মাগী য়ূমদু লান্না চোংবা ঙমদ্রে। অহলদুনা অমুক শূক অমাপুথোক্তুনা লৈশৌবূংদা য়ুংনবা পীরে। মদুসু তঙ্খায় অমা ফাওবা য়ুংবা ঙমদরে। নঙ মায়থীরে। নুপাদু তান্নরুনু। মাগী মখূত্তা শোয়দনা শিগনি হায়না খাম্বা য়াদদুনা মোলটিন চানবু তান্নখ্রে। মমশিনবনা হান্দুনা য়াংচন অমদি মোলটিন চান চৎপা য়াদদুনা মফম চাবা য়েংদুনা পোত্থাদুনা লৈরে। মখোয় অনী নোং ঙানবা ঙাইদুনা লৈরম্মী। লাই ফত্তবদুদি নুমিৎ তাখিবসিনা হেন্না হৈশিংনা অসুম লাকপনা মখোয়গী মনাক য়ৌশিল্লক্লে।

মখোয়না তৌরিবশিংদু অফবা লাইয়াম্না কূম্মৈগুম য়েংদুনা লৈরম্মী। লাইশিংনা ৱারী শানরম্মী, "লাই কনসিরা, মী কনসিরা।" লাই অমনা হায়, "লাই কনসি, ফরসু ফৎত্রসু ঐখোয়গী শাগৈনি, মানা মায়থীরবদি তাইবং মীনা ঐখোয়বু ঙম্লে খনগনি।" লাই অমনা হায়, "মী কনসি মীদি লাইদা থাজে, লাইবু নীংজে, শোঙ্গে। লাই ফত্তবসিংসি লাইবু কাউথোকই, ঐ মঙায়রে হায়না চাউথোকই। মবূক ফত্তে, অফবা লাই ঐখোয়বু ফত্তবা ওইনা উহল্লি।" অকোনবগী ৱাসে চুম্মী হায়দুনা লাইয়াম্না য়ানদুনা মী কনসি হায়নরে। লাই ফত্তবদুনা অসুম লাকপনা মখোয়গী মনাক নকশিল্লকপদা লাইশিংনা মোলটিন চানদা নঙগী ননাক্তগী নাপীশিংদু নঙগী থাঙদুনা য়ানথৎলু হায়না হায়রম্মী। মোলটিন চাননা ইঙক-ঙক্লা নাপীশিং য়ানথৎলম্মী। হেক য়ানথৎপদা লাই ফত্তবদু শিরে। অসুম্না লাই ফত্তবদু হাৎলগা নোংঙানবদা ময়ূমদা হল্লক্লে। লম্বীদা য়াংচননা মনাও নুপা থনম্বা লৈপূং অদু য়ৌরে। মনাওনুপাদু লৌথোক্লে।

মনাওনুপাদুগী মমিং পুরুল কৌই। মহাক্তি লৈনুংদগী লৌথোক্লকপদা মরোল থোক্লমদ্রে, ময়াম্বনা হংবদসু খুম্বা ঙমদ্রে। লৈনুংদা মখূৎ থিন্দুনা লৈরে। য়াংচননা খনবদা মপানগী শা-কৈ, মী, লাইনদি মনাওবু শোকপা ঙম্লোই, লৈনুংগী লাইনা ওইবা তারে, কূমদুনা য়েংবদা লৈনুংদা অচৌবা মখুল অমা লৈবদু উরে। মনাওনুপাদো মোলটিন চানগা ফমদুনা লৈরম্মু, ঐ লৈনুগী লাইদগী নঙগী নরৈদু লৌরুদুনা লমন

খুমগে হায়দুনা শাংলবা উরি অমা মখুন্দুদা থাদদুনা উরিদু য়ান্দুনা কুমথখ্রে। মোলটিন চানগা পুরুলগা মথক্তা ময়াম্বা ঙাইদুনা লৈহৌরে।

অসুম কুমথরকপনা লৈনুংগী লম য়ৌরে, লাইয়ামদু পুরুলগী মরৈদু মুন্নদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা ঐ য়াংচননি, নখোয়না ঐগী ইনাওগী মরৈ কক্তুনা পুরিবা করিগীনো? ফজনা মাগী মরৈদু ঐঙোন্দা পীরকউ, নৎত্রবদি মদুগী লমন খুন্নগনি হায়বদা লাইয়ামদুনা ইঙক ঙক্লা মঙোন্দা য়েংলম্মী। খরনা য়ারমদে। পীনি-পীরোই তৌদুনা মরৈ য়েৎনদুনা লৈরে। মদু উরগা শাউদুনা মরৈ ফত্তবা লাই অমা তাপ পায়রগা লংখিবদা মশক উদবমখৈ পাইখ্রে। মদু উবদা লাই পূম্বা কিবনা থক-থক নীকখ্রে। মঙোন্দা মরৈদু ইরেন্না ৱা ঙাঙনদনা পীথোরক্লে। লাইনা মরৈদু পীরকপদা পুরুলদি মরোল থোক্লে, ৱা ঙাঙবা হান্নগুম ঙল্লে। য়াংচননা লৈনুংদগী কৌরকপা খুমলে। মদু তাবদা মনাওগী মরোল থোক্লে, নুংঙাইরে হায়দুনা উরিদু য়ান্দুনা কারক্লে। মনাওনুপাদু উরি চিংখৎলু হায়না হন্না হন্না লাউরম্মী। পুরুলসি মবূক ফৎলমদে। মহাক্লা মশক মতৌ ফজরবী মোলটিন চানবু পাল্লম্মী। ময়াম্বনা কারক্লবদি শোয়দনা নুপীসি লৌখ্রনি। মপাঙ্গল কনবসু মানা হেল্লি, হৈ-শিংবসু মানা হেল্লি, নুপীসিবু মানা কন্দুনা পুরকপনি। অদুনা ময়াম্বনা চিংখৎলু হায়না লাউরকপদু তাশিন্নদনা 'উরি ককথৎলু হায়বরা' হায়না হন্না হন্না হংলম্মী অদুগা, 'হৈ নঙবু ননা পঙব্রা ঐনা হায়বসি তাদব্রা' হায়না কন্না কন্না লাউরম্মী। মদু তাশিন্নদনা 'হোয় হোয় ককথৎলগে' হায়না উরীদু ককথৎলম্মী। য়াংচলদি উরী ককপদগী মথক্তা কাখৎনবা পাম্বৈদি লৈরমদে। মথৱায় নুংঙাইতনা শাউনিং-শাউনিং লৈনুং মনুংদা সুম চৎলম্মী। ফজরবা খুঙ্গং অমা লৈনুং অদুদা লৈরম্মী। খুঙ্গংদুদা মশক মতৌ ফজরবী নুপী অমা ফি শাদুনা লৈবা উরম্মী। নুপীদুনসু য়াংচনগী মশক মতৌ ফজবা, চূং-ফীরাল চাবা শক্তুদা শুমহৎলম্মী। মতাং চারে নুপীদুগী মনাক্তা চঙশিল্লম্মী অদুগা নুংশিনবা হৌরম্মী।

য়াংচন নুপীদু লৌদুনা নুংঙাইনা লৈরে। অদুগী মতুংদা মচা নুপা-নুপী পোক্তুনা য়ূম্বাল লম্বীদা খোঙদাদুনা লৈরম্মী। ফনমক নুংঙাইদুনসু মবূক ফৎত্রবা মনাও নুপাদুবু কাউবা ঙম্লমদে। অমুক্তংদি লমন শিংগে খল্লম্মী। অদুবু মথক্তা কানবা পাম্বৈদি লৈরমদ্রে। মমৈদা লৌশিং অমা লাক্লম্মী। কাংখিন পাম্বী অমা য়াংচননা থারম্মী। নুমিৎ খূদিংগী ঈশিং চাইদুনা হোৎনবদুদা নোংম-নোংমগী চাউরক্তুনা মপূং মরৈ ফারক্লে। মরী অচৌ অচৌবা শাংনা শাংনা চত্তুনা মরীদু লৈখুন্দগী ৱাংখৎখিদুনা মথক্তা কাখৎপা য়ানা ৱাংখৎখ্রে। য়াংচন হরাওরে, মফমদু থাদোক্তুনা ময়ূমদা চৎপা য়ানা ৱাংখৎখ্রে।

য়াংচনগী নুপীদুসু য়াম্না শিংলম্মী। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা চৎখিগনি খন্দুনা মচাশিংবু মপাগী মনাক্তা মতম পুম্বদা লৈহল্লম্মী। নোংমদি য়াংচননা চৎলগে খন্দুনা কাংখিন পাম্বীদা কারম্মী, মচাশিংনা চেল্লক্তুনা মমাদা তাক্লম্মী। মমানা তাকপদগী মচাশিংনা কাংখিন পাম্বীদু কন্না নীক্লুবদা, য়াংচেন কাবা য়াদদুনা তারক্লে। লৈকায়দুদা লুখ্রাবী হনুবী অমা লৈরম্মী। মানা তাকপদগী খাউদা চেঙকূপ হাপ্তুনা কাংখিন পাম্বীদো কারম্মী। মচাশিংনা কাংখিন নীকপদা ইচাশা, ইপানা নখোয়গী উচেক ফাবা চৎলিবনি সে সে য়েংউ তু, হায়দুনা খাউদগী চেঙকূপ চাইথরম্মী। চেঙকূপ্তু মমীৎতা চঙদুনা পাঙবা ঙম্লমদে। অসুম্না য়াংচন লৈনুংদগী কারক্লে। ময়ূমদা মনাওনুপাগী খোঙ্গুল লীরক্লে। খুল য়ৌরে, পুরুলগী য়ূম থিবা খঙদ্রে য়াংচননা তোকপা অমা য়েন লাক্তুনা চাবা উরম্মী। মদুদা নঙনা ফারক্লিবা য়েন্দু কনাগীনো হংলম্মী। তোকপনা মশা মউ ফরবা পুরুল কৌবা নুপা অমা লৈ, মাগীনি। মঙোন্দগী য়েন অমা হূবদা খঙপোৎ নত্তে। মদু তাবদা য়াংচননা অদুদি অমগা অমুক হূরুচো হায়রে। তোকপদু মথৱায় হিংলে খন্দুনা য়েন অমা অমুক হূবা চৎলম্মী। প্রপ-প্রপ চংখিদুনা মাগী মাঙ্গোল য়ৌরে। মচাশিং শান্নদুনা লৈরম্মী। পুরুষলদি খুলগী হরাওবগী য়ু থকপা চৎখি হায়দুনা লৈরমদে।

অঙাংশিংদু মপা কৌরুনবা থাখ্রে, মখোয়না চেন্দুনা মপাদা পাউ তম্লুরে। অঙাংশিংদুনা হায়রম্মী, "নুপাদুনা মাঙ্গোল কারপদা য়ূমদু ফেরে ফেরে হাই, পোৎতু থম্বদা য়ূমসু শুমাঙসু য়ুহার হায়বগুম থক থক নীক্লম্মী। ও! নপাগী পুন্সি লোইরেদনা নপস্থৌ ওইরম্লনি হায়রম্মী। কিনা কিনা লাক্লে। চেন্দুনসু হিংলরোই। ময়াম্বদা লাল্লে হায়জবনা ফরে খন্দুনা চঙলক্লে। মনাওনুপাগী মবূক ফত্তবদু ময়াম্বনা য়ানীংলমদে। খরা খঙহনবা ফৈ খন্দুনা ফূরে, শিবমক্তি শিহন্দরে। অদুদগী উচেক ঙাক্লবা ওইনা থম্লগা মোলটিন চানবু লৌদুনা মচাশিংদু য়োকপীদুনা অমুক নুংঙাইনা পাল্লম্মী।



রাজস্থানী ফুঙ্গা ৱারী

## ভৈয়াদুজ

মৌপ্পা অমা লৈরম্মী, মহাক্কী মচেগী মকুময়ূম য়াম্না থাপ্লী। অমুকখক মৌপ্পানা মমাদা হায, "ইমা ভৈয়ুদুজদা ইচেগা উনবা চৎলুগে, মহাক্লা অহনবা ফিরোল শেৎপদু য়েংনিংই। মী য়াম্না মাগী মাগী মচেগা উনবা চৎনৈ। ঐসু চৎলুগে।"

মমানা হায়, "ইচা ইবুংঙো, নঙদি হৌজিক য়াম্না পীক্লি, নঙগী নচেগী মকু ময়ূমদি থাপ্লী। লম্বীদা শাহীং চাবা শাশিং, নোংশা লৈ। মখোয়না নঙবু চাথোক্কনি, নঙ কবম চৎকনি?"

মমানা মচানুপীগীদমক শেৎন-ইন্নফি অমদি মযানুপাগী কোকযেৎ, ফুরিৎ ময়োম অমদা পুনশিনবীরে। মচানুপাদা পীরগা হায়, "চৎলু, ভৈযাদুজদা নচেবু অহনবা ফিবোল শেৎপদু য়েংউচো, য়েংগে করম্না চৎপগে হায়বদু।"

মচানুপাদু যুমদগী থোরক্লে। লম্বীদা মহাক্লা চাউরবা উপাম্বী অমা থেংনরম্মী। মঙোন্দা হায়, "ঐহাক নঙোন্দা তুরক্কনি।" নুপামচাদুনা, "তুবক্কনু। ঐ ভৈয়াদুজদা ইচেবু অহনবা ফি শেৎপা য়েংনবগীদমক চৎলিবনি। তুরক্লিংলবদি ঐনা হল্লকপদা তুরকউ"

হায়রম্মী।

মফমদুদা চৎলম্মী। লম্বীদা তুরেল অমা থেংনরম্মী। তুরেলদুনা হায়, "ঐহাক্না নঙবু লূপহন্নগনি।" নুপামচাদুনা, "তুরেল ইচল ঐবু লূপহনগনু। ঐ ভৈয়াদুজদা ইচেনা অহনবা ফি শেৎপা য়েংবা চৎলিবনি। ইচেগা উনরগা ঐ হল্লক্কনি। মতমদুদা লূপহল্লু।"

খরা অমুক চৎলগা লিন অমা থেংনরম্মী। মানা হায়, "ঐনা নঙবু চীক্কনি।" নুপাচাদুনা, "ঐবু চীক্কনু। ইচেগা উনবা চৎলিবনি ভৈয়াদুজদা। ইচেনা ফি অহনবা শেৎপা য়েংনিংই। হল্লকপদা পাম্লবদি চীকউ।"

মফমদুদগী খরা চৎলগা নোংশা অমা থেংনরম্মী। মানসু হায়রকই, "ভৈয়া ঐ নঙবু চাগনি।" নুপামচাদুনা নোংশাদা হায়রম্মী, "ঐবু চাগনু। ঐ ভৈয়াদুজদা ইচেনা অহনবা ফিরোল শেৎপদু য়েংবা চৎলিবনি। চাবা পাম্লবদি ঐনা হল্লকপদা চাও।" মমৈদা মহাক মচেগী য়ুমদো য়ৌরে। মতমদুদা মচে তরেংদা লং নাইদুনা লৈরম্মী। মহাক মৌপ্পাগা উনবা হৌগৎলক্তে, করিগীনো হায়বদা মতমদুদা লং তৎলি। লং তৎপা মতমদা অতিথি ওকপা হায়বসি অফবা ওইগন্দে।

মৌপ্পানা মদু খঙদে। মানা খল্লি— লাপ্পা উনবা লাকপনি। ইচেনা ঐঙোন্দা ৱাহৈ অমফাও হায়দনা লৈথোকই। ৱাখলসি খন্দুনা মহাক হন্দুনা চৎখ্রে। মচেনা তৎলিবা লংদু শম্লম্মী অদুগা হায়, "ও! ইপ্পা ইবুংঙো, নঙ কদায়দা চৎলিবনো? নঙগী ফনবগীদমক্তা ঐ হৌগৎতবনি। তৎলিবা লং মরক্তা নঙবু করম ওকউগনি?"

মচেনা কোনবীরম্মী। অমনা অমগী অফ-নুংঙাই হংনরম্মী। মচেদো চেন্না চেন্না য়ূম্লোন্নবগীদদা চৎখ্রে অদুগা হংলুই, "ইমাবোক ঐগী ইপ্পা লাকই। ভৈয়াদুজগী শেৎনবা ফিরোল পুরকই। ঐহাক্না করি করি তৌগদবনো?"

য়ূম্লোন্নবদু য়াম্না ফত্তে। হায়রকই, "ইহে! অপঙবী, অদু ফাওবা খঙদবা। মাঙ্গোলদা থাউনা তৈরো। অচৌবা কোল অমদা ঘী শৌহন্নবা মৈথক্তা থাঙ্গৎলু।" মচেনা হল্লক্লগা মাঙ্গোলদা থাউনা ৱাই তৈরম্মী। অচৌবা কোল অমা ঘী শৌহন্নবা থাঙ্গৎলে। থাউ কংলমদে। ঘীসু শৌগৎতে।

মহাক চেন্না চেন্না য়ূমথংনবগীদা চৎখ্রে। হায়রুই, "ইন্দোন, ঐগী ইপ্পানা ভৈয়াদুজদা ঐগীদমক ফিরোল পুরকই। ঐনা ইমাবোক্তা হংলুবদা মাঙ্গোল থাউনা তৈয়ু, ঘী শৌহল্লু হায়রকই। তৌইগুম্বসুং থাউ কংলমদে, ঘী শৌগৎতে।"

য়ূমথংনবীদো য়াম্না ফবীনি। মহাক্না হায়রকই, "ঐ নঙোন্দা তাক্কে। শম্বী লৈঙোয় থীৎলগা মাঙ্গোলদু তৈথোকউ। চাক থোংলগা ঘী-চিনি খরা থাক্কুনা নৌপ্পাবু পীজৌ।"

মহাক য়ূমদা হল্লক্লগা মাঙ্গোলদু শম্থী লৈঙোয়না তৈরম্মী। চাক থোংলগা ঘী-চিনি থাক্কুনা মৌপ্পাবু পীজরম্মী।

নোংমা হৌখ্রে, নীনি হৌখ্রে, নুমিৎ মরিনি হৌখ্রবদুদা মৌপ্পানা মহাক চৎলগে হায়রক্লে। মচেনা মমা-মপানা শকরপারা (আত্রাদা থুম থাক্কুনা হৌবা) পাম্মী, মৌপ্পাদা মদু থাখিনবা খল্লি। লম্বীদা চাক লাম্লবসু চাজনি। অহীং হৌগত্তুনা গেহু তক্লবা তৌরম্মী, তকপা হৌবদা ঙায়রি, অমুবা লিন অমা চক্রীদা চুমদ্রিং তাশিন্দুনা গেহুগা লোয়ননা তকশিনখ্রে। অমম্বা অহীং ওইবনা মচেনা করিসু খঙহৌদ্রে। মৌপ্পাবু বিদায় পীরম্মী। শকরপারা ময়োমদু পীরগা হায়রম্মী, "চেকশিন্না চৎলুকো।"

শকরপারা অনী/মরিদং মহাক্লা মচাশিংগী খাক্কুনা থমহৌই। মৌপ্পানা চৎখ্রবা তুংদা মচাশিংনা নিংঙাই তৌরম্মী– হে ইমা, মাম্মাদা পীখ্রিবদো করিনো, ঐখোয়গীসু পীয়ু। মানা হায়, "ঐনা শকরপারা লোইনা মাম্মদা পীখ্রবনি।" অদুবু অঙাংশিংনা থাজদে। মখোয় নিংঙাই তোক্তে। মমানা শকরপারা মরিদু পুথোক্কুনা মচেৎ মরি থোক্লা থুগায়রম্মী। মদুদা নিলগী শরূশিং উরকই। মদু মপান্দা পুথোক্কুনা মুন্না য়েংলগা লাউরকই, "অঙকপা ওইরেদনা।" অফবী য়ূমথংবীগীদা চেনখ্রে। মখূৎ লোন্নদুনা হায়, "ইন্দোন, থৌজানবীদুনা ঐগী অঙাংশিং অমদি য়ূমসি খরা য়েংবীরম্মী। ইপ্পাদো শকরপারা চারম্লবদি অরোইবা নুংশাস্বর হোল্লম্বসু য়ারিবনি।

মহাক মৌপ্পাগী তুংদা জঙ্গল্লোমদা চেল্লম্মী। সোমদা কোস তরানিথোই, অসোমদা কোস তরানিথোই মনীং মমাঙ চেল্লম্মী। মহাক্লা চেন্না চেন্না লাউরম্মী– ঙাইখো ইবুংঙো, ঙাইখো। মমৈদা মহাক মৌপ্পাদগী পঙলাপ লাপ্লমদে। মৌপ্পানা মচেগী খোল খঙলম্মী। ইচেনা ঐগী তুংদা চেল্লক্লিবসি করিগী অসুম তৌরিবনো ঐদি করিসু পুরক্তেনা।

মহাকপু উবদা মচেনা হংলম্মী, "ইবুংঙো নঙ শকরপরাদো চাদ্রিবনিকো।" মৌপ্পানা হায়, "নঙ নশা য়েংউ নঙনা ফিদা য়োম্বদু অদুম কায়দনা লৈরিদুনি।" মচেনা ও! ঐগী ইপ্পা ইবুংঙো, অমুবা লিন অমা গেহুগা লোয়ননা তকশিনখ্রে, হৌজিক হৌজিক ঐনা লৈহৌবা খরদু অঙাংদা পীজগে হায়দুনা থেকপদা শরূশিং উরকপনি।" মৌপ্পানা ময়োমদু লংথোকখ্রে। মচেগা লোয়ননা অমুক হল্লক্লে।

হপতা অমমুক মচেনা মনাক্তা থল্লে। মৌপ্পানা ইচে নঙনা করম্বা মতম ফাওবা ঐবু কন্দুনা থম্বা ঙমগদৌরিবনো? নঙগীসিদা লাকপদা ঐনা উজাও অমা থেংনরম্মী। মানা ঐঙোন্দা তুরক্লে হায় অদুদগী মথংদা তুরেল অমনা ঐবু লূপহনগে হায়, মথংদা লিন অমনা ঐবু চীক্লনি, নোংশা অমনা ঐবু চাগনি হায়রকখি। নঙনা করম্লা ঐবু কনবা ঙমগনি?

মচেনা তুবেলগীদমক মশাগী লীক, লিনগীদমক শঙ্গোম তেঙ্গোৎ অমা, নোংশাগীদমক অপীকপা হামেং অমসুং উপাম্বীগী হরাওনবা মহাক্না বিষ্ণুগী শালগ্রাম মঙা পুরম্মী অদুগা যুমথংনবগীদা চত্তুনা মন্দোনদা মাগী যুম অমসুং অঙাংশিং য়েংবীনবা হায়জরুই। "ঐহাক ইপ্পাসে খুঙ্গং ফাওদং থিল্লুখিগে, থুনা হল্লকনি" হায়রম্মী।

মচীন মৌপ্পানা খুদোংথীরবা উমংদু ফাওদুনা চৎলম্মী। লোয়ননা পুরক্লিবা পোৎশিংদু খুদোল তমদুনা নোংশা, লিন, তুরেল অমসুং চাউরবা উপাম্বীদগী মৌপ্পাবু ঙাকথোক্লে। চৎনা চৎনা মখোয় খৌরাংলক্লে। মৌপ্পানা উ কাদুনা ঈশিং য়েংলে। কবিগুম্বদা উরোক পাইবা উরবদি মফম অদুৱাইদা ঈশিং শোয়দনা লৈরমগনি। খরা লাপ্তুক্না উরোক পাইবা উরম্মী। উদগী কুমথরগা মচেদা মফমসিদা ফম্লম্মু, ঈশিং পুদুনা লাক্লগে হায়রম্লগা মহাক চৎখ্রে।

মরকসিদা লাইবক লাইরেম্বীনা মুরুম মুরুম শোল্লম্মী, "অমত্তা পোকপা মচানি কন্দবা য়াদে, অমত্তা পোকচবা মচানি কন্দবা য়াদে।" মচেনা, "ইমা নঙনা হায়রিবদু করিনো" হংলম্মী। লাইবেম্বীনা হায়রম্মী, "অমত্তা পোকপা মচানি কনগদবনি।" মসিগী অর্থদি মৌপ্পাগী মথক্তা অশিবনা য়েংশিন্দুনা লৈরিবনি হায়বসি খঙখিরম্মী। "ঐনা করি তৌগদবনো ইমা," মহাক্না অমুক হংলুই। পাউখুম পীরকই, "য়াওশঙ, দিৱালীগী মতুংদা ভৈয়াদুজদা ৱারী লাইরিক তাও, অমসুং নৌপ্পাবু পূজা তৌ অদুগা মাবু শাপ তৌ। শাপ্তুনা নৌপ্পাবু কনগনি।"

মহাক্না মতমসিদা মৌপ্পাবু শাপ তৌরম্মী, "ঐগী ইপ্পাগী শৱ্দ তেক্লসনু, মহাক শিখ্রসনু।" মৌপ্পানা ঈশিং পুদুনা লাকপা মতমদুফাও তূমিন্না লৈরমদে। তারগা মৌপ্পা খোযশাওনরম্মী। মহাক হৌজিক কবি তৌগনি হায়বা খনবা থোক্তে।

মখোয়না য়ুমদা থুংলুবা মতমদা মৌপ্পাগী লুহোংনবা শেম-শারম্মী। মচেনা হায়, "মখোয়না মাবু লুহোংগদৌবি মাবুসু হোংউ।" পূম্নমক্না ঙক্লম্মী। মৌপ্পানা হায়, "ইচে অফবীনি, অশিংবীনি, খঙদে করি তৌখ্রবনো?"

লুহোংবগী মাঙওইননা চৎনবী কয়া পাঙথোক্লম্মী। ববনা তোপ তোপ্পা ফিদাদা ফম্লম্মী। মচেনা হায়, "মহাক মতোমতা কবিগী ফমগনি। ঐসু ফমগে।" পূম্নমক্না মসিদা খ্বাইদগী ঙক্লম্মী। অদুবু মৌপ্পানা হায়রে, "মঙোন্দা করিসু হায়গনু, মাবুসু ফিদাসিদা ফমহল্লু।" বরদা থাউনচিংবা তৈরম্মী অদুদসু মচেনা লাউরম্মী, "ঐবুসু তৈবীয়ু।" মৌপ্পানা, "মসি ঙাওরবনি। মাগীসু তৈবীয়ু," হায়রম্মী।

মরী মতাগীদা বরগী চাক্লেন বার্ত্তন ফংবদসু মাসু চৎকনি হায়। মৌপ্পানা তৌরিবা

মখৈ মানসু তৌরম্মী।

লুহোংবা নুমিত্তা বরনা শগোল তোংদুনা চৎপা হৌরকপদসু মাসু শগোল তোংগনি হায়না নিংঙাই তৌরম্মী। মৌপ্পানা মাবুসু মাগা লোয়ননা ফমহনবীয়ু হায়রে।

কন্যাগী থোঙ্গালদা বরগী থাঙ থেঙ্গায়নহনবগী মতমদসু মচেনা মাসু তৌগনি। বর-কন্যাগা লোয়ননা পূজা তৌবদসু মচেনা মৌপ্পাগা লোয়ননা ফম্লম্মী। মৌপ্পানা 'মসি ঙাওববনি ঐনা তৌবা পূন্নমক মাবুসু তৌহল্লু' হায়রম্মী।

বব-কন্যা তূম্বা কাদা চঙবগী মতাংদুদসু মচেনা "ঐসু মখোয়গী মনাক্তা তূমগনি" হায়রম্মী, মদুদা ময়ায়দা পর্দা খল্লগা কাদুদা মাগীসু ফমুং থানবা মৌপ্পানা হায়রম্মী।

অহীং নোংয়াইদা বব-কন্যা নিদ্রা লাইবেম্বীনা শুমখিবা মতুংদা মপূং ফানা তূম্লিবা বব-কন্যাগী মায়কৈদা লিন অমা শীৎতুনা লাক্লম্মী। মচেদি করম তূম্লুনি। মহাক মৌপ্পাগী য়েক্লবগী লম্বী য়েংদুনা লৈরম্বনি। লিন্দু উবদা মহাক চোংশিন্দুনা মকক অহুম থোক্লা ককৎলগা চুঙ্গোয় অমদা হাপ্তুনা লোৎশিল্লম্মী। মহাক নুংঙাইনা তুমথখ্রে।

অয়ুক্তা পূন্নমক হৌগৎনরে, মহাক্তি তূম্লম্মী। মৌপ্পানা হাযরে, "ইচেনা তূম্লিঙৈদা করিগুম্বা অতিথিশিংবু ঐনা বিদায তৌথোক্লুরো, মানা হৌগৎলক্লগা খঙদে অঙাওবীনা কবি তৌরকপা। মদুদা মমানা হাযরম্মী, "ইবুংঙো মহাক ঙাওবা নত্তে, কৈদৌঙৈদসু অসুম্না তূমখিদ্রি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মাগী তূম্বদি যেন যাহীপ্নি। অতিথিশিংবু বিদায় তৌদ্রিঙৈদা মাবু হান্না হৌদোকউ, নৎত্রবদি নঙনা অমুক মখোযবু কৌকবা তাবনি।

মাবু হৌদোক্লম্মী। হৌগৎলকপদা মহাক্লা হায়রম্মী, "খুঙ্গংগী মীওই পূন্নমক পুশিনবীরকউ। ঐহাক পূন্নমক্তা তাকচগে করিগীদমক্তা ঐনা ইচাশিংবু লৈকাযগী আশাদা থাদোক্লল্লিবা, কবম্না ঐনা ইপ্পাগী তুং ইল্লক্লিবা। ইমুং মনুং থাপ্পা লৈহৌবি পূন্নমকসি ইপ্পাগী য়েক্লবা লিনগীদমক্তনি। মাগী লুহোংবগী অহীংদা মফমসিদা লাক্লিবনি।

চুঙ্গোইদা লিনগী মকক অহুমদু মযাম মমাঙদা উৎলদুনা মখা তাবম্মী, "ইপ্পা ইবুংঙো, ঐখোয জঙ্গলদা লৈবিঙৈদা লাইবক লাইরেম্বীনা উনবদা হায়রম্মী, অমত্তা পোকপা মচাবু কনগাদবনি অমসুং ঐঙোন্দা য়াওশঙ, দিন্নালীগী মতুং ভৈযাদুজদা ইপ্পাগী পূজা তৌনবা হায়রম্মী।" মৌপ্পানা মচেগীদমক শেংনা-ইন্নবা ফি পীগনি মচেনা মৌপ্পাবু শাপ তৌ— ঐগী ইপ্পাগী শরু তেকলসনু, ঐগী ইপ্পা শিবসনু। মহাক চঠী লিশিং লিশিং হিংলসনু।



মালবী ফুঙ্গা ব্লারী

## সোনা অমসুং রুপা

রাজকুমার নুমিদাংব্লাইরম শাতানবা চৎলুবদগী হল্লক্লম্মী। অসুম লাকপদা মাগী অমুবী শগোলদু ঈশিং পীথক্লবা তুরেল মপান্দা লেপ্লম্মী। ঈশিংদা মশাগী অমদি শগোলগী মমিগা লোয়ননা সনা-লুপা মচুগী শম খরসু তাউদুনা লৈবা থেংনরম্মী। তশেংনা সনা-লুপাগী শম হৌবা ফজবীশিংদু মথক্তা ইরুজে। মহাক্লা নোম্থদুনা শমদু খুনগৎলম্মী। মদুদা মীৎ কৃপ্তুনা য়েংদুনা লৈরম্মী। নুপীশিংদুগী শম্না অসুক ফজরিবা, মখোয় মশাদি কয়া ফজরমগনি মপূক্লিংদা কল্পনা তৌদুনা মখোয়গী শুমহৎনিংঙাই ওইরবা শক্তমদা লূপ্লম্মী। শমশিংদু কোকয়েত্তা য়েৎশিল্লগা শগোল তোংদুনা ময়ূমলোমদা চৎলম্মী।

চাক চাবা মতম য়ৌরবফাওবা রাজকুমারবু উদ্রবদুদা মায়কৈ মরিদা কোয়থি থিরম্মী। কোনুংগী কাচিন কোয় থুংনা থিহল্লম্মী। থিবা ফংলমদে।

মনাই নুপী অমনা চিনি লৌগে হায়দুনা পোৎ-চৈ থম্ফম কাদা চঙখিবদা রাজকুমার লৈমায়দা উপশিন্দুনা হীপ্লা থেংনরম্মী। মহাক লাউগে তৌবদা রাজকুমারনা

হায়রম্মী, "কনাগুম্বদা হায়দোক্লবদি নথৱায় মাঙহনগনি।" নুপী অমসুং নুংশিৎতি অরোনবা থম্বা ঙমদে হায়নবা লৈবনি। মীনাইনুবীদুনা লোন্না রাণীদা ৱা পুম্বা তাকথোক্লম্মী। রাণীনা মাবু লাউনা চৈহৎলদুনা পোথাফম কাদা পুরক্লম্মী। অরেম্বদা চা থক্কুনা লৈ থবক তৌবদা পূক্লিং চঙদে। য়েংউ, কাসি কয়াদা মোৎলবনো? রাজকুমারবু মফমদুদা উবদা করিসু খঙদবা শাদুনা হায়রম্মী, "ইহে! মসিদা কনানো হীপ্লিবসিবো? রাজকুমারনিনে, করি তৌরে ইবুংঙো মফমসিদা লৈমায়দা হীপ্লিববু? করিগী নুংঙাইত্রিবনো? হায়য়ু কনাগুম্বনা লাকচ-খূদুম চনখিবা য়াওব্রা? মরৈদু ককথৎহনগে, ঐঙোন্দা হায়য়ু, করি তৌরবনো? ঈশ্বরগীদমক নঙ মফমসিদগী হৌগৎলু।"

রাজকুমার হৌগৎখ্রে অমসুং কোকয়েত্তগী সনা-লুপা মচুগী শমদু লৌথোক্কুনা রাণীদা উৎলে। "ঐনা শমসিগী মপু ওইরিবীশিংদুগা লুহোংগনি।" রাণীনা "অস! অদুগী ওইরে" হায়দুনা মাবু থেম্লম্মী। ঐখোয়না লৈনুংদগী ফাওবা থিদুনা পুথোক্কনি।"

"ঐদি শমসিগী মপু ওইরিবীশিংদু পাম্মী," রাজকুমারনা হায়রম্মী। "হোয় ইবুংঙো, নঙ ঈংনা লৈয়ু," হায়বদি হায়দোক্লম্মী অদুবু কাদুদগী থোকখিবদা রাণী লাঙতক্লরম্মী। মহাক কোক ঙাওরম্মী। শহর থুংনা লাউথোকহল্লে, লৈরক খূদিং পাউজেল থাখ্রে "নহা ওইরিবী লৈশাবীশিং, মৌশিংনা অয়ূক্তা মকোক খুমদনা কোনুংগী লম্বীদা লাক্কদবনি।" মথংগী নুমিত্তা কোনুং মমাঙদা নুপীশিংগী রেল্লী অমা থোরক্লম্মী। বাজকুমার পূংমুক মখোয়বু য়েংদুনা লৈরম্মী। কনাগুম্বী নুপী অমত্তগী শম খূৎতগীদুগা মান্নবা য়াওরমদে।

খঙহৌদনা মাগী মীৎয়েং কোনুং মনুংদা ফল্লিবী লৈশাবী অনীদুদা তারুরে। মখোয়রোমদা খূৎ থিল্লম্মী। রাণীদো কক্লবসু ঈ থোক্লোই। খঙহৌদনা হায়রম্মী, "হে ঈশ্বর! মখোয়দি নচলশিংনি সোনা অমসুং রুপা।"

রাজকুমার মায়থোঙ তাইফেৎ তাইরম্মী অদুবু মহাক্কী নিংঙাই থাদোক্লমদে। হায়রম্মী, "কনাবু ওইসনু, ঐহাক মখোয়গা লুহোংগনি নৎত্রবদি লৈবাক থাদোক্কুনা চৎখ্রগনি।"

নিংথৌ কোনুংদগী থোরক্কুনা মাবু থেম্লম্মী। মাগী নিংঙাইদু থাদোক্লবা হায়রম্মী। মরী-মতাশিং, অহল-লমন অমসুং মন্ত্রীশিংনসু থেমজিল্লম্মী, মদুদা মহৈ য়ান্দ্রে। রাণী খূৎ লোন্নদুনা মচানুপাদা হায়জরক্লে মাগী অনীংবসে থাদোক্লবা অদুবু রাজকুমারদা মদুগী ফল তারমদে।

লুহোংনবা শেম শাবা হৌরক্লম্মী। রেশমগী অমদি অরংবা ফিগী শমিয়ানা খনগৎলম্মী। ৱাসি শন্দোকখিদুনা সোনা অমসুং রুপা তারম্মী। মখোয় তৃমিন্না লৈরম্মী। অঙকপা পোক্লম্মী। মায়থোঙ মকশিনখ্রে, পিরাংগী ইপোম হৌরক্লে।

মখোয়না হেক-হেক ইরুজবা তুরেন্দুগী মপান্দা চন্দনগী পাম্বী অমা হৌরম্মী। মদু মখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদগী ঈশিং চাইরকপনি, মখোঙ শোম্বীদুনা লাকখিবনি। মদু মখোয়গা লোয়নননা চাউরকপনি। হৌজিক মদু মপৃং মরৈ ফারবা পাম্বী ওইরে। লুহোংবগী নুমিত্তুদা সোনা অমসুং রুপা উপাম্বীদুগী মথক্তা লোত্তুনা লৈরম্মী। কন্যাদানগী মতম নকশিল্লক্লবদা মখোয়বু থিনরম্মী। মমৈদা কোনুংগী মীনাইশিংনা চন্দনগী উশাদা ফম্লিবদু উরম্মী। মখোয়না মবানীবু কৃমথরক্লবা হায়রম্মী। মবানী তাশিন্নদরে। মমৈদা নিংথৌ মশামক লাক্তুনা হায়রম্মী,

মখাদা কৃমথরকউ, কৃমথরকউ
ঐগী নুংশিবী সোনা অমসুং রুপা
লাম্থোকখিদৌরে লুহোংবগী পৃংফম
সোনা অমসুং রুপানা মপাবুংদা হায়রক্লে,
পাবুং ও! পাবুং, পূজা তৌরিবা
করম্না কৌগনি নঙবু ইকুবোকও! পাবুং
ৱাংখৎলু, ৱাংখৎলু ও! অশংবা চন্দন।

চন্দন পাম্বীদু ৱাংখৎলম্মী সোনা অমসুং রুপা অমুক ৱাংখৎখ্রে। যুমগী মীওই পূম্নমক মফমদুদা পূল্লম্মী। মখোয়বু মখাদা কৃমথরক্লবা থেমজিল্লম্মী। মদুদা করিসু মহৈ য়ান্দ্রে। কৌরুবা খুদিংগী চন্দন পাম্বীনা খরা খবা ৱাংখৎখি। মবানীসু চন্দন পাম্বীগা লোয়নননা ৱাংখৎখ্রে।

মমৈদা বাজকুমার মশামক মফমদুদা লাক্তুনা হায়বম্মী,

ও! ঐগী ইচন সোনা অমসুং রুপা
ওইরক্লে ঐখোয়গী লুহোংবগী পৃংফম
অদুদা মবানীনা পাউখুম পীরক্লে,
য়াম্বুং ও! নুংশিবা য়াম্বুং
করম্না কৌগনি নঙবু ইপুবোই ও য়াম্বুং
ৱাংখৎলু চন্দন, ৱাংখৎলু ও! অশংবা চন্দন

উনা-উনা অতিয়া অমুবা লৈচীলনা কৃপশিনখ্রে, নোং খাক্লম্মী। খঙহৌদনা

চন্দনগী পাম্বীদো অনীথোক্লা খায়দোক্লম্মী। সোনা অমসুং রুপা মাগী মনুংদা লোৎশিনখ্রে। যূমগী মীওইশিংনা উনা উনা সোনা-রুপা চন্দন পাম্বীদা তিনশিনখ্রে।

* * *





খাঙেম্বম ইবেতোন দেবী জুলাই ১০, ১৯৪৭ তা পোকখি। খাঙেম্বম ঁগৌরচান্দ অমদি খাঙেম্বম ওংবী ঁতামিনি দেবীগী ইতোন তোনবী মচানুপীনি। হাওযোম কমল সিংহগা যূম্বানমিন্নদুনা মচানুপা অহুম অমদি মচানুপী অমগী মমা ওইরে। ৱার্ধা য়ুনিভর্সিটিদগী রত্ন (হিন্দী) লোইশিল্লবা মতুংদা কানপুর য়ুনিভর্সিটিদগী ইং ১৯৭২দা এম এ (হিন্দী) লোইশিল্লগা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদগী অমুকসু এম এ (হিন্দী) লোইশিনখি। বিষ্ণুপুর হায়র সেকেন্দরী স্কুলদগী লেকচরর ওইনা থবক্তগী পোত্থাদুনা বিষ্ণুপুর ৱার্দ নম্বর ৮দা লৈবা মশাগী যূমদা লৈরি। 'লৈকোল', 'মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ', 'রাইটর্স ক্লব নম্বোল' অমদি 'সীৱেভ্স'নচিংবগী অচঙবা মেম্বরনি। মতমগী য়াকাইরোল গী বেগ্যুলর কলমনিষ্ট ওইরি। মহাক্না সাহিত্যদা তৌখিবা থবকশিং অমদি কলমনিষ্ট অমা ওইনা সমাজদা শোথহৌরবা কাঙলূপশিংগীদমক থৌনা ফনা ইখিবা কয়াবু শকখঙবা ওইনা ডা. অম্বেদকর ফেল্লোশিপ এৱার্দ, ২০০৫ অমদি বিরাঙ্গনা সাবিত্রী ফুলে ফেল্লোশিপ সম্মান ২০০৬ পীরকখ্রে। মহাক্কী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি ১. ইচেম্মা (শৈরেং, ২০০৩), ২. নির্মলা (হিন্দীদগী হন্দোকপা উপন্যাস, ২০০৪), ৩. অহিংগী ঈশৈ (হিন্দীদগী হন্দোকপা উপন্যাস, ২০০৪), ৪. লৈরোল শাৎলে (সোনেট সিক্বেন্স, ২০০৫), ৫. কুন্দো পরেংগী হক (ৱারীমচা, ২০০৫) ৬. লাংবন তর্পন (সোনেট সিক্বেন্স, ২০০৫) অমসুং ৭. পোলোইদুগী ৱাংমদা (সোনেট সিক্বেন্স, ২০০৬) নি।

**অইবগী ফোঙলক্কদৌরবা লাইরিকশিং ঃ**

১. ভারতকী খোমজিনবা ফুঙ্গাৱারীশিং

২. প্রেম লতা (উপন্যাস)

৩. নীংশিংলুবদা (ওটোবাইওগ্রাফি)

৪. থম্মোয় লৈকারক্তা (হিন্দীদা হন্দোকপা)

৫. শোল্লবা মরী (হিন্দীদা হন্দোকপা)

৬. মানসকী কাঙ্হা (হিন্দীদগী হন্দোকপা)

**মমল: লুপা ৯৫/-**